**"YOT-HLING"**
a socio-cultural romantic Manipuri novel
by : **Thangjam Ibochaoba** : Khurai

| | | |
|---|---|---|
| অহান্বা ফোঙবা | ঃ | খৃষ্ট কুম ২০০১ |
| কোপী মশীং | ঃ | ১,০০০ |
| নম্ফম্ | ঃ | পদ্মা প্রিন্টর্স, ইম্ফাল |
| মখুম নম্ফম্ | ঃ | বীর কম্প্যুটর্ প্রিন্টিং বার্ক্স, লম্ফেল্ |
| মখুমগী লাই | ঃ | মেধা, ফিল্ম-অর্টিষ্ট |
| অফোঙবা | ঃ | যোগীতা অমসুং ভবানীনা জে. ভী. পব্লিকেসন্স্ এম্ এল্ এস্ কাঁদমক্ ফোঙবা ।। |
| হক্ | ঃ | অইবা |
| ফংফম | ঃ | মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি , ইম্ফাল মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল |

---

অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিক্ ঃ চক্রব্যূহ (উপন্যাস), ১৯৭০

## ৱাহৈ খরদং

মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফালনা সাহিত্যগী সেবা তৌজরকপা চহি তরামঙা মপুং ফারে। সাহিত্যবু পামজবা নহা ওইরিবা অইবা-অইবী কয়ানা খৃঃ ১৯৮৫ দা লীং খৎখিবা সংস্থান অসি ঙসিদি ময়াম্না থোইদোক্লা শকখঙবীরে। সাহিত্য অকাদমি নঙৈ দিল্লীনা শকখঙ্লবা সংস্থান অমসু ওইরে। লেমজনীংঙাই ওইবা সাহিত্যগী মনা কয়া সংস্থান অসিগী মেম্বরশিংদা পীবিরক্লি। সোসাইটি অসিগী পান্দমদি মতমগী মিহুল তাকপা ঙম্বা সাহিত্যগী লাইরিক কয়া পুথোক্তুনা মীয়ামগী সেবা তৌজবনি অমদি অইবা-অইবী মশীং হেঙ্গৎহনবনি। পান্দম অসিগী মখাদা সোসাইটিনা 'সাহিত্য লৈচল' চেফোঙ পুথোক্তুনা নৌনা ইবগী লমদা খোঙদারক্লিবা অইবা-অইবীশিংগী মফম থমলি। মসিগা লোয়ননা হৌজিক ফাওবদা সোসাইটিনা ৱারীমচাগী লাইরিক মঙা শৈরেংগী লাইরিক মাপল পুথোকখ্রে। অসুমনা অইবা-অইবী কয়াদা মশানা ইবা লাইরিক ফোঙদোকহন্নবা থোইনশিন পীজদুনা লাক্লি।

চখজরক্লিবা খোঙথাং অসিদা হন্দক পুথোকচগদৌরিবা শ্রীথাংজম ইবোচাউবগী "য়োৎহিলং" হায়না মিংথোলবা উপন্যাসকী লাইরিক অসি সোসাইটিগী তরামঙা শুবা লাইরিক্লি। ৱারী মচা অমদি শৈরেংগী ঈচেল কন্না চেম্থরবসু উপন্যাসকী লাইরিক্তী মণিপুরি সাহিত্যদা য়াম্না তপ্না চেল্লীবা ঈচেলনি। হৌজিক ফাওবদা খুৎ-থেক্তুনা পাবা য়ারিবা মশিং দা উপন্যাসনা লৈরি হায়বা য়াই। অইবা শ্রীইবোচাউবগী হান্ননা উপন্যাসগী লাইরিক "চক্রব্যুহ" ফোঙখ্রবনি। হন্দক ফোঙলিবসিনা অইবগী অনি শুবা লাইরিক্লি। অইবগী কল্পনাগী শক্তিনা কদাই ফাওবা হুমদুনা পুবগে হায়বসি অপাবশিংনা য়েংবিয়ু। সোসাইটি অসিগী পুক্নৈদা উপন্যাসকী লাইরিক অমা হাপচিনবা ফংজবা অসিগী নুংঙাইজবগা লোয়ননা মীয়ামগী মফমদা সোসাইটিনা লাইরিক অসি শিন্নজরি।

**কোইজম শান্তিবালা**
জেনেরেল সেক্রেটরি
মণিপুরী লিটেরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল

ইম্ফাল
২০ ওক্টোবর, ২০০১ ইং

## ঝারীগী-লীখুন্ ঃ

লৌশিং খর-খর তারক্পা ইপানা শম্পোক্-থারক্পদু, মচাশিংগী-ঙামোক্ লোয়নরক্তনা খক্-হল্লক্খিদবনি— নাউশেক্-মরূম্, থেম্বী-মরূম্, থমচেৎ, চমু, কাক্থুম্। নুংশা-য়ক্ শারক্পদনা নুংথীল-ঙাইহাক্ পোত্থাজবদু, মচাবু ফুরি-শীক্পীদুনা তুম্ব-থেম্বী। নুমিদাংদনা ফুঙ্গা-ঝারী কয়া। নোংমনা ইপাগা-পুন্ন হিদিঙ্গা-লম্লোম্বা চৎলি। নোংমা-অমনা পোক্তবী-মমাগী শরৌদা, নুপীমচা অমগী অঝাবদা থম্মোয়-নিক্হন্খি। নোংমদি মীনাই-নাইথাং লাল্লক্লবী নুপী-অমনা, মরায়বক্ল তম্নুদুনা নিংথেম্-নুপী ওইরক্লবদা, মশাগী হৌরক্ফম্-মনাংপু থওইখিদবা—। মসুম্-পীবীরক্খি নঝাগী খোর্জেগী-তাম্থা ইপাদুনা। কোক্লরোইদবা-মচুনি অঙৌবা-চেবাংদা তাপ্লবা। পলেম্-ইমানা চেঙদাইবীনি, লম্লোম্বী। নুঙগী-চক্রী অনি হাইরগা চেঙ-চেঙপোৎ-অমা শাদুনা, মখোঙতনা কিমি ৬/৭ চৎলগা খ্বাইকৈথেল-অচৌবদা চেঙদাইরুবা। মৈনম্-অমমম্ ঝাংনা থাঙ্গৎনদুনা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল্ কুম্নরক্খিবা। লৈরক্ত ইমাগী-খোল্ তাবমক্তদা, হক্চাংদা ফুং-ফাওরক্খিবা হরাউ-তুজুংবা। কৈথেল-ঙামোক্কীদমক্ লাঙতক্লখিবা— ঙসিদি চিনী-চফু লৈবীরক্কনি হায়রম্বনি। চিনী-কাঙ্গোয়, কবোক্-খোইদুম্, তল্-শামু, লাল্-হৈঙান্, কাংশুবী-মপাক্, ঈশিং-কম্বোং, শীংউৎ-কম্বোংতনা লূ-তোং শাবদা য়াওখ্রবনি।

মসুম-তাবুনুংদা লীদুনা-থম্বীরম্মী মমল্ য়াম্ল-য়াম্লবা ফিরোয়-ফিঙাম্ কয়া। করম্ন লৈখাঙ-চা, শূম-তাউনা মাঙহন্খিনি?

চাউদ্রি, অনিশুবীদি-লাম্লে। শৈরেং-মতেক্ অমা ঙসি ফাওবদসু লৈয়েংদা তোংলি— "গুলাব্ কৌবী লৈনুংশি........ নঙনা কেনখিনি খনবদা.........।"

য়োংখম্-তিংদুনা ইয়োং-ফি শারিবা ইচেনা-হংলক্খি— "ইঙো, ........ য়েংঙোই, নঙবু চেচেনা শুম্-হায়র-হায়রগা ই-ঙম্মদ্রনে?"

মতমদু নুপীনা লাইরিক তম্নরমদে।

খুম্মী, "কৈ-ইদোইবা...?"

"কৈশু-নত্তে, ঙম্বু-ঙম্মদ্রাও....?"

"ই, কৈ-ঙম্দনেগে....। মী-ওঝানা শ্রৎলিপি হংবদা অম'সু লান্দ্রবনি খঙঙু-ইবেম্ম।"

"সে-সে, ইরো-দুদি..." ইচেনা হায়রগা ইবা হৌই— "থম্মোয়গী লল্-ওইরিবা...।"

ইরিঙৈ-মরক্তুদা শুৎ-শুৎ কপ্লক্পদু-তায়। মরম-খঙদে, ঐসু ইরা-চেম্লী। নিনী-লৈরগদি ইচে মাঙখ্রে। নোং-খোংগুম্ কপ্চখি। নুমিত্তুগী নুমিদাং-কোয়ব-লাক্পা, ঙাম্থক্ত তিকী-মচীন্ খজিক মৈ-মূরগা, কুইরে-মখৈ ফম্খিবা নুপাদুমক্ল ইচেবু হ্রান্বীখ্রে। নুংশিরবী-ইচে

মীগী ওইখ্রে।

চেবাং-অমদা ইখি—

"নুমিৎ-খুদিংগী লাক্পা-য়াদে হায়বদু খঙই। হাপ্তা-অমদা অনিরক্তী লাক্উদনা।"

লাকখিদে, য়ৌন-ঝারৌখি। ইচেগী মফম্দা পুক্রৌ-ঝারৌবগী চিঠি ইন-ইনা, ইচন্নুপীগী-লাইধি শান্নবা য়েংন-য়েংনা ঙসিদি ইমাগী-থোঙজিল্সিদা লেপ্লরে। পুম্কক্-চাউরবী, ঙাওদুনা থোক্কদবদগী মখোঙদা য়োৎহিলং-ফলাং চন্— মঙ্গোল্ কাচিন্দ লাইধি-শান্নজরিবী ইচন্ন ঙাঙ-শক্লী— "নঙনে, তুমিন্ন তূম্দুনা লৈয়ু...। ইমানা চাক্-লোইরগা হৌদোরক্কে। মসিনা গৌরীগী,... সিনা মধুগী।"

* * *

লৈবাক্ ঝায়েল্-থৌদা-তৌরিবা নিংথৌ অঙম্-অথৌশিংগী ঝায়েল্-চৈরাক, অঙাং-ওইনা ওম্থোক্ল-কিনা লুনা খঞ্জরক্খি। ওঝা-গুরু থিজখি থৌগল্লোন-ব্যবহার হৌন-লোন্চৎকীদমক্— মদুমক্ল লৈবাক্-নিংথৌগী ফিজি-ফিনা নেৎপমক্-থোক্লুদনবা। ফংজখি অমা, মমল্- য়াম্লবা স্না-হক্চাং চহীনা লূম্থরবা— কোনুং-হঞ্জবনি। ইনিংথৌ-ইবুংঙো শ্রীযুৎ মহারাজ বুধচন্দ্র-স্নাগী খাউবুনাই-ওইবম্ব, য়াঙ্গোইপাৎতগী কৈজাউ-অমা ফাখিবা-হাক্তক্— মণিপুর ষ্টেৎ দরবারগী চাপ্রাসী-ওইখিবা শ্রীথিংবাইজম্ তোঞ্জাউ সিংহ, ইনিংথৌনা পেন্বীখ্রদুনা হঞ্জবা-ফম্ থীন্দোক্পীখিবা— ।






ওয়দগীঃ- শ্রীযুৎ মহারাজ বুধচন্দ্র, শ্রীব্রজমনি শর্ম্মা (হঞ্জবা), শ্রীতোঞ্জাউ সিংহ (হঞ্জবা)

লমাংদোংগীনা মমাঙ-পাংনা, লোক্তাক্কীনা চীংখৈ-পাংবদা উথ্রিবা য়াঙ্গোইপাৎ, মনাক্তনা য়াঙ্গোই-তুরেল্— ইশোক, কোক্চাই, লমাংদোং-খুন্নৌ, ময়াং-ইম্ফাল্ ফাওবা-থুংনা মরেং -থোল্লবা কৈজাউদুনা খুঙ্গংগী মীওই-কয়া, শা-যণ্ কয়া-কয়াগী পুন্সি য়াথোং-লোল্লক্রবদা, লৈবাক-পুঙজাউ-থীন ইনিংথৌনা খুঞ্জা-মীয়াম্বু কৈবল্-চল্হন্খিবা। থাবল্-ফরবা অহীং, খুঙ্গং-মীয়াম্ন পল্লোন্-তরেৎ, থাউমৈগ-থাউমৈগা থাঙগ-তাগা, অহীং-মিশেল-খাঙনদুনা কোয়শীল্লক্খিবা শা-দু , নোংঙাল্লগা নুমিৎনা ব্বাতোল্-লোম্নক্পা, পণ্ডীৎ-লোয়শঙগী ফম্নাইবা-শ্রীহঞ্জবম্ ব্রজমমি শর্ম্ম (বিষ্ণু-ঠাকুরগী সেবারী) মাগী পাইরক্কী লৌশিং অমনা মিংশেল-খাল্লগা চরোৎ-শীংনাং মরক্ত কুল্লীবা শাদুদা কাপ্শীল্লুবা, খুদুপ্ নিপান্-মখায় শাংলবা কৈদু ঙাওন-ফৈন-ঙংদুনা চোংখৎলক্পা— খুদোংদু-লৌদুনা ইনিংথৌনা নোংমৈ-কাপ্খিবা। শোক্রবা-কৈদু নারক-মোংশোং অমদা তাশিন্খিবদগী— শ্রীতোঞ্জাউদা ইনিংথৌনা শিন্নবীখিবা শাগী অশি-অচঙগী পাউ খঙলুনবা। খুত্ত তা-চুঙ্গোয়, খ্বাঙদা পিস্টোল— অশোক্পা-শাগী তমথীবা মশকপুসু খঙঙু, মবুক নিংকোক্-নিংকোক্তী তৌ,— ইনিংথৌগী-ময়াথংনি য়াথং লৈখা-তাহৈদে লুম্ন-খন্, থৌনা-ফনা হোৎচিল্লুবা। মদুম্ তমথীরবা-লাইগী শায়োন্-পুরবা শাদু, জপান্-লান্গী বম্না চীংদগী হাইথরক্লগা লৈরক্খিবনি হায়বগী ব্বারী লৈরম্মী।

চীংমী-ইচীন্-ইনাওশিংগা মবুক্-লোয়না নুংশি-মরী শেম্ঙম্মী হায়দুনা চীংশালাকপা-ফম্থোন্সু কাঙম্খিয়ে। উখ্রুল্, ফুংয়ার, চন্দ্রদ, কাম্জোং— চীংগী লম্শিংদা এগ্রিকল্চরেল্-ফার্ম কয়া লিংখৎনবগী থৌদাং— ফুটবল্-গ্রাউণ্ড কয়া-শেম্দুনা শান্নবগী মচাক্-মথুম্ কযা পীবিরম্খিবা— শিমলা-ষ্টেৎতগী শেম্, হৈখা, নাসপতি, তরবুজ হাও-থবী পুন্নমকসি চেন্-চেন্দুনা মণিপুরগী লৈবাক্-লৈহাওদা চুশীল্হন্খিবা— সনখ্বা-য়ায়মা পিবি সিং (মহারাজকুমার প্রিয়বর্ত্ত) গা লোয়ননা চিনাদগী অয়েক্-ঙা পুরক্খিনবগী থৌদাং— কৌব্রু-লাইফম্লেন, চীঙ্গোয়-বারুনীগী ফুড়া-মাগুব কয়া কৎখিবা-হাক্তক্তসু শঙ্গাব-ফাওবগী মায়পুনবা-থৌ পুবিরকই। খুরাই মায়কৈগী "উত্তরায়ন-ঠিয়েটর" অহল্ ইবুংঙোগী দান্নি।

ইনিংথৌগী অচান্বা-খাউবুনাই শ্রীসিংহ, ইনিংথৌ-মহারাজনা অতম্না-চৎখিবা "শিলং -খোঙচৎ" অদুদ-ফাওবসু চীখরম্দ্রে। খুরাই-পানাদগী তোমথীন্-ওইনা খামেন্-চৎপা, রেশম্-ফুরীৎ, কোক্থোন্-কোয়েৎ, খুজি-তান্, লমথাং-খুল্লক, হীদাকফু-পুংফান্, মথবাক্ত পিথ্রাইগী-মেডল্— মদুম্ দোলাই-ফৈন-তোং, কুমজা-খুদিং স্না-কোংনুংগীনা লমজঙ, পুরৈরোম্ব-খোংনাখোঙদা ক্বাক্-তান্বা হেক্-হেক্ য়াওজরক্খিবা নিংথৌ-মনাই-অচান্বা— য়ুম্বান্-মথোঙ-চাখীদবা ব্বায়োং-মথোঙ-ছক্খীদবখক্তনা, পুন্সি-তংখায়-চল্লক্পদগী নৌন-য়ুন্নিং-খুল্লিংদুনা পান্নাউ-শিংনাউ তাজরম্মী হায়ববু ওল্ছোক্ল পিদোন্-মশক্ লৌ চাম্ম-তান্খৎপা

হোৎনজরম্মী। মীওইবগী মরায়না-চায়থরক্লবা কয়া পুক্লিং-নুংশিনিংঙাই-মশক্লো! পেন্সন্-মচা অমখক্ল ইমুং পুনজরম্মী।

মীতৈগী অশেংবা-শক্ নাতোন্-নমতক্, মীৎপান্-খুরপ্, কুলৈ-কুচুদা ফুম্লেননা তীঙ-য়াঙ-চুম্ব, ঙাঙ-শক্পদা মী-খোন্ন চীং-লেম্ব চাম্বগী-অহন্দু ইন্দ্রি-পূম্বগী মথৌ লেপ্লম্দ্রি, মচু লংলি।

নোংমা-তাক্পীখি— "ইয়ু, ইপা-হাযগে....।

চীংনা-কোয়না-পন্শাবা,

লাই-খুদেং শাবা-লম—

পেনা-শৈহেক্কী য়াকায়ফম্,

লাইনিংথৌ-লাইরেম্বীগী শৈদিন্নফম্—

কৌব্রুনা লেম্ফ্-ওই,

কংলানা খোয়দৌ-শক্,

থাংজিং-লাইনা হক্কী-থোঙ-ওইরিবী—

ইীক্কুবী-য়াইকুবী,

অরাই-তত্তবী,

অরোং-কংদবী ইমানি, হো-ইমানে!"

*　　*　　*

ঙসিদগী চহী কুম্ভ্রামাথোই মমাঙগী মঙনি শাগৎচখিবা। আদি-গুরু অমত্তং পঞ্জরবদি, নোংমা দর্শন্-ফংজরুবদো— লৈম-শীজগী হৈকোল-লৈকোন্নুং, কয়াদ-ময়েক-শেংনা লংলবা নুপী-ওইবীগী মুর্তি, মোন্দুম্-মোন্তেক-থক্লুদা ফুদোংল-সনাগুম্ মঙাল্-নাইরবী, লৈরাংগী-লৈনম্তনা তাইবং-শাৎনা শুম্হৎলিবী— মজাইবেম্ম-স্না শ্রীমতী মহাবাজ কুমারী বিনোদিনী দেবী। গুরুমক্কী শক্তম্ লাঙখৎচ শুক্ল-বন্ ময়ায়দা, তম্জরক্খিবা শা-লান্গী বিদ্যা, গুরুবু নোংমগী আহুতি-কৎচ। তাক্পীখিবা লৈ— "নশা অঙাং ওইবি,.. হোৎনখো! য়াম্ন নৌরি, ব্রাকোই-য়াওহন্গনু শোইদৎলু।" কয়া মমল্-য়াম্লবা গুরু-আজ্ঞা! ঙসি অপঙবা-মচানা খঞ্জরি, হিমুক্ চাউরম্বদগী চন্দোঞ্জেম্মুক্ত-মচাউরে। ম্যেন্যুস্ক্রিপ্ট্ অসিমদা মশীং-খঙদ্রে শেম্দোক্-শাদোক্খিবা। খঙজবদবু-ঙমদ্রে, চন্দোঞ্জেনা মীতৈগী নাতোন্ হোগয়রম্মী।

লাইরিক্-মচাসি ফোঙনবা হোৎনবদা "মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল্" গী থৌবুরেল্শিং— মরুওইনা শ্রীদোনেশ্বর কোন্সম, শ্রী ডা. খোল্চন্দ্র অথোক্পম্গী লম্মন্-তোনশিঞ্জরে। ইনাও-ইবুঙো শ্রীনিশীকান্ত শর্ম্মগী দান্সু কাউজরোই। সোসাইটিগী মরুপ-মপাং পূম্বগী পুক্চেল-চাউববু থাগৎচরি। পদ্ম-প্রিন্টর্স কী ইচীন-ইনাও ময়াম্বসু শীংথাজবি।

লাইবিক্কী-চেখুম্ ওইবিবী ইবেম্ম-মেধা, লৈকায-ইনাওশিং অমগী অঙাং, ফিল্ম-সংসাবদা নৌনা মচীন্-তুম্খংলক্রিবী ইচাশিংনি। ইচাগী-লাইবক্ত নম্নীবা চন্দোল্, মতা-ফববা নাতোন্গী-শিডী— চন্দোঙ্গে অদুমওং মীতৈ য়ুম্থোঙ খুদিংমক্কী ইচল্-ইচেশিংগী স্না-খুত্ত শিন্নজবি।

খুবাই হৈগ্রুমখোং অইবা

তাং ৮।১২।২০০১

ইপাগী লাঙ্গোল্-য়োৎলম্দা
হুন্থিবা মরুনি নীংতম্বগী,
ইমাগী নাউশুম্- ঈশৈনা
হাপখিবনি নাৱাগী শৈরোল্,
তাবুনুংগী ফিরোয়-ফিঙাম্শিং
ফৌদোকচরি "কোরৌ" মঙালদা।

## অমা ○

"থোঙসি হাংদ্রিবাও...!"

ধং-ধং থীল্লি।

"হাংদ্রিবনে-সে.. ।"

হাংদে, পাউখুম্ লাক্তে।

"হৈমা, ইবেম্ম... বীনাশখি!"

"ইনে ..!"

"নত্তে, সিবু মীন-তৌনদ থবক্তা হায়বা . হাংদ্রিরো!"

"ইনে, ঐ ঙম্মোইকো . ঐ হূ চাগনি।"

"ফৈ-ফৈ, ফৈয়ে-ফৈয়ে..। ননে-ঐ অমা লৈরি হায়বসিদি নঙ কাউখ্রোকো-নঙ। মতুংসিদা, য়ুম্সিগী মনুঙদদদি খোঙ্গুল্-তাখ্ররোইকো,... হে-শৈত...।"

"ইনে ।"

"কৌবিবক্কনু . হৌজিক্ ঐবু ইনে কৌবিরনবা কনাসু লৈতে।"

"ইনে, ঐ য়ুম্ পাল্লোই।"

"মদুবু হেক্ যাব্র হায়বনি,... থোঙসি হাংদ্রিবো.. ।"

হাংঙে, থোঙদু তপ্ন হাংদোরক্লে। মনেসিগী মাঙদা মমৌনুপীদু মক-লুক্থ লেপ্লক্লে।

"লাক্ওনে নঙবো,... নফিদু অমত্ত হোংদোক্অরাউ হায়বনি. ।"

"ইনে, .. ঐ লাইবিক্ তম্খিনি .., ঐ ঙম্মোই।"

নুমিত্তু মানা ঙম্দুনা শক্ উৎখিদ্রে। নুমিদাংদু মমানা কয়া ঙাঙ-শক্ই, থেম্মী। মসিমসু খঙহন্খি, "ব্বা লোইনখ্রবনি,... জ্ঞান্-তাউকো ইবেম্ম!"

মমাদুসু অদুক ব্বাখঙদবী মমাদি নত্তে; লৈশারিঙৈ "তম্পাক্লৈমা" হায়দুনা মমিং শেগাক্-কায়রক্লিবনি। নুমিদাং কোয়বা-লাক্পা পাখংশিংগী ফিদা থাননবা মফম্ লৈখিদবনি। মদুম্ অপাম্-নুংশি মমুৎ-শেংনা খঙলকপী মানা মচানুপীগী মবুক্ত লোম্ন-থুপ্ন করি লৈবগে

হায়বদু খল্লুদবা ঙম্‌গদ্র? মহাক্ নুপী-ওইবীগী থম্মোয় মশক মুন্ন খঙবী মমানি।

অদুনা অঙাং-মশেন্ খঙন-চান্নজ লৈ-লাক্‌প্র হায়না মচাগী লুনা তিন্নজবী মমান্নবী ইঙেল্লৈদা হংজরম্বদু, ওইবা য়াবা শহুম্-শামিন্ অমত্ত ফংবা ঙম্‌দ্রবসু, ৱাহৈ অমদি থেৎলক্লে— নোংমা শহরদগী শগোল্-তোংদুনা লাক্‌খিবা অনিদো।

মমাদু হন্‌খিবগা মচানুপী অমুক্ য়ৌরক্লে। লৈশাবী অনিসিদি ঙাইহাক্ত থাদোক্লদে। অমগী অৱাবা অমদা পোখোক্‌নৈ, অমনা চারগা অমনা থল্লী।

ইঙেল্লৈনা চপ্‌খৎলক্লে, "য়ানিংদ্রিদুই' মরম হায়য়ু,...। মরম অমদি লৈফম্ থোক্‌ই...।"

মবুক্ অমুক্ ফাবীরক্লে, "নুপাদু য়াম্' ফৈ-হায়'তায়..., মশা আই. এ. নি. ., সরকারগী নোকরী 'মসু...।"

"হৈমা-হৈমা, ইঙেন্. .!"

"কৈনো?"

"য়েংঙু. . উদরা?"

"করিবুনো,... কৈনো-বা?" ইঙেল্লৈ মাগী মতৌদুদা ইঙক্-ঙক্ল হংলক্‌খিবনি।

ইংখোল্‌গী চীথেক্ত কুরাও-পাম্বী অমা। মনাক্তনা নাগেশ্বর পাম্বী, মপাল্‌না ইঙৌ-ইঙৌ-ঙৌ। কুরাওদা তোংলম্ব উচেক্ অনিখক্ত লৈ-পাম্বীদুদা পাইশিন্‌খ্রে।

"নাগেশ্বর পাম্বীসিদা খোইনিং মকোল্ শারিব্রাও?"

ইঙেল্লৈদু ওম্থোক্ল ৱানা নোক্লিংবা ফারে।

হায়রক্‌ই, "উম্, শারি-শারি...। মরূম্‌সু কোক্লি,... মরূম্-কোন্' য়াওবিরুগেরাও?"

"চরোদ,... হিংচাবীসিদি।" ইঙেল্লৈদু শিথ-শিথ নোক্লম্বদগী মখা তারক্লিবা ৱাদুদা মমীৎ শুন্দ্রংদা য়েংলক্লে, "ঐনা খনব'মা লৈ ইঙেন্,... খন্‌ব-অমা লৈরি...।"

"করি খল্লীবনো, মদু হায়য়ো... মদু হায়য়োবা।"

"ঐ,.. ঐ হৈশিংলবা চিত্রকার অমা ওইনিংলি...। ওইনিংব নত্তে, শোয়দনমক্‌সু ওইগে খল্লীবনি।"

মখা তারক্‌ই— "মখোয়গী হৈ-শিংলবা খুৎনা টুরি পায়বদু অমুক্তং য়েংনিংই। ...ঐসু মতৌ তম্নিংই,.. মখোয়না লাই অমবু করম্ মপুঙ-ফানা য়েক্‌খিবগে।"

"মখোয় হায়দি কনানিনা...?" চোইরোল্ ওইনা থোক্‌লুরবসু অফক্লাই-চুরবী অসিনা ৱাহং অদুবুদি ইচঙ-থৌন হংবা ঙম্‌জখি, "মখোয় হায়বদি...?"

ৱাহংদুগী পাউখুম্‌দি ফংখিদে।

"ঐনা মুর্তি অমা ভাব্‌না লাক্‌শীঞ্জ য়েকপা হৌখি...। হৌজিক্‌সু মচু-মমেন্ কয়া তৈবা হোৎনরিবনি। অদুবু,... ঐগী খুৎসিদগী টুরি মুন্‌খ্রে ইঙেন্...।"

চান্নমক্ক মমান্নবীদুবু কোন্, বৃন্দা মখোন্-থোক্ক কপ্পক্লে। ভাব্-মেন্ ইতা-তাজদ্রবসু ইঙেন্গী মীৎলুদসু পিরাং ইহৌরক্লবনি। তপ্প হৌগৎখিদুনা মখোঙ থাংবা হৌখ্রিবীদুবু য়েং, ঙসি কপ্প ঙম্খ্রিবদুগী লংলা-লংজিন্ ফাক্পা হোৎনৈ, ফংবা কৌবদি লৈখিদ্রে।

বৃন্দা, বৃন্দাশখী! মমাদুনা বৃন্দা-দেবীবু চেৎনা নিঙজবদগী তাঙনা ফংজখিবা মচা। মথক্ত অমা শাৎতে, মখাদা অমা পোম্দ্রে।

* * *

খুঙ্গংমক্ ওইরবসু ইবোহল্ বাবুগী যুম্লৈ-কৈরৈ অতাঙবনি। মপা-মপুদি কোনুংগী ফম্নাইরক্ই। নিংথৌ-শাসন্ লোইখিদুনা মণিপুরদা গণতন্ত্র লাক্লে। টেরিটোরী অমা ওইনা ভারতকী ফীবাম্নুংদা চক্লে। মতম্দু ফাওবা মবুধৌ অমদি শ্রীশ্রীগোবিন্দজিউগী সেবারী অমা ওইনা পণ্ডিৎ লোয়শঙদা খামেন্-চৎপা থোন মশক্ নাইবা ফম্নাইবা অমা ওইরক্ই। মসি মণিপুরদা অকোন্বা বোম্ তাখ্রবা মতুংগী ৱানি।

ইবোহল ইম্ফাল্গী জোন্ষ্টোন্ স্কুল্দগী মেট্রিক্ লাল্লগা, মীরম্দা লৈদুনা গুৱাহাতি যুনিবর্সিটিদগী আই. এ. লোইরগা থোরক্লে। মপানা হায়, "ইচা হায়'বু নখোয় অনিদনি...। ইপাদি ঙসি-হয়েংসু খঙদ্রে...। নচে অসিসু থাজ-য়োঞ্জ মতম্ হেল্লঅবনিদো...। নঙবু মখা তম্থখিগে খল্লীব্রনে ইবোহল্?"

চৎ-না অসুম্ নাবম্বদগী মপাইবুংঙো পোপ্-তুনা নাবা হাযবদু নারম্মে। মীওইবগী শোল্লক্-নারক্লগা মচা-মশুবু মনাক্তগী খক হেন্দোক্হন্নিংদে।

মপাগী ইহুল্ খঙলদুনা মসুম্ হাযজবক্লে, "পাবুংগীদমক্ নচা হিংলিবনি...।"

মচে থাজখ্রে অওঙ-অউন চাউনা তম্। শাগৈ-জাৎ ৱাংই। খুৎ লিংই। নুপাদু লোন্ন-লোন্ন যু খর-খরদি থক্ই।

চঙ-চঙ পিবা অসিগীসু মৌ থিবা হৌরে। খ্বাই-য়াইস্কুল্ পানা মরিদা শেগাক্-কায়না শক্ত-চুদ লমচত্ত-ব্যবহারদা মমিং লৈবিবী তম্পাক্লৈমগা ৱাইথুংনজরে। মচা অনিগী মথৌ-মঙম্ লোইরম্লগা মপাইবুংঙো সংসারদগী বিদাই লৌখ্রে।

মপা-মপুগী লাইখন্-তাবা কা তরুক্কী য়ুম্জাউ অসি মবুধৌ-পুরেল্শিংগী হাক্তক্তগী লৈনরক্লবা শঙলেন্নী। উরেপ্-তল্লিবা য়ুম্গী উখোঙ অমমম্দুদি মশা-মউ ফৱবা মখোয় নুপা মঙা-তরুক্ক পুব-থাংবদা খজিক্ ৱানা থোক্লগদবনি। খাংঙেন্-খাংঙবু লোয়শিংদুদি করি অমুক্ হায়রুরগনি; উ-বিম্ অমমম্ থাঙ্গত্তুনা থল্লিবগুম্ থোক্লে। ম্থক্ কুপ্লিবা মনাদুসু তুম্নৌ-নায়াৎপীনা খুদূপ্ অনি-অহুম্ থা-না কূপ্খিদুনা মীরোল্ অনি-অহুম্দি ফে-লাউগদবসু লৈতে। লৌ-মরাক্ অমমুক্কী অগুাজ্দা পাক্-চাউনা তাম্ন উখ্রবা ইংখোল্সিগী অকোয়বদু শনৈবী-ৱাপল্ অমসুং মনা-পূঙবা উপাল্ কয়ানা মতম্ চুপ্পদা শংদুনতা লৈহল্লী। ইংখোল্গী

মতম-য়েং য়ুম্ফ ম-চানা শাথ্রবা য়ুম্জাও অসিগী মখা-থংবদা (মখা-শঙ্গোয়-মফম) মথোল্ অনিগী হৌগৎখিবসি; নিংথিববা ফুরা অমগী ফজববু হৈশিংলবা খুৎ-হৈবা কনাগী হক্পা য়েক্পনা ময়েক্ লাহন্বগুম্; বুনা অমসুং চেরৈ-পাম্বীনা য়েৎন-য়েৎন য়ুম্থক্ ফাওবা হাইগৎখ্রিবদুনা য়ুম্সিদি অয়েক্পা চিত্রবট্কা পাংখক্ ওইরে। টাটা-টিম্ন মথক্ কুপ্প মমাঙ্-শঙ্গোয় অসিগী য়ুম্বীশিং হক্-খোত্তুনা রং-পং নাম্ন তৈ। ময়ুংদা ফুট্-হুম্ফু শাংলিবা শঙ্গোয় অসিগী লৈমাযদুদি ষ্টর তৌদে, দাডী অকোয়বদু নত্তুনা। লৈবাক্-লৈশেংদা মি তাগদগুম্ উরিবা ফম্বাক্ অসিদি লৈকায়-খুন্গী কাংশঙনি, চাক্চা-হৈজানফম্নি। ফক্লাং অকোয়বদুদি— ফক্লাং অকোয়বসিনা ঙাক্লীবা মফম্দুদি হিন্দু-মৈতৈ খৃষ্টান্-মুস্লিম্ অপুম্বগী তীর্থস্থান্ অমগুম্খ্রে। ফ্রেম্ চন্-চন্দুনা থেৎলিবা পাক্ল-পাক্লবা অয়েক্পা লাইশিং (ওইল্ পেন্টিং) অসিনা তীর্থ অসিগী অশেংবা মশক্ তাক্লী। লম্-লম্তুপ্ অমমম্ন শ্রীরামচন্দ্রগীনি। অদুগুম্ব লম্-লম্তুপ্ অমমম্ন শ্রীকৃষ্ণগী। ফক্লাংগী কাখন্ অমমম্ন খম্ব-থোইবীগী। কাতুপ্ অমমম্ন মীতৈ-পুয়া মৈ থাখিবগী। চহী তবেৎ খুন্তাক্খিবগী, নুপী-লান্গী। লৈবাক মীয়াম্-প্রজাশিংগী য়াইফম্নবগীদমক থরায়না-পোম্থা-কৎঙম্খিবী যাইরিপোক্ নিংঙোল্ থম্বাল্নুগী। অয়েক্পা শক্তমশিং অদুনা মসুক্-য়াম্ন পুক্লিং চিংশিল্হল্লম্মী মদুদি থরায-পাল্লিবা অমমম্গুম্ মীত্ত শং-শং উহল্লে।

শ্রীরামচন্দ্র প্রভু চহী ১৪ বন্বাস চৎলি। হনুমান্ শ্রীঠাকুবনা মথবাক্ শেগাযদুনা মশাগী মশক্ তাক্লি। শবেবী লাইবক্-চাউবী, মবুংঙোগী সেবা অঙক্পা মওং অমদা তৌজবি।

অঙাং-ওইবিবা কৃষ্ণ শঙ্গোম্ হুবান্দুনা চাবি গোপ-শাখাশিংগা। যশোদা-রানীনা মচাবু শুম্বন্দ পুন্দুনা দণ্ডী পীরি। ঘাট্তা শান্নজরিবা মচাগী য়ানুংদা মমা-ইবেম্মনা জগৎ-ব্রহ্মাণ্ড উবা ফংজবি।

রন্বীর অসিগী রথ-চাকা পৃথী-মালেম্না ফাবি। মপু-মনাইনা পাঞ্চজন্য খোংগত্তুনা, গাণ্ডীব লিরী চিংলি। মবুধৌ-ভীষ্ম তেন্গী শয্যাদা চেপ্লি, কুরুক্ষেত্রগী লান্ যেংলি।

লোক্তাক্ ইশা-মাপন্গী, থাংজি-খুফম্ অমত্তদা; মোইরাং-লৈমা ইবেম্ম, থোইবী কৌবী মহাক্তো, ঙারা-ঙাফা তম্জরি। মৈদিংঙু লোয়ুম্বনা পান্বা সনা-হাক্তক্ —শকাব্দ ৯৯৬।

ইবুধৌ-থাংজিং লাইকোম্নুং, নুরা-পাখং অনিনা, থেক্ল জগোয় কৎচরি; প্রজা-মীয়াম্ চোম্ন-তিন্।

কবোদৈ লোই-কারক্তঙৈ, ওক্লম্মী নোংবান্ কোংয়ান্বা। কবোরাই হৌরে হায়জীন্ন, য়াঙ্গোই-থক্ত খোঙ্নেৎনা, নুংশি মায়কৈ য়েংজরি।

মুক্লা-কাঙজৈ শান্নঙৈ, খৈন-য়েক্থ্রবা পীবুক্ল; পাম্ব-কৈরেল্ য়াচম্নুং, য়াইবী কন্বীথ্রবনি নিংশিংদ; শামু-খোঙদ-য়েৎ, থরায় লৌরগে তেম্শীঙলি।

মৈদিংঙু-পাম্‌হৈবনা মশাগী ধর্ম্ম থাদোক্তুনা রমান্দী-ধর্ম্মদা দীক্ষা লৌরি। কংলা উত্রা মমাঙদা মীয়াম্ চোন্ন-তিন্ মীতৈ-পুয়া মৈ থারী। নুপা খর শেল্-ৱাকোংলিবসি নিংথৌগী চৈরাক্লি— রমান্দী ধর্ম্মদগী পর্মানন্দ ধর্ম্ম চঙলক্‌পা মতম্। —শকাব্দ ১৬৬১, শগোল্‌শেন্।

নুপা-নহা কয়া মখুত্ত য়াইরীনা লেং, নুপী-অঙাং কয়ানা মোরোক্ মৈ থাদুনা লাক্লরি, —শকাব্দ ১৭৪১।

বৃটিশ লান্মীশিংগী নোংমৈ-শঙ্গীন্ মমাঙদা মৈতৈ-নুপীশিংনা লাউ-খোংলি; মমাঙদনা মপোৎ থন্ন হাপ্লবা ষন্-গাড়ীশিং। —শকাব্দ ১৮৬১।

লৈশাংখোং-থিংঙেল্ থিংননবগীদমক্, লৈবাক-মীয়াম্‌গী অৱা-হুইরোং য়ানলবা লৈশাৰী অমনা ঈশিং ঈপাক্ত মপুক্সি পিখম্লরি। নিংথৌগী অঙম-অথৌ ফম্লাইবশিংগী মাঙদা, লুখ্রা মমা-মচানা য়াংদৌ-তীম্ব্লোক্ চোংগুম্ চোংলি, —শকাব্দ ১৭৫১।

অঙক্‌পা ফংলবা অথোইবা তীর্থ অসিগী অশেংবা মশক্তী ৱাথলি। কারবলাগী লান্‌ফম্‌দা চরাম্-চদৎননা, ৱানা মপুক্সি লোইখ্রবা অথৌবশিংবু নিংশিংদুনা মৌল্‌বীশিংনা কোরান্-শরীফ্ পারি, মোক্সতা।

কাখন্ অমদনা, মীওইবা হায়বা জাতি অসিগীদমক্ প্রভু যীশুনা ক্রোস্‌তা থৱায় থারী তিংখংগী লুহুপ্ উপ্তুনা।

* * *

খোইনিং অনিখক্‌পু উরুবা, মশাদা অঙাওলাই-চুখিবা অঙাংদু পুথ্রী-ছীড়াদুদা ফম্মরে।

মফম্‌সি মাগীদি অৱা-পোত্থাজফম্লী। চরাং-ইশংনা খুরক্-হাঙ্‌দবা, মচী-মচীদা অশংবা থরো, কংগ্রাইবী-লোংখজিংনা লেঙ্-লেঙ্, ঙাখা-ইরাংঙানা জ্রৌ-জ্রৌ, ময়ূর মতোন্দ তোংলিবা পিথাইগী ঙারাক্‌পী, চারোল্ য়াম্লবনি মহাক্লা পুখ্রীসিবু ঙাক্লিবা।

মখুত্তগী তেম্‌পাক্-লৈতুম্‌দু ঈপাক্তা লংথখ্রে। ঈশিংনা ইপোম্ হৌরিবদু য়েং ৱাখল্‌না শুন্দ্রং অমদা তাউরক্রে।...

"সে,... সি পীরম্মী!"

মচীন্দ-শোল্লি, "হুং, পাঙ্‌দব... নুপা-মান্দবা।"

মমীত্ত উরক্রে, নুমিত্তুগী অকিবা ফংলবা মৈ। য়ুম্‌থংনবগীদা য়ুম্-মৈ চাক্রে। মফাং-মফাং মৈবায়রক্তুনা উপদ্রপ্ অমা থোক্রে। মৈ কন্ননবা ঈশিং লৈতে। পুখ্রী-খোংবান্ অয়াম্ব লৈক্রক্ চৎখ্রে, কুম্ কাংলবনি।

## অনি ৩

ঊগী মথক্-মখা শাবা যুম্নি, মৈজাউ-হৌনা চাক্লি। মৈগী মৈরীনা নোংদোল্দা লাউনা-খোংনা হাইগৎখ্রি।

অহিং ময়ায চল্লক্পা, "য়ুম্-মৈ-চাক্লে" "লৈকায়-লৈকায় য়ুম্-মৈ চাক্লে" হায়বা থগৎ-মিপাই খোল্লাউনা নিন্খিবনি। খুল্লোন্নবা খা-ৱাংগী মীয়াম্ ফাওবা হূপ্ন চেন্নবক্লিবা খগৎ-মিপাইনরবা খুঞ্জা-মীয়াম্দু করিদি উপায় লৈ; মৈচাক্-ফন-চাক্লিবা মৈদুবু ইকোয় কোযন লেপ্ য়েংদুনা লৈবা নত্তনা।

খঙহৌদনা, মীযাম্ মরক্তুদা নুপী অমা খারৌ-লাইরৌ চেল্লক্লে। মচীন্দনা অকিবগী মশক ফংলবা তুজুংনিংঙাই ওইরবা খোল্লাউ অমা তারি—

"হো, কনা-কনানো.. ইচাবু কন্বিয়ো,...ইচা মৈনুংদা লৈরে ..। ইচাবু কন্বিযো,. ইচা শিব-তাখ্রে .। হো-ইমাগী-ইবেম্ম,...হো ..হো ..হো. .!"

ইবোহল্-মপা-মচাসু মৈ কন্বা চেন্নবক্লিবা মীয়াম্ মরক্তুদা য়াওরল্লী। বৃন্দা মফি-কৌতক্-শেৎ, খ্বাঙজেৎ কন্ন-লাক্, মশম্-শময়াম্দু লৈখত্তুনা পুন্ মীযাম্-মরক্ খায়, খুত্তুম্ শীংন তক্শি-শোল্লক্লে।

দৃইটল্লা মথক্তুদা অঙাংদু মৈরীনা য়োম্শীন্দুনা কপ্লী। তঞ্জাদুদা কনানো, কনানোনে? কনানো নুপা অমা নোংথাংমুক-য়াঙনা পাইশিন্খিদুনা, মৈশা-মৈরীদু ফাওদোক্ মীকূপ্পদা অঙাংদুগী মনাক্ য়ৌখ্রে। অঙাংদুবু ফৈবম্লনা থাঙ্গৎ, য়ুম্থক্ অদুদগী হেক্মক্-মচোংথরক্লবনি।

অঙাং কল্লে। নুপাসিগী হক্চাংগী শরুক্ খরদি মৈরীনা ৱায়খ্রবনি। মখোঙ য়েৎ অদুসু ফুক্তুনা থাংবা ইয়া-ময়াদ্রে।

অশোক্পদুগী অহান্বা-লায়েং ইবোহল্-বাবুনা ময়ুম্-মক্তদা পুশিন্দুনা লায়কন্নরক্ই। মহাক্ খুল্-অহুম্গী চৌদার (চৌকিদার) নি।

লৈবাক্কী অৱা-অনা খুদোংথীবা তারক্লবদা মখুত্ত থাঙশাং পায়খিবী মহাক্; অশোক্-

অপন্ য়াওরক্লবদনা পলেম্-মমাগী শায়োন্ লৌরক্লে। অশোক্পদুবু মখুৎমরু অনা-সেবা তৌরগে হোৎচীল্লক্পা, শ্বাই-লাউখ্রে বৃন্দা।

কনা, কনাদি ওইরম্লবা?

নাপল্ চাউনা মী উশীৎখিদ্রবা, অশাউবনা মাঙওইনবা, অঙাং ওইরিঙৈদগী মায়-চান্নরক্রবা মরুপ্ অদু ওইরম্লে, গোবিগু।

তহা-তহা লশিং-খুবাম্ অমা পায়, শুনু-ইরুদুদা লুপ্তুনা অশোক্পা মফম্‌শিংদ্ তপ্-তপ্ নপ্তুনা চাম্ব হৌরক্পা, লিংজেল্-খারবা মরুপ্তুগী মীৎলুদা ইরা, য়াথক্-য়াখা ত্রুক্-চীক্, মশা-পূম্ব হুমাংনা পুম্লুপ; মদুম্ চৈনা-খাঙলম্ব নহাদু হীদাক্কী ময়ায়নবা, অনা-সেবা তৌরিবা মাগী মগুণ্নরা; শ্বর থিংদুনা লৈরম্বদু হোম্ববক্নুনা জ্ঞান্ খজিক্ তারক্লে।

ফৈগল্ মথক্তুদি কাথেক্তুনা উন্শা হাইগৎলে। লাইবক্ লুমাঙগী শরুক্ খরসু ফিভম্‌দু ওইরবনি।

মোলোম্‌দু তৈবা হৌরক্পা, নৌনা মশাদা অনাবা খাঙবগী ইহুন্ অমা ফাওরক্পদুদদি, সেবা তৌরিবী নুপী অসি মখা-তানা ৱা ঙাঙদবা মুর্তি ওইবা যারক্রে।

হায়রক্ই, "নাব্র...?"

খুম্‌দে।

"খাঙগু,. মরাই'-ফজনি।"

পাউখুম্ ফংদে।

"ঐ চপ-চানা খঙই, .. হীরো শারুবনি।"

ৱাদুবু নুংশিদদুন-মক্ হায়রুরিব্র নত্রগা, মখা তারক্খিবা যাই— "হীরো শারুবনি" হাযবা ৱাদুবুদি কক্লুবা য়াদ্রে। মখা তারক্লে, "থৱায়-গ পাম্মুদ্র'ম্নিনে, . থৱাযগীসু খর খন্‌বদি ফৈ. .। হৌজিক্তী মৈশা লাংনরেদো।"

খঙলে, ৱাহৈদু নুংশিদবা-পেন্নবগী ৱাদি ইনৎ-নত্রে। কনাগুম্বী মমা ওইবী অমনা মচা লম্‌হেন্‌বা অমগী মথোঙ-হুক্তবা থবক্-থৌদৌবু নিন্দা তৌরুবনি, অদুগুম্বী মমাদুনা মবুক্তদি মচাগী মথৌনা-মবিংজেল্‌গীদমক নাপল্ কাজখিদবদি নত্তবা।

থৱাযবু যান্নমক্ পাম্মুজবা নহা-পাখং মখোয় তরা-কুন্ন কোয়শীন্দুনা য়েংনরম্বনি অনাবা সেবাদু।

অশোক্পদুদগী করিগুম্ব পাউখুম্ অমদি ফংখিদে, মচীন্‌বান্ ময়ানা চীক্, মমী... খা-ন অমুক্তং মীৎচিনা য়েংলম্ব নত্তনা।

সেবাদু লোইরদুনা অশোক্পদু চৎননবা হৌগৎলকপা, শেৎলি-চারিবা ফৈজোমদুদি মৈনা মচেৎ-মচেৎ চাক্থোকখ্রিবদুবু ইবোহল্-বাবুনা উকবে। চৎকে তৌরুবদু মখোঙ ফুকপা

ঙম্‌দনা ওম্বোকপা চৈনা অমা ওইনা বোম্-হাইথগে তৌরক্‌প; নুপা অহুম্-মরিনা কোন্‌খত্তুনা হান্নগুম্ ফক্ মথক্তুদা শাংদোক্‌হল্লে। শরূদা অতেক্-অকায় য়াওরবনি হায়বসিদা থাজবা থম্নরদুনা ডাক্তর-খানা য়ৌরুনবা গাড়ী থৌদোক্লুরে ইবোহল্। মপানা ইঙ্গিৎ অমা তৌরম্বদু— মচানুপীনা ফৈজোম্ অমা পুথোরক্তুনা হোংদোক্‌হন্‌খি।

গোবিগু মপুন্সিগী শোইনাইরবা মী অমা ওইরে। মমানা মপানা চুঙ-ফিরাল্ চানা পোক্লক্‌পা মহাক্, হৌজিক্তী মীমান্নদ্রবা মী অমা হায়বদু ওইরে। ডাক্তরশিংনা থরায় য়াওনা হোৎনজখিবনি অদুবু পূম্নমক্ মপু মাগী ইচ্ছা মখা পোল্লিবনি। অশোক্‌পা মখোঙদু ফৎত্রে হাযবা ৱা-ঙাক্ নত্তে; হান্নগুম্ চেন্‌বা-চোংবদি ময়ারবনি অদুবু চৎপদা শেক্কৌ-শেক্কৌ খজিক্তী মতৌবে। পোইনু-লৌয়েবদা ফৌ-বোরা অনিবু য়েৎ-ওয় য়েপ্তুনা ফৌ-থাঙলম্ব মহাক্ল; হৌজিক্‌সিদা শংবাই অমগী অরূম্ব পুননবা হোৎনবদা শদৌ থোংলে। অরূম্ব পোৎ-চৈ থাংবদদি যাদ্রে। মসিনদি খুঙ্গংগী পুন্সিদা করম্ লেল্লুরগনি? খুঙ্গংগী পুন্সিদি পোৎলূম্ থাংবনি। ফরে, মদুনা মাগী মনানি। মদুনা মাগীদি মহৈ। থারুরবদি মহৈ লোক্‌পা তাববনি, লোক্লে।

অঙাং ওইরিঙৈ থৌদোক্-ৱাথোক্ কযানি। মীদি উশীৎখিদ্রবা, মানা হেক্ ঙম্‌দ্রিফাওবা—

* * *

হি, কবি-কবম্ তৌবা য়োং-য়োংদা জাৎনো?

খুঞ্জীল্‌মক্তদা লৈবিবা কৈথেল্ মচাদুদা মীনা কৃক-কৃক্ লীৎশিন্-লাক্‌শিন্‌ফম্‌গা লৈতে, যোং জগোয় উৎলি। নুপামচা অনিখক্তী মশা-মউ পূমচোৎ-চোৎ, লৈখোম্-লৈনাঙ্ ইতৈ-তৈ, মীগী মক্রাঙ্ লীৎ-লীত্তুনা ফাওগৎলক্লে।

মনাক্ত লেপ্লম্বী মঙাও-থীববী বৃন্দা মখোয অনিবু উরুবদা ৱাম্ব-ৱাম্বনা নোক্লক্লে।

"হৈমা, গোবিন্. . মনি... নবান্নীদি কায়দৈনো?"

খূম্‌দে, জগোয় য়েংলি। মাসু হরাওনা ঙাইহাক্ য়েংলে। মাগী মবুক্ত তপ্‌থদবা অমদি ইরৈ-লৈবে, হায়রক্‌ই—

"স্কুল্ কারক্ত্রুদি কদৌরে. . ? নোয়'-বাগা চীং-চৎ লৈরৱা?"

পাউখুম্ ফংদে, মেক্ লাউদে। খোরি খোৎলি।

নুপীমচা অসিনা নাপল্-চাউরবা চীং-লেম্নবা অঙাং-পাখংসিগী মৱাহৈ অমত্তবু খৌরাংনা ঙাইরক্লে। ভাব্ অমা লাক্‌ই, ঙরাংদু য়ুম্‌থক্ত তেলঙ্গা পাইমিন্নখি। লং ফোয়দৎলি-ফোয়দত্তে হায়দুনা মশম্ ফোয়নখি। অশেংবা ৱাদি, নুপীমচা অসিগী মপানা শহরদগী লৈবিরক্‌পা তেলঙ্গা মমৈগ-মনাগা অমত্ত পান্দবদু অঙাংদুনা ওম্থোক্ল কল্লক্-কঞ্জাওরুরে।

লোম্ন লং থদৎলুরবনি।

থেম্‌জিল্লক্‌ই—

"ই, শাউরিরো...? মান-হান্ন হৌগৈ-হৌবিরঅগ...। ওই, ঙক্‌পীরেদকো।"

"..........."

উপায় লৈতে। অসুক্‌ মনম্‌-কন্‌বা, মসুক্‌ মীফত্ত অসিদা অমুক্‌ হন্ন ৱা ঙাঙলরোই। মমান্নবদুদা ওন্‌শীল্লক্‌ই, "মনি,... ঐনা করি লান্‌খ্রদনা...? হায়য়ুনে,... মানা ঐবু, ৱা ঙাঙদ্রিব কৈগীনো...? মানা লং থদৎলি...। অদুগা, ঐদি থদৎতে করিগী হায়রিবনো...? কোন্দুন্নসু মানা থদৎপনি হায়খিদুনি...। নঙসু তাহৌরিবা নত্র,... নত্রনে?"

মরাল্‌ লৈরবা মীদুগী শংত্রিক্‌-য়েংলিবা মীৎয়েংদুদা, তক্‌খত্তুনা ৱাহং-পাউহংলিবদুবুদি পাক্‌ খুম্ব ঙম্মুদ্রে। অদুবু "উম" হায়বা ইঙ্গিৎ অমদি উৎখ্রে।

শেৎ! খুপ্লাক্‌ মখোল্‌নি। মরুপ্‌ অমনা মরুপ্‌ অমগী মখজাইদা খুপ্লাক্ল থারিবনি। চাবনা মাগী চারগা, ঙাঙ্‌বনা মীগী ঙাঙ্‌ই হায়দুনা গোবিন্ন মনিবু ফুরিবনি।

অদুগা, অদুগদি মীকি-লাইকিদবী নুপা-মরায় অমা হেন্‌বী খোঙ্গ্রাও-শেৎপী নুপীমচাসিনা, মাগী চান্নজরবা মরুপ্‌পু মাগী মাঙ্‌মক্তদা অদুক্‌ নুংশিহৈতনা ফুবিবা; খাঙমদ্‌-চৈনা অমা ওইনা মশাদা ফাওখ্রে। চোংশিন্দুনা নুপাদুগী মঙক্ত চপ, হৌরীবা মশম্‌দু ঙম্ন ফোয়গদবগী হোৎনরুরে। মীয়াম্‌দু য়া, য়োং অনিদু অমন-অমৈ মথক্ত তোংখৎনদুনা কুম্মৈ উৎলক্রে। হেক্‌ থংনবদনা মশা-মউ ফরবা পাখং অনিনা মল্লয়ুধ চত্থরি। ময়াম্‌ চঙদুনা খাম্‌দোক্রে। অমগীনা মমায়দা খুজীন্ন খোৎখ্রে। অমগীনা মখজাইদা য়াখুন্‌ লৈরে। ইশ, কয়া থীনা খৎনরিবনো? ঙম্ন ঈহিং-নাহিং শানরে। হরে-হরে, মসুম্‌ তৌবা হৌনত্র-সে!

তমপাক্‌লৈমা মচাবু কাও-থাগুম্‌-থাবী মমা নত্তে। মখুত্ত ৱাশ-শাজৈ-চিনাইবা অমা পায় মচাবু থিরক্লবনি। অঙাং শেন্নবা মীসু থল্লিবনি; মী অদুমক্‌সু ঙসিগী কুম্মৈ অসিবুদি থক্‌ নাম্বোক্‌হল্লম্‌দরে। মপু-মনাই হৌনদুনা চেল্লক্‌খ্রবনি।

কল্লেদো, মমানা মচাদুবু তান্ন-তান্ন শাজৈনা কল্লক্রে। খোঙজীনে-নাচিনে মমাগী মাঙ্‌-থানা জম্‌-জম্‌ চেল্লে। বৃন্দা চেন্ন-চেন্ন তুং হন্ন-হন্ন অমুক য়েং মমাবু কিখিবমক্তনা চেন্‌খৎলক্রে। মখজাইসু য়াখুন্‌ লৈবমখৈ চীক্‌পীরক্রে।

মচাবু য়েংন-য়েংনা মমাসি পাঞ্জীদুগী মৱাহৈ নৌনা অমুক্‌ নীংশিংলরে, "নচানুপীসিগী মহাক্‌থক্‌...।"

নুমিত্তুদগী মচানুপীসিগী মফমদা অহক্‌পা মীৎয়েং থম্ব হৌখিবনি। অরাপ্পগী মরী-মতা থোক্‌পী নুপী অমবুসু শেন্নবীনবা থম্মবনি। লুখ্রিববু মমান্‌-মমান্নবী নুপীমচাশিংগবু অমত্ত লোয়নদে, মঙাও-থীর-থীরবা নুপামচাশিংগতনি মানা খোয়দানা লোয়ন-তিম্নরিবা।

নোংমনা মমান্নবশিংগা ৱাংলবা মঙ্গে-পাম্বী কারম্মী। অপীক্পা উশা অমদা তোংলগা হৈ-হেক্লম্বী মচাদুবু মমা-ইবেম্মনা মমীৎমক্ল উখিরম্ব থোক্লবা; থোক্হন্নিংদবা থৌদোক্ অমা নংলম্বদি শোয়রম্লোইদবনি।

নোংমা অমনা অয়ুক্তগী চাক্সু চাখিদ্রি; নুমিত্তী পৈথরক্লে; মচাবু থিবদা ফংব-কৌবা লৈত্রেদো।

অনক্পা চীংগী থেন্ অমদা বু-লাং মোংশোং কয়া লৈ। হৈজাম্পেৎ পাম্বীশিংগী মনা মরক্ত অমুন্বা উহৈনা ইঙাঙ্-ইঙাঙ্-ঙাঙ্না পাল্লী। খোমীৎ-কারবা হৈজাম্পেৎ মহৈনা অঙাংশিং অসিগী অরাম্ব লৈখিদ্রে। কয়াদি মনিঙ-তম্ন হেক্ শান্নজরিবা! হৈজাম্পেৎ মহৈনা পাল্লিমখৈ মখোয় চাক্ চাদ্রবসু য়ারগনি।

বু-লাং মরক্তুদগী অঙাং অমনা মসুম্ লাউরক্ই, "বোজেন্... মনি..., ... লাউনহে...! লম্খুনু-মকোন্ শারেনে...। মচা অনিসু ওল্লে।"

কৌরক্লিবা অঙাংশিংদুদি মনাক্ অদুৱাইদা লৈরম্দ্রে। বৃন্দাদু ইনক্-নক্ল হৈজাম্পেৎ হেক্লম্বদগী লাউরক্ই, "গোবিন্, .. ঙাইখো ঙাইখো,...! পায়রুইনুকো... ঐ লাক্লে।"

অঙাংশিংদুসু চেন্নরক্লে।

নুংঙাইরবা কুম্মৈ অমনসু অঙাংশিং অসিনা ময়ুম্-ময়ুম্বদি করম্ নীংশিংলুবগনি? ঙৌরি-মুরিনবা অপীক্-অপীক্পা মশাশিং, চরোৎ-শীঙনাং তৌ-মপান্গী মোন্-মোন্ লাউরবা ফমুং, কোরোক্-কোয়না শারিবা অপীক্পা ময়ুম্; কয়া নুংঙাইনা তূম্লিবনোসে! মখোয় অঙাং মরি-মঙাদু ইকোয়-কোয়না লেপ্, উচেক্ মচা অনিদুবু য়েংলিবনি বু-লাং মরক্তুদা মখুনীং-মখুনীং কাঙ্খৎনদুনা।

নুপীমচাসিনা অঙাং অমদা কোক্-হংজিল্লক্লে, "গোবিন্,... মখোয় কয়াম্-কুইর' পাই ঙম্মক্কনি...?"

ৱাহং অদু লুরম্মী অদুবু মখুৎন পুম্শীন্-হৌবদা ঙায়রিবা উচেক্-মচা অমগী মশা-শাগন্দু খজিক্ থাঙ্গত্তুনা হায়রক্খি, "মশাসিদা অচৌ-অচৌবা মতু পাল্লক্লগা পাই' ঙম্মক্কদৌনি...।"

"কয়াম্ কুইরগ অচৌবা মতু পাল্লক্কনি...?"

হেন্ন-হেন্ন লুরক্লে। খঙবা ঙম্দ্রে পুল্সিসিদা মসুম্, মসুক্ লুর-লুরবা ৱাহং কয়াবু হংদুনা পাউখুম্ পীবা ঙম্দ তোক্লখিগব্র? হৌজিক্মক্কীদি অসুম্-হায়নদা খুন্নক্ই, "হৌরিবা মতু মচা মচাশিং অসিনা, খর-খর অসুম্ চাউখৎলক্কনি...। মদু, নুমিৎ.. নত্তে, থা... নত্তে-নত্তে...। চহী অমা লৈরগা,... অচৌ-অচৌবা মশা পাল্লঅনি...। অদুদগীদি মখোয় অনি পাই' ঙম্মঅনি।"

"চহী অমা...?" বৃন্দা শুক্থননি, "য়াম্' ৱাৎলিনা... থাসু নত্তবা চহী...? ফরে;...অদুদি চহী অম লৈরগ... য়েংব অমুক্ লাক্অশি... ঐদি মখোয়্‌ন পাইবদু য়াম' য়েংনিংই...। গোবিন্-কো, ... কো-মনি, লাক্সি হায়ব-কো...!"

নুমিৎসি থৌরীনা মখোঙ-মখুৎ পুন্, ইমুং-লম্য়ায়দা তাদুনা লৈরে। নুমিত্তী য়ুম্জীন্ তুম্নক্লবনি, চাক্সু পীজদ্রে। থোঙদু "ঘম্" লোনশীল্লম্মগা শো পাল্লী। হায়রম্মী, "কপ্প য়াদে,... লাঙবা য়াদে।"

মাঙ্গোল্ উখোক্তেন্দ-ঙা চৈনা খাঙলক্ই। মনাকোঙদা খোঞ্জেল্দু অমুক্ তারক্লে, "নচানুপী'সিগী মহাক্থক্... নতৈ-ননাও অনিদি...।"

অদুগুম্ব তম্থীরবা মমাওইবীগী কোক্থক্ত বজ্রনা খায়রবগুম্ থোক্লরবা ৱাহৈদুগী মখা তাবদি; মমাসি বৃন্দাদেবী মাবু অত ম্লনা ৱারৌরক্লে। মহাক্তবু অত ম্লনা চৈরক্লে, "উদবৈ-উদবা উহন্বীরম্দ্রবা, ভূৎ অসিনা অহিং নুংথিল্ ওৎলম্লোই...।" ঙাঙ্জ-শাবনি চৈজবা-শাবনি; বৃন্দা-মাবু কোয়দুনা জপ্ তৌরম্ব হান্ন-হান্নদগী শরুক্ অহুম্ হাপ্কত্তুনা ভজন্ শক্লক্লে। ইমা মাগী মপাল্ নাইদ্রবা গুণ্-গান্ শৈথাদুনা পূজা কৎলক্লে।

মপুরোইবদ ফাওবা পাঞ্জীদুগী মৱাহৈদ্ ইফোং-ফোংদোক্লদ্রবনি, ইখঙমক্-খঙহল্লখিদ্রে। মমা-ওইবীগী করম্ব মবুক্লো, মৱা-মপুরোইবদ ফাওবা তান্নজবা পাম্খিদবা মচাগী-ৱা? তম্মুদ্রে খঙহল্লুদ্রে; ইমা মঙোন্দ লোন্ন-লোন্ন তেংথাজখিবা থক্ নত্তনা।

নুমিৎসি অঙাং খম্বন্নবদা মতৈ-মনাও খোল্ খজিক্ কন্নখি। তাবুম্মক্পা মতম্ মপাদু ইম্ফাল্-কারুবদৈ হল্লক্লে। ঠীকা-কণ্ট্রেক্ মচা-মচাসু লৌই, ময়ুম্দা নিংথীনা লৈতে।

য়াচঙলক্পগী ধূপ্-থাউমৈ কত্তুনা বৃন্দাদেবী পূজা তৌরম্ব, মমীৎ পাঙথোরক্পদি মপুরোইবদু মমাঙদা ইৱাং-ৱাংনা লেপ্লম্মী।

হায়রক্ই, "থোঙ শো লোল্লী'সিবু...?"

খুম্লক্ই, "বন্দী অদু নাম্থোক্তুন চেল্লুরে ..। কৈদৌনি; কৈগুম্-শঙদি শো লোন্বসি'ঙায়দনা।"

ফীরৈদগী শো চবুন্দু লৌথোক্তুনা শো হাংলগা থোঙদুবু "গে" হাংদোক্লবা, "ইমাগী-ইবেম্ম" হায়বা মমা-ওইবীগী বিকার-স্বরূপ্ অদুদি, ইঙ-তপ্প মবুক্ লুম্লবা ঈপাক্-ইরেল্সিদি ঈথক্-ইপোম্ হৌনা নোংলৈ-নুংশীৎ মায়োক্নহল্লে।

ইমুং-লম্য়ায়দুদা ইশি-শিন তূম্দুনা লৈরম্মী। স্কুল্ কূম্লক্পগী লাইরিক্ খাউদুনা মনাক্ত। ঙসিদি বন্দী-অঙাং অসি মরাং কায়না শান্নজরুরে। ৱারুরদুনা মোন্-মোন্ লাউরবা অপীক্পা মহুম্সিগী মনুংদা তূম্জরম্লীবনি। হৌদোক্পদু পাক্ল তারম্দ্রে।

থৌরীদু থোক্লবদা তবোপ-তবোপ্প মখোঙ-মখুত্তু দাগ্ফম লৈরে। মপাবু উরক্পদদি,

মমাব্ কিখিবনা খাঙগক্তুনা থম্‌খিবা "হীক্-হীক্" তু লোয়নবদুনা লাউনা-খোংনা মপাব্ কোন্দুনা কপ্‌খৎলক্লে। মপাদি মাগী শান্নরোইহনি; মাগী য়াথংদা চৎলিবা।

নুমিদাংদু চাব-তোক্লগা মপা-মচা ঙস্তানা ফমুং কাখৎখ্রে। হিপ্‌ফম্-কাদুদা মমা চঙলক্‌ই।

"মহে তম্‌হল্লিবনি হায়দুনসু,... অঙাংবু কোয়থা-থাদোক্‌পসি ঐ পাম্মোইদোরি; করি খল্লীবনো ?"

"মতুং-মনাউদিনে,... মসুম্ন-খক্ তৌনুকো !" নুপীগী ৱাদু ইতা-তারুদবগুম্ হায়রক্‌ই, "ঙসিদি.. ঐ য়াম্ নুংঙাইতে...।"

মমাদু শুম্‌হৎ-মীনোক্ অমা লোয়নরক্লে।

"হি, শাউব নেম্‌থবীদ্রিবোইন-কৈনো... ? নঙদরাও নচা নুংশিরিসিবো... ? থৌরীসিদি মফোন্ থোরক্কনি,... তৎখিবা য়ারি। থদৎ-লাক্‌থৎ ঙম্মরোইদবা য়োৎহিলং অমা পাম্মী...। মদু ঐগী খুৎসিদ শিন্নবীগদবা।"

অঙাংসিনা ঙসিদি মমাগী পি উখ্রে। নৌরিবা কোক্ অদুনা ঙসিদি পিদুগী মবোল্ খঙবগুম্ব অমা তৌখ্রে।

নুমিত্তুদগী ময়ুম্‌দা ওঝা থম্মে, স্কুল্ কাহন্দ্রে। কৈশুম্‌শঙগী থোঙ চেৎনা-লোন্, মখোঙদা য়োৎহিলং-ফলাং চন্, বন্দী অদু মাগী মিয়াদ মতম্ ঙাইরক্লে।

মমা-ইবেম্মনা মচাগী মশুং-মমান্নবী কয়া খোম্‌জরুরে— মাইনু শখী মেমচা লৈয়োন্ ভানু ইঙৌঙ্গ্লে। মখোয়গী চান-থক্ৰবা লাঙই, লাইধী শাবি। ফনেক্ লোন্ন-লোন্ন (শমুক্ত) অঙাংশিংদুদা শন্দ্রেম্বী-চাইশ্ৰাগী, হিদিঙ্গা লল্লোন্‌বগী, নিংঙোল্-মৰা চুম্‌চৎকী, উচেক্ লাংমৈদোন্‌গী অসুন্ন ৱারী কয়া-কয়া লীবীদুনা অঙাংশিং অদুগী মবুক্‌সু ফারে। ওঝাবু পূল্লপ্-পূল্লপ্ লাইরিক্ তাক্‌হল্লী। অঙাং খরগী ফিস্ মানা লোন্ন হুল্লী। ওঝাগী খুদোং লাৰৈ-কোন্দ্রনা পুথোক্‌ই। পান-হৈরা শেম্মী। য়াউশং লাক্লম্মী। অঙাংশিং অদুগীসু য়াওনা কৈথেল অচৌবদগী (কোং-কৈথেল্) জয়পুর, ফনেক্ অঙাঙবা-অশংবা লৈবিরক্‌ই।

নোংমদি, নোংমা অমদি ওঝানা নুপামচা মখোয় মরি-মঙাবু অহক্‌পা দণ্ডি পীখ্রে। চেক্‌পল্ খারিবদুগী ৱাংমদা শৈজ্ৰাক্-পাম্বী অমা হৌরি। নুপামচা অমনা উথক্ত কারগা হুইশেল্ খোংলক্লম্মী। মখোয়না মখোয়গী মরুপ্প লোন্ন কৌরিবনি। মশক্-মশা উবা ফংখিদ্রবী মখোয়গী বৃন্দাবু কৌরম্লিবনি।

গেট্‌তু হাংদুনা অঙাং মরি-মঙাদুবু শাজে অমা পায় ঙম্ন হোইজিল্লক্লে ওঝানা।

পণ্ডিৎ-তোম্পোক্, হেড্ পণ্ডিৎ অমা ওইনা থবক্তগী পোখারবা, ওক্ মপীগুম্ পুব-থাংবা ৱারবা মবুক্, কোক্কী তুংদা য়াঙ্গুরিবা চীথাক্, তোঙলাও-লাওরিবা মীৎ অনিনা, নাতোন্ নম্ন চাউরবা মচীন্‌বান্‌গা শম্নখ্রিবা; অঙাংশিংদি দর্শন্ ফংজবদদা মক্রাক্ নীক্লিবনি।

অঙাংশিংদু মিহুন্ চেঙ্গুম-চেঙ্গানরক্লে, করম্ থোক্লগবা! অঙাং অমদি চৈবু-থাদ্রিঙৈ কপ্থোরক্লে। লাইরিক্ তৌরম্ব নুপীমচাশিং অদুসু চেন্নরক্তুনা বিচার য়েংলরবনি।

চৈ অহুম্-অহুম্ কল্লে। ঙংলক্ই, "নুপাগ-নুপীগা তিন্নবা য়াদে,... খঙঙব্র...? মতুংদা খক্ য়ারোইদবনি।"

নুপামচাশিং অদুনা ঙসিদি মচু-ৱাউরবী মখোয়গী মরুপ্ অদুবুদি মতম্ চুপ্পগী ওইনা অরোইবা বিদাই পীরম্লে। মখোয় অমুক্ মায় ওল্লক্খিদ্রে।

য়ুম্বুরেম্বীনা গুরু-দক্ষীনা চাউনা কৎচখিবনি।

ঙাওনা-ফৈন লৈরম্ব, মদুম্ জ্ঞান খর তারক্পদগীদি বৃন্দা হান্ন-হান্নগী বৃন্দাদু নৎখিদ্রে। নুপামচাগী ইহুন্ তপ্ন-তপ্ন মমি শাম্খিদুনা নুপীমচাগী ইঙ-তপ্প গুন্ন লৈতেংলক্লে। মদুম্ন অদুম্ চহী অহুম হৌখ্রে।

নোংমা বৃন্দা লৈকায়-মচেম্-মনেম্ মমান্নবীশিংগা পূন্ন খা-নোংচুপ্ পাংনা চেল্লীবা তুরেল্ অচৌবদুদা ঈরুমিন্নখি। ঈশিং চাউরম্বদগী ময়েং তাথখিদুনা তুরেল্ লৈবায়-লৈরায়দু লৈঙোয়-লৈনাঙ হাজীল্লম্মী। মদু হৌজিক্তী কংলদুনা ৱায়-ৱায় লাউবে। নুপামচা খর লৈঙোয় মরক্ত ওন্দুনা শান্নরি। নুপীমচাশিং অদুসু য়া-য়া নোক্-খে অমাংগোই শান্নরি; লোংদাউ তাউরি। মখোয় মনিঙ-তম্ন অঙ্গৈংবা ঈশিং ঈচেল্দুদা ইরোইদুনা শান্নে, ইরুপ্পী। তোর্ব্বান্দ কাখৎনরক্পদদি মখোয় অমনা অমগী হক্চাং শীন-থুংনা য়েংনরক্লে। ফনেক্-মচা অমমম্তনা খোয়দোম্ শেৎলিবনি। মদুম্ ঙাইহাক্ য়েংনরম্বদগী অমখরু হান্ন ঈপাক্ত চোংথখিদুনা, নহান্মখৈদি মশা শুক্খঙ-খঙজদনা কারক্লিবা হকচাংগী ঈথক্ মচা-মচাশিংদু, ঈচেল্গী ঈথক্শিংদুগা ইতিন্নহন্খ্রিবদু উরুবা; ময়াম্দুসু ঙম্ন জম্-জম্ চোংথনরক্লে। মঙক্ মঙক্ ফাওবা ঈশিংদা লৃপ্শীন্দুনা অমন-অমা য়েং মীনোক্লরকই লোন্ন-লোন্ন।

খঙহৌদনা কদোমদগীনো খোঞ্জেল অমা তারকই।

"খঙঙে-খঙঙে,...উহৌরে-উহৌরে... নখোয় অমুক্তী কারকখিনিদনা"

"তল্লিদ-নঙসিমা..." গোবিন্ন মনিগী মচীন্দু পাক্-মেন্দুনা চৈরকই, "মী ইকায়খি-রোইদ্রাও,... য়েংনিংঙগা লোন্ন-অদুম্ য়েংঙু।"

মনিনা ওক্লক্ই, "ইতাও, মখোয়না লোৎপা হোৎনরিসিদি...।"

"মী-ইকায় তৌরিনি...।"

"হায়,... মনি, বোজেন, গোবিন্..." অহল্ অমনা লাউরক্ই, "নখোয় নমা তাক্উগেকো...।"

নুপামচাশিংদু "য়া" কায়দুনা অতোপ্প হিদেন্ য়ৌখ্রে। নুপীমচাশিংদুনা ঈশিং মনুংদা

তুমিন্ন লৈহৌরে।

বৃন্দা ঙসিদি লৌশিং অমা ফংঙে। ঙসিদি মহাক্ মাগী মমান্নবশিং অদুগী মফম্দা ওঙ্খোক্ল ইকায়-হঙ্গোইবগী মীৎয়েং অমনা য়েংলক্লে। লাপ্ন নুপামচা অমনসু মসুম্ খল্লী; ঙানুশিংগী মরক্তা কাংঙা অমখক্ য়াওরিবসি কয়াদা পুক্লিং-হুনা ফজরিবনো।

মতম্ খর লৈরগদি লৈকায় মনে-মন্দোল্ খর লাক্তুনা বৃন্দাবু মফি চিংখৎপিররে। মশম্ কক্পীরে। নুপী-ওইবীগী মশক্ অমা তাক্পা হৌরক্লবনি।

মরক্ অদুদা নিপাল্শুবা ক্লাস্ লাম্ভোক্লে। সরস্বতীমক্ লৈয়েংদা তোংবগুম্ অঙক্পা ফংনসু মবুদ্ধি থৌরে। বিষয় অয়াম্ব মাঙজীল থারে। মখা-তানা তম্থননবগীদমক্তী ইম্ফাল্দা তম্ব তাই। তম্মে, তম্ফাসনা গার্লস হায়-স্কুল্দা ওজা পুম্বগী মীৎয়েং থম্ফম্ ওইবক্লবনি। কাবা-কুম্ব বস্ গাড়ীদনি। পরীক্ষা মতম্-মতম্দদি মপানা মরক্-মরক্ লৌব-থিনবা তৌই। নোংঙান্বগা মমাদা, গাড়ী নংলোই, হৌজিক ফাওবা চাক্ থোংদ্রি; লান্ মতেক্-মতেক্ থোক্ই। মমানা ঙাঙই, নঙগী গাড়ীদু লাক্খিরোই, খর তপ্ন চাও, ফুন্দুনা শিবা তাবে। হল্লক্লগা য়ুম্গী মতেং পাংঙৈ। মখোয়গী য়ুম্-কৈ শেন্নবা থম্ব অহল্দু, মহাক্লবু মনাক্ত লেপ্লরবা, অনক্পা মফম্ অমদা শাৎলম্ব লৈ অমবু হেক্ত থত্তুনা মনাদা চিন্বী। উচুক্-মৈখাক্লম্ মুববা কুচুদুদা অঙৌবাময়াদু ইহি-হিগৎলদুনা হায়, "বেবী,.. বহুট্ খুব্.. একস্লন্স্ ..।" অঙাঙবা-লৈদুনা অঙৌবা কুচুদুদা অঙক্পা-ফংনা ফজরে তাক্লিবা অহল্দুনা, মসুম্ লোল্ খুদিং যান্নদুনা ঙাঙ-শক্পা, অহান্বদদি য়াম্ন কোইবম্মী; হৌজিক্তী "থেঙ্কস্ গ্রেন্-পা, থেঙ্কস্" হাযনা হরাও-তয়াম্ন তৌবিমল্ উৎলুবা, নুপাদুনা নোংমদি ডাক্কী-চিঠি অমা উৎলদুনা হায়, ঐদি চৎলনি, নঙবু উবা অমুক ফংঙরোইদো।

অহল অসি নোংমা ব্লাকচীং-থাগী নুমিদাংব্লাইরম্ অমা ফোং-ফাওরক্খিবনি। মপাবুংগা হরাও-তয়াম্ নোক্মীন্নে, কপ্মীন্নে। মাগীসু মচানুপী অমখক্ লৈ, ময়ুম্ পান্খ্রে। মসিখক্ খঙবিরগা নুপাসিগী ব্রা থুপ্চীল্লসি, চহী-ফানা লৈরম্দে অদুবু মীতৈলোল্ খর-খরদি হৈখ্রে। ইমুংসিগী মপাল্-নাইদ্রবা লন্-থুম্ সম্পত্তী পুন্নমক্কী মমি, থীক্-নেম্ন কুচু মুরবা নুপাদুগী মবুক্ত খন্থ্রিবদুদি, ভগবান্ মহাক্তনদি উবিরম্লগনি। নোংমদি মহাক্তনা ইমুংসিগী মপু ওইরগদৌরি। অঙক্পা ফংলবা মিত্রং-যাদু অমনা য়ুম্সিগী "অসুপ্ন" শক্লরগদৌরি। অহল্দু হন্খ্রে মরৈবাক্ত।

নোংমদি গাড়ী নংলরোই হায়দুনা বৃন্দা হোবে-হোবে চারগা তহা-তহা চেম্ভোরক্পা, হোজঙ হাংদুনা নুপী অমা চঙলক্পা, হান্নদি ইউ-উখিদবা ফিজেৎ-লৈতেং তৌবী নুপীদুগী মখুত্ত অচা-অথক্কী ময়োম্ অমা, কৌবদি নংহৌদ, থোক্থ্রিবী লৈশাবীদুবু ওঙ্খোক্ল নুংশি-মীৎয়েংনা য়েংহৌ, মোমোন্-মোমোন্ তৌনা মমায় ওন্শীল্লক্ শুমাং তম্নক্লে।

স্কুল্ হল্লকপগা মমাদা হংই, "কনানো ঙসাই' নুপীদুবো...?"

মমানা হরাও-মীনোক্ত তম্মী, "কনা নত্তেয়ে ... ইমা কৌ... ইমাগী ইমান্নবীনি।"

"ইমান্নবী, ...? মশকপু অমুক্ত উখিদ্রি,... কদাব্বাইদগী?"

"য়াম্ন লাপ্পী অদুবু য়াম্-নক্ই হায়দুনি।" অসি হায়রগা মখুত্তগী লীক্লি-পাত্রদুদগী রসগুল্লাদু চমস্না কোত্তুনা ইন্‌বিরকই, "নফিদুম্ হোংঙুরো-চো,... ইচা ব্বারম্মনি।"

মফি হোংন-হোংনা খল্লী— ইমাগী ইমান্নবী, অথুম্-অহাউ, হরাও-মীনোক্। মখাতানদি খল্লুবা শংদে; খর চা-থক্লগা হয়েংগী রুটিন্ খন্দুনা হোম্-ৱার্ক তৌবদা মপুক্লিং থম্খ্রে।

খঙজরুব্বদি নত্তে, নুপীদুগী মীৎয়েংদু মীৎয়েং অমনি। লাম্ব ফংলুদে, মোমোন্-মীনোক্ অদু অসুক্ তম্থীরক্কনি।

* * *

মমা-মচা মশা-মউ শেংদোক্লুবগী নুংশা য়াইরল্লি। মেরা-থা শিখিদুনা হিযাঙ্গে পান্থৎলক্লে। খুঙ্গংগী লোইজিং-লোয়া পূম্ব নাপুগী ফিজোল্ হোংলে; ফৌনাদা নাপু লাক্লবনি। সনা-মচুগী ফৌনা চরোং-চরোং জূম্-জূম্।

হন্দক্-মরক্সি মমানা মচাবু য়ুম্বাল্লোন্‌গী পারা মথঙ-মথঙ তাক্‌থরক্লী। মবম্‌দি ইখঙ-খঙনরবা ৱানি। খুঙ্গং-লৈকায়সিদদি চহী তরা-তরুক্কী লৈশাবী, মীনা থবাক্ য়ৈনরক্লবনি। অঙাংসিনা তৌহীক্‌ইসু, ট্রিগ'নোমট্রি-ষ্টেটিষ্টিক্সকী ফোর্ম্যুলাদা থৌবগুম্ য়ুম্বাল্লোন্দসু নোপ্লম্দ্রে।

মমাগী পারা মখা-তাথরকই—

"ইবেম্ম,... নুপী ঐখোয়দি লাই নিঙগদবনি। লাইবু চেৎনা নিঙজগদবনি। মন্না-মপুবোই লৈরবী নুপীদি, "মহাক্তনা" ঈশ্বরনি। মহাক্তনা মপাল্ নাইদ্রবা লন্। মহাক্ অদুতনা নুপী ওইবীগী লাইবক্ লেপ্লগদৌরিবা।"

মচানা হংই, "ঐখোয়দি কনাবু নিঙগনি?"

"নখোয়দি,... নখোয়না ঐখোয়বু নিঙগনি। মচা-ওইবশিংদি,... মমা-মপাবু মীৎনা উবা ঈশ্বরমক্তি নিঙনা পূজা তৌগদবনি..., নিঙগদবনি। মখোয়গী চীন্থক্ত... ৱাহৈ অমনা খক্ খুম্-ভাঙলোইদবনি। মমা-মপানা "মচা" গীদমক্ থন্‌ব,... জগৎ-সংসার অসিদা অনিশুনা প্রমান্ খক্ পীররোইদবনি। অদুগসু মমা-মপানা পেন্‌বীরবা অদুগুম্ব মচা,... লেম্ন-খক্ মাঙলরোইদবা। মথঙদা ওঝা-গুরু...। গুরুনা পেন্‌বীববা সেবক্,... মহাক্ অরংবা থৱান্‌মিচাক্ ওইরবনি। মহাভারত্ত গুরু-দ্রোন্নাচার্যগী অচানবা-সেবক্,... আর্জুন হায়না লৈখ্রে। রাজনীতিগী অর্থনীতিগী কুত্‌নীতিগী; ধর্ম্মগী পরা খুদিংমক্ অচঙবা-শিষ্য অদুতনা মহৈ-লোক্ই। মদুমক্ল কৌরব্-পাণ্ডব্ অনিগী গুরুসিনা,... মানা-হেক্ পোকচবা মচা ফাওবদা তম্বীখিদবা শা-

লান্‌গী বিদ্যা,... পাণ্ডবক্‌কী আর্জুন্‌খক্তদা তম্বীখি হায়বা ৱা-লৈকো ইবেম্ম।"

মচানা মতিন্‌-য়োথদুনা হংজে, "মানা হেক্‌-পোক্‌চরিবা মচাদা তম্বীদবা বিদ্যা, ...পাণ্ডবক্‌কী অর্জুন্‌খক্তদা তম্বীখিবগী মরম;... মরম্‌ অদু করিনো?"

"ৱাহং অদুমক্‌,... ইমানা নঙগী নফম্‌দগী থাজবা থম্মী...। নবুক্লিং চঙনা তাও! মতীক্‌-চাদবা পাত্রদা য়াই হাপ্প খক্‌-য়াদে। মদু অরেম্বদা পাথোক্তুনা মাঙই। গুরুগী অঙাং,. . অদুগুম্ব পাত্র অদু নৎলম্‌দ্রে। তম্বীবা বিদ্যাবু..."

"বৃন্দা... হো-বিন্দী... নঙবু কদায়দনো...?"

মপান্দগী কনানো অমনা ৱারীদু মরক্‌-থৎলক্‌ই। "সে, নমান্নবী লাকএ" মমানা লাউরক্‌ই. "ইবেম্ম, ... কারক্‌উ-কারক্‌উ...।"

মচানা হায়, "ইমা, মখা তাবিখো।"

মমানা মচাগী মরাইবক্তু নুংশিনা চুপ্পীরদুনা হায়রক্‌ই, "গুরুমক্কী অদুগুম্ব-অঙাং... তম্বীখিবা বিদ্যা কাউবনা হাল্লী,... য়ারেদনা...?"

ইঙেক্লে খম্‌-খম্‌ কাখৎলক্তুনা তম্মে, "হো-ইবেম্ম... য়াউশং কুইদ্রে...।"

"হৈমা, কয়াম্‌ ৱাৎলিগেমি?"

"লম্‌তা-পান্‌খৎলত্র. .।" মমাগী মখুত্তগী শম্‌জেত্তু লৌ, ইঙেক্লে মমান্নবীদুগী মশম্‌দু মরন্নাই-নৌনা অমুক্‌ হাৎথবা হৌরদুনা হায়রক্‌খিবনি, "মঙা-তরুক্লিদবু ঙায়রম্মনি।"

মমাদুনা "ইবেম্ম, ইমা পূজাগী থৌরাং তৌরুগে ফম্মু-ফম্মু" হায়রম্মগা কুম্‌থখ্রে। অনিদু ৱারী মখা-তাবা ঙম্‌দনা, লাপ্ন খোঞ্জেল্‌ অমা তারক্লিবদুদা মনাকোং থম্নখ্রে। নুপী অমখক্কী ওন্থোক্‌পা মীচৈ-অমা, শগোল্‌গী খুরুপ্‌-খোঞ্জেল্‌শিং, যন্‌গারক্‌পা মতম্‌গী শা-যন্‌শিংনা মমৈ-ফিরাল্‌-শা, নালাগী উফুল্‌না ব্রঙ-ব্রঙ।

মকোক্ত ঈশিং-কোল্‌ কোক্‌থোংনরিবী নুপীশিংদু থগৎ-মিপাইরুবা য়াওনা নালাদা থৈদোক্‌-থৈদোক্তুনা হন্দোক্তুনা লেপ্পরি। অমখরু মকন্থী-ফুদোক্তুনা চৈ-থাংলি, "নপাগী লান্‌ লাক্‌ইব্রনহে নখোয়বো...? খরসু তপ্ন থৌদনা,... মহা-চণ্ডান্‌শিংসিদি, করি থোকই হায়দুননো...।"

নুপা অনিখক্‌ খুঙ্গংগী অপীক্‌পা উফুল্‌-থাংবা লম্বীদা শগোল্‌ খুরুপ্‌-থানা থৌরি। চৈহৌই, নপাগী লান্‌ লাক্‌ইব।

# অহুম্ ○

কৈথেল্ মচা অমা কারীবদু খুন্গী হেক্-মচীন্, খুঞ্জীল্মক্তদনি। অয়ুক্তদি নিল্লী। অনক্পা-অরাপ্প অকোয়বা চীংদোল্শিংদা খুন্দারিবা চীংমীশিংনা শম্-শম্দা হাপ্পুনা লল্লোন্-পোৎ পুনরক্ই। মতম্-মতম্দুগী ওইবা, থবী মাইরেল্ চুজাক্ কোবী পাল্ চৌহাই য়োংচাক্, অমত্ত ৱাৎতে। করিগুম্বদা পাক্ল-পাক্লবা খোইরাবু ওঙ্গোক্ল মমল্-কাওনা য়োল্লী, মঙা। মঙা-হুন্বদুনা অহুম্দা য়ানৈ, হৌজিক্তদি চাহুম্। লৈবীনবা মীসু মচোংথোরক্ই। তাবুম্মক্পা কৈথেল্ অদুম্মক্ চাউনা কায়।

পুকমম্-মম্খিবসু নত্তবা মী-ওম্খৎলক্পা কান্সিদদি নুপা অনীদুবু চান্ননা যেংনরক্লে। মায়থোঙ-ফিবেপ্ চুম্খৎলক্লিবা নৌরিবা নহা-পাখং ঙাক্লি। শহবগী মীওইনি হায়বদি খঙঙে, খোঙঙুপ্নে-খোঙগ্রাওনে।

কৈথেল্দগী মাইল্-খুটি-মখায়মুক্ থৌগৎলক্লগা ষন্য়াম্ হোইদুনা চৎলম্ব নুপা অমদা হংঙবে শগোল্গী চুপ্পী-চিং, "ৱা অমত্ত... হৱাইবম্ লৈবদুবু... সিদগী কয়াম্ চৎলিগে?"

"হৱাইবম্ ?" নুপাদুনা ওঙ্গোক্ল ঙক্ল অমসুং চিংননা হন্ন-হন্ন য়েংলুবগা মসুম্ খুন্নক্ই, "হৱাইবম্ কনাই-ইমুং ওইবিরম্নো?"

"কাকা গৌরনিত্যাই...।"

"ও, ঐগ-সুম্ চঙমিন্নখিবা য়াবে।"

"ওহ, য়স, টু-ড্ পোইন্ট...।" লাক্মিন্নবদুনা ওঙ্গোক্ল-কেঙনা হায়রকই, "ইৱা-ৱানদ্রেদনা।"

ষন্য়াম্ হৌইরম্ব নুপাদু অতৈ-কনা নত্তে— বৃন্দাগী অঙাং ওইবিঙৈ পৈনখিবা মরুপ্পুনি, গোবিন্, মহাক্সু হৱাইবম্নি।

করিগুম্বদা তাখীবা লৈ, মখোয়গী য়ুম্দি য়ুম্ফাল্-ময়োল্মক্তদনি। শহরদা মচীন্-মনাওশিং লৈ। হংলরিবা মীদুদি মহাক্ মশানা-মশাবু মিংশেল্দা উবদুনি। খেন্নরিবদি অমনা খোঙগ্রাও, অমনা ফৈজোম্।

লম্‌তাগী নুমিৎনা পৃথীদা আবের-খুবাম্ চাইথরি। অঙাঙবা নুমিৎপু চীংগী-চীংদোন্ন তংখায় খুম্‌খ্রে। নোংমগী মপুই'-থৌগায় পুরুবা মহাক্, ৱাবনা শদৌ-থোং চেপ্ন-য়াতাজরক্লে। নুমিৎ ময়ুম্ চঙখ্রে।

ইঙেম্লৈ ওন্‌শীল্লক্কুনা হায়রক্‌খিবনি, "শহরগী বাবু-ভয়া ঙাক্ত ওই" তৌই...। মাঙ থংবদু,... ঐদি অমান্‌ব-মবু লৈরিয়ে...। তা-গোবিন্ মান্দ্রো?"

"হা" হায়না খজিক্ নিংকোক্-তৌরম্মগা, "উম্" হায়দুনা হান্নগী ৱারী লাম্মক্‌ই, "কনা-কনা চৎতোইবা...?"

"হো-ইবেম্ম, .. ময়াম্ হৌনরগা... চেঙজেল্ পুব' চৎনদৌরিনি, নোং-নিনীগী খোঙচৎ ওইনা...। নঙবু ইনে-বেম্মনা য়াবু য়ারক্কদ্রনে? ঐদি থাজদেবু...।"

"অসুক্ ৱাৎলিবু; ... মতম্-মতম্‌দুগী য়েংব হায়বদুনি...। য়াওদি-য়াওনীংই।"

লাপ্লবা খুঙ্গং-চিদাইদা লৈবী মখোয়না চীঙ্গোই-বারুনী মমিংগী ওইনা তায়। চৎসি মখন্নে, নীংবা কায়দুনা মতোক্‌ই। লম্বী-থোং ফত্তে, মী ফত্তে। যুগ-ৱাই অমা ইচা-চাদে। চহী কয়াদগী মঙ মঙজরক্‌ই, অমুক্তংদি, মঙফাওনদে। হন্দক্তী পাখঙ-মচা মখোয় মঙা-তরুক্ল চেন্-চোংই, মঙফাওনরবা য়াই।

মমান্নবীসিনা ওঙ্খোক্‌পা-ৱা অমবু হেক্ হৌদোরক্লে, "বারুনী-লায়রি,... অনৌবী শারুনবৈ পারাদুম্ ঔরাইহৌরো য়াউশঙ মনুঙসিদা...। ইনেবেম্মনা ৱাখল্ অমা খল্লবনিকো-নঙ।"

বৃন্দা শাউনা খুম্লক্‌ই, "ইঙেন্, ঐঙোন্দা ফাগী তৌনু...! মদুগী ৱাদু খন্‌ব-শংদে ঐ।"

"ইমানা হায়রিদি; ... মেট্রিক্ লাপ্লে... য়ারে। নুপীনবু কৈ-কান্নবা, য়াম' তম্মুরগা... হয়েং থানা-দারোগা ওইরুগেরা অসিনি।"

শাউরুরিবা নুপীদু ওঙ্খোক্ল মপুম্-থীৎনা নোক্লে। মমান্নবীদুদি "হৈমা, করিনো-মসিবো" হায়না ঙক্ল, নোক্লী-মীদুদি মপি-ইরা হেক্ চেন্‌বা, মদুম্ মবুক্ পায়দুনা ইরা তৈথোক্লগা হায়রক্লে, "ঐ দারোগাদু ওইদৌরিবনি...। থানা-দারোগা অদুমক্লী ঐনা পাম্মিবা। পাশ্‌খেলা বাশোক্-শক্‌পীশিংদা ৱাহে-কম্‌জাউ-হুল্লিবশিংদুনি, ... ঐনা অমুক্তং মখুরাই য়েথেক্কে হায়না শেল্লিবা...। অদুনা, ঐদি লাইরিক্ তম্‌খিনি... দারোগা ওইনবা।

ইঙেম্লৈদু মবুক মরাঙ-মরাঙ "ঐদি হায়বীদে হায়নিকো" হায়না ইকায়-নুংশি য়ান্ননা "য়ুম্‌দা লান্ থোঅম্মনি" হায়রম্মগা হৌগৎলে। বৃন্দা মবুক্লিং ওঙ্খোক্ল তনিক্-তনিক্‌ই মমান্নবীদুগী খল্লুবদদা। মানা হৌজিক্ হিংলিবা পুন্সি-মহিং, লেপ্লীবা পুন্সি-মরেল্।...

ময়ুম্ য়ৌখিবদদি হায়বগা-তৌবগা মমা অদু মখুৎনা মখ্বাঙ-মেৎ, "হৈ,... হল্লঅনুনহৈ

নঙদা...। লৈশাবীনা চৎপা-মচৎপু অদুরাও...? শিদ্রুখাক্বী-অঙাং, ... লম্কেৎ-লম্হাইবী...। নথীবোংদু কদায়দৈদি কোৎলুনি-হা, ... নপা-কনানা নপুঙ্গী-চুপ্পে চেঙজেল্ ৱাৎতনবদি হুক্লম্মী... হা, অঙাং-মীঙম্বী ...? ঙসিগীদি নপা-কুম্লৈনা অসি ওইন-হেক্ থোংঙসিকো...।

"ইমা...!"

"ইমা?... কনাগী ইমা?...? ঐ, লম্জা-শরা অমত্তগী মমা নত্তে। ঐঙোন্দ ইমা-গাক্ কৌনু।"

চহী মতম্ কয়া ফমুংদা য়াম্ফক্-তাদুনা শরূদা ঊন্‌তনা কুপ্, হীপ্লিবা মপাদুগী মখোঙ-মখুৎ শীৎ-নাল্লরে। শুপ্লিবা ফৈজুপ্তু খজিক্ চিংখৎপিরুববু কাঙ-খোঞ্জেল্‌মুক্ত হৌনা কৌরক্ই, "ইবেম্ম, ... চাক্ লোইরবা?"

"লোইরগে, কুইরোইদা" হায়রম্লগা মৈ-হৌগৎপা হোৎনৈ। চেঙফু হুম্লুবদদি উ-য়ুং গুম্ চপ্-লেপ্লক্লে, মীৎলু-নাপোম্ ইরা-হৌ। মচীন্দ শোল্লক্ই, "ইমা...।"

মমা অসিবু নত্তে, মমাদুবুনি। লৈচীন্-পোমাই-হাং নোংদোল্-খোঙনেৎনখ্রবী মমাদুবুনি, ঙসি মচানা মনিঙ-খজিক্ থুংদদুনা তেংথাজরক্লিবা।

মমাসি মায়োম্-মরুম্দা লোম্ন য়েংলি। লিল্-অমোম্‌দুনা মমল্-য়াম্লবা ইশিং-ইনোৎতুবু অমুক্ থক্‌তোক্‌পীরগদ্র চিংনজ, তারক্লম্ব মপীদু শৎ-তৈথোক্, মপান্দ চেঙ্খোরক্তুনা য়াচংলক্‌পসিদা মীগী থোঙজীল্‌দা লেপ্পরে।

"ইঙেন্,... কৈদৌরে" বৃন্দাদু ঙক্ল, "নত্তে,... ঙসিসু লৈরমদ্রবো?"

খুম্ব ঙম্‌দে। চেঙ লৈহৌ-লৈহৌনা চেঙ লৈরম্‌দবগী ৱাদু পাক্-তম্ব ঙম্‌জরম্‌দ্রে। হায়রকই মখোল্-শেম্ন, "বিন্দী, ঐবু কয়াম্ কুইনা হিংখিনি...?" মখা-তারক্ত্রুবসু ভাব তারবা বৃন্দা তন্‌চেন-চেনশিল্লুদুনা ইমুংদগী পাইতু-খাও অমদা হাপ্লক্লিবা চেঙদু পীরগা হায়, "বাজীদো,... চেম্লোনে নঙবো...।"

চৎখ্রে, অমম্বদুদা মাঙখ্রে। অমস্ব-মবক্‌সিদা মাবু কয়াম্ কুইনা মম্‌দুনা লৈখিগদগে? শ্বর ফুইনা-হোম্থ মহাক্‌সু অমম্ব মরক্তুদা য়েংলি। তন্দল্ খর কুফেৎ-কাফেৎ ঙাম্লিবদু নত্তনা অতোপ্প মঙাল্ উদে।

থংন-থংনা চহী অমা-অনি কুম্ কাংখ্রে। লৈক্রক্ লাওন-লাওনা চৎলি, ফৌ শি। কুম্ ফরে, ঈশিং চাউই, লৌ শি। মমাবু নিঙদবা মীওইবা, "ইমা" মাগী চৈ-নংলে, চাক্তাঙলে।

ইঙেন্-থামৈ ওইরক্‌পা নোংমা অহীং অথেঙবনি; নোং ৱা-ৱা চুরি। অমম্বনা মায়কৈ-মরি খুবাম্-চেৎনা পায়রি। মরক্-মরক নোংথাং কুপ্পী, থাক্-লাউই।

মনা-পুঙবা উপাল্ অমা তুমিন্ লেপ্লি। উখাদা মখোয় নুপা মরি-মঙা লেপ্লি। ঙম্ন

ফিমু শেৎলি। মমায়-মমীৎ নোংলীক্ল চোৎলি।

শান্নরিবা ৱারীদুদি পুক্কীদমক্নি, ময়েক্ শেংলে—

"নঙগুম্বনি চাদদনা শিগদবা। কয়াম্ কুইনা নঙ চাদন হিংগনি? অদুগসু, ধর্ম্ম...! ধর্ম্ম লৈবা নঙ চাদন-হিংবা তম্মু। ঙসি ঐখোয়না শেৎলিবা ফিমু, পুন্সিগী শেৎলক্তে;... মসিদি নঙ য়াউ। মসিগী মরুম্-থুপ্পরবা ঐখোয়,... অমম্ব-অহীংসিগী খুদোংচাবা লৌদনা তোক্লবোইদবনি। নঙগী নচা চরা হেল্লী...। নঙগী নুপী চরা হেল্লী। ঐগী ইচা,... ঐগী নুপী ঙন্ন চরা হেল্লী। অরাম্-খৌরাংবনা তুক্থরক্লবা মখোয়গী মীৎ,... মীৎশিংদুগী মীৎমাঙদা লেপ্তুনা নঙনা ধর্ম্ম তাক্লগনি। নঙগী ধর্ম্মদু খোঙ্গাওনরক্কনি। শোয়দনা হায়রক্কনি, চাক্ পীয়ু, ধর্ম্ম পামদে ...। নঙ মপানি...। নুপী-অঙাং মবুক্-থাক্পা ঙম্জদবা নঙ, কম্দৌনা য়ুম্-লিংলুবনো? লাকপ্র-ফোয়ব্র,... ঐখোয়দা চাক্ পীয়ু...। নত্রগা, ঐখোয়বু মৈনুংদা হুঞ্জিল্লু। চাদবনা তৎথরবা পূক্শিং অদুবু,... নঙনা ঈশিং পীথক্লগা থম্গনি...। মদু কয়া কুইগবা? কয়াম্ কুইনা মখোয় নাপী-শীংবীনা মেন্নগনি? মখোয়দি হাজং চাদে। ঐখোয় শূ-নোম্দুনা হিংবা য়াই ..। কবিনো তৌদৌবা? লৌমী-ঐখোয়গী ইরৌ লৈতে; খুৎশূ-ষন্ লৈতে। হারোই-হারোই মীগী যুগালী য়াওরুবা, ... মদু নুমিৎ খুদিং লাইবক্ত তম্মদে। হৌজিক্ নোংলক্ অসিদনা কদায়দনো শীঙয়ান্-ইফান্ তৌরুগদবনা? কান্নদে, পূন্নমক্ ৱারেম্-খৌরেম্নি...। থাঙদু পায়য়ু! পুক্কীদমক ঐখোয় মী হাৎলবসু হাৎ-তারে...। লাইনা-য়াৎপা-খায়াৎ... চাদ-থক্তবা অরাম্-খৌরাংবনা খৌগংনরে,. . স্বর-তৎকদৌরে।"

অমদু পাক্-ওক্লক্লে, "নত্তেনে,... ইবোহল্-বাবুগী য়ুম্দা লুট্ চঙসি হায়রি ৱাসিবু .. ফরে, নখোয় কনানো চোংথোরক্উ...! চহী-চাম্ম পুন্সিরন্নগা শিসু-শিবা,... নখোয়' খুত্ত শিসু-শিবা,... কনানো থোরক্উ-লাউ.. ।"

থোবক্তে, মখোয় কনাসু চোংথোরক্তে লম্বা-পাননবা। অমম্ব মরক্তুদা মখোয়না করিগুম্ব অমসু য়ান্ন কিরুবা লৈ। লাপ্পবা পূক্মীশিংগীসু অকিবা লৈ।

মখা তারক্খি, "হোয়,... মা খুল্গী নিংথৌনি। অৱা-অনা তারবা লৈবাক্ প্রজাগীদমক্,... কদায়দা-করিদা হায়না চেন্-চোংলি। মশাগী লন্গৈ ফাওবা কায়-কায়দুনা,... প্রজাশিংগী অৱা-নুংশাস্বর মবক্ত য়াওররি। লৈত-লায়র খুঙ্গং মীয়াম্গী চেঙ-চাক্ য়েন্ননবা থৌরাং... থক্লবা ঈশিং... হীদাক্কী-লাংথক্কী;... করম্মনো ঐখোয়না মাগী থাজবা পূম্ব মাঙহল্লুগদবা? নখোয়না লাই-থাজবা মী অমমক্ ওইরবা, মহাক্ ঐখোয়গীদি অনিশুবা লাইনি। মীৎনা উবা ঈশ্বর। চাদ-থক্তবনা নখোয়গী মাঠা অদু চৌইরমাল্লে...। শেন্নৌ, পাম্মুই।"

ডাকু-ডকাত্তী মরক্তসু পণ্ডিৎ য়াওরম্মী। মদুমক্ল ওইরিবনি শাশিংগী নিংথৌ। মীওইবদি

শা-ওল্লবসু মীগী তোংশাদি ফক্তে।

চহী খরদি ওম্বোক্-ওম্বোকপা উপদ্রপ্ কয়া থোক্খি লুট্-পাৎ মীহাৎ-মীপুন্। নুমিত্তুমক্কী নুমিদাং ইবোহল্-মতৈ-মনাওদু মচাগী তুংগী পুন্সিগীদমক্ খন্ন-নৈনখি।

"মীকৃপ্প-অমা ইচাগা কায়নজবা ঙম্মোইকো ঐ।"

"ঙম্মদ্রনে, ... নঙ মদু ঙম্মদ্রাও?"

"... ..."

"মমা...।"

"তারি।"

"নিংঙাই পংচাউ-চাউনু..., গুৱাহাতী হায়বসি নক্খ্রবা লম্নি...। পুং-খর হেন্বৈ লম্দনি...। নচাগী তুংগী খল্লু...। তুমাই-শঙবাই অমা চারিঙৈ, অঙাং কোক্থোং অমা পোক্পদুগী যুগতু নত্রবনি; নঙ ভাব্ তাউকো।"

"হায়জরিবসিনি,... মখা-তম্থবগীদি য়ারে...। ঐগী নিঙজবসু লৈরিবনি।"

মোমোন্-তৌই। তোংজেগী মৈখুদু কাম্থোক্তুনা হায়, "ঙাইখো-ঙাইখো, ...মমা-ইবেম্মনা করি-করি নিঙবীরিবা...? ইচাগী অফ-নুংঙাই করি-করিদি খন্বীরিবা?"

মচীন্ পৈথোক্তুনা, "হো, খঞ্জরি-খঞ্জরি...। ইচাগীদমক্তদি, চোক্থবা-নাইদনা হেক্ খঞ্জরিসে।"

"করি খল্লীবা?"

হৌজিক্ত খোইরুম্ উরক্লে, 'ইচেবেম্মদুনা ঐখোয়' য়াকাতবু ঙাইদুনা লৈরবনিসে...। অঙাংদুসু মশাগী মথবক্-অমা পায়জরবা,... মচাসু পিবা-অহুম্...। সিমদি ঐগীনিকো হায়রুবসু, নোংমদি হরাওনা...।

"উম্, ফজরনি...। পাক্-চাউরবা লাইবক্তুদা;... কুরাও-মপান্ অঙাঙবদুনা মঙাল্ অমদি শোয়দনা থোক্কনি। ওইয়ু-ওইয়ু;... নাচোম্-ওইনৌ...।"

"তৌবিরক্কনু প্রমান্-গাক্তু...। মীগী-মীগীদসু ফীভম্ন অদুম্ থোক্লরিবা ঙাক্লি...। ঐগীদি মসিদা লেপ্লেকো।"

* * *

নুমিত্তুগী থৌদোক-ৱারীশিংদু হাইফেৎনা ঙক্পা মবুক্লিং নুংশিবা মতাং থোক্লুরবোইরে হৱাইবম্-মচা গোবিন্। ৱারীদু ফুম্দুনা থম্খ্রবনি, খক্ য়াদে। নিঙশিংদনবা ফন-হোৎনখি, ঙম্খিদে। শহরদগী অমুক্তী লাক্খিগনি হায়রম্বনি।

ঙসাইদগী শঞ্জাবুং মনাক্ত চেল্লীবা খোংদুগী হিদেন্দ ফম্ ৱাখল্-লীশাং থারক্লী। ময়ুং-মফেন্ নাইদে। মখুত্তগী উনাদু ৱাখল্ অমদা ঈচেল্দা লংথখি। মমীৎ কৃপ্তুনা য়েংবা হৌবক্লে,

উনানা ঈচেল্দা তাউবা, ইরৈদা লৈশীন্বা।

মখোয়না থুংলবগী ৱারী-পুম্বদু ফিল্মগী রীল্গুম্ চিংথোরক্লুনা মীৎমাঙদা ঙম্ন-উরক্লে—

"মিংদুবু করি হায়বা...?"

"বৃন্দা...।"

"মিংনে-শক্লে,... ইথাবু-থাজরুদে, অসিগুম্ব ফূমদী-হাউদী মরক্সিদা শাৎলম্গনি থম্বাল্-চাম্মনিপাল্।"

থাগৎ-ৱাহৈদুগী মখা তারক্পা ৱাহৈদু, মদুক্ য়াম্ন তম্থীরম্মী মদুদি শাদান্বগী তেন্ন পাল্লবা শজিগুম্, মা তিংদম্-তারক্লে।

"কোয়রগেদো,... পাম্মেবো। শেংনা হায়নি,... ঐ মাবু তশেংনা পাম্মে, কম্দৌসিগে?"

"সিওর-সিওর... য়ু মষ্ট ট্রাই!" মমান্নবদুনা নোৎশিল্লক্ই, "ডোন্ট ৱারি,... আই ৱিল্ শজেষ্ট; হায়বদি, ... ফুম্দী-হাউদী মরক্তা শাৎপী থম্বাল্-চাম্মনিপাল্;... শহরগী গম্লাদা থাবদি... থোইদোক্ল মগুণ্ হেন্গদবদনি। ...সিওর-সিওর।"

হুম্, মসি কয়াদা নাপল্গী ৱানো? শহরগী গম্লাদা থাবগসু হায়জব-শাই; মচীম্বাল্ থক-খা চিংলিঙৈ হক্লবা-থৌদা অমবু কীৎ-নমশীল্লক্লে; "গোবিন্, নঙনবু উপাই অমত্ত তৌদ য়াদ্রেহে। ঐখোয়ন হন্খিবদা অবেপ্প অমা খঙখিবা পাম্মী।"

কম্দৌবদা তারে, ঙাইহাক্ থক্-খা য়েংলুরগা মসুম্ খুম্দোরক্লে, "হোয়,... হোয়-হোয়।"

মবুক্-পান্দবা মানা হায়খিবদু 'ঙম্মনি" হায়বা ৱানি। অদুগা মশানা য়ানা, "হোয়" হায়দোক্খ্রবা মানা করিগীনো চৈনা অমা ফাওররিবা? তর্ক অমগীদমক্ শেম্-শারগে খল্লম্মী অদুবু মহাক্ কনা নত্তে। মপষ্টৌনা পোক্পা ময়াম্বনি, ঈ-মরী।

নুমিত্তু মমাঙদা অমুক্ত থোক্খিদ্রিবা লমতাগী নুমিদাংৱাইরম্ অমনি। লৈগী-লৈপাল্ কয়াদা শাৎলি, অঙাঙবা অঙৌবা নাপু হীগোক্ মে-মান্বা। লৈগী লৈনাশিংদা পাথরক্লবা নুমিৎকী মঙাল্না য়ৈবদা ঙম্ন ঙাঙ্গানবে। নোংজাবীগী অপাবা শাড়ীনা কুপ্পদা জগৎ-পুম্ব মাহেলৌনরে। মথুম্-মরাঙ হৌনা কুরাক্-খোইমুশিংসু পাইরি।

মৈ-ঈক্রবা পুখম্-মপাকুম্ অমুবা চীংশাং-পরেংনা কোরৌহন্ববু খুম্জিন্খ্রিবদু মমাঙ কয়াদা মদুক্ পুক্লিং শুম্হৎনা অমুক্ত য়েংখিদ্রি। পাখং অহুম্দু তুরেল্-তোর্বান্দুদা লেপ্লুনা নুমিদাংৱাইরম্গী মেঙলবা নুংশিৎকী নুংঙাইবা লোক্লম্মী। লিরি-লিরি কাইদ-কাইদ চীংয়া-তম্য়াগী মালংনা হৈনম্-লৈনম্ পুরক্লম্মী।

পাখং অমনা ৱাহৌরক্ই, "ভায়, নুমিৎ অমা তাখ্রে... থা অমুক্ থোরক্লে। য়েংঙু-তু...!"

লৈশাবী-মচাশিং ঈশিং-কোল্ পায়দুনা থোরুরক্লী। নোংপোক্ চীংশাং-নাপোম্‌দগী পুর্নিমাগী-থা থোরক্লী। মাঙ-থারক্লিবী লৈশাবী অমদনি ইঙ্গিৎতু।

"হাইস্, ফজেনে...! আই-আই. ফজেকো...।" শহরগী অকে-অমৌ অরং-অরাক্ত য়াওন্নরক্পা মহাক্, ফজব-মশক করিনো য়ৌন-খঙলম্‌দবা, ঙসিদি প্রকৃতী-লাইরেম্বীগী অশেংবা মশক্‌পু লাপ্লবা খুঙ্গং-চিদাইসিদা তাঙনা উবা ফংলরদুনা; মচীন্দ চোইরোল্-পারোল্‌বু লোল্লক্লে, "উম্, শোয়রোই, ... মমিং-মথাসু শোয়দনা ফজরম্লগনি।"

"বৃন্দা কৌএ...।" কয়াদ-চম্ন খুঙ্গং পাখংদুনা লৈশাবীদুগী মমিং নাপল্ অমা য়াওনা তাক্‌চখিবা, অদুগদি—

"তো-তো, মশক্-ইশক্সু খঙনদ্রিঙৈ... চাক্‌পনা হাল্লেনে থম্মোয়-মচাসে ।" মবুক্‌থোক্কী অশেংবা ৱা, তাবদদি খজিক্-ৱাউনা থোক্লবসু চীন্‌বাম্থোং য়ৌরক্লবনি, "হে, নোংদোল্-অতিয়াগী অরংবা থৱান্. ! নহাক্, ঐগী লাইবক্কী লৈতেং ওইযুকো . ।"

"ভায়, হায়গুম্মনা .. ওম্থোক্ল নিংথীজখ্রেদা...। পলেম্-পম্থৌ কনাগী লৈকোল্‌দবু শাৎলিবা... শীংঙেল্-উথম্বাল্‌নো .. ?

তায, তারি— লৈকায়-মবুং অমনা খুঙ্গং-মচন্ অমগী নিংথীবা শৈথারিবদু যন্ত্রগী শুম্‌হৎলবা মখোল্‌গুম্। মবুক্ত ওম্থোক্ল চাউথোক্‌চৈ।

ঈশিং শোক্লুরগা কানরক্লে, মবী-মবী হেঙ্গৎনখি। অহুম্মক্কী মীৎয়েংদি ইকোন্-কোন্ন লাক্লিবী লৈশাবীদুদা পূল্লপ—।

মাঙদা মঙম্-শান্দ মখোঙ থাংলিবীসি ফজবা কৌবা খিবিক্কী লাইবেম্বী উষামক্কী প্রতিমানি। ব্রহ্মামক্কী হৈ-শিংলবা খুৎনা মেৎ-মেত্তুনা কদায়দা করিদা হায়দুনা ইৎ-ইত্তুনা চঙখোন্ন শেম্লম্লবা লাই মচা-মশুশিংগীগুম্ ওইবা অয়ৌবী শক্লী, কুচুনা থম্বাল-লৈনা। তোঙ্গানবী শাবান্দুদা শেৎ-চারিবা ফিজোল্, মহাক্ লোইজিং-লোয়া খোল্লিবী লাইবেম্বীনি— করিদি থোন্ব-হৌনরে? অমংবা নোংগ-পাংখক্ ওইরবা মুন-শাংলবা শম্‌যাম্‌দু উরেং-মচুগী মপাল্ অঙাংবনা-চন্‌বা গম্‌শাদুগী মথক্ত ৱাই-ৱাই থাদরি। মকা-লাম্ন নুংশিংকী শহুম্‌দা অঙাওবা শম্লাং খরসু মনিঙ তন্নি। থা-ফন্ন চেংলবা খাঙদু ফিন কৃপ্ল-থুংদ শরুক খরসু উখ্রি।

"হৈমা, কৈদৌরগে... অসুম্-শোখহৌ'সিবো...? লাইয়াম্ ওরুবরিনি—"

অহুম্‌দু চপ্-মান্ননা তাইবং-ফাওরক্লবনি; মমান্নবী অমনা হাইফেৎ-লৈথোরক্তুনা কৌরক্‌পা; লৈশাবীদু খোঙথাং কন্‌খৎখ্রে—

"ঙাইখো-ও, পঙচত্ত-চৎখি...!"

মান্নী, তাম্নাগী খোঞ্জেল্‌নি। বীনাগী অকৃপ্ল টরাদা খুৎনা থেংঙুবনি।

লৈশাবীশিং লাইমাঙদা থাবল্ চোংদৌরি। নোং-নিনী ৱাৎলিঙৈ লৈকায় মবুং-মৌপ্পাশিং থোরক্কুনা লাইগী লাইমাঙ লৈতেংবা শীৎ-শেংবা হৌখ্রবনি। গ্রামোফোন্ খোঙ্গৎলক্লে, "থাঙ্গোল্ল'দো ময়া-থাংঙু থৌন... হে, লৌউবা!"

ও, লম্দম্ অদুনে! ঈশৈ-ময়েক্ অসিনে!

"অঃ,.. করিগুম্ব-মত্ত... তাদ্রমাল্লে! ৱা অমত্ত হংজগে,... হো তাবীরিব্রাও...!"

খুম্দে, ৱাহৈ-ওইনা করিগুম্ব অমা খুম্-ঙাঙলম্দে। খোঙথাং অদুদি খজিক্ তপ্থরক্লবনি। ইকায়-হঙ্গোইখিবমক্কুনা মমায়-মমীৎ হৈয়াই-অমুন্গুম্খ্রে। মায়পুননা য়েংলক্পদি নত্রে, খজিক্ লৈশীল্লম্মগ মোং-হাদ চৎলি।

"থাবল্সু লৈরিমাল্লে, ... অদো, করিগুম্ব-মত্ত ঙম্জরম্গেবা...। লান্নদি খন্বীখিনুকো ইবেম্ম!"

পাউখুম্দি ফংদ্রে। শক্কী নাপল্-কাবী অমসু ইনৎ-নৎখিদ্রে, হৈরী-হৈয়াইনা তেক্থরি।

অনিসি তুংথ-মাঙথ চৎলি। মমান্নবীদুসু ৱাখঙই। খুঙ্গংগী অউবা মীপুম্-খুদিং মীৎফম্ হোংনখিদ্রে। অঙাংশিংনা চৈতেক্-কোৎপী য়ুম্শাবী শান্নরম্ববু হুন্দোক্লম্লে। ঈশিং শোক্লুবী নুপীশিংনা খুদি-থীগনি থৌশানরুদ্রে। অহল্-মদম্ ওইরক্লবা হনু-হন্থীশিং, মশা-মশাগী মথৌ কাউথোক্কুনা ইবুংঙো-ইবেম্ম অনিগী যুগল্-রূপ্, স্বয়ং মমীৎমক্ল দর্শন্ ফংজবদা মীৎলু-নাপোম্ ঈহৌনরক্লে। মান্নবা শক্-চু ঙাক্লি। অমনা নুমিৎ, অমনা থা। ৱাহোং লাবগা ৱাহোং অমোম্গা। অমগীনা লাইজ-ঈপাক, অমনা থরো-থম্বাল। অনিমক্ খুনু লাব-অমোম্। শান্তীগী হৌরক্ফম্নি, তাইবংগী তুঙনফম্। ঈথক্-ইরাংগী ফম্বাক্ নত্তে, শেংলবা তীর্থ-যাত্রা।

খোইমুদু মখা-তাথনা গুন্-গুন্ ঙংলরে, "নিংঙোল্গী স্না-মিংলেন্বু;... পাখং খঙজখিবা য়াগদরা.. ? খঙজনিংখ্রেদকো থম্বাল্-মাল্লবী-ইবেম্ম.. ।"

ওম্থোক্পনি, অনিরক্-শুনা তন্না-শৈহেক্ তাখিদ্রে। হায়নৈ, লৈশাবীনা মমিং তাক্লদে। মসিনা নুপীগী মগুণ্বু হাপ্লিবনি। হাইঙম্-তৌঙম্দবী কয়ানা লাউরম্গনি, মাইনু থবা চন্দ্রশখী কেতুকী। থিগৎলুবদদি হায়রিবা মীংদু অমত্তবু থেংনদ্রে। থবাগী লোয়নবী, পুর্নিমা কৌবী অমদি লৈ। থবাদু পুর্নিমা ওইরক্লম্মে, থবা নৎলম্দরে। মসুম্ খুঙ্গং লৈরক্-কোঙ্গাংদা মিংগী পাউখোং চন্নরক্ই; মদুনা নুংশিবগী অহান্বা সিড়ী ওইদুনা লাক্ই।

কয়াদা খেন্নরবা ঙরাং অমসুং ঙসি! থবানা মাধুরী পোক্লে। মাইনুনা শর্মিলা ওল্লে। খল্লুবা য়াদে, যুগকী য়াওল্নি। করিগুম্বদা নিংঙম্দবদি লাক্ননু।

খঙবদি খঙলবনি, বৃন্দা। চাংয়েং অমা ওইনা খোঞ্জেল্দু নৌনা তানিংলুবনি, ফংদ্রে।

"ফরে, লেঙবীরো...! পলেম্-পম্থৌনা খরায়-থোঙ্গাল্ লেপ্... মীৎয়েং-শাংখৈবীরম্মনি...। অদো, থাবল্ মফম্দা ক্না-খিল্লী অমত্তদি লাঞ্জগে...। নাইনু-কিশি থাংবিনুকো ইবেম্ম...!"

রেকোর্ডদা ঈশৈ-ময়েক্ অমা ওল্লক্ই, "পাম্জদে অমুবা জাৎসে ইতা,... পাম্জদ্রে...।"

লৈমা মচাগী কুম্মৈ য়েংনিংদুনা হায়রক্ই, "ঙহাক্ চোংঙুরোদনা-চো,... কুইবদি য়াদেকো।"

মমান্নবী অনি-অহম্বু হোৎচিল্লক্ বৃন্দাবু শাগল্ পায়দুনা চিংখৎলরে। তান্-ফরবা ধুলোক্ বাঁশীগী খোঞ্জেল্দা থাবল্দু মপুঙ ফারে। থাবল্ ঈশৈ-হন্বনা থাবল্ ঈশৈ শক্লী। পেট্রোল্মেক্স অমখক্ল লম্পাক্তুগী ময়ায়দা মঙাল্ পুন্নমক্ শন্দোক্লী। পাখং-মচা অনিখক্লসু কদোম্দগীনো অমগ-অমুক্ পুশিল্লক্; ঙসিগী থাবল্-মৈদি থোইদোক্-হেন্দোক্পা অমনি শীঙথানরক্লে।

ভাবক্ ওইরম্ব অঙাং অনিখক্কী মৈগী-ৱানি, 'ইচে বিন্দাগী মিংদা, ... ঙসাই' পাখং অনিদুনা ঙস্মইনি...। মখোইদি থাবল্ য়াওবা উদে,... হন্খ্রজাৎলা?"

নুপামচা অনিদুগী মনাক্ত খুঙ্গং-পাখং গোবিন্সু ভাবক্ ওইরম্মী। অঙাং অনিদুগী ৱারীদু তায়—

"করি' য়াওদনিএগে...। অঃ... তূ,... মৈ মরুম্দা...। ও, মখোয় অনিবু-চঙনা মনিঙ-মমাঙ চপ্লীসি য়েংঙু...! উদ্রিবো ..তূ?"

ঙসিগী থাবল্ হায়নিংঙাই-লৈতনা ফজরে। মৈ ঙাল্লী, মীকোক্-মীথিৎ য়েংবা নুংঙাইরে। নহা-পাখং অমদি থাউমৈগী মৈঙাল্দা মৈরাম্বীশিংনা য়োম্শীল্লিবদুতবু য়েংলি। মরৈকায়নি, চোংবা য়াওদে। লৈকায় মচন্-মচেগী খুজেং পায়দুনা কন্নানসু থাবল্ য়াওনদে।

"চিঠিসি খর পীযু..., ঐখোয় অমুক্ লাক্খিনি..., শোয়দনা রিপ্লাই লৌরখিদবনি...। ঐখোয় হন্দবা য়াদ্রে,... কেশ্ অমা থোক্লি...। ফরে, সি য়ু নেক্স ডিজিৎ,...বাই!"

"ওকে...বাই, অল্-ড্-বেস্...।" অমদুনা অমুক্ নোৎলম্মী, "পাউ নুংঙাইহল্লম্-গদবনিকো...।"

হনখ্রে, নুংঙাই-মথেল্ অমা পুরদুনা শহরদা মখোয়। খুরুপ-থাদুনা থৌগৎখিবগী কারীবা উফুল্শিংদু মীৎয়েংদগী তাম্খিদ্রিফাওবা য়েংদুনা লেপ্হৌই। শাদান্বগী তেন্ন পাল্লবা মা, হৌজিক্তদা লৌশিং লাকখি। মখুত্তগী চেজেত্তু শিংকুপ-শান শেগায়রগে হোৎনরক্পা; মথম্মোয়দগী থোরকপা খোম্থাং অমনা মনাকোঙদা য়ৈরক্লে, "নহাক্ থাজরু'-য়াদবা মীনি, বিশ্বাসঘাটক্। নহাক্ মীনম্বনি,... নঙ লৈখা-তারে।"

মহূ-কল্লবা লিল্ অমা পায়রম্বগুম্ চেদু নাম্থোক্তুনা তাখ্রে। মখোয় শিকার লাক্লম্বনি। মমীৎ তপ্ন লৈথরক্তুনা হূ-তৈরবা তেঞ্জৈদু তন্ন য়েংলক্ই। তৌনিংদবা-লৈরবসু মহাক থবক অদুদি পাঙথোক্তবা য়ারোইদৌরি, মরমদি মশামক্লা তুমিন্না অয়াবদু লৌহৌবনিনা নুমিত্তু ঈশিং শোক্ফম্দা ঙাইরক্লে। ঙসিদি মথন্নতবু লাক্পা উখি, অঙাং নুপীমচা অমখক্ক। মমান্নবী অতৈ য়াওরক্তে।

মমাঙদা চপ্-লেপ্পুনা হায়, "সে, সি পীরম্মী...!"

ছং, কয়া' মথীবোং-পান্খিদ্রবনো? কয়াদ নুপা-থোক্চখিদ্রবা!

লৌদে, চেদুদা মুন্ন য়েংদুনা লৈ। তিংথোক্লিবা খুত্তুবু মীৎ-মরিনা শংত্রীক্-য়েংলি। অদুগদি অমুক্তসু নুপাদুদা হঙ্গৎনা য়েংলম্‌দ তপ্ন-তপ্ন মখোঙ থাংবা হৌখ্রে, মহাক চৎখ্রে।

"তাদো... হো, তা-গোবিন্...!"

শঞ্জেন্নহা-অঙাংদু মনাক্ত ঙেক্-ফম্থরে, "সে, হৈজাম্পেৎ চাও...! করিগীনো উংঙিদুবো...?"

অঙাংদুগী মখুত্ত হৈজাম্পেৎ খুবাক্-থন্ন পায়রি। ও, হৈজাম্পেৎ! মমীত্তসু করি-করিনো পংউ-উরক্লে।

"হো-চাও-ও, ... হৈজাম্পেৎনে-হৈজাম্পেৎ!" অঙাংদুনা ইঙক্-ঙক্ন হায়রক্খিবনি, "করিগীনো অদুক্-মুন্ন য়েংঙিদুবো...! চাও-ও, খোমীৎ কা-ব ঙাক্তনে।"

"কদায হৈজাম্পেৎ. ।"

মখুৎ অনিবু-চঙনা অঙাংদুদগী হৈদু লৌদুনা খুৎচাউ-থারক্লে।

"হৈমা, তা-গোবিন্... করি খুৎচানো অদুদি..? ফুন্ লাক্কনিকো,. তপ্ন-তপ্ন চাও!" ইহি-হিগত্তুনা নোক্লম্ব অঙাংদু ময়াম্বগী মীৎলু-ইরাদু উরুবদদি মসুম্ হায়রক্লে, "ঐ বাঁশী খোংগে,... তাগেরা?"

"তোম্ব.... নঙবু বাঁশী খোং-হৈব্রনে...? খোঙু-খোংঙু ইয়াম্ব তাগে।"

ফীরৈদা য়েপ্লম্ব তৌদ্রী-অমা, মদু কুইনা পায়নবক্পদগী শৃৎ-নাপ্লে, মচীন্-মখাদু খজিক্ লেঙ-ওৎলম্মগা খৌদেম্‌দুনা, অপীক্পা উতোং-অহোবদুনা শুর-পান্খৎলক্ই, "তু... রু... রু... রু... ।"

শঞ্জেন্নহাদুনা যমুনাগী ঘাট্ অমদা ষন্শিংদু ঙম্ন-হোইথদুনা নুমিত্তুগী অরাম্ব কোক্হল্লে। ষন্নাউ-অমগী মঙক্ত কোন্দুনা শান্নরক্লে। বাঁশী খোঙ্গৎলি। হানৌ-য়েন্নৌশিং লেঙ-লেঙ চৎলক্লে। অপীক্পা-জীব খৈরোয় খেবনা চোং-ফল্লক্লে। ব্রাহোং লাব-অমোম্ন নোম্-নোম্ জগোয় শারক্লে।

অব্রাং-থংবদা চীংশাং অমসু মুনা-শন্দোক্খি। নোং-পুবা অমুবা লৈচীন্ন কুপ্খিদুনা অমুক্তসু হেন্ন মুনা-মম্ন উরি। মদুগী মরক্ত উবোক অনিখক্, মদু কেকু-লোৎলিবনি। অমুবা মরক্ত অঙৌবা, মদুবু কয়াদদি ময়েক্-শেংনা উরবনো! বন্গী উহৈ-ব্রাহৈ চারুরিবনি। অশেংবা উহৈ-ব্রাহৈ, অরুবা-ঈশিংনা মখোয়গীদি মচীঞ্জাক্লি।

# মরি ৩

গোবিন্‌গী মপাবুং-গৌবনিত্যাই শহবদগী যাইঙংপোক্‌পী-খুল্‌সিদা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈখিবসি ঙসি-ঙবাংগী ৱা নত্রে, মতম্‌ কুইথ্রবগী ৱানি। মচীন-মনাও ফাওবা শক্‌খঙ-মাযখঙনবমদবগী মবম্‌ অমদি চাউনা লৈবক্মী। গোবিনবু-পোক্‌পা মপাদুনা মমাইবেম্ম বাশেশ্বরীবু পুন্সিগী অৱা-নুংঙাই খোঙদামিন্নবক্সি হায়না পুশিল্লক্‌খিবা নুমিৎ অদুমক্‌, মপু-মবেন্ন মমা-মপা অনিবু পুন্সিগী ওইনা ইন্থোক্‌পা নুমিৎ ওইখি। মপুদু শহবদা চৈবাপ্‌-কাবোট (কোর্ট) কী মশক্‌ নাইবা মেম্বরনি। ইজ্জৎকী মথক্ত শাদোং-ওইবনি। শহবগী যাইতোং-খম্‌দোং শীঙথানবক্‌পদা অহান্‌বা-মশীঙদা চল্লিবনি। ঙাঙখিবা ৱা হোংবা লৈতবা, মকুপ্‌-মপাংনা কি-হঙ্গোইনা চৎপা মবুক-চেৎপা মীনি। মকুপ্‌-মমান্নবা অমখক্কী যান্নসু চান্নজবা, অমগী মচানুপীগা হায়ন শীঙনবদু খাংঙুথক্ত কাযবে। হন্ন-হন্ন থেমম্মী, যাদ্রে। অদুগদি নুঙদু তেক্‌খ্রেদনা, শম্ব যাদ্রে।

গৌবনিত্যাই মবুক্‌-তপ্প নহানি। খল্লুই, ইপাগী অশাউ-মৈ মশুনুপা অমা উবগদি শোযদনা ফবক্কনি। শুংশোয-শোযদনা মহন্‌ফম্‌দা-হল্লক্কনি, মতেফমদা-তেবনি। অদুবু অমত্ত হল্লক্রে, অমত্ত-তেবদ্রে। মচা-অহল্‌ ফংজবগী পাউ যৌখি। মনে-মন্দোল্‌ খব নত্তনা কনাস্‌ মশক্‌ উখিদ্রে। মশাগী সম্পত্তী খবগা ইন্থোক্‌পা-হাযনা-ইন্থোবক্তুনা লৱায মচী অমদা লৈববা মতম্‌গী ৱানি। মদু নত্তবা কযা-কযাবক্‌সু মখোযবু লৌখৎপিনবা হাযজ-চৎচ তৌকবা পৃম্ব কান্নখিদ্রে। ফন-হাযববসু নিত্যাইগী থম্মোয মপাদগী শরুক্‌-অনি হেন্ন কন্‌শীন্‌খ্রে। নুঙদু শকক্‌ অনিবু তেক্‌খ্রে। কবি অমুক হাযগনি, মচা-মমৌদি লাযবদনা শুবোল্‌-তাবক্রবসি ফাওবা মপাগী ৱাদু কনানা নিংশিংনখিদ্রে।

নহান্দী অদুক হক্‌খ্রবা নুঙগী থম্মোয়, মযাযদা খাইবোক্‌-খাইবোক্‌ তেক্লখ্রবদুবু, নুঙ মহী ওল্লক্তুনা লৌখোং ওইনা চেন্‌খ্রে। পাখং মচাদুবু কোন্দুনা কপ্‌খিবসি খা-বাই অমা তাখিদ্রবনি। পোক্‌-থেক্লুবা থম্বৌ-হেবা মকোয়-মবাংনা যান্নবন্নে। হোয, মহাক্‌ চফু-চনাইশুম্‌ ফোক্‌-কায়গন্‌বা পাত্র অমদি নৎলমদ্রে। মমল্‌ য়াম্নবা সনা-কোন্‌য়াই ওইরম্নে।

মখোযনা লাক্পগী মবম্ হংলবদা, মশানা-য়াদবা নুপী অমা চিংলুবগীদমক্ থানা-দারোগানা কোয়তান্-তান্নরিবগী মরম্নি হায়বা খঙঙে। কোর্টতা মচীন্ হংবা তারে হায়দুনা পাউ লাক্পদগী নোং-নিনী পল্লম্নগা হন্খিবনি। নুমিত্তু অঙাং-অনী শম্নাদা-লীৎলক্পনি, শগোল্ অনীদুগী মপান্দগী। মখোয়না তোংলক্খিবা শগোল্ অনীদুদি খুমন্-লম্পাক্তগী; হৌজিক্তী লংখ্রে, মতম্দুদা পাৎথী-কোম্থী বু-লাং চরোৎ-হাবুঙ-মক্তনি; হেকমক্ ফারগা তোংলক্খিবা ওইরে। নুপী-চিংবা য়াওরুবগী দণ্ডীদগী, সরকারগী নম্বর হক্পা, গুর্খা-লাম্মী-পল্টন্ অমগী শগোল্ হূরুবগী মরাল্না হেন্ন-কন্শীন্ন পাউ য়ৌরক্খিবনি।

* * *

ফিরোল্-শমুক্তুদা ফি কন্ন লোন্বা হোৎনরিবী মমাগী মনাক্ত মচানুপীদু ইন্শাং-শেম্মে। লফু ইরোন্গদৌরি মানা-পাম্জখ্রবা।

মমানা নুংশি মীৎয়েংনা অমুক্তং যেং, মচাদা অসুম্ হায়রক্ই—

"যুগ্-কাল্না ফত্রসিদ... নখোযগী চীং কাবা হায়দুবু..." মখা-তাবদি ঙম্দ্রদনা, মমান্নবী ময়াম্ য়ৌ-যৌ চোংলিদুগীসু হেক্ খল্লু, মচাগী মমায় য়েংদুনা হায়রকখিবনি—

"বারুনী-লাই খুরুম্বদুবু,.. নঙবু য়াওনিংব্রনে ইবেম্ম?"

"ইমা, য়াওনিংই ." মখুত্তী ইবেপ্-লেপ্তে, "চৎলুগেব-হা ..!

"হো, চৎলো-চৎলো..। খোঙবুবু কনা-কনা শাদৌরিম্নো,...? নখোয়গী হৈমা, ইবুংঙো-গোবিণ্ড.. "

"অয়োইমা...।"

ওস্থোক্পা-তাংফম্ অমদা, ওস্থোকপা রাহং, অদুগা ওস্থোক্পা মিঙ্গৌ অমা—। অকি-তুজুং য়ান্নরবা খোস্থোক্তু তম্ন, লাক্লিবা অনিদুদগী পাখং অমদি ওস্থোক্ল-ফিংন চোংশিল্লক্লমখ্রবা— লৈশাবীদুই মখুত্তগী ঈদু, ফেজোম্ কুঞ্জানা ফৎ-তৈথোক্লম ময়াদা থোক্-উম্শিল্লগে হোৎনরক্পা মীকুপ্— পাখং অমনা লৈশাবী অমগী মশা শোক্তুনা "করিনো ঐনা তৌরিসিবো" হায়বা নিংকোক্লবা ব্রাখল্ অমা লাক্পা; অঙাং ওইরিঙৈগী চান্নর-মরুপ্নি হেক খল্লক্পদৈদি মচীন্ন কোক্-চুপ্তুনা লৈখ্রে। মফি-কুঞ্জাদুদি ঈনা ইঙাঙ-ঙাঙনা তৈরে।

মমাদু ফ্রং-ফ্রং চোংলক্লবনি, "কম্দৌরিনো-মি ইমাই'-বেম্ম...?"

"ইনেবেম্ম,..." লোয়নবক্লিবা মমান্নবদুনা থেম্জিঞ্জরক্ই, "নুংশা থীবিরুনু, করিসু তৌরোইদা।"

মমীৎ অনীদনা ইরা, পুম্থুম্-তাথরিবা খজাই অনীদনা জ্বার-ঈথক্, হক্চাংদনা তুজুং-মাঞ্জুংলিবা; কয়া-নান শোক্লবনোসে!

মরুপ্‌-মমান্নবদুদি নুপাদুগী মচীন্দ-ঙাক্‌ য়েংদুনা লৈ— ঈনা খৌবুম্‌-থল্লরিনি, মপা-অঙাওবৈ মচাসিনা তৌ-শা-ব-ম। মমা-ওইবীদুনদি লৈকায়-পাখংদুবু কয়া ব্রাংলবা আশন্‌ অমদা থাঙ্গত্তুনা থম্‌জখ্রবা। অকি-অখং লৈতবা, মীগী অব্রা-খুদোংথীববু য়েংঙম্‌দবা; মশাদা হেক-নংলুরবগুম্‌— ঙসিনা মচাগী অনা-লায়কন্নবীররিবা।

অশোক্‌পীসিনা মাই-শারিবা নুপাদুগী মমীৎ-অনীদুদং উজনবগীদমক্‌ লাঙতক্করম্মী, কোক্লে। ময়াদগী ঈদুসু ঙম্ন-য়োৎশিন্‌থোক্‌খ্রে। মমীৎ অনী ইরা-চেল্লম্ব, হান্ননা ইরা-থাংলম্লবা মীৎস্না-অনীদুনা কোক-মীৎচানরম্বদগী হৌগৎলক্‌পা, ফৈজোম্‌-কুঞ্জাগী ঈদু উরুরে মমানা।

হায়রক্‌ই, "ইবুংঙোগী ফিসিদি ঈন-লোইরেদনা... !"

"ইমা, ও... ইনে-বেম্ম...! শু-চাম্মগ মরাই-কোক্‌চনিদা..." চীন্‌বাম্ভোংদনা মদুম্‌-খুম্লুরবসু, থম্মোয়নুংদদি অসুম্‌-হায়রুরি, 'ইনেম্‌-ইবেম্ম,.. কোক্তবসু ওইবসনু। ফিদ চুরিবা দাগ্‌-অসিনা কোক্‌খ্রবসু, থব্রায়-হক্‌চাং য়াওনা শঙখ্রবা মচুসিদি পাক্‌ কোক্লরোইদমাল্লে, কোক্ত্রসনু।"

"ইবুংঙো-খোয়না লাক্‌পবু... হোয়নে-হোয়নে, নখোয়গী চীং কাবদুই' খোঙবু-শাবা ?" লৈমনা চঙখ্রিবা মচানুপীদু য়েংলগা হায়রক্‌ই, "নুংশার্থী-চৈরোয়নখিদুনা ফিদা-লাংদাগসু অমত্ত-য়াওদ্রেনে, ইবেম্ম.. তারীব্র নঙবো...?"

মচানুপীদুনা যাত্রা-ফক্‌ অমা, মদু হান্ন-হান্নদি ইশী-শীজিন্নখিদ্রিবা পোৎ মাল্লী, পুথোরক্তুনা দাডী মচীন্দুদা থাররে। অনীদুনা চঙশিন্নবক্তুনা ফম্লক্‌পা, মমাদুনা "ঈদুবু খক্লব্রনে" হায়না হংলক্‌পদুবু, "হোয়, খক্লে ইমা" হায়রম্লগা ইমুং চঙখিদুনা পর্দা মরুম্‌দা লেপ্‌, মপান্দ শান্নরিবা ব্রারীদুবু তাননবগীদমক্‌ লাঙতক্করিঙৈ, "অসুক্‌ ফরবা মাইবা অমা লৈরিঙৈ করি ব্রানিংঙাইনো" হায়না মমান্নবদুনা; মদুবু অতাবশিংগী মীৎয়েংদদি ফাগীদ-ফাগী ফাগী মাল্লবসু, হায়রক্লিবা ব্রাদু তাবদদা নিংঙোল্‌-কাদুদা নিংঙোল্‌ মদোম্‌ নিজরক্‌ই, "নহাক্তনা ননাওগী অব্রা-নুংঙাই মাইবা শাবিয়্যকো!"

"মাইবা-কনাগীনো, নখোয়না অদুক্‌-ব্রানরিদুবো?" নুমিদাং য়ুম্লোন্নবদা কোয়থোক্লবদগী হঞ্জিল্লক্‌পা, ইবোহল্‌-বাবু শান্নরম্লিবা ব্রাদু তাদুনা হংলক্‌খিবনি, "হা, কনাগীনো হায়বা..?"

"মাম্মো, ঐখোয় লাক্‌চরম্লি...।" মনিনা মখোয়-মশাবু মশক তাক্লদুনা হায়জরক্‌ই, "বৃন্দা... অঃ, বৃন্দাসে হৈজ্রাংনা..."

"হোয়-হোয়, ইবুংঙোখোয় লাঅম্‌দ্রদি... ইথস্ত ঙাওদুনবু চৎলম্‌নি...।" মমা-ওইবীদু ঙম্‌দাইজফম্‌ লাক্লবনিনা ঙম্‌দাইজরক্লে, "ঈ-ন কয়াম্‌ থোকখ্রে, ইবুংঙো গোবিন্ন...।"

মিং অদুনি, মিংদুননি ঙসি ব্রারু-নুংজু থোক্লখ্রিবা। মহূ-ময়াই কল্লবা মিংদুমক্কী

"মিঙ্গৌ" অমা ঙসি থৌ-চিল্লবী নুপী মচাসিগী নাকোংদা য়েরমদ্রবা, থোকহৈদবা থৌদোক্তু নংলমদবসু য়ারম্মী।

পাখং-অনীনা লাক্পগী মরম্ খঙলবদা য়ুম্মুনা মসুম্ তাক্পীরক্ই, "ইবুংঙো-মনি,... গোবিন্! নখোয় য়াওরি হায়বখক্তগী ইবুক্-লুম্দুনা,... নচন্সি থাদোক্কদৌরিবনি। হৈন-শিংনা চৎলু...! মতম্সি, মতম্-নত্রবনিকো।"

লৈকায় পাখং অনীদু হন্খ্রবদা নীংঙোল্-ওইবী মহাক্তী হায়ফম্-তম্ফম্ খঙদবা মবুক্লিংগী ইঙুল্ অমনা মশা-পাল্লে। নীংঙোল্-পীবুক্ য়ৌন-নুংওন্খ্রে, মথুম্-মরাঙ হৌরে।

পীক্লিবা নব্বা-অঙাংদু মখুদোম্বী চুপ্-চুপ্পুনা শান্নরম্ব, নিদ্রা-লাইরেম্বীনা শুন্নম্বদগীদি নুংঙাই-তুম্খুন্-তাল্লক্লে। তরু-তরুবা মীৎ-নহা অনীবু কুঙনা হৌরিবা পা-শিংদুনা তপ্ন-তপ্না কূপ্শিন্বা হৌরক্পা—

* * *

মাঙদা শংবান্ননা তান্ন-উখ্রবা লৈগী-লম্পাক্, কোম্বীরৈ পাম্বীশিংদা পাক্তক্লনা লৈরাং-লৈশাং তল্লিবা, লোইবোই-হাগৎখ্রিবা থেন্ মচা-মচাশিং, তৌ-শীংনাংগী মপাল্না চামোর হাইবিগুম ৱাই-ৱাই, চীংথ্রাও-পাম্বীশিংদা খোইমুশিংনা গুং গুং; হেক্ থংনবদনা ৱাংলবা চীংগী চীংদোল্ অদুগা উরী-বারী বু লাং উচাল্-পাম্বীশিং।

চেক্লা-শক্লোন্ লৌবক্লে, মনিঙ তম্ন-অইংবা নুংশীত্ত। মপোক্-লাংওন্ খুদিংদা, পুংবা-শাবক্রুবা মহাক্সু, শাখপ্-তোয়না য়ৌরক্লে। খন্নাং-তুফাং-য়ৈনা, চীং-মান লোক্ তাই লাল্লক্লে।

থংনবা মীকুপ্ অমদদি, শঙাই লাবা-অমোম্ ওন্, চাক্তামিন্নরক্লে, কৈবুল্ লম্জাউ ফুম্থক্ত। শীংঙুৎ-কম্বোংনা চীঙ্গারিক্ল, লোক্তাক্তী ঈশিংনা থরায়নি।

লাংওন-কুমজিন্ অমদনা, সনা-মান্বী শনারৈ, লৈগী জাৎতা তিল্লরে। খোইমু-মাসু খ্যাঙজেংবা, লৈরাং খোঙ্গুল্ লীরক্লে। লাংওন্-মপোক্ অসিদদি, ওম্ভোক্ল কুম্মৈ নুংঙাইদৌরে। অমনা চৈ, অমনা থেম্মী। অমনা থাজদে হায়, অমদুনা থাজৌ হায়।

মশানৌ অশাউ-মৈহৌরে—

"নতাৎ-হৈবা লমদন্বা খোইমু;... লৈরাং-খুদিং চীরোল্ তৌবা...! খঙই-খঙই নঙগী শাজৎ,... তান্ন-পাইখরো অমুবা-খোইমু!"

মশাবীনা থেম্মী, "লৈরাং পুক্লিং শেপ্পনু,... চঙজফম্ নিরবা নকাদা...। চীরোল্ হৈজদবা খোইমুনি,... শীংঙেল্ নঙতবু খোয়দাজবা...।"

খজিক্ ইংঙে। অদুবু, "থাজদে" হায়বীরে। নৌনা পাউখোং-চল্লক্ই। পাখংগী মীৎপু লৈশানা খুম্মুরে। উগী-হংগুম্ খোঙফম্-লেঙদ, লেপ্পক্লে পাখং মুর্তিগুম্।

নাহুই-লোল্লবা বু-লাং, উরী-বান্দোং হাইরুরে। শ্রীনিকুঞ্জ-বন্‌দা রাধা লাইবক চাউরবী উরী-বান্দোং হাইরুরে।

খোইমু শাখপ্‌-তোয়রক্‌ই, "কুইনা লোৎপা য়াররোই,... লৈনম্ন লৈকায় পল্লাম্লে,... নিঙজবা লৈকোল্‌গী লৈরাং ও।"

"থাজদ্রি" হায়দুনা হন্দক্তী নুংশি-মকাদা ওইনজবা-পাম্ব নিংঙোল-মশিঞ্জাং ওইখ্রবনা, হান্নগুম্ মমীৎ খুম্‌জিল্লম্মগ অঙম্ব-চীংমায়দা চেন্‌খৎলক্‌পা; অমনা-অমবু ফন-তান্নরক্লে, লাপ্নরক্লে। চীংমায়-নাপোম্ অমদা চেন্‌খৎলি, ৱাবা কৌবা লৈতে। চীংয়াঙ-শম্‌দুনা চেল্লী; চোক্‌থবা-কৌবদ নাইখিদ্রে।

খঙহৌদনা— ইখঙ-খঙহৌদনা চীংমায়দু খোন্ন লম্মৈ চাক্‌খৎলক্লে। লাউন-খোংনা ঙ্বং-ঙ্বং, প্রেক্‌-প্রেক্ প্রেক্‌-পাক্। লম্‌হাংদা চাক্‌পা মৈনি। চীংদোল্‌দা হৌবা লম্মৈনি। অকন্‌বা নুংশীৎ য়াওরক্লী, মৈশা-মৈরীনা হু-হু।

লাপ্ন চীংখাদা খোন্থাং অমা তারক্লে—

"হা-বিন,... হা-বৃন্দা,... হো-বৃন্দে... ... ... ...।"

লম্মৈগী ইৱায়খোল্‌না লাপ্ন তারম্ব খোঞ্জেল্‌দুসু মতুং-তানা তাবা ফংখিদ্রে। অকিবগী মশক্ ফংলবা জঙ্গল্‌গী মৈদুনা উরক্‌-ৱারক্ত চাক্তারম্ব শজি-শঙাই উচেক্‌-ৱায়া কয়া অকি-অখং য়ান্ননা পাইনখ্রি, চেন্নখ্রি।

স্বর-থিংদুনা লেপ্লম্বদগী হন্থরক্তুনা চেন্‌ফম্ থিরক্‌পা, মশা-পূম্ব মৈনা পুম্‌কোয়-কোয়শীল্লম্লে। চেন্‌ফম্‌-চোংফম্ হায়বা অমমুক লৈখিদ্রে। জ্ঞান্‌-মাঙলবী মহারু তাইবংগী "ইমা" হায়না লাউরম্লগা, "ইস্" হায়দুনা মীকপ্ থোক্লে। মশা মউ হুমাংনা পল্লুপ্—।

নুংশা-থীজরুরবী মমা-ইবেম্ম মচাগী মশা নোম্মৈ।

"অদুক্‌-থীনা লাউবা হৌনব্রদো,... তূম্‌থরুরব্রাও?"

"কৈসু তৌদেদা...।"

মমাদু হন্‌খ্রে।

মচীন্দ-শোল্লক্‌ই, "ইস, করি মঙনো...? হে, চীংঙু-ইবুংঙো পাঙ্গল্‌বা! নমোম্‌গী লম্বী তাক্‌পীয়ু! লম্বী-লম্ফাংনহন্‌বিগনুকো ইবুধৌ!

বারুনী মমাঙগী অহীং। অঙাং-নুবী নৈশাবী-পাখং কয়া-কয়া, মখুত্ত মৈনম্ অমমম্। খোঙ-লম্বীদুগী নাক্ য়েত্ত, চরোৎ-শীংনাং লৌবুক্‌-লম্‌হাং তূ-খোং। থাশিরম্‌দাই শুক্-শুনা মম্, মৈরানা পরেং-পরেং-পরেং। খুজেংগ-খুজেংগ ফিনাগ-ফিনাগ। কনা অমগী খোঙয়াদা শীংনাং-মখোক্ল, কনা অমগীনা চরোৎ-হারু-হাবুঙদা, কনাগীনা শীংগ্রেং-মৈখারু— অমুক্তোইবা য়াৎনখ্রিবা য়ূনখ্রিবা। মদুম্ খোঙ্‌হাই-খুদা-চাখিদ্রবা মফম্‌দুদা, কনাইগীকা

খোঙঙুপ্ হায়বদু অমত্ত হাপ্লদবা তোংনদবা। অমম্ব অতিয়া মকোয়দদি, নোংঙাল্লম্‌দাই মঙাল্ হন্থবক্লবা থৱান্ লীশিংনা তগুপ্-তরেং। চীংগী চীংয়াঙমক্তদনা যৌবন্‌গী অয়ৌবী থাক্ত মশেক্-মঙাল্ শন্দেক্লিবা শজীক্-থবা। অশুক্‌পা লোক্লুং-মান্নুংদনা হারিগী নিং-নিং, কৌজেং-হাবৌনা চ্রিক্-চ্রিক্। অরাপ্প খুঙ্গং চিদাইদনা কে-ক্রে-কে। উথুম্ন তুম্-তুম্। চীংখৈ ফিদুপ্ হুল্লক্লে। "কুহুক্-কুহুক্ কুহুক্ কুক্-কুক্-কুক্...কু-কু কু...কু" নোঙ্গৌবীগী নোঙ্গৌ-ঈশৈ, নোং তারে। কুম্‌গী অহান্‌বা নোংজু অকন্‌বা নুংশীৎ-শহুম্‌গা লোয়ননা চুথরক্লে। মরক্-মরক্তসু খাক্-লাউরি। লায়ওইরবা মনা পুঙলবা উপাল্ কয়া তুমিন্-তুমিন্ মুশুক্-মুশুক। উবী-ৱাবীনা পল্লোন্-তরেৎ। খোঙ্গুমৈল্লে ক্বাক্লে উকারক্ত মকা-ফন্। লোক্-তাইগী চীংজুম্ন ৱা-ৱা। নোংলিক্ল উনাদা তোপ্-তোপ্। নুংশীৎনা খর নোংনা খর, মৈনম্‌গী মৈরী পুৎ-পুৎ। মশম্-মনা মফি-মরোল্ পুম্‌চোৎ-পুম্‌চোৎ।

থেন্ অমা। মৈঙাল্ খব। ডম্বুব মখাদা পোৎয়োন্‌বীশিং। যাত্রীক্‌শিং। মাগুব-মচাদুদা পালা নুপীশিংগী ইবুংঙো-ইবেম্মগী মিংখৈ।

লৈশাবী অমনা ইল্লিবা ফীদুপ্তু শুম্-শুম্‌দুনা—

"নোংসিদি ওম্থোক্-কন্ন চুরেদা...।"

"চুরে-চুরে..." পাখং অমনা পাক্-ওক্লক্‌ই, "চুরসনু...!"

নোংদুদি খংহাং-হাংদোক্‌খ্রে।

"কবি লোন্দা-খোন্দানেইগে 'সিদে...।" ইঙেল্লৈনা বৃন্দাদা ইঙ্গিৎ অমা তৌরম্, ফাগী হৈববা পাখংদুদা নোৎশিল্লক্‌ই, "ভূৎ-মান্‌বা নহা অমা য়াওরক্লিবসিনা,... লাইনা য়াদ্রবনি। চুহন্নিংখোদনা.. চুবিদ্রে. .।"

"হা " খুল্লও-ঈশৈগী শৈহেক্ত, মমীৎ-নাম্ম খপ্‌চীল্লম্ মনিনা শুর-পাল্লক্লে—

"হো. কুম্‌গী নোং .। করিগী হাংগনি নঙ . ? নঙ চুখো,.. নঙ চুখো,... চুরো-চুবো কুম্‌গী নোং! নোংদম্-থীরবা পাখংগী,... নোংজু-পাম্থাদা য়াওরক্‌পী,... ইশানৌ মাবু লোক্লগে। নাম্ম-হাঙলিবা পুঙ্গিসে,.. মরিংনা-শাবা শঙবাযসে,. লাইবক্-খেল্‌বু য়েংলগে...। চুরো চুবো চুরো,... চুখো কুম্‌গী নোং!"

"ৱা-ৱা," খুবাক্ মখোল্‌গা লোয়ননা হৌনা-নোকপগী খোঞ্জেল। ঙাইহাক্তুদা নোংসু ৱা-ৱা। কোথ-কোথ নোক্লরম্ব চপ্-লেপ্।

মাঙদা নুপা-অমা। ফৈজোম্ মরাক্-তাইদবা, খুদোল্-খোঙঙুপ্ অঙৌবা। লীচৈ-লীরু-কংনান্‌বী, অকবর-মচৈ অমা। মখুৎ-খুৎশাশিংদা হীরাগী নুঙ। মীওই-মিতৌ চাউদম্-শাংদম, মশম্-মনা কাংমুক্-নান্। কুচুদবু ঙৌনা, লাইবক্ পীশুম্ ময়াদা থাঙ-তেন্ন শোক্‌খিবগী দাগ্।

পোৎয়োন্‌বীদুদগী মৈখেত্তু পাক্‌-লৌ, চুরুত্তু চম্‌ মৈখু-ৱাংনা কাম্‌থোক্লগা, ওঙ্ঘোক্‌পা মীনোক্‌ অমদা—

"মখে-লাংঙেদা অঙাংশিংসে...। করি-লম্‌দগীনো ইনাও-শা?"

মমীৎ অনিনা বৃন্দাদা-চপ্‌।

"হা..." হান্নগী ঈশৈ-মখাক্‌ লৈরি, "হো, কুম্‌গী নোং... নঙ চুরো, নঙ চুরো, নঙ চুরো...। কুম্‌গী নোং চুথরো...! অমোৎ-অকায় চাম্‌থোক্লো,...ফত্ত-হাওদি তাউথরো...! নঙ চুরো... নঙ চুরো,... চরো-চুরো, চুরো... কুম্‌গী নোং।"

ঈশৈ-ময়েক্তু নুপাদুদা য়ুরম্মী, অশাউবা উৎলক্লে।

"হে অঙাং,... করি লম্‌দগীনো হঁ...?"

যুগ অসি যুগ অমনি। লম্‌দা যুগ লৈরম্মে।

"তাতোন্‌বু;... অঃ ঐখোয়... " মনিদু মশাদা অপান্ননা-হংলক্‌পা হায়বদু-থোক, খুৎলিংলক্লিবা-মীথীৎনসু য়াম্ব-কৌদুনা মবুক্‌-লুম্‌জ, ফাগীগী-ফাগী ফাগী অদুম্‌ তাহল্লক্লে—"তাতোন্‌, ঐখোয়...আ-লাপ্লবা... নুংশি-ৱাখৈবা হায়বা খুল্‌দুদগীনি,... করি তাক্‌পীগদবা?"

ময়াম্‌দু অমুক্‌-হন্ন "য়া"। নোং হাংখ্রে।

নুপাসিদি লৱায়-মকোক্ল-মকোক্‌-নত্ত, য়ুম্ফাল্‌-মমৈরা-মমৈ-নত্ত, মুক্লা-যাত্রানি হায়দুনা ঙক্‌চাও-থেক্‌চবা; মীনা কি-তুক্কৎচনরবা শারম্‌চৎ-চেন্‌বা নুপানি, খুবাই-পানাদগী। ঙসি-ফাওবদা মনম্‌-লৈবাক্‌ তারক্ত্রি। "তোমাল্লো মুক্লা-মাত্রা" হায়না শেগাক্‌। তালোয মঙা, ঙম্ন ফা-পুন্দুনা লৌই; মপাম্‌দা অনি।

হায়রক্‌ই থৌ-ৱা ইশা-শাদ চুরুট্‌ ফৈন চিং—

"শক্তী ওখাক্‌-তাখৎলেনে-কো ..।"

"হে, অঙাংশা...।" ক্বাজপ্ন ক্বা-চপ্লম্বী লোক্‌মায়-পান্‌বী অমনা লাউরক্‌খিবনি, "নিংথী-নিংথীনা ঙাঙনৌ-শক্লৌ,... লাইগী-খুভম্‌নিকো-মসে...।"

মনিদু মশাদা ফাগীগী নিশা হেন্ন-হেন্ন ইনোৎ-কারক্লে—

"ইয়াম্ব হায়'সু নৌমন্‌গনি,... ভায় হায়রগে. ভায়! নিংথী-নিংথীনা মঙাঙনসি...। য়ৈনসি-লংথনসি হায়রসু, নুমিৎ-তা ফাওবা মতম্‌ লৈরি . । কৈদৌগে, .. ইচন্‌-ইচেশিংসি লাই খুরুম্বনি হায়দুনা লাক্লেদো...। নত্তে, হৌজিক্‌..."

"করি পাম্মী..." কাদোম্‌দগীনো নারোন্দগী ফৎ-ফাওজিল্লক্‌ গোবিন্ন নুপাদুগী ঙক্‌শম্‌গী ফুরিৎ পায়খ্রে— "তাগে-হায়'-তাবনি,... নঙগী খোন্দু চৎনব্রা...?"

মমীৎ-মমীৎ চাথোক্লগদগুম্‌ য়েংনরম্ব, পায়রিবা খুৎপায়দু খর-খর লাক্‌শীন্‌, খর-খর লাক্‌শীল্লম্‌ ধক্‌-ইঙ্ঘোক্‌খ্রে। মশা-মশাদা থোংলম্ব-মফি থোক্‌-থোক্‌ লংথোক্লৈ।

নীংগ্রী-নীংগ্রী থক্-থক্। জুরা চপ্-চারে, ৱাং-চাউবা ফিভম্-মুর্তি। পাবোৎ-শাবদা নোম্প্রদ্রে। কনানো জয়-পরাজয়? অমনা পাপ্নি, অমনা ধর্ম্ম। অমনা মীয়াম্ থেংনরক্লবা; অমনা নহা-পাখং।

মুক্লা-কাঙজৈ, মপা-মপু জাৎ নাইরক্পশিংদি নুপা ওইবগী শাফম্-লান্ফম্ শরীৎ-শরাৎ কয়াদা মীমান্নজনবগীদমক্ ওঝা-গুরু নাইরক্ই।

কোন্নখ্রে, লেংগ-লেংগ ফৈরুগ-ফৈরুগ গ্রীক্-গ্রীক্। লোংখ্রৌ য়েৎলী, লংথনবা হোৎনৈ। খান-অমুক্ ইল্লী, ৱাংনা-অমুক্। লাক্চনদ্রে, অমনা-অমবু হেন্নদ্রে। নিংশিংহল্লে, অদুঙৈগী মোইরাং-অথৌবা অনিগী-ৱা। অমদি লৈবাক্ পুঙজাউ-থীন্দুনা শেৎনিঙ-চানিঙবা মনিঙ তম্, তালোয় কয়ানা সেবা ফং, মোন্দুম্-মোন্তেক্ত য়াওন্ন, নিংথৌ-ঙম্ব-অঙম্ববু ওইখিবা। অমদি মচেম্-লায়রবীগী ফিজি-ফিনানা কুপ্তুনা থম্জবা, মোইরাং খোরী-কৈথেল্দা শীং জা পেরুক্-কেঙোয় খর য়োল্লুরগা য়োক্ থাক্চরক্পা; লোক্তাক্কী ঈশিংনা চফম্-হাপ্লক্লবা; ফুদোংলবা-সনাগুম্ মঙাল্-নাইরক্লবা খুমন্-মচা লম্জাদো।

লাইগী-খুভম্ য়ৌদ্রিঙৈ ওস্থোক্ল নুংঙাইরবা কুম্মৈ অমা য়াত্রীক্শিংনা উবা ফংলে। নৌনা কানরক্পা কয়া, কাবা হৌরুরবা কয়া অমসু ঙম্ন কুম্নরক; শামু-লমশা অনিনা য়াথিন্নরিবদুবু চীক্ল-চায়ন-ঙম্দনা য়োম্শিল্লরদুনা য়েংনররে।

শায়াম্-থেংনরক্লবা নুপাদুগী মখুত্ত গোবিন্ মপাঙ্গল্ লোইশিল্লক্লবনি; নুপাদুগী লৌ খঙজিল্লক্ত্রে। লেংগ-লেংগ কোন্নরিঙৈ, লৈশাবী অমগী মৈবুল্-ইকুম্-ঙাঙলবা মমীৎ অনীবু উরুবা খুদম্; মনাকোংদা খোঞ্জেল্ অমা তারক্পগুম্ তৌরক্লে, "নখোয় য়াওরি হায়বখক্তগী ইচা থাদোক্কদৌরিবনি।" কদোম্দগীনো অনৌবা থৌনা অমা ফংলক্পা, ফৌ বোড়া অনীবু মখুৎ য়েৎ-ওয় য়েপ্তুনা ফৌ থাঙখিবা পাখংসিনা, নুপাদুবু অমুক্তং ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা উরু-রু লৈবা হৌরক্পা; কদোম্দগীনো মফম্-খঙদবা লুম্ফু অমনা লোংনা-হাইথরক্লে। মীয়াম্দু য়া-য়া নিল্লী, ফাও-ফাও। মীয়াম্ মরক্তুদা, খজিক্-খরাক্কী মীদি নৎখিদ্রবা; লম্বা-পারম্ব মুক্লা-যাত্রাদুসু মশক্-মশা উখিদ্রে। লুম্ফু-তৌরম্ব নুপাদুনা কদোম্দা? ইনক্-নক্ল হাবুঙ-হারাং চীংগী লোক্চপ্— ।

চুম্মৈ, লম্দা যুগ্ লৈরম্মৈ।

লোকমায়-পান্বীদু মথৌমক্-ওইনা চোংথোরক্, মখ্যাঙ য়েৎলম্ব ফিদু ফৎ-লৌথোক্তুনা কল্ল-কল্লগা হায়রক্খিবনি, "লাউনহৈ, লাউনে...! নরীন্দি পান্দনা... হে-হে, কচ্চা-ৱাইখু মখোঙ! থোরক্উ লাক্খোনে..., অমোৎপা নচীন্দু কাজপ্ন শুপারী-চপ্কুম্ চপ্খায়গে লাক্খোনে...। হে-হে, নোংবান্-শাজৎ চেন্বা মীতনা, নোংয়াই-মাদবু শামু-খোঙদা য়েৎকে থৌরাংবনি। ইচাশিং-ইনাওশিংসিনা করিসু কায়জরুবা নত্তেসে,... ওস্থোক্ল লৈবাক্-মচা

তাজখ্রবা। হে, চীংঙু-মহাদেব-ইবুংঙো...! নঙগী ত্রিশুল্দু ... অরেম্বদা-ঙাক য়ুংদুনা থম্গনু! মহা-শিংগেজন্ খর চেন্খ্রিবদুদা লংদুম-লংঙুহে, কোম্-কা-খিল্লী অমদুম্ কৎলক্কে...।"

ৰাহৈ-মতাদুদা, অশোক্-অপন্ য়াওরিদুগীদি নিংশিংদা মীয়ামদু "য়া" লাউনা হরাও-মীনোক্ তম্লখ্রে। ৰাহৈ-মতাদু মখোয়-মখোয়গী মবুক্তসু ওম্থোক্ল-পেন্নখিবা লৈ।

বৃন্দা, মশামক্কী খাওন্-ওন্দুনা ইল্লিবা ফিদুপ্তু মপান্ অমা ফর-শেগায়রে। নারুম্ চুবা -ময়াদা ঈ-খজিক্ থোক্লে। ইল্লিবা মফিদুনা ঈদু তৈথোক্, ফিজেত্তুনা কিশিল্লে। স্তান্-খজিক্ মাঙলুর্বনি, লৌশিং লাক্লে।

ফুক্-হৌগত্তুনা অফিং-অফাই য়েং—

"কদোম্ চেন্খ্রে...?"

"ইবুংঙো, লাঅরোই-লাঅরোই,... মা খক্-হল্লঅরোই।" পোৎয়োম্বীদুনা হোবে-হোবে চঙলত্তুনা হায়রৈ—

"হন্দক্ লাক্পা তারসু,... নুংশা-থীরুনু..... ইমাগী কাজপ্ লৈ।" অসি হায়রগা তারবুজ মশুং অমা ইরেন্-লাল্লক্ই।

মতীঙ-লৈরবী নুপীদুগী হৈ-মশুংদুনা পাঙ্গল্ হাপ্লে। অদুবু লৈশাবী অনীখক্কী "ঐখোয়বু হল্হৌরসিরনে" হায়না স্রুম-স্রুম্ ঙাঙন-শানবদুবু হেক্-তারক্তবদগীদি অমুক্ ফ্রং-শাউগৎলক্লে, "মী-মান্খিদ্রে নখোয়সি ..। কৈদৌবেদি য়াওবক্লিবনো? নুপীদ-নুপী-হেক্-অতাক্লৈদা।"

মনিনা মরুপ্তুবু থেম্জিল্লে, "মখোযদু লীচৎ-চুম্দে,.. মদুখক্কী খন্নবম্ব ৰানি..। লুম্-খোক্তনা অমুক্-লৈরম্মো...। অদুগা, হৌরেল্ কাবদি-হৌরু,.. নকোক্ ঙাওবক্-খোল্লক্তনা অমুক্.. ।"

"হেরা, কোক্-ঙাওবনবু শিব-য়াগব্র ..? হন্দক-থেংরবদি, মখোয় অমত্তসু লেম্ন-থারোই।"

লুচিংবদুগী-মৰাহৈনা অনৌবা আশা ফংলবী মখোয় হৌ-হৌ চোংনরে। চীং কাবা হৌনরক্ই। ঙম্লবা চীংনি ফক্লাংগুম্লবা। বারুনী কাগে হায়রবদি ফক্লাং কাবা হান্ন তম্মু, অহল্শিংনা হায়, অহল-মৰা চুম্লম্মে। সিবু করম্ন-হেক্ কারুগবা! লম্বী লৈতে। তিংখং-তুম্বৌ উরী-ৰারী উরক্-ৰারক্তনি। উরী-উরীদা য়াল্লুগনি, উপাল্-উপাল্দা কোল্লুগদবা। খোঙফম্-খজিক চেৎহেলৌদদুনা শৃ-নাম্থখ্রবা; ফিজি-ফিনা খুজেং-খুজেং য়ান্নহৌদ্রব, মীকুপ্পদা লোক্খা য়ৌখিদৌরিব।

অনক্পদা চীংজুম্ ৰা-ৰা চেম্থরি।

## মঙা ○

"হো, করি বর নিরক্কে...!"

"হৈমা, হিংচাবী!"

"তম্মো,... করিবু নিরক্কেবা?"

" খরা-য়াম্মী ।"

"করি-করি?"

"অদুবুরো...!" বারুনী-মহাদেবদগী নিরক্খিবা বর ময়াম্দু মখুৎ থেক্-থেক্তুনা তম্ব হৌরক্ই, "লাইরিক্ হৈজগে,... অনা-য়েক্ লৈহন্বীগনু,... মপাল্-লম্দা ইহৈ-তম্ব ফং জগে...। ইস্-য়াম্খ্রে, করি-করিনো ইকাউবু-কাউরেদা।"

ইঙেন্লৈ ওষ্ঠোক্ল নোক্লিংনা নোক্লুরে।

"অঙাওবী! লৈশাবীনবু অদুগুম্ব বর-ঙাক্ নি-হৌনবরো...? মরুওইবা অমদি ইয়াও-য়াওদ্রি...।"

"হো-ইবেম্ম...! খুদুপ্-তরুক্কী ফি-ঙবোং অমকাসু পুহৌ-লাক্হৌদেদো,... য়োম্-য়োম্দুনা পুরক্লবা। ফিজি-ফিনাদ য়োম্মক্পা খরদুদি,... খরবু নাম্বুহৌরব-কৈনো ইয়াং-য়াং ই।"

"নঙনে,... নাম্বুহৌরি'-খরদুদা মরু-ওইবদু য়াওজরম্গনি নঙ।"

ঙাইহাক্ কান্নরে।

হংলক্ই, "হা...?"

"হৈমা, মসিবু মোল্দ্রং-শান্নরির-কৈনো!"

লৌরোক্-পাম্বা হৌখ্রে। ঝাক্চীং-পান্খৎলক্লে। নাকেম্থাসু য়ৌরক্লবনি, অশীৎ-অঝাম্বা লাক্লে।

অঙাংশিং তেলঙ্গা পাইহ্রি।

"ইঙেন্, য়েংঙুনহে-তূ...!"

"করি,... করিনো?"

"তেলঙ্গাগী-লংসি লৌশিন্নখ্রে-হায়মি-তৃ... আদ...!"

"হৈমা, চথোদ-নঙসিমা...! অঙাংগী শান্নবু ব়া-ওইন-হেক্ তৌশিল্লী;... করিনো মসিবো। মসুম্-তৌরিসি, ঙসিগী অনিরক্তী শুরে।"

চৈহৎপী, অঙাং মচাদুবু তথি-তথি চৈবীরে। অদুগদি, অঙাংদু লোন্ন চেন্‌খিদুনা মমান্নবশিংগী মরক্ত তেলঙ্গা পাইরুরে।

মমা থোরক্তুনা পীরল্লিবা লফোয়দু মকু খোক্-খোক্তুনা ইঙেল্লৈনা হায়রকই, "ঐদি তা-গোবিন্‌সে, কিবু...।"

"কৈ... করি?" লাঙতরুনা।

"য়াম্-ফিংদ্রো,... ফিংই...। য়ান্নসু শাউগল্লী।"

"উম" হায়বগা বৃন্দা ব়া-মখা তারুদ্রে। শাউগন্‌খ্রবা-ফিংখ্রবা মীদুগী ব়াখল্-ঙারু মহাক্ মকোক্-চীক্লি; মদুগী ব়া-চাউথোক্লবা পামদ্রে। হায়রক্ই, "ঐ গৌহাতীদা মখা-তম্মু তারে।"

ব়াদু তারুবদগীদি মমান্নবীদু পুক্‌শুক্-শুক্‌থখ্রে। শুক্‌থবগী মরমসু লৈ। বৃন্দা য়াওদ্রবা ইঙেল্লৈগী পুক্সি, ঋতু-তরুক্কী খুৎ-চঙদ্রবা মরুদ্যান্‌গা-পাংখক্ ওইহৌগদৌরিবনি? য়ান্ন-ব়ানা মসুম্ হায়রক্ই—

"ইমানা য়াদে-হায়ব-মদি তায়।"

"বাবানা য়ারি, ঐনা তম্নিংলি।"

"হায়সু-হায়বনি বিন্দী, ..." ইঙেল্লৈ পুক্‌পৎ-পথখ্রে, "নঙ ব়াখল্ মুন্নদি খল্লুকো...! ইনে-বেম্মনা চারম্-থক্রম্ খঙজদ্রিবা,.... নঙগী মরমগীনি। নঙনা মখা-তম্মুরগা ওইরক্কগদবা ফিরেপ্,... অদুগুম্ব ফিরেপ্ অদুদগী হেন্ন-ব়াংবা ফিদম্ অমখক্তবু ইমানা ঙাইরি। খুঙ্গং অসিদদি;... ঐখোয় য়ুম্বান্‌বগী-মতম্ হায়বদু হেন্দোরক্কদৌরবনি। হয়েং, "শরী" মিংথোন্দু ফংনিংঙদি খঙদ্রেকো...।"

"শরী-কোন্দুনা হেক্তমক্, কুরু-শুং লৈরগা-লোইরে।"

পাউখুম্-মতাদুদা পথ-ব়াম্বরম্ব মীকুপ্পদা-শ্বায়। অনিদুনা নোক্লি-মীনোক্ত, মমীৎ-মমীত্তী ঙম্ন ইরা-থাংনরে। মমা চঙলক্‌পদুদা চপ্ লেপ্পরে। ইঙেল্লৈদি মখা-তাথনা থীক-থীক্ অদুম্ মতৌরি।

মমানা হায়রৈ,"ইবেম্ম,... নতাগা চাক্ চামীন্নখ্রো-লাক্ও।"

চামীন্নখি, হরাও-তয়াম্ নোক্-খে চাক্তু চামীন্নখি।

হন্দক্কী মরুপ্! মরুপ্ অমগী মব়াহৈনা কদায় ফাওবা পুক্লিং-ফাবা- ঙম্ব; অদুগুম্ব মব়াহৈ অমমম্ন থম্মোয়বু মরাঙ-হৌহন্‌বা।

মরাঙ-হৌহল্লক্রে —

"বিন্দী... তা-মনিসে, ঐঙোন্দ মীৎয়েং-নায়েং অমা ইতৌ-তৌই।... লৈকায়-ইবুং অমনি হায়দনা... ঐনদি কয়া-চম্ন খল্লুবা...।"

বৃন্দা থাঙ্গৎলুবা চখোম্‌দু থাদরক্তুনা, মাগী শ্বর-থিংল-থিংলগা হেক্-হেক্ লৈবা মওংদু তৌরম্ব; তপ্ন-হন্থরক্তুনা নোক্‌মি-নোক্‌মি হায়রক্‌খিবনি, "লৈকায়সিবু, লৌন-লৈনহৈদে হায়বা ৱা-কা লৈব্রো? মহাক্তী,.... চুম্ন মিংদদ মনি নত্তে,... ময়াম্-পুন্নমক্কী মনিমত্তুন্নি। মঙোন্দবু লৈজরদি; ... নরায়বক্তু থরো-থম্বাল্ শাৎকায়বদা নত্তরে... থম্‌চেৎ-ফাওবা য়াল্লবনি খঙঙু।"

ৱাদু হায়রম্নগা তুমিন্ তরঙ-অমদা অমুক লৈখ্রে। মমান্নবীদুনা মবুক্লিংগী-ওইবা-ৱা করি-করিবু ঙাঙ-শক্‌খিবা, লৌশিং তারম্‌দ্রে।

হংলক্‌ই, "হাঁ,... কৈদৌবা?"

"হো, কৈদৌদে-কৈদৌদে....।" ইঙেল্লৈদু নোক্‌মি-নোক্‌মি হায়রকই, "মাইবা অমা থুন-কৌদ য়াদ্রে নঙ। শোনো-অমা-ওইনা তৌরক্লিবসি,... ঙসি-ঙরাংগী-ৱা নত্রে..।"

"মীগী পুক্লিং-পাবা হৈরে, খঙবীয়াসিমা..... ! কৌরক্‌ওনে কনানো মাইবদো, ঐদি শোনো-অমা-ওইনা তৌরিসি কুইরে.. ।"

কদায়দগী লাক্তুনো মবুক্কী ওইবা ৱাদু, ফাগীদি-ফাগীনি হায়ববু হায়দোক্লুরগা মথন্নতা মরৈ চীক্‌থৎচরে।

খঙবীয়াদু হন্‌খি ময়ুম্ খায়পোক্ত। খন্‌খি, হন্দক্-মরক্ তোয়না হোংলক্লিবা মাগী মওংসি করিনো! মমাগী থাজ-য়োঞ্জবদুগী ৱাদু ঙাক্লরা? নত্রগা মাগী করি লৈ? মমা-ওইবীদুনসু মচাগী মতৌ-মওংদুবুদি, অঙাং-ওইরিবদুদা মপূক্লিং-ফাঙম্‌দদুনা তৌজরিবনি; ঐনা পোক্‌চবা ইচানা করিদবু হে-তোংগবনো হায়না হেক্ খন্দোক্লে।

* * *

লৈশাবী-পাখং চাকচা-হৈজানদৌরি। য়াম্ন ধুম-ধাম্ তৌনা শীন্-লাঙই। মাগী-মাগী খঙন-চান্নবা মরুপ-মপাং অরাপ্-অরাপ্পদগী ফাওবা য়াওনা বার্ত্তন চৎলি। চাব -তোক্লগা নুংথীল্‌দনা কাং, নুমিদাংদনা যাত্রা "কৈবু-কৈওইবা"। নোংঙান্ব -ফাওবদি লীক্লোন্ অদুম্ লৈখ্রে। অসুম্ন-অসুম্ চখরক্লি ঐখোয়গী ঈরেবাক্ -ইরম্‌দম্। কলা-সংস্কৃতিগী-লমদদি পৃথিবীগী-লৈমায়দা ফিদা অমা কল্লি। অদুবু খজিক্-হাক্‌মল্লী। চহী অমগী মনুঙদা চেঙ্গুম-শৌগুম্-শৌরিবা হরাও-কুম্মৈ ময়াম্‌সিনা, ঐখোয় নোংমা লায়র-তানবদি শোয়রোই। পাঙ্গল্‌না মপুম্-থীৎনা শু-নোম্মীবা খুঙ্গং পুন্সিদদি, মসিবু তৎন-থান য়াদ্রবা অমা-ওইনদি লৌনরিবা। তাখিবা হুমাং, নোম্লু-লীক্লবগী হন্থখ্রবা পাঙ্গল্-ময়েং; মসিতনা অনৌবা-ইনোৎ

পীদুনা পুক্লিং-লৌশিং লৈনা মায়থোঙ মকা-লামহল্লিবা।

অয়ুক্তগী গ্রামফুন্ খোঙ্গথলে। ইবোহল্-বাবুগী মমাঙ-শঙ্গোয় অঙাংশিংনা য়োম্মে। মখোয়দা মাইক্কী হৌরবা-খোঞ্জেল্দু অঙক্পা পুন্সিগী মহাও অমনি। মখোয় চাগনি-থক্কনি নিংশিংদে; মাইক্-ওপরেটর অদুনা তৌরিবা খুদীংমক্তুনি মখোয়না মমীৎ-কুপ্নখিদ্রিবা ।

মীতৈগী চাক্চা-হৈজানবগী থৌরম, কয়াদ-মশক্-থোক্ল চীং-লেম্খ্রবনো। নহা-পাখং লৈশাবীগী চাক্কী-উসব্ অসিদসু খা-ব্বাং-লৈকায়গী অহল্ মঙা-তরানা মকোক্ ফন্নি। পাখং -লৈশাবীশিং পরেং-পরেং-নাইনা ফম্লরি। মরক্তুদা যতন্-তৌনা মথেন্-লুক্কোয় য়েনবা হোৎনরি ব্রাহ্মণ-পুজারী মখোয় মঙা-তরানা শিল্লোন্-শিঞ্জিন্। নিংথীনা লাকোয়-শেন্লবা চাক্লুক্শিংদু ইন্শাং-মথেল্না পুম্কোয়-কোয়রি। লৈশাবীশিংদি শীক্লি, পাখংশিংনা নন্নী। হায়ঙম্-তৌঙম্দবা অমনা লাউরক্ই, “নুপারোম্গী-চাক্লুক্ পাইগদৌরি ঐজ্ঞা,...শিংজু-শিংজু,... অঙৌবা-অঙৌবা।” য়াম্খ্রবা শুমাং-থোল্লোং শঙ্গোয়-মাঙ্গোল্ চেক্-মোক্ লাউনরম্দবদু ব্বাহৈ অমমম্দা ব্বা-ব্বা হেক্ মনোক্লে মচীন্ খুম্ম-খুম্ম। চাক্লুক্-পাইদৌরে হায়খিবা ব্বাদু, অমগীদি চান্ননা শীৎপু-নাল্লল্লবনি। অতোপ্পগী চাক্চা-ইথক্ মতৌ-খক্ যেংদবা তোরবিং-পাখংদু, মমায় ঙাংলি-ঙাংলি খর-খর অসুম্ লুক্থখিবদগী চাক্লুক্তু মনাতোন্ন নম্গদৌবে।

চহী-খুদিং শীঙনরক্লবা টোর্নামেন্টনি। শান্নরোয়শিংনে, য়েংবা-লাক্পা ভাবক্শিংনে মী মকোক্ল থবাক্-যাল্লে। পৌ-নম্দুনা মীগী ইথক্শু হৌরে।

হীয়াং-কুম্মেনি, ফিজেৎ-লৈতেংগী হিদান্নফম্। কনানা ফীগে-ইঞ্জিনিয়ারদা মচুম তাবি, মরীক-মকোন্ন তেক্থরী। কনা-অমনা থম্বাল্লেখোক-রীনী-ফিনা মীপুম্-খুদিংবু শুমহৎলী, নাপ্পগী নাইল্না তান্-থারী।

কাং হৌখ্রে। এনাউন্সর ওইরিবা লৈকায়-পাখং মনিগী, মাগী মওং-মতৌ বাঙাঙ-শাঙাঙদা মীয়াম্ব হোইদুনা-পুরি। হবাও-তয়াম্বগী ইথক তোযনা হৌহল্লী; মযাম্ব পুক্লী-পায়হল্লী।

নুমিত্তুগী কাং অহল্লোন্-কাংখুৎনা নম্থোই-থোইখ্রে।

নুমিদাংগী লীলা অদুদদি বৃন্দা মপুম্-থীৎনা কপ্খ্রে। মমাগী অপাম্বনা কন্দুনা মচাবু মীরম্দা চৎপসু থিংলবনি। থিংলিবগী মরমদি, ঙসি মনিঙ-মমাঙ-হোবা উতোং অমনা ঈশিং শোক্পা কন্ন হোৎনজখিবা শামী অদুখ্কীনি। মমায়দা ফাওরক্লিবা মোমোন্-মীনোক্তুনা, হান্ন কপ্খিবগী ঈহুল্ অদুবুদি নম্হত্তুনা মকা-লাম্হন্বদি য়ৌন-ঙর্মখিদ্রে। মদুমক্ল-মবম্-ওইরদুনা নুমিদাংগী লীকোন্ অদুদি মশক্ উৎখিদ্রবনি।

নুমিত্তু ইঙেল্লেদা মনিনা ব্বা অমা হৌদোক্খি। ব্বাদবু, অনক্পা উপালদা উবী অমা

য়েৎহল্লসিদনা হায়না ৱাহৌর্কই। লৈশাবীসি, লোন্ন মবুক্ত থল্লক্পা অরোন্বা ৱাফম্ অমা ঙসি মথি-খজিক্-ফোংলক্পা থেনরুৱবদুদদি মথুম্-মরাঙ হৌরক্লে।

হায়রক্ই তপ্থদনা—

"হায়রি-ৱাসিনদি, শম্বল্না হৱাইমতোন্ লাম্দ-লাম্গদৌরেদনা...। লৈকায়-মীনোক্ হায়ব-মসু লৈরিকো।"

"লৈকায়-মীনোক্তুগীদি,... মহাক্ য়ুম্খল্-মচানি,... ইবান্নীগীদবু খঙদ্রেকো।" অসি হায়রগা হৱাই-মতোন্গী ৱা-লাম্লক্লে, "শম্বল্ মঙোন্দবু চৈঙাক্-ওই... মহৈ-মরোং চুম্ন পান্নখিবা কোঙ্গায়নিদ-ইবেম্মা।"

ইঙেল্লে-লাঙতরুন, "মা মশাগী-ৱারা...?"

"মান্নী,... নাকোং-অনি শুহন্-য়াদবা।"

মনি হন্খ্রে অঙক্পা-খোঙথাং অমদা। ইঙেল্লেদু চৎলগে-থোরক্লম্লবনি, চিংঙৈ-হীঙ্গল্লক্লে।

হায়রে—

"ঐনা খল্লুই, তাংজবী-উরীসে..."

"উরী,... উরী-কৈদৌবা?"

"হো, অনক্পা-উপাল্দা য়োৎলে-য়ে... তস্।"

"য়েৎলগে-হায়রিব্রো?"

"হো, য়েৎলগে-য়েৎলগে...। ঐসু য়েৎলগে,... নঙসু য়েৎহেলৌরো...।"

"হৈমা, মউ-লিংব পামেল্-উজাউ অমদি চঙগনি, চঙঙোইদ্রাও?"

"উম্, চঙই... মদু,... মদু.. তাদ..."

"কনা,... তাদ...?"

"তা-গোবিণ্ড...।"

বিজলী, মায়কৈ-মরি নোং-পুবা লৈচীন্। নোংথাং ফ্রেৎ-ফ্রেৎ, খা-রাই-তাদবা নুংশীৎ-নোংলৈ।

"ইঙেন্, ঐঙোন্দা ফাগী-তৌনু...!"

"পাখং-পুক্লিং তেংথোকচরক্রবনি,... নাকোং-অনি শুহন্নিংদবা।" ৱাসিদং ফোংদোক্রম্মগা মমান্নবীদু নাথৈদুনা-চেল্লে।

"ইঙেন্.. নঙ তাখো!" মমায়-ঙাঙননি, " নঙনা মসিদি হায়বীরম্মু,... মহাক্তী মপু- পান্খ্রবীনি।"

ওঙ্থোক্পা-পুক্চেল্নিদকো, ওঙ্থোক্পা-মবুক্ হায়বদু তারে। মমান্নবীদু হন্খ্রব-তুং

খাম্বী-মৈথক্ত ঙৌরক্লে, "হে, ইকায়বা! ইকায়বা-নঙননিকো ঙসি ঐবু ৱাহল্লিবা, ঐবু কপ্‌হল্লিবা।"

লাইনিং-ওইজরিবা মহাক্‌, মখোঙন-থোংনে লাক্‌চরম্ববু নুংশিং-হৈতনা কাওথোক্‌খ্রে। কপ্‌খি, চীল্লাম্‌-খরাম্‌ হায়দোক্‌খিবা ৱাহৈদুগী অনুতাপ্ন মা মপুম্‌-থীৎনা কপ্‌চখি। কুপ্লিবা-কুয়োম্‌ অসিমক্তনা মমায়-মমীৎ পাঙবদদি শুক্‌ঙম্‌দ-ঙম্‌হল্লোইদৌরে।

ইঙেল্লে পুম্‌ঙক্‌-ঙক্লে। ৱারীগী-মখাক্‌ অমত্তসু লৈহৌদ্রবনি ঙসি নুমিৎ-চু প্লগী শান্নখ্রিবা। মমান্নবীদু মম্‌শুক্‌পদুদা থোঙজিল্‌দা লেপ্লরবনি। মমা-ইবেম্মনা হরাউ-তয়াম্‌ কৌশিঙ্খরে। করিগীনো মরম্‌-খঙদে, নুপীসিনা লৈশাবী অসিবুদি লুন-তৌই। ইঙেল্লেদু চাক্‌-মৈ থাগৎপা হৌরম্লিবনি।

ঙক্তুনা-হায় "কৈদৌরে...?"

খুম্‌দে, লম্‌য়ায়দগী য়েল্লাংদু মন্দুনা লৈ। মতম্‌-অসিদা মহাক মীগী ইন্‌শাং-শেম্বীবা য়াওররি, মহাক্‌ খুম্ব-শংদে।

"হায়য়ো,... করি হায়গদবনো?"

অদুগা, অদুগদি ওষ্ঠোক্‌পা-ৱা অমা ওইনা—

"ইঙেন্‌,... তা-গোবিন্দদা... য়ুম্মাল্‌-পাখংদুগা অমুক্তং-পুন্ন লাক্‌উ হায়বিদবা-য়াদে...। মরম্‌ লৈ।"

মানা ঙসি তৌররিবা-থৌদো ঙাঙ-শক্লরিবা মতৌ, মমান্নবীদুগী মায়দুদনি মহাক্ল য়েংলম্লিবা। নুমিদাং-নুমিৎ-চুপ্প, নোংঙান্‌ফাওববু ৱারী-শূননবগী মতম্‌ ফংলি; করিগী য়াচঙলক্‌পদা?

নুমিদাংগী লীলা-মফম্‌দা মবুক্কী-ওইবা-ৱা অমদি তারে। মদু চুম্ব-চুম্‌দবা, লাই-মাদি উররিগনি। মরক্‌ অসিদা য়ুম্‌-মৈ চাক্‌খ্রে। অমত্ত-ঙায়রবী মনেহন্‌ তোয়না-লাক্‌ই, থেম্মৈ। মমা চঙলক্‌ই, মপা য়াওরক্‌ই। পূন্নমক্‌-অদু-ওইদুনশু ঈশিংদা লৈতুম্‌ থাদখিবগা চপ্‌-মান্নরে। হায়দ-হায়জীল্লুরগা, শিরনি।

* * *

"ইবেম্ম,... হৌজিক্‌-ফাওবা নঙবু... হৈমা লাকওনে!"

মমাদু ঙক্ল, মচানুপীদুনা ঙসাই-নুংথীল্‌দগী পুখ্রি মপাল্‌দা—মাদি থবক্‌ অমা চখোক্লুরে, হল্লক্‌পদদি হৌজিক্‌-ফাওবা উংদুনা ফম্লম্ব মচাবু উদুনা কৌরক্‌খিবনি, "নঙবু নশা নুঙাইতব্রনে-হা...?"

"কৈসু-তৌদেদ ইমা...।"

মাগী, করিশু তৌদে-তৌদে হায়বা ঝাসিনি মমাবু তত্তনা মীনন্নিবা। মশক্-মশা পুক্মক্- মক্শীন্খ্রে, মঙাল্-থোক্খিদ্রে। মমাগা তুংথ-মাঙথ চঙমিন্নরক্লে।

* * *

ইঙেম্লে খোইরুম্-মোমোন্ন রাগ অমদুম্ শাগৎল্লে, "খোইনিং মকোন্... টুরি মুন্খিব -ককা হায়-লাঅদনা.. । হয়েংদি নুপীমচা অমা ঠীক-তৌগেদো...। ইস্, মানা ঐবু কয়াম-ঝাহল্লিবনোসে।"

মীৎকী-ঙম্খৈদা নুপা অনিখক্ শগোল্ য়াঙনা-থৌরি। নুমিত্তুগী থাবল্গী মৈ, মদুক্-ঙান্বা মৈবু ইয়াও-য়াওখিদ্রি।

থাউ-লোইরক্লবা পোদোন্-থাউমৈদু খংঙান্-ঙাল্লম্মগা পুৎ-মুৎখ্রে। খাংপোক্-মনুঙদু অমম্বনা কুপ্শীন্খ্রে। মপান্দদি পুর্নিমা-ঙক্য়াগী থাবল্না ফিঙৌ-ফৌরি। মচেৎ-মচেৎ কীম্ব্রবা খাংপোক্কী ফক্লাং-অহোবদুদা থাগী মঙাল্ ফাওজিল্লক্কী। থানা মাবু মখুৎ-হত্তুনা কৌরক্লিবগুম্ খল্লুরে, " তূম্ব মতম্-ঝাৎলি,... লাকখো... ঝারী-শাখিসি।" ফুক্-হৌগত্তুনা চপ্য়ুংনা ফমুংদা মখোঙ-য়াম্ব ফম্লবদগী থোঙদু তপ্ন-হাংদোক্তুনা থোরক্লে। লুন-নিঙজরিবা মতা-মমান্নবীদুদা, অরোম্ব-ঝাফম্ অমত্তং হংজহৌরগে অসিনি। মমান্নবীদুদি মকা-লাম্ন নোক্তুনা থোঙজীল্দবু থেংনরে। হংলুবগুম্ তৌরক্লে," নহাক্তী পুন্নমক্ উরি-খঙলিবনি...। হায়য়ু, মানা নিঙলিবসিবু কনানো...? লাপ্ন -লৈরিবা অদুবুরা...? নত্রগা, নক্ল-উবিবা অসিবুবা? হায়য়ু ইতা, ঐগী লাঙতক্লবা-অসি কোক্হল্লু!"

পাউখুম্-লাক্ই, শ্রো-শ্রো-শ্রো। তাংলৌ-লৈন-থেঙজিল্লক্লবনি। মীচীক্-মীরাউখোল্ তাখিদ্রে। অকম্বা-নুংশীৎকী শহম্ন উনা-ঝানা লেঙলম্মী, শ্রো-শ্রো। অকি-তুংজু য়ান্নরদুনা অমম্ব ইমুংদুদা হোৎচিল্লক্লে।

অঙক্পনি মপু-মাগী লীলা—অসিগুম্বী থম্মোয়-তিংনা অমক্পা-লৈত্রবী, মশাগী অফ-নুংঙাইগী ঝাখল্ চেন্দনা মীগী-য়াইফনবগীদমক্ নুংনাংলিবীসিনা; নোংমা নত্রগা নোংমদি মহাক্মক্কী (বৃন্দা) সনা-শঙলেন্দ য়ুম্বুরেম্বী-ওইনা ঙাল্লনি হায়বসিমত্তবু কনানা থাজরক্নরগনি?

"ঝাসি য়াম্-লুবি তা-গেবিন্..." ইঙেম্লে ঙসিদি পুন্নমক্-খঙদোক্লগে লাক্লবনি, অদুনা ইকোই-কোইদনা পাখং অমগী মকাদা হেক্-চঙলক্তুনা ফম্ল-ঙম্নরিবা," শেংনা হায়বিদ-য়াদেকো...।"

গৌবিন্ থৌ-ঝা ইশা-শারুদে। অদুবু চিঠিদুগী মরম্দি খঙহন্দবা-য়াদদুনা মসুম্ হায়রকই, " কৈদৌরুদগেনে মদু পুম্বগা...? ঐবুদ-নত্তনা..., পাউখোল্লোয়-ওইরম্ব চেজেৎ অদুদ-ফাও 'সু মীনম্লম্লবী মঙোন্দবু।"

"পীদ-পীরক্উসে,... মরম্ লৈ।"

" মরম,... করি-মরম্?"

"মা লুহোংখিদৌরে...।"

হান্নসু ইপৌ-পৌবীনি হায়জখিবদুনি, অদুনা বারীদু পুমতিং-তিংথোরক্লে—

"অদুবু... মাগী ৱাখল্দা করি-লৈবনো খঙদে,... হৌজিক্-ফাওবসি মশানা-য়ানা "হোয়" হায়দ্রি...। পীরো কদায়, মদুমক্ ঐনা খল্লীবসি ওইগনি।"

মীক্প্ খরদি য়াক্লবা নুংশা-মৈশা মায়োক্লরম্মী। মেঙলবা থাবল্-মঙাল্ ফাওরক্লে। মখোঙ শেক্কৌ-শেক্কৌ হৌগৎখিদুনা চিঠিদু মোম্পাক্ হাইগৎলগা থিবা হৌৎনখি, ফংদ্রে। থম্ফম্-কাউরব্র করিনো, অলমারী অমুক্ ফাক্খ্রে।

লৈশাবীসিনা ইমুং-মনুংদু অমুক্তং চাউয়েং-য়েংলক্ই। লৈকায় ওইরবসু নোংমত চঙউ-লাক্উদে। য়ুম্লে-কৈরৈ হুন্থখিবদি নত্তে, য়েনাক্খুম্ব-শীঙদ চল্লী। ইমুং-মনুংদু তনাল্-তনাল্লী। উপু-কাংথোল্ মায়খন্ শীৎ-শীৎ নাল্লী। ফমুং-ফানুং তরু-তরুই। ফক্লাংদা থেৎলিবা অয়েক্পা খুনু-জুড়া অনিদুতবু হন্ন-হন্ন য়েংনিংলুই।

চিঠিদু থেংনরমাক্লে নোক্মি নোক্মি হায়রক্ই, " মঙ্গল্-ওইয়ু হায়রক্ই হায়না খর তম্বিয়ু..., পুখ্রো-সে!"

চেল্লীবা খোংদুগী মনাক্ত লৈবুঙ-মচা অমা লৈ। মদু অশংবা-নাপীনা কুপ্লম্মী। অরাপ্পদা উরোক্থোং অমসু উরি। চহী-য়াম্লবা অহল্-অমা থোংদু ওম্থোক্ল-ৱানা লান্বা হোৎনরি। লৈরায-লৈরায়দা কৌশীঙ-কৌরাং পন্-পন্দুনা লৈ। উচুক্-অমগী মথক্ত ঙারাক্পী অমা তোংলি।

নুংশানা কোক্তোন্দ লৈরম্বদগী পৈথরক্লবা মতম্ ফাওবসি, মনাক্ত-ফম্নরিবা ভদ্রলোক্ অদুবুদি মহাক করিসু ৱাওই-থওইবীরুদে। মঙোন্দা করিসু-কৈশু অকায়বা পীরদবা, শহুম্-শমিন্ ইথোক্-থোক্হন্দনা নুংতীগীসু ফম্নবা মীশক্-মীওইদুনি খঙলদুনা মচীঞ্জাক্ চাখৎলক্পা ঙাইখ্রে।

"ইঙেন্,... ঐঙোন্দ করেম্নবা ফাগী-তৌবসি নঙ তোক্লরোইদ্রা...?"

বৃন্দানা মমান্নবীদুবু চৈবিরে, "মতুংদদি... ঐবু মসুম্ খক্ ৱাহল্লনু...।"

"ৱাহন্ব,... ঐনা নঙবু ৱাহল্লিবা?" ইঙেম্লৈদু পুক্লৌ-ৱারৌরক্লে, 'নঙনা ঐবু ওৎপনদ-হেল্লিবনি। সিদগীদি ঐসু লাক্লরোইদা। অদুবু, ঐনা নঙবু ৱাহল্লীবদুগী মরমদুদং খঙলগদি চৎলগে...। ইমাগী-মপাম্, আ-লাংথবাল্দা ইবোক্লসু কৌরি... লৈবু-লৈরুরগে কৈদৌরুগবনো। ইপানা-ইপাগী-থোক্পা,... শেম্নবীনবা-নুপী অমা লৈরিদনা। ঐ হৌজিক্তী,

*কনাগীসু-কবিসু খল্লরোই।"*

বৃন্দা মমান্নবীদুগী ৱা তাগে-হায়দুনা-তারক্লিবনি। অকোন্‌বগী ৱাহৈ-খরদু খোৗল্লে-অমা তৌই য়েংলুবদদি, মবুক্‌ য়ৌন-নুংশিখ্রে খঙজ; অরাপ্প-মবোক্কীদগা চৎপা-লাকপ য়ারোই থিংলদুনা মসুম্‌ মবুক্‌-ফারক্লে—

"চিঠিদু লৌগে হায়রব্বদা, .. মানবু করি হায়হৌগে?"

"হুং, ঐ কোক্‌-য়াম্‌' চীক্‌এ..। কোন্ন হায়ররগে,... ঐ চৎলগে।"

ৱাদু হায়রম্মগা ফুক্‌-হৌগত্তুনা মপি তৈথোক-তৈথোক্তুনা চৎপা হৌখ্রে। ফন-য়ান্ন খাম্মে, য়াদ্রে। ময়ুম্‌ য়ৌখিবগা পুন্দগী ঈশিং কন্দুনা থক্লিঙৈ মতুংদা লৈপ্লে। হায়রক্‌ই, "খৌরাংলবদু-ফাওবা থক্কে-খোৎকেগা অমত্ত-হায়রম্‌দনা চৎখিবনিনে,... ফৈ-ফৈ...।"

বৃন্দা হন্‌খ্রে। থোবক্তুনা উ-য়ুংগুম্‌ লেপ্‌হৌই।

হন্দক্কী মরুপ্‌-মপাং হক্‌চীন্ন-লুন তিন্নবগী মরীসিদি ওম্থোক্ল থোৎ-নৌরম্মে। করিসু নত্তবা ৱাহৈ-অমগী হেক্ত-পৈনবক্‌ই। মদুনা তুং-কোইব-য়াবদি-নত্তবা। ওইনবা অদুগা থেন্নবনা মবীদুবু হেন্ন চেৎহল্লী।

মথঙগী নুমিত্তু অমসু-অমসু মশক্‌-মশা উনখিদ্রে। নুমিত্তু অনিমক্কী মফম্‌দা করি থোক্লীনি, করম্‌-লেল্লীনি কনানসু হায়বা ওম্‌দ্রে ছীদ্র-গুপ্ত নত্তনা। নোংবু-ঙান্‌ফাৎত্রি মমা-থারক্‌পদু। তম্মরে, ঈন্‌-চিংদুনা পুখ্রি ঙা-ফাদৌরি; চাক্‌সু-চারুররসি। মহাক করম্ব-মতম্‌দবু ইমুং-মনুং লোইশিল্লম্‌দুনা মশা-মউ শেংদোকখিবা, অশোন্ব-মপাগী সেবা-লাংবা লোইরম্ব— মমা-মচা তুংথ-মাঙথবু য়ৌমিন্নরক্লবনি।

বৃন্দা ঈন্‌-চিংবা হৌরম্মে। মশক হেক্‌-উরক্‌পগা নহান্‌গী মুৎলি-মুৎলিরবা মৈখাক মৈদু চুরক্লে, "নঙদি মদুম্‌-তৌবা হৌনে...।করি হায়রক্‌ই হায়বা, চিঠিদু পীয়ু হায়রব্বদা...।"

পাক্‌-খুম্মক্তে, পৈরি। তেঙ্গোক্তু পায়দুনা ঙখা-খজিং জ্রৌ-জ্রৌ লক্লিবদু কোৎপা হোৎনৈ। মখা-তাথনা হংজিল্লক্‌পদুদদি খুন্নক্লে, "করি হায়নেগে,... হায়রুরে...। পীরএ,... লোইরেদনা।"

"মদু হায়য়ু-হায়বা নত্তে...। মানা হায়রক্‌-হায়রক্‌পদু ঐঙোন্দ অমত্ত চীখদন তম্‌গদবনি।"

"অদুবুরো,... সিবী,... য়ারবা... ?"

অনিগী পৈ-নবা লোইরে, পাউ ফাওনরক্লনি। নোক্‌পা-লেপ্তুনা তম্মী—

"মানা হায়দুবু... আ, মরাইবক্‌-থীরবা চেজেৎ অসিদ-নত্তনা,... ঐঙোন্দ-ফাওবা মীনল্লম্নবী মঙোন্দবু,... মসি পুখ্রগা করিবু কান্নরুদোইনো, অসিনি।"

"মখাদি,...মখাদি করি হায়রক্‌ই?"

"মখা হায়ববু,...মঙ্গল্-ওইয়ু হায়না খর তম্বিয়ু হায়রক্পসি-মঙায়"।

ঙাইহাক্ চপ্-লেপ্তুনা অয়েংবা-অমদা-য়েংলম্বদগী ঈঙ্জিং-থৌরীদু পোপ্-থাদরম্ ইমুং লোম্দা চঙখ্রে।

চিঠিদু পুথোরক্তুনা হায়রে, "নঙ হুজিক্মক্ মসি থিল্লুদবা য়াদে...। ঐ কনাগুম্বগী মঙ্গোল্-ফাগোন্‌গ অমত্ত পাম্দে। হায়বিরম্মু;... বৃন্দানা কনাগুম্ব-মগী বর পাম্দে।"

থোয়রেদা, ওম্থোক্ল-য়ৌন নাপল্ কারেদা— মসিনি মমাম্নবীসিনা চপ্-য়ুংখ্রিবদি। ইপৌ-পৌবী মবুধি অদুদা খজিক্ মনুঙ-হুঞ্জিন্ন উব-ঙম্বগী মীৎ অমত্তং পাল্লম্লবা, ফল্ অমদি শোয়দনা তারম্মগনি। অমনা তোররিং-চুম্চৎ। অমগীনা মী-মরূ, মবুক্ চেৎখ্রবা। পাউ করম্ ফাওনদৌরি?

লাক্লে। চিঠিদু হন্দোকপা লাক্লবনি। লৈরমদ্রে, মশা থেংনদ্রে। নোং-নিনীগী তুংদা পাউ তারে, মা শহরদা লৈখ্রে। লাইরিক্-লাইসু কনাগী মফি-মরোল্ ফাওবা ঙম্ন-পুখ্রে। অমুক হন্নক্কদবা মান্দ্রে। মধৌনা মহাক্তবু লুনা-নিঙখ্রে। হন্ন-য়েংবিখিদ্রবা মচানুপাদুগী মফম্দা লঙজখিবা পাপ্-কর্ম্মদুগী প্রাইশিচৎ ওইনা, খোমৈ-খোম্দোন্-মশু অদু কোল্লগা শ্রীধাম্ পাংখ্রগে লেপ্লবনি।

মরক অসিদা মনেদু লাক্-লাক্তুনা "ইবেম্ম নঙবু" হায়না থেম্মবনি হৌজ-থেংখাং য়াম্নক্লবনি। মহাক্ হোয়-হায়দে মাই-হায়দে, তুম্মিন্-উংদুনত লৈ। হায়দ-হায়জিল্লুরগা খুম্মক্ই, হূ চাগনি। মাগী মতৌ-মওংসিদা মমা-ওইবী চরম্ কংঙে; চাক্-ঈশিং য়াখিদ্রে। মমায়-মমীৎ তাইফেৎ-তাইখ্রে। হক্চাংগী-চাংজৌ ফাওবা ময়েং-তাখ্রবনি। মমা-মচা অনিমক্কী ফিভম্দি চপ্ মাম্নখ্রবনি।

নোংমদি মচাদুগী মনাক্ত চঙশিল্লক্তুনা হায়রে, "ইমাগী ইবেম্ম, ইমাবু নুংশিদ্রবো নঙবো...? ইমাবু শিখ্রো হায়ব্রো?"

মচানা ঙক্তুনা হায়, "কৈদৌরে ইমা,... কৈদৌরবগে?"

"কৈদৌরগে হায়বদি...? করিগী চাক্-ঈশিংগ ৱাওই-থওইদ্রিনো? হা,... খুম্মো...?"

"হৈমা, অসিই' ৱা ওইরে...? চো, ঐখোয় মা-সিমা" মচানুপীনা চৈবু-চৈবিরক্লে, "হক্চাংগ-কয়া নুংঙাইতসিদ,... অসিবু ৱা-ওইনা-হেক্ তৌরিয়ে।"

"নশা ঙম্দ্রগা... হীদাক্ চাও-খোৎলু হায়সু করিগী য়াদে" মমানা ৱাদুবু ময়াঙদা-পায়রক্লে, "নবুক্ত লৈরিবদু ইমাদা শীৎ-শীৎনা তম্মু কৈদৌবগেনে ইমাগী-ইবেম্ম...। ইমাদা তম্মো-হা...?"

বৃন্দা চপ্-চানা খঙজে, মমা কয়াগী-মতীক্ ৱাজরবনো। মমাগী মপিদু তৈথোক্পিরদুনা হায়, "ঐগী করি লৈদুননো...। তোক্ও-সে, তোক্-ও-হায়বা।"

"নঙনা চাদ্রিঙৈ... নমা-ঐ হান্ন হু-দু চাগেকো...। মীগী-মমাঙদা চাং-তারুদে শরুক্,... ঐ হান্ন নমাঙদা শিরগেকো।"

"করিনোনে ঐখোয়-মাসিবো... অঙাং-মচাদৌনা... !"

মচাগী ফিভম্ মপাসু উই। খল্লী, কনানা ইচাবু ৱাহন্নিবনো? শগোল্ তোংবদুরা? থাবল্দা থাউমৈ পাংলম্মী হায়। অচা-অথক্ কয়া খিল্লাইরম্মী তায়। চিঠি পীরম্মী তম্মৈ। চুম্মব্র? নত্তে, চুম্দে। অদুদি লৈকায় পাখংসিরা? ওইবা য়াই। মদু শুংশোয়-শোয়দনা ওইরম্ব য়ারি। মৈ চাক্পদা লায়কন্নখিবা, হৈজ্রাংনা শোক্তুনা মখুবী চুপ্খিবা, মুক্না-লম্বাদা শোক্তুনা ইল্লিবা মফি-ফাওবা খাইবোক্-শেগায়, ঈনা ইঙাঙ-ঙাঙনা তৈরগা হল্লক্খিবা। মরুওইরিবা অমদি, পিশক্ পীক্লিঙৈ মখজাইদা য়াখুন্-লৈন চীক্লক্খিবা, থাজখ্রে-লুহোংদৌরে তা-ঙৈদগী মখুন্ থাদোক্তুনা লোৎখিবা; মচানা চাক্-ঈশিং মৌখিবা।

চঙ-চঙ হুরান্বদু লোংউপ্ন উপ্লে। থৌরবা মীৎ অনীখক্ক হুরান্বা অনীবু মশক্ খঙলে; কদায়দা চেন্গনি?

মচাবু কৌশিল্লে।

"ইবেম্ম...।"

"বাবা।"

"ফম্মু।"

"করি হায়গে'-বা?"

"সে-সে,... ইপা ৱা হায়গে.. ।ফম্মু-ফম্মুনে...।অঃ... সে, ইচাগী অনিঙবৈ মায়োক্তনে,... নমাগ-ঐগনদি... কৈদৌনুং...। কৈদৌঙৈদসু মদুম্ খক্ তৌরোইকো,... তৌরোই-তৌরোই।"

"বাবা...।"

"ইপা, ঙসিদি য়ুম্ফাল্-কাগে...। মী-অমা থিরুগে...। মী-অদুম্মক্ থি-হুম্মুরগা পুরক্কদৌরিবনি.. ।নমা-নচা চাক্ চাথোক্লম্মু,... ঐ হুজিক্-মক্ চৎলে।"

ৱাক্চীংগী-উন্খা লোইরে। বসন্ত-য়েন্নৌ লাক্লে। উপাল্-ৱাপাল্ ঙম্ন অনৌবা ফিজোল্ হোংলে। হৈপাল্-লৈপাল্শিংদা ফুগায়না লৈশাৎ-তন্নে। কুরাক্-খোইমুশিংসু পাইরক্লে। কুরাও-পাম্বীদা খোইনিং অনিখক্সু ঋতুরাজগী-ঈশৈ শক্লরে। নীক্-নীক্ চোল্লবা ঈয়ায়দা থরো-থম্বাল্ শাৎকায়রে।

নুমিদাংদু মচা তুম্থখ্রবদা মপাদু লোন্ন-চঙলক্ই। মীগী মীতেক্-মীরৌ খঙখ্রবা ইবোহল্-বাবুনি। মচাগী মবুক্-খঙদোক্লবা তৌখিবা ঠগ্নি। অদুগুম্ব পুক্লিং-হক্চাং-তুনা মথুম্-মরাঙ হৌহন্খিবা পাউগী-ফল্ ঙাইদনবু, নুংশি-নাচোম্-মোন্খাংন খোম্লেন্-তুম্খুন্-তানবদি ওইথোক্তবনি। মদুবু মমানা উরদুনা খঙহল্লে, নপা-হল্লক্খ্রে। খুল্গী মিটিং-য়াওবা চৎখি।

হয়েং অমুক্ চৎকনি হায়রি। কনানো-ম থিবনি হায়রিনে, উনরক্রমাগ্লে।

মতৈ-মনাও চীক্ল ফম্মরে।

হায়রক্ই "কম্দৌ' তারি...?"

মমাদুদি তরঙদা-য়েংলি।

"মমা...?"

"... ..."

"অঙাং-অসি, মতীক্-ময়াই লৈত্রবা অঙাংনি। পারী-পুরী কৈরাক্-থারি। মশা-মউ মবুধি- মরৌশিং, নুপানি। মীওইবনা তান্নরিবসি, মসিবু-খক্তনি-হা...?"

"হে-ইমা, বৃন্দাদেবী...?" মমাসিগী অয়ৌবী-লাইনিংনি। ঙসিসু মতাঙ চা-ন কৌজরক্লে, 'ইচাগী খোঙথাং-খুদিং শেন্নবিয়ু...। ইচাগী-পুন্সিবু মায়ওন্-চুম্হন্বিয়ু।

করিগী শক্লোই ইমা-মাগী গুন্? সতীগী শাপ্মক্ল ইবুংঙো-মহাক নুঙ ওন্দুনা লৈরিবনি। মবুংঙোগী-কুচু লৌরগা, ইবেম্ম-মহাক্সু মুরৈ-ঙাঙলৈনরি। মসিদি আত্মা-অনিগী মধুর-মিলন্নি। হক্চাং-অনিগী দেহ-ত্যাগ্।

ইবোহল্-বাবু হক্থেংননা মনিবু উনররে। মরুপ্তুগী মবা-মপাউ অমত্তুং, লৈকায়-অহল অমা ওইনা—

"ইবুংঙো-মনি,... নঙগী মরুপ্-অঙাওবদুদি... মশক্-মশাবু ইউ-উখিদ্রে.. কদায়দদি লৈখ্রে-হা...? কুইরেনে উদবা।"

"মাম্মো..." পাখং মচাদু শক্ফম্ থোক্-হঞ্জিন্, য়ুম্গী অহল্না লারৈ-কোন্দুনা পুথোবক্লম্ব খুদোং-ঙাম্বক্তু লাঞ্জরদুনা মসুম্ হায়রক্ই, "মহাক্... মহাক্তী..."

"ভায়, ঐগী পুন্সিদা নুপী অমত্তগী চন্নফম্-লৈতে...। লৈম্রেল-ফম্থোল্দি মহাক্তনা কা-রগদবনি...।"

"মহাক্পু কদৌরবনো,...কদায়-চৎখ্রগে?"

হংলিবা-বাদু তারীব্র-তাদ্রিব্র, শুন্দ্রং-অমদা লৈরি।

"মাম্মো... অঃ..."

"কনাগা,... নুপা-অমগা...? নত্তে-নত্তে,... মাগ-ঐগা...। বিন্গ-গোবিন্গা.. হ... হা... হ...! বৃন্দা-গোবিণ্ড,... গৌবিন্-বৃন্দ... হা... হা... হ... হ,... উক্-হা।"

বঙ্কবিহারীনা মনাওবু থেম্জিন্বা হোৎনৈ, গোবিন্...সে,... য়ারে-তোক্ও...। য়ারে. .।"

শহরগী য়ুয়োন্ফম্-ভেগুরদু নিল্হন্দুনা নোক্খিবা-মীনোক্ ঙাঙ-শক্খিবা চোইরোল্শিং

দু মমীত্ত শং-শং উরক্লবনি। মরুপ্তুনা লৈরম্‌গদবা মফম্ চঙ-চঙদুনা কোইথি-থিরক্‌পনি, য়ুম্‌গী আর্দালী অমগা।

"মনি,... ইবুংঙো-মনি।"

"ও; মাম্মো..." ব্লারী-পুম্বদু শুগায়না তম্ব-হৌরক্লে,—

"ঐগী ইতাওদু... ওঙ্গোক্‌পা নরক্কী-কোম্ অমদা ওন্দুনা লৈহৌরবনি। চাহৈ-থক্‌হৈদ্রবা চীঙ্গাক্ চা-থক্তুনা,.. ঙাওন-ফৈন য়ুদা-লায়চুদুনা লৈহৌরি...। অদুগা,... ঐনা হায়রিসিবু...! ও,... নত্তে নত্তে..., য়াম্ন-ফত্রে...। ঐ করি করিনো,... মীবু মাঙ-তাক্লবা...। অ; হোয়, মা... থৌইদোক্‌পা লম্‌চৎ-কাম্ব মীদি নত্তে।"

কনাগুম্বগী পাউদম্বদা শ্বর-চনিঙ-তাদনা ঙাঙ-শক্লিবা, মী অমগী বদনাম্-লৈগদবা ব্লাবু ফিজি-ফিম্নানা কুপ্পনবা হোৎনরিবা অঙাংদুগী মবুক্‌সু য়ৌন-খঙলু; পাখং-মচাদুগী মখুত্ত য়ান্নদুনা তাপ্-ফারে।

"ইবুঙো মনি,... নফিদু অমত্তং হোংঙুচো-চৎলু...! মাম্মগী গাড়ীসিদা... ইবাম্নী হুজিক্‌মক্ যুম্ফাল্ য়ৌদবা য়াদে, থীল্লবনি।"

"মাম্মো...।"

## তরুক্ ৩

চাকান্-গান্ঙাই হায়দুনা কবুই-জাতিশিংগী নুংঙাইরবা কুম্মৈ অমা লৈরি। মসি ৱাক্চীং -থা পান্খৎলক্পা তরাহুম্দোইনি-চন্বা নুমিত্ত পাঙথোক্ই। নুমিৎসিদা চীংমী ইচীন্-ইনাওশিংনা চা-থক্, জগোয়-ইশৈ তৌদুনা হরাওবদু মপুঙ ফাহল্লী। অহীংদা মৈজাউ হৌই। পাখং-লৈশা অহীং-চুপ্প জগোয় লেপ্পে। কালৈ (য়ু) থক্তুনা নিংথম্ অইংববু কোক্লে। হনু-হন্বীশিংনা জগোয় ঙাক্ই। মতীন্দু পীৎ-শীৎলম্ তোংজি-থাদুনা কালৈ চিংলম্লগা "হোই" লাউবা য়াওরৈ।

হোজঙদগী হৌরগা খুল্গী লম্পাক্-মচাদুগী অকোয়বা, মদু কনাগুম্বগী-য়ুম্গী শুমাঙনি; মৈনম্ উতোং-উতোং খোংনাংবট্ মনা-মনানা লৈতেংলি।

খুল্ মরি-মঙা লাম্থোরক্লগা শেহোম্ফুং (শওম্বুং) হায়না কবুই-খুল্ অমা তাখ্রি। খুল্সিদসু মপা-লৈত-চাউনা গান্ঙাই পাঙথোক্ই। খুন্নৌ-খুল্লেন্ পূন্ননি।

ইবোহল্-বাবুদসু হরাওবগী পাউজেল্ য়ৌদনা তোক্লম্দ্রে। অরাপ্-অরাপ্পা মফম্দগী ফাওবা বার্তন্ ফংনবা মরুপ্-মপাংশিং ঙম্ন য়ৌনরক্লম্লে। ইমুং-হুপ্ন ৱাক্চীং-হরাওবসিদা য়াওরবি। খুল্গী-নিংথৌ ইবোহল্গী চান্নরবা মরুপ্নি। ইবোহল্ পুক্চেল্-চাউবা ঠীকাদারনি। খুল্সিগী উকু-ডাম্ কয়া শাখিবা-হাক্তক্ খুঞ্জাশিংগী মফম্দা মাগী লম্মন্ খর-খরদি তোন্শীল্লিবনি। অসুম্ন চীংমী-তম্মী মীহৌরোল্দগী তৎন-থান য়াদনা লোয়নরক্ই। তেঙবাংনরক্ই। কবুই শলাং-মাইবগী ৱারীসু লৈ।

মীওইবগী আশা! ঐখোয় মীওইবনা আশাগী মপাল্-তাংদুনা হিংই। আশাগী য়েন্নীং - চোংদ্রবা মীদু লেপ্কং-কংলবা পামেল্-উপাল্মক্ক পাংখক্লি।

পৎশীন্-খুইজিল্লুরবা পাম্বী অমা ৱাক্চীংগী মথোঙ-হুক্তবা নোংহৌ অমা নংলুবদগীদি শিদ-হীদাক্ ওন্দুনা য়েল্লৌ তম্ন-চোংখ্রে। নোং-নিনীগী মনুঙদা মশাগী হান্নগী ফিরেপ্ চপ্-চানা তাল্লে। মসিনি মীওইবগী আশা।

মমা-মচা হৌ-হৌ অয়ুক্তগী অথেন্পোৎ-লাঙই। ৱাক্চীং-হরাওবগীদমক্ মখোয়না

ঙম্জবা খর শীল্-লাঙলি । চিনী-কাঙ্গোই, কংশুবী-মপাক্, লালু-হৈঙান্ জাৎ শুরে। নিংথৌ-মজা-ইবেম্মশিংনা পাম্জখ্রবা খুদোল্পোৎনি।

"ধোং— ধোং— ধোং— ধোং— ধোং... ধোং.. ।"

নুপা অহুম্ন কোন্বা-থুংদবা "খুল্গী-ধোন্" পুঙলোন্-চানা য়ৈরক্লুনা, অপুন্বা খোঞ্জেল্ অমনা খোঙ্হাং-য়েহল্লক্লে— "হুহ-হুহ-হুহ-হুহ-হুহ-হুহ... হু... হু... হু...। হৌ-হা... হৌ... হৌ-হা... হৌ.. . হৌ-হা .. হৌ. হৌ... হৌ।"

হাউয়াম-পুন্ন চোংদুনা জগোয় হৌদোক্লে।

অতিথীশিংগীদমক্ মতীক-চাবা ফম্ফম্ লাঙই। মৈনম্-উতোংশিংগী মৈরীনা পল্লোন্-তরেৎ কোয়খ্রবা মীয়াম্দুবু ঙম্ন উহল্লী। তেঙ্গালীনা অমম্ব অতিয়াদা তিনখ্রি। লৈশা-পাখং অঙাং-নুবী হনু-হম্বী ঙম্নমক্ মাগী-মাগী নাৎকী-ফিজোল্ শেৎ-চারি।

বৃন্দাবু মজা-ইবেম্মশিংনা কবুই-নুপীগী ফিজোল্শিংনা লৈতেংবীবে। রাজকুমারীনা হায়, "মসি শেৎপদগী-ইতা, নঙগী নিঙবা-পূন্নমক্ থুংজরোকো...।"

পীরিবদি বরনি, শাপ্ নত্তে। মমল্-লৈতে, খুদোল্নি। খুদোল্পোৎ অসিমক্ল শাপ্-ওল্লক্লুনা নোংমা ফত্তবা-দষা তারগদৌবি।

মকা-লান্নম্নবা মায়থোঙ-থা বাঙ্গনা অমুক্ উম্নবসু শোয়দ্রে। মপাগীখোঙচৎ-অয়াম্ব মায়-পাক্লক্ত্রবনি, সহবগী-ময়াম্বদুগা লোয়ননা তঙায়ফদবা-থৌ অমগীদমক্ আসাম্ চৎখ্রি, ইহন্মক্-হল্লক্ত্রবনি। থা-অনিবু ফাজিল্লক্লে। মদুগী-মনুঙদা মনিনা পাউ লৌরুরিসি মশীং-নাইদ্রে। হেক্-য়াবিবমখৈ থুনা মচাগী মথৌ-মঙম্ পাঙনিঙলবনি।

অশেংবা-বাদু মমাসিনা নোংমা, মচাগী মবুক্ য়েংদদি-ময়েংলগে-খন্, মাগী মমান্নবী মিঙ্গৌদনা "ইচে-বেম্ম" থোক্লবীদুগা তৌনখিবা-কবার অমগীদমক্ মবুক্ মথক্-মখাদি ওল্লক্, লৈকায়-পাখংদুগী মফম্দা থম্লিবা মপুরোইবগী থাজবা অমসুং অঙাংদুগী মপাল্-নাইদ্রবা গুণ; হোয়দা, ইচাগী পুক্সিনা নিঙবা-থুংদ-পিরোইননা লেন্খিগদবমক্ ওইরবদি, করার অদুর্দি করিসু-লৈতবনিবু খন্দোরক্, মচাগী মমায় য়েংদুনা লৈরক্লে।

"ইমা... !" ঙক্ল, ইকায-নুংশি-য়ান্ন।

"হোয়নে,... মাবুনিনে...। নঙ'বাবানা চৎখ্রিবদো,... মাবু থিবনি। ইচাসিদি;... নরাইবক্ত-তম্বদো... মদু থোক্লুরসনু। নঙগী ননিঙ-থুংজখিবা,... নঙনা নোক্ল-পুক্সি-লেন্বদো... মদুনি ইমানা ঙাইরিবা।"

নোংমা অশেংবা-বাদু তম্দুনা খঙহন্খিবনি, আসাম্ চৎখ্রি লাক্লনি। ঙাইরক্লে। হৌজিক্তী চহী-কপ্প-অমা চঙনা ঙাইরবসু নিংঙায়দনা-ঙাইগদৌরি। ঙাইবনা মঙোন্দা অরাবদি পীরদ্রে। করম্নদি রারুরনি, নোংমনা বারুনী-খুরুম্ব চৎলুই। নোংমনা য়োং-জগোয়দা লূপ্নী। নোংমা

অমদি গুরুনা মখোয় মরি-মঙাবু ফুখিবা, ফুদ্রিঙৈ হান্নবু-কপ্পখিবা, মথন্নতা থীক্-থীক্ নোক্তুনা মতম্ লেন্খি। নোংমনা হৈজাম্পেৎ-মখোঙদা, উচেক্-মচাগী ব্রাহং কয়া, মখোয় হৌজিক্তী পাইদুনবু শান্নরম্মনি। অমত্তবু চীথ-নাম্থহৌদ্রে। তেলঙ্গাগী-ব্রাথোক্, ইরুজবগী-থৌদোক্।

ইকুই-কুইদনা থোক্খিবা থৌদোক্ অমনদি মবুক্লিংবু য়ৌনা নুংওলহল্লে। লম্পাক্ অমা ফাওদুনা চৎলিঙৈ, চাজেন্বী-যন্বী অমনা কদোমদগীনো মাবু ওম্থোক্ল-থীনা তান্নখিবা— ব্রাম্থরুবদগী লৌশিং-তারক্পদা যন্বীদুগা মুক্ল-লংনদুনা লৈরম্ব— কাইনথংদা মশা-মউ ফরবা পাখংদুগী খুত্ত মায়থীরবা যনবীদুনা মখোয়বু থাদোক্লম্দুনা চেন্খিবা।

"শোক্-পন্ য়াওদেদনা" গোবিন্ চঙশীল্লক্তুনা হংলরবনি— "ঐদি নুংশাবু-থীরুরবনি, কদায় চৎলুবনো...?"

ব্রাহং কয়ামুক্পু হংখিবনো— খুদোংথীবা নুংলুরবী লৈশাবীসিনা ভাবনা শাজিঞ্জবদা পাক্-থোক্খিদে— মাবু কাল্-কৌবী-লাইদুগী মখুত্তগী কনবীরক্খিবা, খোয়ুম্-অপান্বদুবু মীৎয়েং-পাদম্-লাক্তুনা অমুক্তং খুরুম্জবল্লগা ইকায়না মখোঙ-থাংবা হৌরক্খ্রবনি।

ব্রাহৈ অমনা চপ্-লেপ্হল্লে—

"ঐগী ইফম্দা, করিগুম্ব ব্রা-অমা ভাঙজননবগী হক্-লৈত্রবরা? নঙগী-ব্রাহৈ অমগীদমক্ ঐ তপ্থফম্-খঙদ্রি। হায়য়ু, নহাক্ শোক্-পন্দেদনা?"

"নত্তে, ঐ থোইদোক্পা-নংদে"— মশীং-য়াম্খিদ্রবা ব্রাহৈ অসি নত্তনা, মাবু খুদোংথীবদগী কন্বিরক্খিবা তম্ব-ওইবা-নুপাদুগী মফম্দা করিগুম্ব থাগৎ-ব্রাহৈ অমত্তসু তাহল্লম্দনা হল্লক্খিবা— মবুক্ মনুংদদি মাগীদমক্ জগৎ-সংসারসিনা কায়খি-তোইখিদ্রিফাওবগী য়াইফননবা হক্-খোম্জিঞ্জখ্রবীনি।

নিঙশিংবা-কয়া অসিনা মাবু মঙলৈবাক-অমদা হোইদুনা পুরল্লবসু ফোং-ফোং-শানা থোকখিবা থৌদোক্-খরনদি মৈশা-তত্তনা পীরি।

ইঙৈল্লেনা হৌদোক্লখি উরী-শম্বন্গী ব্রা, মহাক্মক্তী নুংশি-মপাউ। নিঙবা-কায়রবা মহাক্ মৈনুঙদগী-শৎলে, মশা-শোইনাইরে। মদুদগী মশক্-মশা অদুম্ উখিদ্রে, অদুম উজবা ফংখিদ্রে।

মমাগ-মপাগগী অয়াবা-পীরে হায়বা ব্রাদু মমানা হৌদোরক্খিবা নুমিৎ-অদুমক্তদা; মমান্নবীদু নত্তনদি পাউ-ফাওনবিনবা মরম্সু উদ্রদুনা লাক্চখিবা, মতম্দুদা মাদি লোক্-খুল্লাইনা নোং-নিনী হৌগৎ-কাঙখৎলম্দবা, ওইরিবা ইমুং-মনুঙগী ফিভম্-মতাদুদা মপা-মচাগী সেবাদুম্ তৌরল্লগা, মবুক্লিংগী ওইবা ব্রাদি কাঙথোক্পা ইঙম্-মঙম্দনা হল্লক্খ্রবনি। অদুগসু মদুক্ নুংশি-হৈতনা কাওথোক্তুনা ইম্থোক্খ্রবা মীশক্ অমবু খুনম্ন-খুয়ানা লোংন-য়া তরাম্না অমুক্ লৌদ-লোশীল্লুবগী পাঙ্গল্ হায়বদুদদি মশাদা য়াওজরম্দ্রে। মদুবু ওইদ-

ওইথোক্লরোইদবগুম্ মবুক্ত চপ্-য়ুংলে।

নুমিদাং অমদি ইকায়-ইকি পূন্নমক্ থাদোক্তুনা চিঠি অমা ইরে—

"তা-মনি,

মহাক্ কন্ন-নারি। মাগী মফম্দা মরুপ্-মপাংগী-প্রেম হায়বদু লৈবিরবদি, পাউ-থাখ্রিবা অঙাংসিগা খজিক্ খোঙলৈ-থুবিরক্উ।

ইতি,

নহাক্কী-নচন্ বৃন্দা।"

চিঠিগী-মরোল্ ঙাক্-নত্তনা মনি পাউদু হেক্-ফংবগা য়ৌরক্লবনি। নারিবা মীদুবুদি ময়াক্-কল্লবা "ফাগী-গুলী" অনিদং থাবদা হৌগৎলে। ময়াম্ নোক্পা মরক্ত মানবু-হেন্ন মখোন্ হৌরক্লে।

"লৈশাবীনবু নারিনি-কা হায়না,... চোই, য়েংনিংদে...। মথৌ শুনিংদদনা,.. মখুৎ-মক্রাঙ-লোন্বদুম্ ওইরিনি,.. মখুৎ থিয়ু!"

বৃন্দানসু থোক্-খুম্লে, "হো-ইবুংঙো, থিবে থিব-হৌনবা...। ফংদ্রে,... লোৎপু-লোৎলব্র-কৈনো।"

"তো-তো, কাল্গী-লৈশাবীনি লায়রুরনু...। অথুম্-অহাউ চামীন্নগদ'-লৈরদি,... ওম্ব্বোক্ল-থুন দর্শন্-ফংজরগদবনি। ওঃ-পাম্মুইদা... লোৎলবোরেকো!"

নোক্কন্বীদু ময়াদা চাক্-চবুম্ অমত্ত তাখিদ্রবনি, মচীন্-মখা হুমুক্-খায় হায়দুনা। মবুক্-লুম্ন হরাও-তয়াম্ নোক্চদুনা অতিথীগী সেবা ফংজরে।

মীত্রং-হৈরবা যাদুগব অদুবু ঙসি কৌখিবগী মরম্দি অনাবগী মরম্ন মরম্-অমা ওইখ্রে; থম্মোয়গী-মপূ ওইরিবা মীশক্-মীওই অমখক্কী মফম্দা পাউ-মচং অমত্তং; মদুবু হেক্ তহা-তহা ইকায়খঙদবী অমগী মতৌগুম্ চীন্দোল্-লৈতোল্ ফবদি ঙম্জদ, চিবোন্-চিবোন্ মসুম্-তম্জরক্লে, "হে দুতী,... চান্নথোইরবা উধব্! নঙনা মাগীদা হেক্-য়ৌখিগ তম্মুগদবা ব্বাদুবু নঙ খঙঙ্ব্র? মদুদি,... লাইবক্-থীরবী নুপীমচা অমনা... ময়াক্-কল্লবা হু খর পাম্হৌই। নঙনা পাউদুবু তহা-তহা তম্মুবদি য়ারোই.. । হান্নরা ননি-মাখন্ উহৈ-ব্বাহৈ খরনা সেবা ফংজরুগদবনি। ঐনা মদুবুদি... থৌরাং-তৌদুনা থম্মবনি। মদুম-তৌরুবা নত্তনদি,... পাউদু তাবদদা থোক্হৈদবা থৌদোক্-মচা অমা নংব-শোয়দ্রবনি। নত্রগনা, মহাক্ হৌদুন-চেল্লক্খিবা য়াই। মদুম্-তৌরুবা য়াবদি নত্তে..। লৈবাক্কী চেৎলবা থৌ-পূরিবা মী,... মীদুবু নুংশি-লাংদা-থুবদি তাহন্গনু...।"

"হে-উধব, চান্নথোইরবা! নঙনা মসিবুসু তম্ব-কাউরম্গনি... ব্রজগী-গোপীশিং কঙাওননা মচী-মচীদা লেপ্হৌই। যন্বী-যন্নাউশিংনা হানৌ থৎখিদ্রে,...। চাদ-থক্তবনা

খৈরোই য়োংমুশিংনো উপাল্ অমদগী অমা লান্ন-চোংবা ওমখিদ্রে...। বন্গী উ-ব্রা অমত্তসু য়েন্নৌ-হুন্খিদ্রে; লেপ্কং-লেপ্কং কংহৌরে। গঙ্গাগী ইচেল্ লেপখ্রে...। যমুনাগী ঈপাকসু ইপোম্-হৌখিদ্রে। নুংশীৎসু-লেপ্খ্রে..., নোংসু-মংখিদ্রে। মরুভূমীগী লৈঙোয়-শেক্তা মথক্ত,... খৌগংনরবা জীব-পানবা পুম্নমক্ক লাইজ-ঈশিং ঙাইহৌই।"

মপা-মমা অনিগী অয়াবা লৈরে তাবা খুদক্ত মনিদু মশা-পান্দুনা পাইনিংলে। মদু, শিদয়াই-নাদয়াই কৌবা "য়াই" মপাক্ অমখক্কী ব্রাহৌদগী চোইরোল্-লোল্লবা কনাগুম্বা মীওই অমগী মফম্দদি য়াইদ-য়াই ওইনা হেক্-থোক্লুরগনি খল্লুবদগীনি।

ব্রারীদবু মসুম্ চথখি—

"মাগা অমুক্তং উনদ-য়াদবা মরম্ অমা লৈ...।"

"মরম্দুবু খঙজবা য়ারোইদ্রাও..." মনিনা অচুম্ব-ব্রাবু ফাগীগী-মচু-শঙলক্লে, "লাই মরম্ন... তীন্-মরম্ন...? নত্রগা, ঙা-রম্ন মী-মরম্লাও?"

পাউখুম্নি মোমোন্-মীনোক্ অমত্তং, মমায়-মমীৎ ইঙাঙ-ঙাঙ। খল্লী, কয়াদ চীং-লেম্খ্রবনো। কয়াদ থোৎ-নৌখ্রবা। থোৎ-নৌরবী লৈনা মরক্সিদা নুঙগী-পৃক্ অমা লোৎলি হায়বদি উরুবা নত্তে। খঙদবা-য়াদবা মরম্ অমা ওইনা মনিদু মখা-তাখি, "ইনে-বেম্মগী অনিঙবগী মায়োক্তরা? তশেংনা ব্রারী-অসিদা ইমা-বাবাগী হৈনিংবা লৈরব্র হায়না হংলক্পদুদদি; মতাংসিদা ইকায়রুবা য়াবদি নত্রে, ফোংদদি-ফোংদোক্লগে মতাগুম্ মঙক্-নোম্ন মমায়-খজিক্ হাইগৎচরক্লে, "মানা লৌখৎপিরম্গদ্র হায়বদি খঙজদ্রে... ঐগী অহল্ লমন্শিংদগীদি নিঙবা-কায়বীররোই।"

খোঙকাপ্ অমমম্দগী অনি-অনি, অনি-অনিদগী মঙা-মঙা, মদুম্ কান্-কান্দুনা চেন্চৎ-ওইনা চৎখিবনা শহর য়ৌখ্রে। অদুবু ইশুক্-শুক্থনবু হল্লক্পদা তাখ্রে। খোঙচৎ অদুদগী ইহন্মক্-হল্লক্লুম্দ্রবনি। ইমুংগী মীওইশিংদা চেৎনা-শিন্নজরন্নগা লাক্লে; হেক্ থুংলবগা খুঙ্গংদা অমুক্তং য়ৌরক্তবা য়াদে।

ঙাইরক্লে। নুপা-ওইবগী তম্ব-ঙম্দবা খোঙচৎপু হল্লক্পা ঙাইজরক্লে। মপুন্সি-চুপ্প অসিমা মহাক্তবু হল্লক্পা-ঙাইরবসু, ঙাইগদৌবগী মওং অমদি উবা ফংলে। ঙাইরে, ঙাইবা-হৌনবা ঙাইরে। ঙাইবা-ঙম্বগী পাঙ্গল্ মতোল্-অমা-লোম্নক্লবনি, মমা নারক্লে। মচাগী ব্রাখল্তনা মমা-ওইবীদু কোক্ক-মোন্গা-তাইন য়াহীপ্নক্লে। মনেহন্ মচানুপী-লৈশাবীদুগা শিল্লোন্-শিঞ্জিন্ নোংমা-কাংদনা লাক্ই। লাইওক্-তীল্লোক্ য়াওব্র হায়বগীদমক্ মাইবা অমা-অনি য়েংলম্মী। কৌরুবা হায়বদু থোক্লবনিনা ব্রাখল্-লায়নাদা খয়োম্-চাবান্গী থৌরাং চঙখি। য়ুম্মুনা খঙজে, অনাবসি মাইবা-ডাক্তরগী অনাবা নত্তে। মশা-শোম্ভখিদনবখক্কী সাইকিট্রিষ্ট-ডাক্তর অমগা তান্নদুনা হীদাক্-লাংথক্ চা-থক্নী। হৌজিক্ মপাসিনা পুন্সিগী চাংয়েং-অমা লাম্থেংনবক্লে।

মদু, নোংমা নারিবা-মমাদুগী চোইরোল্ অমা ময়েক্-শেংনা তারুবদগীনি। মমঙ-মহাদা তত্তনা মমান্নবী "মচে-ইবেম্ম" দুগা ৱারী তোয়না-শাই। অমুক্ নোকই, অমুক্ কপ্পী। মচাগী অফ-নুংঙাই ৱাখল্‌তনা মমা অনা-লোয়রি। মচানা অমা নিঙলি, মমানা অমা। মচাগী নিঙবা-থুংলো, মমা হিংলোইদৌরি। মমাগী য়াথং ইল্লো, মচাদি কপ্প মপুল্লি-লেন্‌খিদৌরি। মবুক্-অনি লোঙদবী লিংজেল্-খাবী মমানা, মদুগী চপ্-চাবা মচা পোক্লরিবনি। মচীন্দদি ইচাগী নিঙবা-থুংননবা হায়-শাখিবা; মবুক্তদি মওন্-মওন্ মতুম্-অমা পৈখৎলক্‌পদৌনা; মতুম-অদুমক্তনা লায়ুংনদুননি ঙসি য়াহীপ্লিবা।

মপা-ওইরিবসিনদি পূন্নমক্ ভগবান্ মাগী খুয়া-খাদ শিন্নজরদুনা অনৌবা-লাপ্লোং অমা শীল্লক্লে।

মচানুপীগা পূন্ন হীদাক্-লাংথক্ অচা-অথক্ লৈরুনবগী নামাদা গাড়ী থৌদোরক্‌পা, ইঙেল্লেসু মফি-মরোল্ অন্ন-অনান্ শেৎ-চাদুনা লাক্‌পা, থোঙ্গাল্‌দা কোক্-ওক্লরে। মমান্নবীদুসু খ্বাঙগী-ফি শারিবদুগী লং অৱাৎ-অপা খর লৈবা চৎকদৌরিবনি। তান্-চানরে হায়দুনা মাসু গাড়ী তোংখৎলে। তাঞ্জা-অমা-ওইনা মনিসু লম্বেল্‌দা কোক্-থেংনরবনি। মখোয়-পূন্ন শহবদা হাইগৎমিন্নরক্লে। অনাবদুনা মনেহন্ন য়েংহৌই।

পার্কতা গাড়ী খাম্নরে। মী-কুণ্ডলবা বাজার-মনুঙ, য়াঙন-য়াঙনা থৌনরিগা গাড়ী অচৌ-মচাশিং, মীকূপ্-য়াকুপ-য়াবা নত্তে। তান্ন-উত্রবা মীগী ঈপাক্লি; মীগী ঈথক্সু হৌরী। নুপা-নুপীগী সমুদ্রনি। নুপা-নুপীগী শুক্লবা-জঙ্গল্। করম্-থিরুনি, উনুং-ৱানুং বন্ অসিগী মনুঙদা পাম্বী অমনা তুমিন্-লেপ্লিবা? মীয়াম্ মবক্ খায়-খায়দুনা থিরি, শাজৎ-লাক্‌চৎ অদু শক্ওই-চুদা অদু। মমাঙদা ফোং-থোরক্কদবোই মনিঙই। মচী-অমদা কোক্-ওক্লগদগুম্ মখল্লুই। নিঙবা-কায়বক্লবদুদদি মবুক্ত নুংহীক্লন-খোঙ্থাং-য়ৈন কৌজরক্লে, "হা-গোবিন্দ,... নঙবু কদায়দনো?" মিঙ্গৌদুবু হন্ন-হন্ন লাইনিং-ওইদুনা কৌজরক্‌পা, থম্মোয়-থম্মোয়গীদ-ওইবা খোঙ্থাং অদুবুদি, থম্মোয়-পান্‌বা অমনা লোম্ন-তারম্লে।

মাগী ঙাওন-ফৈন য়েংলিবা মীৎ অনীদু নৌনা য়ুম্ফাল্ কারক্‌পা নত্তে। মেট্রিক্, কংলা ময়োল্‌সিদা লাম্লক্লিবনি। লম্বী চখোক্-চৎশিনগীদি অনৌবা-পারা অমা নত্ত্রে। মাগী লাঙতক্লবা-মতৌদু উরুরদুনা মনিনা হায়জরক্ই, "মাম্মো, থোইন-লাপ্লসু নত্ত্রে,... ঐগী ইতাওদুবু...।" ইঙ্গিৎতুবু ভাব-তানরদুনা মখোয় পূন্নমক্ গোবিঙগী ময়ুম্‌দা থুংলরবনি। মপা-শারিবা অহল্‌সিদি য়েংবদনি। মহাক্ কনানা-করিনো খর য়েংখিবা তারি। থবক্কী-পোরম্‌দবু মহাক্ক য়াৎলিবনি।

হোজঙদগী-হৌনা মীৎ-নাবু থক্‌হন্‌বা-য়ৌনা হৌগৎ-লোঙখৎখ্রিবা ফুরা-ডলান্‌শিং অসিবু মীনা লৈননবা য়ুম্ন; নত্রগনা মণিপুরগী করম্ব অনিশুবা-কোনুং? কোক্‌য়েৎ-চুড়া

থেৎপা স্নথোঙ-পান্নরম্ব অহলদুনা "কনাবু উনবিগদবনো" হায়না হংলক্পদুবু, মশক্-মশা খর উখ্রবা পাখংদুবু উরকপদগীদি "ইচা-ওইরে" হাযনা মোমোন্ন হোজঙ-থোঙদু "গে" হাংদোরক্নে।

*পাক্-চাউরবা শুমাঙ-থেল্লোং, লক্-লক্ কাপ্লিবা মার্বলগী লৈমায়, নাক্-য়েৎ গম্লা-* গম্লাদা য়াম্থরিবা শাৎলিবা মখল্-মচু খঙদবা নিংথীরবা লৈ-শু কয়া, তেক্-তেক্থনা পাল্লিবা কম্লা-হৈনৌজোম্ গেহোরী-পাম্বীশিং; অরাং-থংবদা লৈরিবা লাইগী-মণ্ডির, ধুব্-বতীগী মনম্-চেল্লবা মৈখু; খাগী-লৈহাউ পাম্বীদুগী মনাক্ত শঙ্গ-উয়ুং পাম্বীশিংগী যতন্-তৌন কক্তুনা শেম্লবা উগী-ফৈরাথক্ত শাৎলিবা খোঙ্গুম্মৈল্লে কাক্লে শমজীরৈ; গম্লা পরেং-পরেং খিল্লিবদুগী। অকোয়বদা মতা-মান্ননা কক্লবা নাপীগী-ফরাংজি— পুন্নমক্ অসিনা খঙলে, য়ুম্বু অসি হৈগী-লৈগীদি মপুনি।

অসুক্-চাউখ্রবা অরং-অরাক্ল-থান্নবা য়ুম্-ইংখোল্সিদি খুন্তাক্-লান্শিবগুম্লম্মী। লাক্লিবশিংদুবু ওক্পীরনবা মীদি, য়ুম্দুদা মীনি-হায়বা-অমত্ত মশক্ উরম্দ্রে: শুপ্নগী তেনবা অমখক্তনা পোন্নুংদগী মরোল্-লোন্দুনা খোংলক্পদু থক্-নত্তনা।

থোইন-কৌন-খোৎন তৌরুদনা, তোয়না-লাক্খ্রবা পাখংদুনা লম্-চিং রেটিং-হোল্দুদা চঙনরক্লে। কা অসিমদি মতম্-অয়াম্বদসু হাংদুনা লৈ। লৈমায়দা তিংথোক্তুনা থারল্লিবা অঙাঙবা-কার্পেৎ অদুদি, মসুক্-য়ান্ন হঙ্গোইনরম্মী মদুদি মদুগী মথক্তবু করম্ন নেৎ-নেৎতুনা হেক্-মক্ চৎলুরগনি। কা মনুঙদুদা হোৎনরল্লিবা-তৌরল্লিবা ঝক্-মর্ক্শিংদুদি, ইবোহল্-বাবু মসুম্ খল্লক্তবা ঙম্খিদ্রে— মপা-মপুনা কুবেরগী লন্গৈদি কৈরাক্-থারল্লেদনা। লিক্লীগী ফম্থক্-লৈতেং হাপ্লিবদু, পাক্লবা শক্য়েং-মিংশেল্দুদা মনি-মুক্তানা চরোং-চবোং মতুম্-মতুম্ য়াম্থরিবদু মঙায়রে। ফক্লাংগী নাকল্-অমদনা, হাংদোক্লিবা মীহুৎথোঙদুগীনা মনাক্, মিংশেল্না কোয়শীন্বা পুখ্রী-মচা অমা, নুঙলক্ত হৌরিবা চরাং-পাম্বীশিংদুগী মরক্-মরক্ত মচু-কয়াগী মশোং-ফন্ব সমুদ্রগী ঙাশিংনা ইরোইদুনা শান্নরল্লিবা। অকোয়বদা খিল্লিবা অলমারী অনী-অহুম্দুদা য়াওরিবা থার-থারবা লাইরিক্ কয়া।

ময়াম্মক্তু নিঙবা-কায়বা-য়াবা কায়নরে। থা-অহুম্ হায়রক্লবসি অঙাং-অনিগী মৱা-মপাউ অমত্ত তাখীদ্রবনি। হেন্ন-ঙরুখিবা অমনা অদুক্ পাক্-চাউরবা য়ুম্-ইংখোল্দুবু "য়ুম্বু" অসিনি হায়বা মীওই অমত্তনা ঙাক্-শেল্লমদ্রে— মীনায়-নুপা-নুপী খরদা য়ুম্ঙাক্-কৈঙাক্ শিন্নরম্মগা ইমুং-হুপ্ন তীর্থ কোয়খ্রি।

য়ুম্দুদা মদুম্ কনা-অমত্তনা "ইবুংঙো ইবেম্ম" হায়না ওক্পীরম্দ্রবসু, শক্-চু চপ্-মান্নবা নুপা অনীখক্তনদি করিগুম্ব মফম অমদগী লোন্ন বৃন্দা হায়না তরাম্-তরাম্ তৌবিরম্নে। মীৎয়েংফম্-হেক্ ফক্লাং অকোয়বদুদা ইমুংসিগী পু-পরেংদগী হৌরক্লগা হৌজিক্-ফাওবগী

চারোল্-শুথাঙ অপূম্বগী অয়েক্পা-অনম্ব চাউর-চাউরবা ফোটো কয়া থেৎলম্মী। লৈ-পরেং থোল্লীবশিংদুদি ওম্থোক্ল মশক্-নাইর-নাইরবা ঙাক্তনি। মরক্তুদা ইনৌ-নৌনা পূন্ন-নম্মীন্নবা পাখং-অনীখক্কী মোমোন্-মীনোক্লব হকচাং-লৈয়েক্ অমা। মান্নত্রবা শক্-চুনি। করম্বনা-করম্বনো খন্দোক্পদা খজিক্ মতম্-চঙগনি। মাঙদা গোবিশু-অনী মোমোন্ তৌরি।

বৃন্দা মবুক্ত শ্বাই-লাউবা অমা পোক্খ্রে। অহিংবা-মূর্তি ওইনা চোংথোরক্তুনা মসুম্ কৌ-ঙাঙলক্কদগুম্ হেক্-খল্লুই—

"বৃন্দা,... কম্দৌরি নুংঙাইরিদনা?... করি-চানী ঐগীদা লাক্পদি,...? করিগীনো তুমিন্-লৈরিবনা...? ঐগী য়ুম্দা লাক্পবু,... করিগীনো অদুক্-কোইরিবা...? ইঙেল্লেনা ঐগী ৱা-অমা শোয়দনা তম্মম্গনি...? মদু ঐগী অরান্বা-ৱাখল্নি। লৈকায় মচন্-মচাদবু অদুগুম্ব মীৎয়েং,... নঙ ঐবু শাউনুকো...। খম্থৌদ্রবা পুক্লিংগী-ইহুল্ অমনা মদুম্-থোক্খ্রবনি...। মদুগী-ইকায়বমক্তুনা... পোক্লফম্-খুঙ্গং থাদোক্লম্বনি। নঙগী থম্মোয়দা অদুগুম্ব ঙাক্পীহৈবগী মফম্-অমা লৈরম্লবা,... খুৎ-অদুনা ঐবু অমুক্তং ঙাক্উ।"

হায়জ-নোঞ্জবক্লিবা ৱাহৈ-কয়াদুগী পাউখুম্সু পীবগুম্ তৌরুরি—

"গেবিন্, ঐদি নমিং-হেক্ত কৌনি...। মসিদা ঐগী নুংঙাইবসু লৈ। করিগীনো নঙনা অদুক্-থুন ৱারেপ্ অদু লৌখিবা? নঙনা খঙদ্রে... নুপী-ওইবী ঐখোয়গী ইকায়বা..। মসিদি পল্লোন্-তবেৎ খারীবা য়োৎকী-ফক্লাংনি। নুংশিবা,... মসিনা থম্মোয়তগী ওইবা ৱানি। থম্মোয়গী-ওইবা-লন্ অমবু... মপাম্থোংগী-ওইবা ৱাহৈ খরনা খুদুম্-চন্গে খন্বা,... মদুদা অরূম্-অয়াংগী খল্-লেপ্লিবনি। ফরে, নঙদি শহরগী অরং-অরাক্ ময়াম্সিদা নমীৎ-থক্লমাল্লে...। নঙগী মীৎনা করিগুম্বদা... মীৎয়েং খজিক্ শান্ন-উবা ঙম্লম্লবা,.. শোয়দনা উরম্গদবনি;... কনাগুম্বী অমনা নঙগী লম্বী-য়েংদুনা লেপ্লী...।"

"ইবুংঙো, মখোয়দি অমত্তবু হল্লক্লদ্রিনে...।"

নুপী অমা, শেৎ-চারীবা ফিজোল্ ৱাঙাঙ-শাঙাঙ, য়ুম্গী মীদি নত্রে, মঙলম্ব-মঙ কায়হল্লরদুনা মসুম্ হায়রৈ, "নুঙাইত্রেদা,... ইনাওনা লাক্চরিবসি ফন্দি-মশীং য়াম্মবনি...।"

মনিনা হংজৈ, "য়ুম্গী মীবু অমত্ত...?"

নুপীসিনা ফিভম্ অমা ওইনা য়ুম্সিগী পরিচয় খঙহল্লক্লে, "হৌজিক্ য়ুম্সিদা...তুমীৎ-য়ুরাং খরগা,... ঐখোয়-খরগদনি লৈরিবসি। অতোপ্পা-কনাসু লৈতে...। বিনাবোন্ লাই-খুরুম্বনি হায়দুনা ইমুং-হূপ্ন চৎনখ্রি। করি য়ুম্বান্-কৈবাল্লো ঐখোয় খঙজদে। ফুরা-ডলান্গী মীদি মসুম্ হৌনব্রা... খঙদেকো,... খঙদে-খঙদে। অনীদুনা শিরিব্র-চঙলিব্রসু মথোঙ-অমত্ত খঙদব,... কয়াদি-কুইত্রগেদো। পাবোৎ-শারগা চৎখিবনি,... হল্লক্পদি য়ারেদনা...। খোইনিংঙাই-লৌফম্বু লৈরম্মরোই।"

ঙাঙবগ-শক্পগা মখুৎক-মশাগা, রাহে খুদিং মধুর-চেন্বা। মসিমক্সু ওইরম্ব য়াই, ইমুং-তুপ্ন তীর্থ-কোয়বা ঙম্খিবা।

ইবোহল-বাবু মতা-অমা ওইনা হেক-নুংঙাইরুরদুনা হংলক্ই, "অয়ুক্কী মণ্ডির-সেবাদি কনানা চঙই ইবেম্ম...?"

হায়ঙম্-তৌঙম্দবী চহী-নৌরিবী নুপীনি; কুম্থাগী খজিক্-মখা ওইগদ্র হেল্লিদ্র। খুল্লক্ই, "খুরা-ইবুংঙো,... নুপীমচা লৈশাবী অমনা... নুমিৎ-খুদিং... মশা-মঊ চন্দোন্-চারা লংত্রিক্-লংন-থিন্,... হেক্-হেক্ লাই-সেবা তৌরে। কনানো-করিনো অশেংবা খঙদে...। য়ুম্লোন্নবনি হায়ব-মদি তৌই...। থোরক্লগা লাইগী-বাল্‌ভুগ্ পীরে...। হংলম্মী, অৱাৎ-অপা লৈতেদনা... ইন্দোন্?"

অঙক্পা অমগী মথঙদা অঙক্পা, অঙক্-অঙক্পা, অঙক্পনা লাঙ্গোই-চন্দুনা থোঙ্গাল্ লাম্থোরক্লে।

মমাগী হীদাক্-লাংথক্ পোৎ-চৈ খর লৈরগা হল্লে। ঙাইরে, মবুক্ নিংকোক্-নিংকোক্ ঙাইজরক্লে। মমাগী ফিভম্ ইহন্-হন্দে। মরক্তুদা ইঙেল্লেসু লাক্ই। মচানুপী-অনী চঙদুনা সেবা তৌরিঙৈ, য়াওল্লক্ই। চোইরোল্-লোল্লকই—

"লাক্ত্র-লাক্ত্র,... য়ৌরত্রদনা,...। ফিদা-লাংদাগদুবু...।"

মমিৎ অনী চপ্-মান্ননা য়েংখৎনবক্ই। চোইরোলগী মরোলদু অনীমক্কী মবুক্ত ফাওনৈ। ইঙেল্লে ৱা-ঙাঙবা কিরবনি, য়াম্ন-লুরে। অদুবু ইঙাঙ-ঙাঙদবদি ঙম্লক্রে।

হায়রক্ই, "ইমাগী-পুন্সি নঙগী খুত্ত লৈ...। নঙনা-থোক্পা তৌ...। ঐ ৱা ঙাঙঙোয়কো।"

মপি তপ্-তপ্ তারক্ই। মাসু খঙই, মা লোইনা উই।

হৌজিক্ করিনো তৌগদবা? মমীৎ-অনী নোংদোল্-তম্ন তাম্ন-য়েংখৎচবক্ই। হাংদোক্লিবা থোঙনাউদা উরুই— নোং-পুবা অমুবা লৈচীন্ন শন্দোক্তুনা পাইরি।

নোংমা— নোংম-অমদি মমান্নবীসিনা ওম্থোক্পা-পাউ অমা পুদুনা লাক্লে। মফি-অমত্তসু হোং-খোৎননবা মতম্ ফংলম্দ্রে। অনীদু-হৌনদুনা চেন্ন-চেন্ন লাক্লবনি।

গোবিন্ খুঙ্গংদা হল্লক্লে। খুঙ্গংদা মতম্-চুপ্পগী ওইনা লৈরগদৌরে। হল্লকপা-মহল্লক্তী অদুঙৈগী গোবিন্দু নৎখিদ্রে। অশি-অচঙদা লৈরি, তম্ব-ঙম্দে। ঈ ও-ওদুনা নাই। মমায়-মমীৎ অশিবা-মীগুম তাইফে-তাইখ্রে। বৃন্দাবু তোয়না-শোল্লি হায়।

শহরগী-য়ুম্দা লাঞ্জাও নত্রবসু অমদি-নংলবনি। হল্লক্মন্দ্রে-ঙাইনখিবদু মশা-লায়েংবা চৎপা ওইরম্লে। পুংফ-ফদুনা হল্লক্খ্রবনি অদুবু য়ুদি-থাদোক্খিদ্রে। মহাক্ পুন্নমক্ থাদোরক্লবনি; য়ু- মহাক্তবুদি থাদোক্পা-মঙম্খিদ্রে।

*অমুকখক্ মপা-মমাদু মচাবু লৌবা শহরদা লাক্‌খি। চহী-কয়া খোঙ্গুল্-তাখিরুদ্রবনি।* কবি-অমুক্-হাযগনি, মপোক্‌থোক্-ময়া-লাংলক্লেদনা। হৌজিক্‌সু-হিংলি মপাবুং-ইবুংঙো-ইজ্জৎ-শাথৌবা। মমীৎ- মনাদি ফৎত্রে, ৱাখল্-লৌশিং শুদ্রে। মমা-ইবেম্ম লক্ষমী অদুক্-হারু ফিভম্-লৈশীন্‌খিদ্রি। মমানা হায়জবদগী মমৌনুপী- বাশেশ্বরী মকু-ইবুংঙোবু লাপ্তরু ভক্তী- কৎখি। লাক্লম্মী, মসুম্-তৌরম্মী হায়বগী মরোল্ -খঙহল্লুবদি য়াদে হায়না মচানুপানা থিংই। মতৈ-মনাওগীসু ইকায়- খুম্নবা লৈজরম্মী। অদুগুম্বা হেন্ন-ৱাংবা ইজ্জৎ লোযনজরস্বী। হায়বম্মী, মচাদি মমা-মপাগী মনাক্ত লৈগদবনি। মচাশিংগী অৱা-অনাগী থৌ মমা-মপানা পুগদবনি। অতোপ্পনা দাহী পুফম-থোক্তে। কায়নরম্‌দাই মমাগী-ৱাহৈনি, "নপাগী অরোইবা মথৌ-মওম্, মৈ- কোযবদদি যাওরৌ-ইবুংঙো।" মচানা-হায়, "মদু মতম্ন-পুরক্‌সনু ।"

অনীদু থোজজীল্‌দা লেপ্পরে। মমানা চাক্-ইন্‌গদবগী তৌবম্মী। মচাদুনা য়ারম্‌দে।

## তরেৎ ০

"ইমা, ... ঐ- চাক্তু চাররোই-কৈদৌগে।"

"শিরগে -হায়ব্রাও ?"

"উম, মদুনা শান্তি-ফংঙনি।"

"নঙনা শান্তি -ফংগনি,... নমা- ঐনা ঙাওদুনা-চৎহেলৌনি। হন্দকী ইচা-পোক্নরম্মিসিবু... ঙাওদুনা-চৎননব্রা ?"

"ইমা,... চাররোই-হায়মি।"

"লম্-হেন্গনু,... চাক্-চাদনা করম্-হৌগৎগনি ?"

"ঐ-চাররোই।"

"নত্তে,... হৈমা! ইবেম্ম-নখোয়... চঙক্উ-চঙউ। নবুংসে, খজিক্তং চা-য়াব্র থেম্মম্মিবনি।"

অনিদু চঙশীন্নরক্তুনা মোড়া লৈরিবদুদা ফম্মবে।

"ইঙেম্লে" হায়না মবুক্লিং-নুংশিনা কৌরক্ই। কদোম্দগীনো মপি-ইরা লক্-লক্ চেল্লক্ই, অদুগা মহাক্পুদি ওকপীরম্দ্রে। মহাক্ অদুবুদি পুন্সিগী মলোম্ অমা -ওইনা লৈহৌগদৌরে। মপি তৈথোক্ই।

মমানা হায়, "ইবেম্ম, চা-য়াব্র খর থেম্মম্মু নখোয়... ইমা ঈশিং- লুম্মুখিগে।"

থোক্খ্রে। বৃন্দানা ইঙ্গিৎ-তৌদুনা মমান্নবীদুবুসু তাম্থোরক্লে।

ইশানা- ইশাবু হাৎলগে... সিনি, নত্রা ?"

খুম্দে, ওইনদুনা মমীৎ-ফাওবা হন্ন-য়েংলক্তে।

"মদুম্ন কয়া-কুই' লৈনি,... সে, ঐ ইল্লক্তে...।" মখুৎ-মশা হাম্দোক্পা হোৎনরিঙৈ, মীৎচিনা ফল্লপ্-অমুক্তং য়েংলম্মগা শ্বর-শাংনা-হোন্দোক্ মমীৎ ওইশিনখ্রে। পলেম্-মমাগী চাক্না মীরায়খ্রগা, নুংশি-মখুৎনা ইন্ব-চাক্তদি মীরায়খ্ররোই নিঙলুরমাক্লে; চখোম্ পীক্ল-পীক্ল শেম্দুনা ইল্লক্লিবা চাক্তু কুৎ-কুৎ য়োৎলে। অদুগদি— "ঐয়ো.........!"

মখুৎ-য়াওনা চীক্থৎলে। লামদুনা মখুৎ-খুজেঙদসু পায়খ্রে।

"থাদোক্উ...! সে, খিত্তং- চাখিসি থাদোক্ও...!" ঈশিং -পীথক্কে চমস্ থাঙ্গৎলুবা মপি-ইরাদু উরুই। হায়রক্ই, "সে, ঐ অমুক্ হন্নরোইদবনি...। নঙনা নাবা ফত্রি -ফাউ, ঐ য়ুম্দগা শুক্চৎ-চৎলরোইদবনি।"

অমগী তৈথোক্পিবা হোৎনরিঙৈ অমগীদুম্ নাম্বুরক্লে। লাম্দুনা- পায়রিবা মখুৎ-খুনম্দুদা ফোঙ-ফোঙ শারবা মপি-খর তারক্খিবদুনা মমীৎ-কুম্নকই। মখুৎ-অনী চঙনা মঙক্ত কোনগদবগী হোৎনরিবদু, ইরেন্- লুক্থখিদুনা মায়গা-মায়গ নাতোন্গা-নাতোন্গ থেংনরক্কদৌরে। সংসারগী ইকায়-ইকি পুন্নমক্ ইন্নফিগী-ফিবান্ন খঞ্জিনজরে; অকোন্বগী অনীদুনা খজিক মকা-ফোংবা ওইদনবা। খৌগংনরম্লবা নোঙ্গৌবী চেক্লা -অনী মকুম্-মথাগী লাইজ-ইনোৎনা লাক্লবদা মবুক্-পেন্ন অমৃত-লাইজ থকমিন্নখ্রে। পোম্বী-মহক্চাংদা অনৌবা-ইনোৎ কানরে।

নাবা ফরে। য়েন্নীং-থা লাক্লবদবু কয়াম্-কুইনা পাম্বীদা য়েন্নীং লাক্রোই? নোংম-নিনীদা পাক্-হঙ্গৎলক্খিবদি নত্তে। তঙায়-ফদবা নোংমগী মথৌ-অমা-ওইনা অচা-অথক্ কয়া পু-পুদুনা লাক্খি। মবুক্-পেন্ন সেবা তৌবীরে। ডাক্তরগী হীদাক্-লাংথক্ চাং-নাইনা পীজ পীথক্ তৌবে। অরুবা অশেংবা-ঈশিং, লুম্বু-লুম্বুবা চাক্-ইন্শাং, করি-অমুক্ হায়গনি, অমুক্ -হন্ন মখুৎমরু-চাজবা পম্লক্তবগী ফিভম্দা লৈরে।

মরক্ অদুদা মনি-ইঙেম্প্লেসু য়ৌরক্তনা-তোক্রমদ্রে। মরুপ্সিনা অশেংবা-ম্বানা ফাগী হেক্-হেক্ তৌরে। য়া-য়া নোক্ই। নোক্লিবা-মীনোক্ অদুমক্তনা অনাবগী-মহীক্ অদুদি কয়াম্ -কুইনা খাঙন্গবা? মহীক্-মতাংদি হরাও-নুংঙাইনা নোক্-খেবা মফমদা কৈদৌনুং - লৈনিংদে। মখোয়না য়াম্ন-পাম্নমক্ লৈনিংনা-লৈবা মফম্দি থম্মোয়-নুংহীক্লরবা, হীরু -তেংথারবা মীওইবগী- হক্চাংদা।

ঙসিদি মণিদু ঙামু-পোরোং অচৌবা অমা য়াম্লদুনা থুংলরে। বৃন্দা-ইঙেম্প্লেসু হান্ননা-লৈরম্মে। করিনো, চাক্চা-হৈজান্সি শীন্বু-শীন্নখিব্র-কৈনো?

হেক্-য়ৌরক্পগা হায়রৈ, "থোং-খোক্তনা কোক্-হেক্ চাথোক্উনু!... য়াইরগা মচেৎ-মচেৎ চাও...! ঙসিদি য়েংবা-খর নুংঙাইরে...।"

বৃন্দানা হংজরক্ই, "তা-মমি, ... করিগীনো মচেৎ-মচেৎ চাদৌরিবো ?"

মোং-ইহা-হাদনা খুম্মক্ই, "ইবেম্ম, নখোয়সি বুধি-থৌখিদ্রে...। মচেৎ-মচেত্তু ওইরবদি,...থা অম-নিদি চৎননিদনা...। মসি পাক্-হেক্ ফং-পোৎ নত্তেদনা-ইবেম্ম...। আ, লোক্তাক্তগীনে-লোক্তাক্তগী"।

মখা-তাথৈ —

"নারি-মীসিদি করিমত্তবু চা-থক্ য়াদ্রমাক্লে..., মশা-মউবু বীৎ-বীৎ নোয়রেনে...।"

অনাবদু ফমুংদা মখোঙ-য়াম্বদুনা ফম্লিবনি। মরুপ্‌কী ৱাহৈ-খুদিংমক্ মবুক্তদি নোক্লিবনি, মপান্দদি খক্-উদে। করিগুম্বদা তাঙনা-উবা ফংই। মদু নিংশিংনিংঙাই-নুমিৎ অমদি ওইহৌই। ইঙৌম্লেনা পাক্‌ই-ওক্‌ই, "উম, য়াদ্রে-য়াদ্রে...। লোন্ন-লোন্ন কৈ-কৈনো পুরক্‌পদি য়াম্ উই...। লোন্-লোন্ন খরদি চারমাক্লে।"

বৃন্দা-ইকায়, "নঙসিমা...।"

"অনক্‌পা-উপাল্‌দা য়েৎকদৌরিবা উরীসে..." মনিদু মখুৎও-মশা-ও, "মসিগী উরীসি, ...মসি-মসি-মসি,... মতোন্ পৎ-হেক্ থদৎপা...।"

ইঙৌম্লেদু-ঙক্ল, "হৈমা, করিগীনো তা-মণি...?"

খুম্মী, "নুংশিদবা...।"

ওক্‌ই—

"চোই, নুংশিবিয়ু-হায়দে...কৈ-কান্নবা।"

মথৱায়-ৱানা—

"নুংশিবিয়ুবা-কৈদৌগে...! শেংনা-হায়নি,...ঐ নাদৌরবনিকো নঙ-ৱাখল্‌না...। হয়েং কৈ-কৈদি পুরক্কনি ঐ-নাবদা"?

হরাওনা—

"পুরক্কে-পুরক্কে...। হীদাক্‌ফু-মহীদা, কালৈদু-থীৎলগা হেক্-পুরক্কে নোয়নবা।"

ঙসিগী-নুমিৎসিদা তাঙনা উব-ফংবা পোত্তু খজিক- উহৌরে। খজিক্‌খক্তনি, শুপ্‌শিংমুক্ত।

কাদা মখোয়-অনিদা নোংমা—

"ঐগী-পাউ তাবরা...?

"তায়।"

"করি-খল্লী"

"মদুনা য়াইফগনি...। ইমা-ইপাদি মীৎনা-উবা লাইনি, মখোয়গী মবুক্-পেল্লবদদা...। নত্তে, নঙ ইমাগী-য়াথং ঙাক্কদবনি...। মসি ঐগী-অপাম্বনি...। অদুগা ঐনা মরম্-ওইদুনা নঙবু মাঙহন্‌বা, মদু ঐগী থৱায়না শান্তি-খক্ ফংঙোই।"

"ইশাগী-শান্তি ফংননবগীদমক্,... অতোপ্পগী-শান্তি থুগাইগদৌরিবগী মরম,... মরম্ অদু হায়য়ু!"

"হায়রোই-খন্‌বা... হায়দবা-য়াদ্রি। নঙ মাঙবা-য়াদে...। নঙদি মাঙবা-য়াদবা

অমনি, বিন্।"

"ঐবু ভাব্-তাহন্বিযু ।"

"ঐ, ঐ কুইনা-খক্ হিংলবোই ।ঐ কেন্সবগী-অনাবনি।"

মংলম্দে, চুবম্দে, কুপ্লম্দে নুংথীল্-পোবোপ্ নুংশা-মবক্তনি খঙহৌদনা তাবকখিবা বজ্র। খোঙদগী-তোন খাইবোক্-খায়খ্রে।

শ্বব থিংদুনা শংত্রীক্-যেংলম্বদগী "নত্তে- নত্তে, নঙ-মদু ওইবা যাবোই ।নঙ মদু ওইবা খক্-যাবোই। ফৈ, ঐসু-চৎকনি ।"

ঙক্ল, কংনোক্-নোক্তুনা "কদাযদা ?"

"অশি-লৈবাক্ত। ঐ, নঙগা-লোযননা খম্নুং-লৈবাক্ চৎকনি বিন্।"

অনীমক অমনা-অমবু, "বিন্" হাযবা-মিঙ্গৌদু প্রলযগী-মীকপ্ অদুখক্তদা মাগী-মাগী লৈযেংদা তোংনখ্রে। বৃন্দা-গোবিগু শেৎতোক্-খাইদোক্পা যাববোইদবা হক্চাং অনীগী অপুন্বা মুর্তিনি।

পুক্নিংগী ইহ্ন কযাদা ইবায-কন্খ্রবা। থম্মোযগী-ইনোৎপুদি শাফু-ফাঙমখিদ্রে। অনীমক্ অমনা-অমবু অমুক্-হন্ন থাদোক্নবক্লবোইদগুম চেজেৎ কোনশিন্নখ্রে। মমায-মমীৎ থুংনা চুপ্ চুপ্তুনা অবা অনা কাউনবম্ব, মদুবু নুপাদুনা থোক ইপ্তোবক্তুনা অসুম-হাযবকখি, " নঙ অঙাং মানগন্ ।"

কপ্পী, মহাক্ কপ্তুনা অদুম্ম-মবৈখ্রে।

মখা-তাবকই, "মাম্মো-ইনেবেম্মগী তুংগী আশা-পুম্ব নঙোন্দ থপ্লি, নঙ মদুম তৌবা যাবিব্র ? ঐগী পুন্সি-হিনাউ শাবিবনি নঙদি ।ঈপাক-তন্নগদবা পুন্সি-যাত্রীক অমবু লম্বী-লম্মাংনহল্লম্মন্ ।হৌজিক মদুগী মতম-নৎত্রে।"

জগৎ-ব্রহ্মাণ্ড কোকথক্ত নল্লবে। মদুম্ কপ্প-যাবা কপ্পল্লগা, মকোক্ত মোন্-তবাগী-অৰম্ব থোন্বগুম্ মমায মমীৎ ইপোম পোম তপ্প-তপ্প থোঙজীল্ কাম্থোকখ্রে। মমীত্ত উবক্লে, নুমিত্তুগী চীংথক্ত চাকখিবা অকিবা-ফংলবা লম্মৈ।

মনি লাক্তুনা হাযবৈ, কা মনুঙসিদি ওম্থোক্ল-শাবে, খোইদুম্-চোপ্পুসি, তম্গদবা পাউ - অমগা লৈ।নুপাদুগী মমীৎ-অনী উকবগদি, মদু মৈবুল্-হৌবম্মী অদুগা শ্বব-হোল্লিবা থরায পান্বা অমা নত্রবগুম্ তাইফেৎ-তাইনা মচীন্বান্ মুশুক্-মু, মসুম্-হাযবক্ই, "কবি কবম্ব নুংশীৎনো, খা-গীবা-ৰাংগীবা ?"

ঙসিগী-মতৌ মতৌ-অমনি নিঙ, মবেংজুম্-অনী পাযদুনা নীক্লুববু ইখং-খংনা যেং খৎলক্ই। অসুক লুনা-চান্ন তিন্নবক্পা ঙসিগী-ফিভম্ খক-থোক্খিদ্রি।

হাযকই, "নবুক্কী-ৰাদু তম্দুনা ঐগী লাঙতরুবসি-কোক্হল্লু ।মদুনা-শাংথম্রবদি নঙ্

*থক-হিংলরোই...।"*

খুম্‌দে, ঙাঙদে-শক্তে। ইরেন্-হৌগৎখিদুনা অলমারী হাংবা হোৎনখি। ফি-ফৈজোম্ অমা পুথোরক্তুনা; মদু কনাগুম্বী-অমনা মখুৎমক্ক করিগুম্ব চিরবা-তাংফম্ অমদা খুদোল-ওইনা পীজনবগী তাঞ্জা-ফংখিবা, মতু-তেক্ত্রিবা ফিদু খরদি মকৃ-মকৃরে, মদুবু নাল্ল-নাল্লদুনা শান্নজরক্লে। উ-তীঙবগুম্ লেপ্পীবা-নুপাদুনা খঙজরে; ফিদুগা মরি-লৈনবা করিগুম্ব নোংলৈ-অমা নংখিরম্ব শোয়দ্রে। মদুনা-মাবু ফিভম্‌দু ওইহল্লিবা।

ভাব্‌না-লাম্‌দুনা হায়রুই, "ঙসিবু লাক্লম্‌দ্রবো...?"

"থব্বায়-মিরেল্ লাক্তুনা মুর্তি-অমখক্ শাগৎচবক্‌পা,.. অদুগুম্ব মুর্তি,... মখোঙ-হুক্ত্রবা পুক্লিংগী-ইহুল্ অমনা লৈঙোয়-ফুড়াগুম্ মালেম্-লৈশাদা তিল্‌হন্‌খ্রবকো! থম্মোয়-পোন্‌গী থব্বায়-চেক্লা হাঙল-মালংদা মনিঙ-তম্‌হনখ্রবা! ফৈ নিঙহন্নবা-হৌনদে...; মসিনা ঐগী অচুম্ব- ফিরেপ্পি।"

মনিনা-হায়, "খরগী-মখৈ খঙঙে,... খঙদবা-শরুক্তু হায়য়ু।"

তম্মী, "ইতাও, ঙসিদি মাবু মতম্-চুপ্পগী ওইনা বিদাই-পীখ্রে। মহাক্ অমুক্-হন্ন উবা ফংঙরোই..। মা-লাক্লরোই।"

ঙক্ক, "করি,... করি-ব্বানো...? কম্‌দৌখ্রবগে?'

"মাবু থম্মোয়-শেংনা নুংশি ঐ। নুংশিবসিবুদি মযেং-থক্ তাহন্নিংখিদ্রে। অদুনা পীখ্রবনি-মদু।"

"ব্বারী-লাইরিক্কী হীরোদু শারগে-অসিনি,... নঙগী-থম্মোয় কন্‌মল্লী...। নশানা-নশাবু ব্বাহঞ্জবদা নত্রে... নুপীমচা-অসিবুসু ওৎপা-য়াবা ওৎকদৌরি নঙনা। কপ্পিব্র...? হৈ-কপ্লেনহৈ!"

"ইতাও, ঐ-কপ্পিবনি...। মাগা-কায়নবদা থম্মোয়-অসি পুঙম্‌দদুনা ঐহাক্-কপ্পিবনি। হৌজিক্তী মাগী অফ-নুংঙাই ব্বাখল্-ঙাক্ল ঐগী অরোইবা-পান্দম্ ওইরগে। মাগী পুন্সিনা তঙদু-লৈতা শান্তি-ওইনা লৈখিবা উরগা,... ঐনা মসুম্-খল্লগনি... ঐগী নুংশিবা মহৈ-য়াল্লে।

খল্লী, মরুপ্-অসিগী নুংশিবা লেঙদবা-নুংশিবনি। মপাল্-নাইদ্রবা নুংশিবা। মসিদি তৎনদ্রবা আত্মা-অনীগী মরীনি। সংসারগী কল্লক্-য়েংথী মৈনা থক্-ব্বায়বা ঙম্নরোইদবা। নুংশিবদি নক্লরগা-ব্বাইথুংনরগা মযেং-তারক্‌পসু লাক্‌ই— মসিদি শোয়দনা-চুম্নবা অমনি। কায়ন-তাম্নখ্রগা নুংশিরিবা-পোৎশক অদুগী তোপ্-তোপ্প মগুন্ অমা লাক্‌ই। অঙক্‌পা-মহাও অমা ফংই। মদুমক্ক জগৎকী-মপু শ্রীকৃষ্ণনা বিয়োগ-রাগদা লুপ্‌খিবা।

মনি-ঙসিদি নুংশি-চাউরবা মরুপ্ অমগী ঙম্‌খৈ-নাইদ্রবা নুংশি-ঈপাক্ অমদা তাউরুরে। মমীৎ-মীৎলু তৈথোক্তুনা হায়রক্‌খি, "মাবু করম্-হেক্তী থাদোক্‌খি-হা,... করম্-বিদাই পীখিবনো?" গোবিন্ন মসুম্-ব্বারোইশিল্লক্লে, "হায়খি,... ঐ কেন্সরনা-নারবা মীনি,... কুইনা

খক্-হিংলরোই...। ইমা-ইপাগী য়াথং ইনখ্রো, অসিনিদনা...।"

অচেৎপা-মবুরু লম্-চিংখ্রবা মাবু ৱাহৈ অমনা কাইহৌরুবদি-ঙম্দ, নুমিত্তুগী মানা উৎখিবা অভিনয়-ময়াম্— শহরগী য়ুয়োন্ফম-ভেগুরদা থোক্খিবা-থৌদোক্,পীক্ত-পীক্রি অঙাংগুম্ ওখোংনা-কপ্খিবা কয়াদু-নিংশিংলুরগা; ইঙাও-ঙাওজবা নহা-পাখং অসিদি মমীৎকী পিনা লম্বী-উরক্রে।

ফাগীগী-মীত্ত অৱাবগী-পি...! হে, মিত্রং-হৈরবা, কদায় অৱাবসি-কোক্হল্লম্মু! পিসিবু মচু-শঙলম্মু! গোবিন্ কেন্সরগী-অনাবা অমদি নত্তে।

মচাগী-ফিগৈ অমা শেংঙে। মমাদুদি ৱাখল্-লায়না হায়বদু চুম্দ-চুন্নম্মবনি; হরাও-মীনোক্ হায়বদু ঙসি কুইরবগী-তুংদা উররে। মচাগী-ফিরেপ্ অমা তং-তারক্লবদুদদি চেঙহী-উতী ঙন্ন-লুথোক্ চাক্-চখোম্ অমা-অনীসু চাজরে। নাবা-ফরে, শোনবদি-শোল্লী।পাউ-থারে। হরাও-তয়াম্ লাক্ই। অঙাং-মশেন্সু শক্খঙ-মায়খঙনহল্লে। ৱারোইপোৎ-লেপ্লে। অফবা নুমিৎ-থাবান্ য়েংদুনা লুহোংবসু-লেপ্লবনি। ৱাক্চীং-থা শিরগা ফাইরেল্-পান্খৎলক্পা, পঞ্চমীদা-তারে।

হরাওনরে-নুংঙাইনবে। অদুবু মমাসিদা অঙকপা অৱাবগী-চৈথেং অমা নংলরবনি। হৈজিং-খরাই নুমিত্ত নুপীমচাগী-কোষ্ঠী লাম্হোক্লদবনি। ওম্হোক্ল-তৌহৈদ্রবা ৱাঙাঙ-অমা শীজিন্নরদুনা মচাগী মপোক্-ময়ি ইবিবা চে-মকোন্দবু ঊচীনা শিংকুপ-শান-চীক্থৎলম্মে পাউখুম্নখ্রে। মদু হৌমীন্-কামীন্নবী অঙাং অমগীদগী য়েংদুনা পাঞ্জীগী-খুত্ত লৈখ্রে, তন্ন-য়ৌহল্লরুগে। অঙাংগী মশক্-মতৌ মগুন্গী মাঙদা, কোষ্ঠী-পল্লুবদা লাংশিন্খিবা-মায়, মদু নুপী অমখরুদি লোন্ন-য়েংহৌ; মৱা-মনিল্ নাইনদনা অশেম্ব-মপোক্-ময়িনা মহুৎ-শিন্খ্রে।

নুমিত্ত লৈমা ইমুংগী মচি-মচিদা চপ্-চপ্ লেপ্খিবনি। ৱাফম্দুদি মপুরোইবদফাওবা লোৎলক্রিবনি; পুন্নমক্ বৃন্দাদেবী-ইমাদা শিন্নথোক্লদুনা। তাঙনা-ফংজরবী মচাগী পুন্সিদা অদুক্ তম্থীরবা-ফল্! অখঙ-অহৈ পাঞ্জি অহুম্দবু চৎ-চত্তুনা "মসিমক্তবু" হায়না য়েংজরুবা চীন্খুম্-মান্নখ্রে। অদুনদি লাইদা শিন্নথোক্পা-নত্তনা করিনো?

অকোন্বগীদু তীন্বু-লাইপু' শক্-ওইনা তৌরদুনা লাইবক্কী চিরাইদুসু খম-হঞ্জীন্খ্রে। কক্খিদ্রবা শাংলবা-মশম্দু চোদা-তাশীন্ব হৌরক্লে; মদু লৱাই-লেম্ফুদা শম্বুম্-ওইনা চাউনা খিন্দুনা লৈ। মীৎ-অনীগী কোম্দু চং-ফংনা কুৎলি অদুগা লাওই। মমীৎ-অনীনা ক্রোক্-ক্রোক্ ওত্তুনা য়েংবা-মীৎয়েংদু; তাইবংগী লেঙলি-পাল্লিবা জীব-খুদিংমক্পু ঙন্ন উবা-ঙম্বগী শক্তী-চেল্লী। অকি-তুজুংনিংঙাই ওইরবা গোষাই-পাঞ্জি অদুনা, মাগী মীৎ-নহা অনীগী অশেংবা-মশক্ত উৎলদুনা হন্ন-য়েংখৎলক্খি—

"নচানুপীসিগী মহাক্থক্...।"

নুপা-ময়ুম্গী মীশিংদু হন্নগ্রবা-তুং, লৈমা শো-হাংদুনা মচাগী অশেংবা-কোষ্ঠীদু লৌথোক্লগা য়েংবা হৌরক্খিবনি। অদুক্-হক্লবা মচাগী পুন্সিগী-ফল্, মদু কাউমন্ন-কাউই কাউথোকই হায়গনি। মদু, বৃন্দাদেবীদা শিন্নথোক্খিবদগী মবুক্-লুম্খিবনা ওইথোক্খিবরা- অসিনি।

চে-মকোন্দু য়েংবা হৌরক্পদদ অকি-শক্ফম্দু মীৎমাঙদা-চোংথোরক্লে, "নচানুপীসিগী মহাক্থক্,... নতৈ-ননাও অনীদি... চঙনা স্বর্গ-কাবা অমা, নত্রে-হায়রগা..."

"ঐজ্ঞা, ননাই ভাবনা-লাম্ব ফংজদ্রে...। অশে-অশেংবা ৱাদু হেক্ত-তাক্পীয়ুগবা...!"

"নুপাদং-ওইরম্মদি খঙঙোইদ্রদো,... মদু-থোক্ত্রে,... নুপীনি...। নুপী-ওইরবসু, নুপাগী-থৌনা পীরি...। মদু নিংথৌগী পুঙফম্-ক্ষেন্ফম্দগীনি...। নিংথৌ-ওইগদবা অঙাং, পাপ্-পুম্মক্কী হৌফম্-লোইফম্ ওইরবা নুপীগী-মপোক্ত লাক্লে। মদুগী-ফল্দি ,... মসিবু মমা-ওইবী নঙোন্দ করম্ন-হেক্............।"

থম্মোয়-লকা নীক্লে, অফবা-ফল্ পীরগদবা লৈত্রে। মবুক্-ফাদুনা হায়জে, "ঐজ্ঞা, চিংনবিগনু...! ইমীৎ-ইনাকোং ওইজহৌগে...। অফ-ফত্ত, দশা-লাংফম্ ঈশ্বরদা ইরাৎ-থৌনিজগে।"

"মমা-ইবেম্ম...।"

"ঐজ্ঞা-ইবুংঙো, তাক্পীয়ু-কৈদৌবগে!"

শ্বর-শাংনা হোন্থ, মচাগী লাইবক্-খেল্গী-মপাউবু পীবা-হৌরক্পা, ওন্থোক্পা উপদ্রপ্-অমা পীরক্লবনি—

"লুখ্রা-যোগ্... কাক্-কাক্-কক্... তাখ্রে...।" মমীৎ-মনা উইশিন্দুনা উচেক্তুগী মৱোল-লোন্দুনা খোংবা মৱোল্-তারুরগা মখা-তারক্ই, "হয়েং ময়ুম্-মকৈ পান্বগী মতাংদদি খজিক্-খন্নবীহৌবা ফৈকো...। মদুগী-ৱাফম্ ইখন্-খন্নরুদবনা ফৱব...। অদুবু, ফৈ। অফবা-মহৈনা নম্মী...। তাইবংনা ঙরু শরু-শোন্নহৌগদবা মপোক্লি। নাকল্-অমদা খজিক্-পাঙদ্রবসু,... নাকল্-অমদদি অথোইবনি...। সনানি-তম্ফানি হীরানি। অফবা-মপোক্ চিংই, ৱারুগনু।"

সনানি-তম্ফানি। মমল্-নাইদ্রবা হীরা-নুঙানি। দোষ-খর লৈবদু-খক্তনা নুঙ-অসিগী মঙাল্ কুপ্শীনবদি ঙম্লোইদৌরি। হেন্ন-হেন্ন লংবা-হেল্লক্লদবদনি।

অয়ুক্-য়াহৌরক্পদা উপুদু ইহাং-হাংদোক্তুনা লৈবদু হেক্-উরুই! ঙসি নোংমা-নিনী অসি মমা ৱাখল্-মেন্দাফম্ অমত্ত খঙদে। হৌজিক্-তৌরম্ব থবক্ হৌজিক্-কাউই। মখুত্তগী হৈজ্রাংদু করি-করম্ব মথৌগীদমক্ পায়খৎলুবনো নিংশিংবা-থোক্ত হান্নগী-মফম্দা অমুক থম্লুরে। মহাক্ বৃন্দা-সেবাগীদমক্ লা-নুং-খর হেক্লে থোরক্লম্বনি।

উপু-শো লোল্লম্দ্রে। হাংদোক্লিবা থোঙনাওদুগী নুংশীৎ-মায়রম্ থোক্লুরমাল্লে, উপু-মনুঙদগী চেজেৎ-খর ৱাই-ৱাই কীস্থরক্লম্মী। লাইদ-লাই য়াওরে, কোষ্ঠী-মচেৎশিংদু

উরুবদগীদি মকোক্-ঙাওবীদু হৌরক্তুনা উপু-মচীদু পায়রগা ফম্থরক্লে। মমীক্তনা জগৎকী চীং-মান্ লোক্-তাই পুন্নমক ঙম্ন উরু-রু-রু লৈরক্লে।

"মসি-শেৎপদগী ইতা-নঙগী নিঙবা-পুন্নমক্ থুংজরোকো... !"

খোঙজী-নাচি লীক্লু-লীক্ফাং কনাগী পাম্বোম-ফাবী; ঙম্নমক্ লাক্-লাক্তুনা লম্য়ায় অদুদা লংথোরক্লে। চরীক্-পরেং খরদি মতৎ-মতৎ তক্তুনা মরূ-মরূ চাইথোরক্লে। শেৎন-

ইন্নবা ফি-রোল্দুফাওবা লংথোক্পা হৌরক্পা মমা-চঙলক্ই। হোয়-মাই হায়রম্দে, থোকখি। লীক্-কোল্শিং অদুনা ঙসি তাররিবা দম্বা, মমা-ওইবীদু মুন্না খঙজখি। অদুবু করম্ন নুপাদুদগী মায়-ওল্লক্খিবা, হংঙুদ্রে, থিরুদ্রে।

অদুগদি— অদুগা করি-ৱাখল্ লাক্লবনো পোৎ-চৈশিংদু ঙম্ন-অমুক্ খোম্জীঞ্জ, থাঙ্গৎলগা কোন্শিন্-নৈশিন্দুনা অমুক্-কপ্লে। মদুম্-কপ্লম্নগা তরঙ-মালঙদা তাউরক্লে; মদুবুদি ঈশৈগী যন্ত্র-মখোল্ অমনা লৌশিং-তাহল্লক্খিবনি। ইফোং-ফোংনা ঙসিদি কৈবু-কৈওইবা অদুনা মাবু পুদুনা চৎখিগদৌরি, য়াম্ন-লাপ্ন, য়াম্ন-তাম্ন।

হোংলে। পুক্ফবা-মপাগী মরুপ্-মপাং বাড়ী-সম্বন্ধী পুন্নমক্ অমত্ত চীথদনা-তিন্দুনা লুহোংবদু পাঙথোক্লে। কায়ননবা-মতম্ য়ৌশিল্লক্লবদদি লৈমা, মচাবু মীকুপ্ন-অমা নম্-হাদুনা পম্থহন্বা ঙম্খিদ্রে। মচাবু মশেগাদগী ইহেন্মক্-হেন্দোক্হন্নিংদবী মমা, কপ্ন-কপ্ন মচাবু মঙ্গল্-আর্শীবাদ পীরক্লে।

মপানা মচানুপীগী মবোক্তা নুংশিনা নাম্বীদুনা বর-পীরে—

"চৎলো-ইবেম্মা, চৎলো... ! মতম্-চুপ্পদা নপুরোইগী চাক্হেন্বী-ওইজরু... ! ইপাগী, ইচাগীদমক্ আউন্-পোৎ হায়ববু মসিনি...।"

অঙান্বা-মৈনা মাঙ-থা, মতুংদা দোলাই-ইল্লক্লি অনৌবা-পম্বুং অমগীদমক্। পুন্সিগী ইনৌ-নৌবা খোঙচৎ-অমগীদমক্, মমাম্নবীশিংনা মনিঙ-মমাঙ-য়োম্, য়া-য়া নোক্-খে।

হাফলেম্প্-অনিনা খম্‌ৱাং-চপ্তুনা কন্যা থিলক্লী। লম্বীগী নাক্-য়েক্ত কন্যা য়েংনরম্বগী, লৈরক্-খুদিং থোঙ্গাল্-খুদিং য়োম্লম্-পৈরম্লিবা মীয়াম্দুবু ঙম্ন মশক্-মশা খঙবা ঙম্হল্লম্মী। কনানা লাউরক্ই, "মমায় উদ্রে,... খর- হঙ্গৎলো।" কনা-অমনা ঙাঙ-শক্লক্ই, "ফজত্ৰবা শক্লি, উবা ফংদ্রে..., মায়দু খজিক্তং হাইগৎলু-ইবেম্ম... !" কনা-অমনা লাউশিল্লক্ই, "নুপাগা-নুপীগা য়াম্-খেন্নরে,... মপা-চানদে...। নুপীনা-হেল্লী,..। মপা-মচাবু মাল্লে।"

নুপা-মখোয় পাখং-মরিনা থৱায়-য়াওদ্রবা হক্চাং-পোলাং অমা পুরি। মরাইবক্-থীরবী অসিগীদমক্ কনাগুম্ব-অমগী কপ্-লাউবা তেংথা-খোঞ্জেল্দি তাবা-ফংদে, নোক্-খেবা নত্তনা। মখোয়দি-নোক্লি। নোক্ল-নোক্ল অশিবগী কৃদু-তম্ন অমুক্-অমুক্ য়েংই।

# নিপান্ ৩

অনৌবীগী-য়াওংশঙ। মচু-কয়াগী মৈ। আগর-জা-চন্দল্গী মনম্। অশাৎপা লৈ-পরেং শিংনা জুম্-জুম্। মীয়াম্গী নিল্-খোংবা। অহীংগী মতম্।

অমা-থোক্খি অনি থোক্খি, মথন্নতা-ঙায়হৌরে। বৃন্দা অরাবা-কোক্পগী স্বর হোন্দোক্লে। মমীত্ত উরক্লে, লম্বীগী-বা।

শেৎলিবা -পোৎলোয়দা মমায়-উপ্শীন্ শাংখ্রবা-লম্বীদু চৎপা-হৌরক্পা; মীনিল্ খজিক্-নেম্লে য়েংখৎচরক্পা, পিরোইনরবা-মমীৎ অনীনা কনাগুম্ব-নুপা অনীখক্পু কোক্-হেক উবা-ফংলুরে। অমদি য়ুবু পংনা-ঙাওরে। মশাগী-অরূম্বদু পুবা-থাংবা ঙম্জরম্দ্রে। অমদুনা ঙাক্পোই-শৌবোই লেপ্লম্ব; নিশা-পাল্লবা নুপাদুনা মখুৎতু অমুক্তং-থাঙ্গৎলম্মগা মরুপ অদুগী লেংবান্দ লেক্থদুনা-লৈখ্রবনি।

ফৈজোম্-পুম্য়াৎ শেৎ-চায়। মচীন্দ-করিনো মরোল্-মরি খঙদনা ঙাঙ-শক্লী। মরুপ্-মমান্নবদুনা লেঙ্গোম্নদুনা চিং-চিংদুনা পুরে। নুংশি-কায়ন মৈনা-ঙাওরবা নুপাসিবু মনিনা ময়ুম্-ফাওবা থিল্লুরে। কপ্পী, কপ্প-কপ্প ওরক্লে। ওবক্পা খুদিং ঈখেং-য়াওরক্লে।

য়াওজরম্মী— বার্তন-ফংজদুনা লৈকায়-মবুং অমা ওইনা দান্-থাদবা ফাওবা য়াওরম্মী। পুঙম্দ্রবা-থম্মোয় ফুক্তুনা-পুরুরে য়ু-য়োন্ফম্ তান্ন। মসিখক্তনা-মাবু শান্তিপী। শান্তি-ফংনিংলিবা মীশক্-অসিনা, শান্তিদুবু খুদুম্-চেৎনা পায়রদুনা লম্বীগী-চিদাই অমদা লেপ্চরম্বনি।

থোঙ-হাংদোরক্তুনা বরদু মাঙদা লেপ্লরবদদা লৌশিং-লাক্লে। অশি-মঙ্গারক্পগী কুচুগুম্ তাইফেৎ-তাইনা, হঙ্গাম্পাল-গমশা মতেক্-অমা ইন্, ফম্মাংদুদা খুকউদা খদাংনা-শৌ, অদুগুম্ব পুঙজা অদুতবু ঙাইজরক্লে; মদুনা মাবু পাটাল্-য়ৌনা চিংথখিগদবা। মবুক্লিংনা-শাগৎখিবা শক্তম্দু মাঙদা-নক্ল লেপ্লরবনি— মকোক্ল কৈগী-কোক্, মশানা তাইবং-মীওইবা। মপুন্সিগী অদুগুম্ব রাবনা-খম্-থেংলবা মীকুপ্-অদুদা মবুংঙো-মাগী মিংলেনবু তত্তনা-শোঞ্জরক্লে, "হা-

গোবিণ্ড-ইবুংঙো,...হে-কৃষ্ণ! ননাই-নুপীবু কন্‌বিরোগবা হে-প্রভু..!"

কি-হঙ্গোইখিব মক্তনা ঙাইহাক্তী তাইবংগী জ্ঞান্-লৌশিং অমত্ত-য়াওদনা তরঙ-অমদা লৈরম্ব, খঙহৌদনা পুঙ-শেল্ মাঙ্গং-মোইবুং বাঁশী-খোঙজ্রিগী মবুক্লিংবু শুম্‌হৎপা-ঙম্নবা, তাংথক্-নাইদনা তারক্লীবা খোঞ্জেল্‌দু তারুবদগীদি; লৈরাংগী-লৈকা লৈহীনা নীক্-নীক্ চোল্লক্লে। পথ-খুইথরুরবা পুন্সি-লৈরাং, লৈয়োন্-লৈকা ঙম্ন-শাৎকায়রক্লে। অকি-তুজুংলবা নুপাদুগী মশক্তী উখিদ্রে; খ্বাঙদা সনা-ফিগে-থোন্‌বা, হক্‌চাং-অপৃম্ব সনা-অহীংবা কুচুনা-ফুদোংলবা মুর্তি-অমা ওইনা। মাঙদা গোবিণ্ড মোমোন্-তৌরি। বসন্তগী প্রেম-রাগ ইহৌরক্লে। মীৎকা-মীৎকা মীৎচানরক্লে। চীন্‌গা-চীন্‌গা চীলোক্লরে। ফুগায়না-শাৎলিবা লৈরাং-লকা লৈহী, খোইমুনা মমূ-থূম্ন য়ুংশীন্দুনা-চুপ্লে। মদুম্ পা-পী লোন্দীন্নরক্‌পা-মীকুপ্, পীগী-মীৎলম্‌দা লংলবা মঙাল্-মশেক্ অমা উহল্লম্লগা তাইবং-মীকপ্ থোক্লে।

ও, নুপী-ওইবীগী ধর্ম্মদি মাঙলেদনকো! শাগৈ-অনীখক্তগী অতম্নবা-লৈপুন্, মপা-মপূ পু-পুম্ব কৌথদুনা শোন্‌খিবা ধর্ম্মগী শ্লোক্ অরেম্ব-তাখরে। কন্‌বীগদবা-অমনদি কন্‌বীরম্মে, পাপ্‌কী লম্বীদি নত্তরে। মদুমক্-নৎলম্‌দ্রবা, অশি-অচঙ তম্ব-ঙম্নম্‌দবসু য়ারি।

"পাউ-লাক্লিবা নখোয়বু... নখোয়... নখোয়না-ঐবু করেম্নরি... ব..."

ব্বাম্থ্রে। ব্বাদু হায়বা-ফাওবা লোইরম্‌দনা মমাদু ব্বাম্থখ্রে। মমা-ওইবীগী থম্মোয়-খাইবোক্-লারাক্-খায়গুম্-খায়খ্রে।

লুহোংখিবগী মপাম্-চাক্কৌদ্রি। হুন্নি-শুরক্‌পগী অয়ুক্ত পাউ-লাক্লবনি; ময়ানুপা অনা-লাইওং-খঙদনা লৈরে। লাইনা-মী-চারে, শিরে। নুপা-মমাদু লাউ-খোংনা কপ্পুনতা লৈখ্রে। কোষ্টী-শেম্‌দোক্লগা পীরক্‌খিবদুনা মখোয়বু মীনম্বীখ্রবনি, হিংচাবীনি-কোৎচাবীনি অসুম্ন কপ্‌ঙাঙ-ঙাঙদুনতা লৈখ্রবনি। লৈখিদ্রবা-থব্বায়দুগী লানন-থৌরম্ (শ্রাধ-কর্ম্ম) লোই-ফাওবদং বৃন্দা নুপা-ময়ুম্‌দুদা লৈরক্‌খিবদু; চহী-কয়া অমম্ব কৈশুম্‌শঙদা-লেন্‌বদুনি। হল্লক্লে, লুখ্রা-ওইরবী মচা-নিঙোল্ লৈবাক্ল তিন্‌শীৎ-মায়শীৎনদুনা নুপা-ময়ুম্‌দগী হল্লকখ্রে।

নুমিৎ-অদুমক্তদগী লৈমা জ্ঞান্-তাদনা য়াহীপ্লক্লী। মঙোন্দ সংসারগী অব্বা-নুংঙাই অমত্তগী মমি-তাখিদ্রবগুম্ তৌখ্রে। তরঙদা-য়েংলিবা মমীৎ-মীৎলু অনীদুদা ইরা-তোয়না হৌই। অমুক্-নোক্‌ই। লৌশিং-তাদনা অমুক্-তুম্‌থখি। নোংদম্ব-নঙসু মীনম্ব, বিধি-নঙসু কনমল্লী! সিগুম্ব মপোক্-লাংওন্‌বু, পীনব্রনে তাইবংলক্ত?"

ইবোহল্-বাবু মপুঙ্গিদা নংলরিবা অসুক্-কন্‌বা চৈথেংদি খাঙহৈবগী পাঙ্গল্-মতোল্ লোম্‌খ্রবগুম্ লোম্ন-লোম্ন খুদাং-পিফম্ নাইরক্‌ই। নোংমে-নুমিৎ-চুপ্প-অমমম্ অহীং-তূম্‌দ-হীপ্তনা নুপীগী-সেবা চঙই। মচাবু বেদ-পুরান্‌গী ব্বা-তাহন্দুনা মবুক্-ফায়। মসুক্ খুদোং-

থীবা-মায়োক্লুরক্লবদা মহাক্ হীক্ত-হীক্থখিবা মী অমদি নৎলম্‌দ্রে। অরাবগী খারবা-মহাওসিনা মঙোন্দ অঙক্পা-পাঙ্গল্ অমা পীরবগুম্নদুম্ থোক্লে; মদুনা মাবু লৈতঙ্গায়-মরক্তুদা খোঙফম্-চেৎনা লেপ্পনবা পাঙ্গল-পীরবগুম্। রাবগীদি করি-অমুক্ পান্দম্নিংঙাই-লৈরুখিগদগে? মচা লিন্ন-চীক্তুনা শিরে। মশামক্শু-য়োম্থোক্তুনা মীগী-মীনায় ওইবি। মচা-শিবগী পোৎলোইমন্, মমা-ওইবীগী মফি-খাইবোক্ শেৎপদা তারক্লবা; দান্-তৌবদা-হলেংদ্রবা লৈবাক্কী মপী-মপা অনীগী মপুন্সিদা নংখিবা অরাবা; অদুগুম্ব অরা-নোংলৈ অদুনদি মখোয়বু হুম্‌দুনা খক্-পুখিদে। মশম্-মকোয়দি কক্কনি নিংশিংখিদ্রে। অশেংবমক্তী অশি-পোৎলোইফম্-ঘাট্‌তা মখুত্ত-মীথীঞ্জে পায়দুনা লেপ্লিবা নুপাদু, অতৈ কনা-নত্তে, মহাক্লি। ধর্ম্মগী-ওইবা লাইরিক্ কয়া পাই। অহীং-মিশেল্ খাঙনৈ। অরা-খুদোংথী তার-মতম্‌সিদা মদুমতনা মাগী চান্নরবা-মরুপ্ ওইররি। খুল্লাম্-তোয়না নানবিরম্মী। শিদয়াই-নাদয়াই হৈথবিরম্মী। পুন্সিগী ঙাক্লৌ-উপাই ওইবিরৈ।

বৃন্দাদি? মহাক্পু করম্-তৌরিবগে?

হোয়, মহাক্ করিসু-কৈসু তৌখিদ্রে। মবুক্-ইঙনা, য়াম্ন ইঙ-তপ্ন উরে। ঈমায়-চোন্ন লাউ-খোংনা ঈথক্-ইপোম্‌গা লোয়ননা রা-রা চেল্লম্ব ঈপাক্-ইরেল্ অমা; ঈশিংনা ময়েং-তাথখ্রগা মবুক্-তপ্ন চেন্‌বা ঈচেল্‌দুগা পাংখক্-ওইখ্রে। মরক্-মরক্ত ইপোম্ খর-খরদি নাইরক্ই। মদুমক্ল লৈরায়দা শাফুদি-পীরমদ্রে। দুইটল্লাগী-মীহুৎথোঙ ঙম্ন-হাংদোক্, নোংমতা লোইশিন্-খম্‌জিন্‌বিখিদ্রবা মশম্-শম্‌য়াম্‌দু ইথা-থাদোক্; নোংদোল্‌দা পাইরিবা-লৈচীন্‌শিংদ্গা মহাক্ পাইমিন্নরি। নোংমা নুমিৎ-চুপ্প অমমন্ন শাংখ্রবা অহীংগী মতম্‌দা; থাশিরম্‌দাই থেঙনা-থোক্‌পা থাদুবু থোরক্পা-ঙাই, অমম্বদা খোংলিবা কৌজেং-হাবৌশিংগী নাউশুম্-ঈশৈদু তাদুনা লেল্লী। নোংমা-অমদি মপাং-শঙ্গুদগী খাইদোক্তুনা তোঙাল্-তাহৌরবা অপীক্পা-উচেক্ অমনা, "তে-তে" খোংদুনা মাইকৈ-শলাই খঙদ-পাইরিবা উচেক্তুগী খোঙ্গুল্-লীরুই। অসি-অসিনি মাগী হৌজিক্-হৌজিক্কী নুমিৎ-চুপ্প অমমম্‌গী মথৌ। ইঙৈল্লেদংদি মরক্-মরক্ লাক্তুনা মশম্-মনা মফি-মরোল্ লোইশিন্-খম্‌জিন্‌বীরৈ। নারিবা মমাগী-সেবা, ইমুং-মনুংগী ফিশু-ফিজাম্, চাকথোং-ফৌশু।

নোংমা অথেঙবা-অহীং ওম্থোক্পা থৌদোক্-অমা থোক্লরে।

নুপীমচা-অমনা থোঙ-থোঙজাওদু থীন্-থীন্দুনা কৌরক্পা মখোল্-অমা তায়। অনাবগী সেবা-তৌরম্ব মপাদু আরাম্-চৌক্রিদা ঙাইহাক্-তিংথোক্লম্ব, খোঞ্জেল্‌দু তাবদগী অফিং-অফাই ফুক্-হৌগত্তুন থোঙ-হাংলৈ। অমম্বদুদা মশক্-মশাসু উরুদে।

হংলক্ই, "কনানো,... ইবেম্ম...?"

"মান্নী-বাবা,... ঐ-ইঙেম্লেনি।"

মমান্নবীদুসু-চেহুরক্তুনা মমাঙদা লেপ্লে। মখুৎ-মরেংজুম্ পায়দুনা ইমুংদা চিংশিল্লে।

লাঙতক্লনা, "করিনো,... খুম্মু! থেঙলবা-অহীংসিদা কম্দৌননো...?"

মমীৎ-মনা য়ুংখৎলিবা মশম্-মনা ফারিবদু শীখ-নাম্বুবীরে, থোঙলোম্দা হন্ন-হন্নদি য়েংলি। হৌজিক্তদা লৌশিং-লাক্রমাল্লে, মমান্নবীদুবু কোন্দুনা-কপ্লে।

মপা-মচা মখোয়-অহুম্ ইকোয়-কোয়না কাদা ফম্মরে।

বৃন্দানা, "হায়য়ুনে,... কৈদৌরবনো?"

ব্রারীদু তম্ব-হৌরকই, "ঙসাই-নুংথীল্ য়াচংলকপা ইমাগী-সেবা য়াওরম্বদগী য়ুম্ য়ৌখিবদু মম্শুক্-মম্শুক্লে...

য়ুম্দোন্পোক্-ওইনা লৈরিবা খাংপোক্-অসিগী য়ুম্গী-অহল্দি শোন্দুনা লৈ। সেবা-তৌগদবা নুপীনা মরুম্বী-থম্মী। য়ুম্বান-পুন্সিগী অর্থ চং-ফংলে।

অমম্ব-মরক্তুদা—

"নচানুপীদ-চেক্শীন্ন...।"

"মী-পোং তারোইদবা,.. অহীং খর-থেঙনা-কো...।"

"কয়ানো... খরদি-পায়হৌ,... শেল্-নংই।"

"তৌরদৌনি মায়-হৌনবী...।"

"ইবেম্ম, নশাদু-সনানা য়োম্বীদৌরিনি...। করিগীনো অদুক্-তহারিবা...?"

নুপাদু অমম্ব-মরক্তুদা মাঙখ্রে।

তহা-তহা মৈ-পোং হৌগৎলে। য়াচঙবগী ধুব্-থাউমৈ কৎলে। অশোন্বা-মপাবু শীৎ-নাল্লম্মে। চফু-মহী হাপ্তুনা চাক্ থাঙ্গৎলি। থিদোক্তুনা মপাবু চাক্ইল্লে। মপি তারক্ই। মপুম্-থীৎনা মখোন-থোক্ত কপ্লী। মপাদুনা মদু-উদে, মিতা-খম্দা চাক্তুদা চায়। চান-চানা ঈশিং থক্লে ইঙ্গিৎ-তৌই। চাবা-তোক্লে। টিন্-মমায় অমদা চাক্খুম্গী মৈতাল্-মৈখাক্তু কোক্তুনা পুরক্ই। ফীবুন্-তাদুনা মশা-মউ মখোঙ-মখুৎ কীৎ-কীৎ নম্দুনা হীগা-য়ৈবীরে। মপা নুংঙাইনা তুম্থখ্রে।

মমা ইবেম্মনা কৌরক্পা খোঞ্জেল্ তায়—

"ইবেম্ম,... লোইদ্রিব নঙবো...? ঐ লাম্বনা-লোইরে,... চারসি-লাক্ওদনা...।"

ঙসিগী-খোল্ অসিমক্তী মমাদুবু হেক্-নিংশিংহল্লী। মেঙনা নুংশিবা-লৈখোল্ অমা চেল্লী। লি্-অমোম্শিংনা জগোয় ফজনা শাই। মহাক্ য়াই-থাখ্রবা মহৃ-কল্লবা লিন্দুনি।

খুমজরক্ই— "ইমা, নচা কোক্সি হাইগৎপা-য়াদ্রে চীক্পনা...। ইমা-চাবীরো...!

ফিদুদি হয়েং-কল্লগে...।"

"হে-হে, দগুী-পান'সু নত্তনা...। তুম্দুনা-লৈজরু চো-চো...! মহাও-খর য়েংখিসিদ-নঙবো...।"

"য়ারে-ইমা...।"

মমা-ওইবীগী অয়ৌবী-থাক্ত মচাবু নুংশিবা-উৎলম্মে। থবক্-অমত্তসু দগুী-পান্খিবদি লৈতে। নুপী-ওইবীগী, থুন্-খজিক্ চেৎত্রবদি শিন্-কাদে হায়বখক্তগী খর ঙাঙ-শক্পা নত্তনা। ইপৌ-পৌজবী মাদি পৌঙাঙ-ঙাঙজরুবা তারে।

অহীং-থেঙজিল্লক্লে। অনা-অয়েক্ লৈত ৰাখল্-মোন্দা নুংঙাইনা মমা নাখোক্তুনা-তুম্নী। থোঙনাউদা কাক্-কাক্ থীল্লক্পা মখোল্ অমা পীরু তায়।

মনিঙ-থোঙ হাংদোক্তুনা চেল্লক্লে।

"সে, কপ্পনু...! হৌজিক্তী, কনানসু-করিসু তৌবা ঙম্মরোই...।"

থাশিরম্দাই-থাদু থাঙ্গোল্-মতেক্-শানা অমুবা-চীংশাং নাপোম্দগী ফন-ৰাংনা হাইগৎম্লে। অনক্পা-চীংয়াদা লম্হই-খরনা অহীংগী-অচীক্পবু থুগাইদুনা খোংলি।

নোংঙাল্লক্পদদি খুঞ্জাশিংগী মরক্ত চীন্বুঙ-য়েরক্লে, "থোক্চোম্-অশোম্বদ্গী নুপী-অতোম্বী ডাকুশিংনা ফাখ্রে। অশোন্বা-মপা, মচানুপী-লৈশাবীদি ইবোহল্-বাবুনা ময়ুম্তুদা পুশিন্দুনা থম্খ্রে।" ঙাঙনৈ, ফন-ঙাঙনবা য়াওই; ফত্তনা-ঙাঙনবা কোঙ্গায়নি। ঙাঙনজসনু, য়ুম্নাক্ অহুম্-মরিদংবু তারবদি সিগুম্ব থৌদোক্-থোক্ফে। অসিগুম্ব-ৰাথোক্ নংদনা তোক্ফদে।

অখঙ-অহে মাইব-ডাক্তর কয়া-কৌ; চৌদার-সাহেবকী বঙ্গলা ডাক্তর-খনা ওল্লে। অনা-লায়েংশঙদা লায়েংলিবা অশোন-অনা খুদিংমক্পু ফহনবা, মখোয় ডাক্তব-বাবুশিংগী মখুত্ত ঙম্ন-লৈতে; শাংলবা-খুৎ অমগী ইঙ্গিৎ-চঙই। মসিবু সেবারীশিংনা ইখঙদ-খঙদে। খুজী-খুনাম্লোক্ শোয়-ঙাম্থ্রবা, মমল্-য়াম্নবা পুন্সিবু-তেম্শিংই। ডাক্তব-মীনি। মথৌ-মৰা চেক্শীন্দবা, মীচঙ-শঙ্গন্ য়েংবা খর-ময়াওরক্ই। মখোয়দু অতোল্-অতাশিংগীদি মহাকাল্নি; যম্গী-দুৎ।

অহল্গী-অনাবা নোংম-নোংমগী মশুপ্-ফগৎলে খঙঙে। হীদাক্-লাংথক চান-থরুবা; মরুওইনা মচা-অনিগী সেবা। অশোন্-অনাগীদি ফরক্পা-ফত্তবা সেবা-তৌবিবিবা মীগী খুত্তসু লৈ। মরম্চানা হীদাক্ -লাংথক্ পীরবা, মবুক-পেম্ন সেবা-তৌবিরবা, মদু খক-কুইহৌগদবা নত্তে। মশক্-মচু নাইরবা লৈ-অমগা নরুজরুবা, ঈশ্বরগী-খুযা থুনা য়ৌজরগদৌরে।নাবা পুংফ-ফরদুনা নোংমগী তেংবানবা-মপু মাগী মিংলেন্বু অহুম্নক (মঙাং -লুৱাং-খুমন্) শক্-শোঞ্জবা ঙম্জরক্লে।লঙজরুবা-পাপ্ খরখক্কী প্রাইশিচৎ-নংলুবনি; পাপ্

কোক্লে। কুচু-কুমেন্ তঙাং-তঙাংলে। তীঙ-য়াঙ চুম্মে।

য়ুম্বুরেম্বীগী ফিভম্ নুঙদা-ঈশিং-চাইরে। হীদাক্কী ময়াই-চম্মে, য়াম্ফক্-তাদুনা লৈখ্রবনি।

নোংমা— নোংমদি ঙাওন-ফৈন ফুক্ হৌগত্তুনা ফম্মে। মশম্-মনা ইফা-ফা, মখুত্ত থাঙ অমা। অহল্না পয়া হেক্-হেক্-শিনবা থাঙনি, মদু-পায়রদুনা ইমুংদগী থোঙজীল্ কাম্থোক্কে-হোৎনরক্লবনি। মতম্সি মখোয়-কনা থেংনহৌদ্রে। দাড়ীদগী হাইরং-হাইরং কুম্থরক্তুনা, মখুত্তগী-থাঙদুনা তুল্সী-পাম্বীদু হেক্-মক্ য়ান্বা হৌরক্লবনি, তুপ্কদৌরে। খোংনাং-বট্-শারবা মশা-মরেং মনা-মপান্ন চয়োম্-শা, তপ্ন-তপ্ন গম্লাদুগী-মথক্তগী তেক্থবা হৌরক্পা, মশামক্শু য়াওনা-তুথবা হৌরক্পা-মীকুপ— "বাবুনী,... হো-বাবুনী... বাবু-সাব্..." হাযনা কোয়কৌ-কৌরক্পা খোঞ্জেল্-অমখক্ল ঙাইহাক্তুদা খা-ৰাং পূম্য়োম্-য়োম্লরে। ইংখোল্-শংবল্ শা-ষন্ পান্নরিবা অহল্দু অতৈ-কনা নত্তে; খা-রম্ মচা, নোংমা য়ুম্-থাদোক্তুনা চৎখিবা নুপাদুনি। করি-ৰাখল্ লাক্তুননো সন্ধ্যা-অমদা কোক-অমুক্ থুংলরে।

ৰারী-মপুঙসিগী মক-ওইবা থৌ-পুরগদৌরিবা নুপাসিগী-পরিচয় নম্শীন্-কুপশীন্দুনা থম্ব হৌজিক্তী য়ারক্লোইদৌরে।

মহাক্মক্তী লম্জা-শারা, মনাওনুপা-অমনা (মমা-তিন্নদবা) ময়ূম-ইংখোল্ মুন্বীহৌরবা— লৈজরম্মী নোংমা মাগীসু সনাগী-সংসার। লায়র-চুদৎনবা মহাক্ল, লাইবেম্বীমক্কুম্-নিংথীজরবী গুণ্-শুনসু লৈতেংলবী মাগী-নুপীবু ঙাক্-শেনবদি ওইথোক্লমদ্রে। তাইবং-পূম্বগী লীচৎনি অথোই-অহেন্বু কল্লক্ যেংথীবা।

মনাওদুগী শরৌ-লাংদা থুবে। নোংমা চীগন্বী-মনাও-নুপীগা ৰাহে-খব চীন্দা - পাউদানবা লৈখি। খুঙ্গং- লৈরক্কী নুপী-অঙাংশিং অয়াম্বনা তুমীৎ-কাঙগী পুক্চেল্ চেল্লী। লাইবিক্কী জ্ঞান ফংদে। গুণ্-চেনবী নুপীদু তেজাব-চাইদুনা হাৎলে। নোংমা মথৌ-হল্লকপ্দা, কারখানাগী-শিন্মীনি, নুপীদু লম্য়াযদা ওন্দুনা-লৈরম্লে ময়াদা-কোঙ্গোল-ও। মপোক-থা য়ৌদ্রিবা অঙাং-নুপীমচাদুনা মমাদুগী মনাক্ত কপ্লম্মী ৰান্থ-ৰান্থ। মাঙগী লম্বী-পূম্ব অমম্বনা কুপ্শীন্থ্রবা নুপাসি থোবক্লে মচাবু পুদুনা লম্থুংফম্ খঙদ। পাখ্রানা-চায়োক্পা, মদু কয়াদা অৱাবগী-মশক্লো। মচাবু আনাথ-আশ্রম্-অমদা থম্জিল্লম্মে; মহাক্ল তাইবং-ঈচেল্দা তাউথরকলে। সাক্ষী-সাবোন ফংদনা মনাওদুদা দোষ-লঙশিনবা ঙম্নমদে, মতীক্সু ওইরমদে। ইকুই-কুইদনা কারখনা অদুদগীসু খুৎ-থারে, তাম্থোরক্লে।

নুমিত্তুগী গুৱাহাতী রেল-জংসন্দা তিন্খিবা-মীয়াম্, অদুক-য়াম্ব মী, মপোৎকা-মপোৎকা মচৈগ-মচৈগা, লাম্মী-পল্টন্ অহুম্গী মীনি হায়, লেংথৈনবদা ফুরীৎকী কুদাম্ তৎঙমখিবা।

টিন্শুকিয়া-মেল্না অহীংগী-অচীক্পবু থুগাইদুনা লম্থুংফম্-য়ৌরক্পা, নুপাসি মীকপ্-থোরক্লে। সংসারগী হৌর-হৌরবা মখোল্, নীল-খোংবা, কপ্ন-লাউনবা, খোঙতেক্-

মীতাঙশিংগী নাহে-খোঞ্জেল্ কয়াসিনা য়ৌন-তম্থহল্লম্দুনা হকাম-লাত্তনা চল্লক্ই। হৈনিংদ্রবা মমীৎ-অনীনা নাকল্- অমরোম্দা য়েংথোক্খিবা, মমীৎ-মনা খংশিং-শিংহনখ্রে। চোংশিন্খিদুনা অঙাংদুবু তাপ্-ফারুরবনি। পর্স-শৎপীখ্রবা নুপাদু মকোক্-হোংতুনা লৈরিঙৈ, হূরাম্বদু মমাঙমক্তদা পুশিল্লক্তুনা খুবাক্ল ওন-ওন্দুনসু থাবিরে।

ইবোহল্না নুপাদুদা তৌবীমল্-উৎলদুনা হায়খি—

"করিগীদমক্ অদুক্-তমথীবীরিবনো,..... থাদোক্পীখ্রো, অঙাংনি। অদুগা, ঐগী-মীৎনা ঙসি অঙক্পা-অমা-ওইনা-উরবা-মী, অদোম্বু-থাগৎচরি। ঈশ্বরনা অদোম্বু-কন্বীরম্সনু।"

থাগৎ-ব্রাহে খরদুনা পেন্দ্রদুনা, শেল্-খর শত্তোক্লুববু—

"পৈশাদুগী চন্নফম্-মফম্ লৈরম্লবা, ঐনা-মদুবুদি হরাওনা-লৌশীল্লম্গনি। হৌজিক্তী, মদু-লৈত্রে।"

শেল্গীবু চন্নফম্-লৈত্রবা-মী, মবুধি-চোইরবা অমরা? নত্রগনা সাধু-সন্ত করম্বা— ?

মখা তারুই—

"অদোমগী-ব্রাহৈনা ঐবু-ফারী। শক্তারুবগী-খুদোংচাবা অমদি লৌজরগনি... । অদোমগী মিং,... অদুগা লৈফম্ন?"

শেংফাত্তবা -হিন্দী-মরোল্না মশাগী মিং-লৈফম্ তাক্লক্খিবদু মশুক্-য়াম্ন পুক্লিং-চীংশিলহল্লম্মী, মদুদি নুপাদুগী পুন্সি-ব্রাবী তাদনদি ইবোহল্ মখোঙ-থাংদোরক্পা ঙমখিদ্রে। মহাক্ল-মদুবু, কমদৌনা অমসুং করম্ব-ফিভম্দা মশাগী-পরিচয় তাক্লক্পগে হায়বদুদি — ঙসি ঐখোযগী -মাঙদা অহীংবা মুর্ত্তি-ওইনা লেপ্পরিবসিনি। মহাক্ল-হায়খিবা-লৈ— "অমম্ব শংবান্নববা-ফিজংনা কুপ্লবা-মালেম্সিনা ঐগী শৈদাংজফন্নি। নিদুনা-হূদুনদি হিংলোই। ঈশ্বর-মাবু থাগৎলি, খোঙ-খুৎ মীৎ-নাকোং, তীঞ্জেন্-লাইচেন্দবা হকচাং অসিমা-পীবিরম্বগীদমক।"

অনাথ-আশ্রমদা চাউরক্খিবী নুপীমচা দু অউবা-পূম্বগী মীৎয়েংফম্ ওইরক্লম্মী। পুক্চেল্-চাউরবা-ভদ্রলোক অমনা লৌবীদুনা মচা-নাউরোল্-তারবা মতুং, নোংমা গাড়ী-এক্সিডেন্ট-অমদা মমা-মপানা লৌশীনবীখ্রে; অঙাংদুনা হিংহৌরে। নোংমা ডাক্কী-চিঠি অমা য়ৌরকখিবগী মরোল্সু-লৈখ্রে। মশুনুপীদুদি মনে-অমনা কোল্লম্মী।

বৈরাগ্য-ওইরবা মীশক্ অমবু ওম্থোক্ল-লান্ন উনরুরে। য়েংবা তারে, মাগী থৌ করিনো।

ডাক্তর লাক্ই, হীদাক্ পীরম্মগা চৎখি। সেবা-নিংথীনদুম্ তৌবিরো হায়রম্মী।

হন্দক্-মরক্সি উপদ্রপ্-খরদি মপীরে। মকুনা অহীংদা নাহে-নাহে খোংই। ব্রাক্ল মরোল্-লোন্দুনা খা-দা পাই। মতম্-নত্তনা য়েন্ন য়েন্খোং-কায়না খোংই। অহীং-নুংথীল্ হায়বা নাইদনা লম্হইনা হৌনা-হৌনা খোংই। শজীনা খুল্লক্-লৈরক্ত চেন্শীল্লক্ই। নুংশীৎ ইশীৎ-

শীত্তনা সনা-খোংনাং পাম্বীগী মশা-তেক্ই। অনাবা-হংবা লাক্পা মীনা নোংঙান্বদগী য়োম্মে। উশিন্-বাশিন্ হৈকৎ-লৈকৎকী বাহৈ-কয়ানা মিনুংশী উৎপীরম্মী। য়ুম্বু নুপা-নুপী অনিমক্ অতাঙবদি-অতাঙবনি। নুপীনা চাখীসি-থক্খীসি হায়নদা-মরোয়নরক্খি। নুপানা মীকৌ-মিরম্ মতম্-চুপ্পদা পীখো-হাপ্খোদ-মথংই। করম্ অবা-অনা তারসিদা মী-লীক্কনি?

মম্শীল্লক্তুনা খা-বাং হন্নখ্রে। ইবোহল্ ঙসিদি নুপীগী মনাক্ত অনিঙবা-অমা-য়াওনা-অতম্বনা চঙলক্খি। অশোম্বীগী-ফমুংদুদা হেক্মক্-ফম্থররদুনা মখুৎ-মশা নান্বিরগা তপ্প-তপ্প কৌরক্ই, "মমা,... তারীব্র-নঙবো?"

খুম্মক্তে, য়াওল্লক্ই।

"তারীব্রাও... হা, নঙবো?"

কল্লীঙৈ-মতম্গুম্ শাউরংননবু ঙাঙ-শক্লক্ই, "করিনো-নঙদে,... অসুক্-থেঙনা হল্লক্পদি...? শা-ষনশিং অসিনা কনানা লোইশিন্-খমজিন্বিগনি...? ঐগী ঐ-মক্ত...। ঐনে, ঐ...।"

ষন্বী তরেৎ-নিপান্,মচাশিং। অহল লাক্লিঙৈগী বানি।

"মমা,... মমাও!"

"হুঁ... হাঃ... ইস, ঐদি নুংঙাই' তুম্মুরেদা.. ।"

"সে, তাও-ও... ! ঐ বা-হায়গে, ... তারীব্রাও?"

"করিনো, ঐ ঈশিং-থক্কে।"

অরাম্ব-কোক্হল্লে। অমোন্বা-ফি অমনা মচীন্-মখা মমায়-মমীৎ নপ্থোক্পীরে। মরাইবক্তুদসু নোম্থদুনা-অমুক চুপ্পীরুরি।

মপি-ইরাদু তৈথোক্তুনা কৌই, "মমা...!"

"করিনো,... ঐ-তারীযে...?"

"ফরে-ফরে...। সে-সে, নঙবু... নঙবু করি-করিদি খন্বগেনে-হা...? মদুদি ঐঙোন্দ হায়য়ুদনা...!"

"কৈদৌরগেনে হায়রিসিবো...? ঐ করিসু তৌদেনে...। তুম্দ্রিব-নঙবো...?"

"তুম্মগে-তুম্মগে...। ঈশিং-থক্কে-হায়দুদা চঙলক্পনিদা।"

থোরক্লে। হংগে-খন্ন চঙলক্খিবা মহাক্, বাদু মখা-হংবা ইঙম্-মঙমদনা থোরক্লে। করিসু-কৈসু ইতৌ-তৌদবা মাবু মহাক্ক করি-করিদি হেক-খল্লুরবা? কয়াম্ন ফত্ত-বাখল্ পুরুরবা। মাগী হীপ্ফম্-চৌক্রিদুদা লাক্লে। খল্লী— "হে, সংসারগী মায়া-লাং! চেৎলীদকো নঙগী-লীপুন্সে। করম্-নাম্থোক্কনি লাংসিদগী?"

নোংঙাল্লক্পদা ওম্থোকপা-পাউ অমা তায়— "মী-অমা থৌরী য়াল্লম্মে...। কনানো-

কনানো? নুপীনি-নুপী...। শোয়দ্রেদনা-শোয়দ্রে।"

ডাকুশিংনা-ফাখিবা নুপীদু মীয়াম্ন ফিঙৌ-ফৌন য়েংলি। কনা-অমগী মবুক্ত নুংঙাইবীদবা-ৱাবীবা উদে; ঙম্নমক্-পেন্নে। শিজখিবা-ফৈ; লৈকায়-মাঙননবদগী কল্লে।

আশাগী কুফেৎ-তৌনা মঙাল্ অমা ফাওরক্লবনি। চুম্মে, নোংমা বসন্তগী হৈনম্-লৈনম্ন হা-রবা নুমিৎ অমদা ইহৌরক্খিবা প্রেম্রাগ! হৈরাং-লৈরাং মকা-ফন্ন ফুগায়না-শাৎখিবা।

মমাঙ-কয়াদা ফম্খিবগুম্ ঙসিখক্তদা ইঙেল্লৈনা বৃন্দাবু য়ুম্থক্ত পুখৎলক্লে। নোংমতা য়ুম্থক্ কাখিরুদ্রবনি। ঙসিদি অশোন্বী-মমাবু মচা-অনিমক্ চঙনা ইরু-মায়থবীরে। খুজীন্-খুয়াসু শীৎ-নান্ন ককপীরে। মশা-মউ পৃম্ব থাউ-তৈবীরম্নগা চন্দন্-চৱাসু খজিক্-নম্শীন্বী, হীগা য়ৈ-য়ৈদুনা তুম্থহল্লম্মে।

মচানুপী-অনিনা য়ুম্থক্-কাখিঙৈ, অহল্দুনা শঙ্গোয়দা পয়া-শিরিঙৈ; য়ুম্বুনা থবক্ মরম্-অমখক্কী শহর-কাখিবা; অশোনবীদু ফমুংদা মখোঙ-য়াম্থ ইরেন্-ফম্নক্লে। ঙসিদি ৱাখল্-মোন্দা য়াম্ন নুংঙাইনা উরে। চন্দন্-চৱা ইরং-লং, মশম্-মনা শীৎ-নান্, মমায়দা মোমোন্-মোমোন্-নোক্। ফমুং মনাক্তগী উপুদু তম্ন ফুক্-হৌগত্তুনা চঙলক্, শোদু-হাংবা হোৎনরকপা— ইঙেল্লৈনা মমান্নবীদুবু শুপ্কোন্-কোন্শিন্দুনা উরু-রু লৈরক্লে। ওম্থোক্পা-পাউ অমা তারবনি। থাঙ্গত্তুনা লৈরম্বদু চপ্-লেপ্তুনা মরাইরক্তসু চুপ্পীরে।

হরাওনা-তম্জরক্ই "ঐগীদি নুপানিকো...।"

ইকায়না, "চো, তম্-ঙম্মিব্র-সিবো...।"

"নঙগী তম্-তম্দব্দু ঐ অমত্ত-খঙদে, ... ঐগীদি-নুপানি।"

লৈ-লেপ্খিবা থাবুম্-মরি শুরবনি। মমান্নবীসিনা ময়ুম্-থাদোক্তুনা লাক্খিবসু থা-খরদি হায়রক্লে। ঙসিখক্তদা তঙায়ফদ্রবা-ৱাদুবু খঙলক্খিবা, মদু মী-মরূসিগী মফম্দদি ওইথোক্হৈদবা-কয়া ওইথোরক্লবনি।

"ঐগীদি-নুপানি" হায়রক্পা মীকুপ্তুদা মমানা শো-হাংঙে। ফিদুপ্-মচা অমনা চাউকি-কিবা পোৎশক্-অমা পুথোরক্, ফমুংলোম্দা মমায়-ওল্লক্তুনা শাইড-টেবলদুদা মৈখেৎ লৈরিবদু লাম্ব হোৎনরৈ। মৈখেৎ-খেক্তুনা জু-চুশীন্খ্রে। কংশিল্লবা-মায়দুদা মকা-লাম্ন নোক্ই। করি-করিনো মচীন্দন ম্রুম্-ম্রুম্ শোল্লি, "ঙসি... দগী... পৃ... ম্নমক্... কোক্ল... নি... দো...।"

মৈগী-মৈরী মরক্তুদা অকি-তুজুংলবা শক্তম্-অমা উরক্লুম্-তৌই। খাক্ল-নোক্ই। মখুবী উত্তুনা লাউরক্ই, "হৈ,... নুপী! নচানুপীসিগী মহাক্থক্... হা... হ... হ...।"

তাঙ্গোয়-তানা চাক্থোক্খ্রবা মৈথক্তুদা অশোনবীদু উপ্শীন্দুনা তারকই। ৱাক্ অমনা য়াক্ল-য়াক্ল খোংলগা পাইখি।

## মাপন্ ○

সংস্কারগী-মৈদু মৈরী-ফন চাক্লি। মমাগী-মশক্ উরক্ই, "থৌরীসিদি মফোন্ থোরক্কনি,... তৎখিবা য়ারি। থদৎ-লাক্থৎ ঙম্মরোইদবা য়োৎহিলং অমা পাম্মী...। মদু ঐগী খুৎসিদা শিন্নবীগদবা..........।"

মখুত্ত য়োৎহিলংদু চেৎনা-পায়রম্বী, মচাবু কদায়দা-করিদা চেক্শীন্ন-শেন্নজরম্বী মহাক্, মচাগী খুরৌ-থৌরীদু মতম্-চুপ্পগী ওইনা থাদোক্রম্মে। মচা-অঙাওবদি মনিঙ-তম্ন লৈহৌরে। বন্দীগী-মিয়াদ মতম্ শুরে। কৈশুম্শংগী থোঙদু লাওনা হংদোক্রম্লে।

"নবুক্লিং-হন্থখিগৈনু...!"

ইঙৈক্লৈনা মবুক্-ফারক্লে, " হৌজিক্তী ঐখোয়... তুংগী-আশা য়াম্ন তৌরগদবনি। নঙ শুক্থগনু,... নঙ মদু পক্চদে। নঙ মদুম্ন-খক্ তৌনুকো...!"

মসুক্ মমল্-য়াম্ব কনানা পীগনি ? সনা-লুপানা মসিগী মমল্-লেপ্প য়ারোই। মমান্নবীদুবু কোন্দুনা হীক্ল-কপ্লে।

লৈকায় থৌ-চিন্বী খর ফৌ শুরি। য়ূম্বুদি-অমত্তনি; লৈকায়গীনা-অহুম্। ফৌ-শুবা পাংলরিবনি। শুজিল্লক্ই, খপ্চিল্লক্ই, খঞ্জীল্লক্ই কয়া-কুইনি ? মচীন্-মচীন্দি কবোক্-পোক্লে।

"খীৎসু-হাক্মল্লবনি...।" য়াংকোক্ল-চেঙখল্লিবীদুনা চপ্-লেপ্পগা পোক্থরক্ই, "কনানবু অশোন-অনা লৈবা ইমুংদা, মীপুম্-অমত্তগা নত্তনা অনিবু...। ইচেম্-শীদু খরসু লৈজখিদবনি; হন্নুবা-অশোন্বসিনা হাৎলিবনি। মানা হৌজিক্ কন্দূনা লৈরে; সিবু লাই-কনানা য়াগদগে ?"

শুক্-পায়বী অমনা ওকই—

"ইচে-বেম্মদো,... অঃ কল্লক্ই! মাগুম্বীদি লৈতবনিকো,...। মচানুপী-লৈশাবীসিনা মহুৎপু-শিল্হৌদৌরিব-কৈনো... আ, পাম্মুইদা।"

মখোয়না য়াম্নমক্-পাম্মুবীরিবদু লৈশাবীদুগী-মপুল্লিবুরা, পীজ-পীথক্-ফবী মচেম্-ইবেম্মদুবুরা, নত্রগনা ইমুংসিগী মপাল্- নাইদ্রবা লন্-থুম্বুরা, মদু লেপ্প-খজিক্ লুরম্মী।

অমনা-থৎলী, "নঙগীদু মহূ-চাউবা য়ানীকো...।"

"করি-চাউরূদগেনহে,... লৈবাক্ক ঙাঙন-শানরবা ৱাবো। নত্তে, নাব-ফরে... কোক্ হল্লোদনা। শোরাৎ-কর্ম্মসু লোইখ্রে,... শৎ-চৎখ্রোদনা...। করম্ব-মরীনো মখোয়না-লৈনরিবা...? অচম্ব-অহল্‌দি নত্তবনিকো,... মাইব-শারক্‌পা মীনবু...।"

"হি, নঙনা হায়রি-ৱাসিনদি;... থমায়রগা-হাৎলেদনা। ইস্, ইবেম্ম... লাউ' ঙাঙগনু! চুম্মে,... ইমুংসিগী লন্-থুম্ সম্পতী-পূম্ব হনুবা-অহলসিগী মখুত্ত ঙম্ন-তারে। য়েংসিকো,... ঐখোয় লোম্ন-কুম্মে য়েংখিসিকো।

জগৎকী-ৱানি, জগৎ-অপূম্বগী ৱাহৈফম্। ৱাফম্‌সি য়ুমদাংলরিবা অহলদুগী নাকোং য়ৌদনা তোক্লম্‌দ্রে। ও, কয়াদা-তম্‌থীখ্রবনো! কয়াদা-অকিবগী মশক্-ফংলবা।

নোংমদি য়ুম্বুদা ৱাফম্-অমা কাঙথোরক্লে—

"ইবুংঙো,... নপা-নচাগী লমন্দী... ইয়াম্ব মপোক্-অসিমগী থাজদ্রে। ইবুঙোগী থৌজাল্‌দগী,... হৌজিক্তী নয়াম্ব ঐসু....।" খুদৈ-মচীদুনা মপিদু তৈথোক্লগা-হায়, "ইপা-ইচা হঞ্জখ্রগেনে...।"

য়ুম্বুদু মমীৎ-উইশিনবদা ঙম্ন-উরে। মাসু সমাজ-অমদা হিংলিবা জীবনি। জীবনা-জীবগী মশক-মচুবু খঙই।

মপা-মচা হন্‌খ্রে মীৎকী-পিনা মরক্-থৎ। ফি-রোল্ চান-থক্লবা, কনাগী অরৈবা-ঙম্ন পুথোক্তুনা মপা-মচামক্ থিন্‌বা য়াওরুই। মসি কয়াদা চম্‌জখ্রবা খুঙ্গংগী পুন্সিনো। অদুবু কয়াদি তম্‌থীখ্রবা খুঙ্গংগী-মীনোক্। মঙাল্-অমখক্ ফংবা ৱাৎলি, মদু ফংদব-খক্তুনা অখাক্‌পা থাঙশাংদু মনিঙ-তম্ন হাইরিবনি।

ওম্বোক্‌পা-পাউ অমগা তাররে, মচেদু মচানুপা-অমখক্ল মকোক্-থুগাইবীরে। মবাইদুনসু মচাগী মীচঙদা-তোংঙে। মসিবু তাবা-য়াবা ৱারা? মচা-মমৌদি লায়রদনা মশু-শুথাঙ-তারক্লবা মানা, হৌজিক্ মপাম্-খোঙদাবা য়াররীবা। মপাদুনা পোক্‌চরম্ব মচীন্-মৌপ্পাদনি। মপা-হিংলিঙে মচা-অনীগী সম্পতী খাইবোক্-খায়না য়েন্‌বীরম্মী। লৌ-ওইনা পরী-কুন্-কুন। সনা-ওইনা মুহোর, হুম্, মসি তম্‌দবা-ফরে। মসি শুংতম্মক-তম্‌দবা ফৈ। করিনা, মীৎ-চাউই, হাৎনৈ-শুনৈ। মচীন্-মনাও থাঙ-শৎনৈ। মপা-মচা মরী-তৎনৈ। মসুক্ মহূ-চাউবা পোৎ-অমা, অনি-খক্ শুদে। মসিনা মরুপ্-মপাং নুংশিনহল্লী। ইজ্জৎ-লৈবা শক্‌ই। মসিনা হুরান্‌বগী মমীৎ-থক্‌হল্লী। মচাদা হুরান্‌বা, মহা-চোর-চন্দাল্ অমা য়াওরে। মহাকমক্কী-দোরিদগী মচে মপাম্-খোঙদারগদৌরি। ময়াম্-পোক্লবদি অমা-য়াওই, য়াওরে। অঙাং নুপা-তরুক্, নুপী-অনী। ঙম্ন মথৌ-মঙম্-পাঙঙে, অনী-ৱাৎলি। পাখং-অমা, লৈশাবী-অমা। অতোম্বসু ময়ুম্-পাক্লে। মাগী হেক্-মথক্ অঙাং-নুপাদুগী হাক্তক্তনি, মচেনা হন্দক্ কোকায়-

লুকাইরিবা। কয়া অফ-নুংঙাই ৱারী থোক্তে। মীপোক্-মীহিং-ঙস্ব, কি-তুক্কৎচরবা থৌদৌনি। লীজরিবা-ৱারীসিনা লোইশিল্লক্পা, মীৎকী-পিনা ৱাখৈরগদৌরি। সংসার-বৈরাগ্য ওইরবা লংলবা থৱান্-মিচাক অমনা মতম্-চুপ্পগী ওইনা কেন্খিগদৌরবা।

ইবোহল্ মচেগী-ৱা হংবা চৎলি। খুৎ-লিংবা ইমুংনি। মচেদুনা-পোক্পমক্তনা খুম্পাক্ অমদি ওইখ্রে। শাগৈ-জাৎ ৱাংই, খুদম্দি ফংদে। ঙসি নংলরিবা-থৌদাক অসিমক্ জাৎ-ৱাংবগী খুদম্দি নত্তে, শাগৈ-চাউবগী নম্থীরবা-মনম্।

মচেবু গাড়ীদা হেক্তমক্-হাপকৎলক্রবনি। অহল্ অমা-অনী লৈরম্বদুদা হায়জম্মী, নোং-নিনীদং লৈমিন্নজরুগে, অশোক্পা-লায়েংজরুগে। ৱাহৈদু খোঙয়াদা-য়ূবা তুম্নি। নুপা অমগী মফম্দদি মদু স্বর্গদা-কৈরাক্-থারবনি। থোইনা-মখা তারম্দে। হনুবা-মবাইদু যু-ঙাওহৌই। লম্বীদা গাড়ী থৌন-থৌন খল্লী— "মীওইবগী-পুন্সিদা অৱা-খুদোংথীবনা লাক্পা-হৌববা, মশোং-থিংগৎতুনা লাক্রৱা? লাক্লসনু, হেক্-ঙন্নিবমখৈদি নম্বো-পোরম্মগে। হয়েং ঙস্মক্ত্রবা-মতম্দুদনা, "ইহে" লোইরে।"

ইঙৈল্লে শুক্থনা- য়ৌরক্ই। মদুসু অনৌবা-খুদোংথীবা অমগী পাউ- লাক্লিবনি। মসুম্-খক্ লাংশিন্দবনি। মদুক্ ফিভম্-চাদ্রবী নুপীমচাদুগী মাযদি মতম্-চুপ্পদা পুর্নিমাগী-থা থোক্পনি। মতম্ অয়াম্বদা মশেক্-মঙালনা শন্দোক্ই। ঙসিদি রাহুনা মচেৎ-মচেৎ উম্শিন্খ্রে।

হেক্ য়ৌরক্পগা হংই, "তম্মু...?"

খুম্মী, " মপুদু শিরে।"

" কবি .. শিবে?" মমীৎ-লংখত্তুনা, " অদুদি, তা-মনিদি...? হায়য়ু, মা-কদায়দা লৈ...?"

ৱাহংদুদনি পংকপু-কর্প্খ্রিবা। বৃন্দানা-চান্নজরবীদুগী মবুক্-ফারকই, "কপ্কনু, ... মহাক-মীনি। মীওইবগী মরী-মতাং হায়বা অমদি লৈরিবনি. ? খুম্মো,.. লৈফম্-থোক্ত্রাও?"

হীক্ল-কপ্পনা পাউখুম্নি। শুৎ-শুৎ কপ্পা-নত্তনা, মচীন্দি খৎপা-থোক্লমদ্রে। মখা তারক্ই, "হায়য়ু;... মাবু উচেক্-ৱায়াগুম্ কোয়পাই-পাইরুখিদ্রাও।"

হন্দক্তী কপ্প-তোক্লে, হীক্-হৈনরম্বদু লেপখ্রে। শ্বর-শাংনা হোম্বরগা হায়রকখি, "মহাক্ চৎখ্রে। মা মফম্-খঙদনা চৎখ্রে-বিন্দী...।"

ঙক্ল, "করি,... চৎখ্রে ? কদায়দা?"

"সংসার-অসি পাক্-চাউরদ্র...? চাউই। ঙম্খৈ হায়বা-অমা লৈতে। মদুম্ কোয়না-চৎলুবদগী মখোঙ থাংবা-থোক্লক্ত্রবা,... ঙাওন-ফৈন চপ্-লেপ্পুবা মফমদুদা,... মাগী-পম্বুং হায়বদু ওইরুরসনু।"

"ঙাইখো,... নঙোন্দ মরম্-খরদি শোয়দনা খঙহল্লম্ফম্-থোকই। করি-করিদি হায়রম্মী... হা...? উনরম্ব-নত্রো?"

মঙক্ হাইরক্‌হ্, মহাক্ খঙদে। করিগুম্ব-অমত্তসু খঙহল্লম্ব লৈতে। মসিগীদমক্ তেংথাজফম্-ওইরিবা মফম্‌দুদা পুক্নৌ-ৱারৌবগী পি-শীঙ্খজবা লাক্‌খিবনি।

মনি, ময়াম্-পূন্নমক্কী মনি-মতুম্‌দো! মহাক্ ঙসিদি, সংসারসিদা মাগীনি হন্ন-কনা-উদ্রবা তাইবং-মীওইবা অমা। হৌজিক্ অসিদা মাগীদমক্লি-হায়না থিরুরবদি, ঙসি নুংশাশ্বর অমখক্ হোঙ্খবীরিবা নুপীমচা অসিমখক্-মঙায়রে। মদুসু পাখং-লৈশাবীগী-মরী; লৌন-লৈনবসু নথত্রিবা। মখোয়-অনী ফাগী-ফাগী লোয়নরক্‌খি, ফাগী-ফাগী নুংশিনরক্লে। অদুগদি, ফাগী-ফাগী অদুম্-কায়নখ্রে। নোংমা-মচীন্‌মক্ক হায়খিবা-ৱাসু লৈ, ঐখোয় নুংশি-ৱাখেবা হায়বা খুল্‌দগীনি। ৱাখেখ্রে, নুংশি-নুংশি কায়নখ্রে।

মপা-মমা অনী-চঙনা হৌ-হৌ চাউননবা য়োক্লক্‌খি মনি। করম্ব-বিধিগী নোংদম্‌খোল্‌ননো, নোংমদি মমা-মপা অনীদু থীনা-খৎনরক্‌খি। নুপীমচা-খোম্‌গী অঙাং অমা পুদুনা মমা-মপামদা লৈখ্রে। ৱা-লোইনখ্রে, শাজৎ-লূদে অসিনি। অঙাং-নুপাদুদি শাগৈগী পিবানি, মপানা কোল্‌হৌরে। মপাদুদি লৈত-লায়র চীং-মান্দ কোয়চৎ-চত্তুনা হোরায়-খায়। নোংমনা অমদা লৈরম্‌গনি, নোংমনা অমদা। সংসার পাক্-চাউই। মপা অসিগীসু অনৌবা-সংসার অমা শেম্‌খ্রে। চীং-নিংঙোল্ অমগা পান্নদুনা-লৈথোকখ্রে। উচেক-ৱায়ানা পূঙবা-শেম্‌খ্রবা, হান্নগী অমনবা মকোন্দ খক্-হল্লক্তে। হল্লক্লখিদ্রে, চেক্লা-ওন্দুনা পাইনখ্রে। মমাদুসু অতোপ্পা অমদা ময়ূম্-পান্‌খ্রে। লমজা-শারা তাহৌরবা অঙাং অনীদু অমদি মপুবোক্ক য়োক্‌হৌরে; নুপীমচা অদুনা মিনাই-নাইথাং চৎখ্রে। মপাদু ইকুই-কুইদনা হাওনা হাৎখে—চীংদা মীতৈ খুন্দারবা য়ারোই। চীংলৈবাক্-অদুদা, মীতৈ-ঈনা ওন্‌খিবা হাও মচা অনী খক্ শান্নহৌই।

মীওইবগী মরায়না-চায়থরক্লবদা মরূপ্-মপাং ৱাথলি। নুংশিবীবা মশীং-য়াম্‌দে। মপুদুনা মশুদুবুদি চাউননবা য়োক্লক্লে। মীগী খুল্লাঙ খর-চৎ, শীঙয়ান্-ইফান্ খর-তৌ। থুমুক্-তায়রুক্ শাবদদি মপা-লৈতে; মীনা তান্নবনি। মানা হৈতবা-শিন্ লৈতে। হৌজিক্ক উ-নুঙগী চক্রী হক্লি। মসুম্ন য়োক্লক্‌পা অঙাং পাখং-মরেপ্ তাপ্লে। মহৈ-মশিং তম্‌হল্লক্‌ই। মফি-মরোল্ শোখহন্দে। শেৎপা-চাবা মনিঙ-তম্‌জৈ। জীব অনিগীদি য়াংনা পুই।

নোংমদি য়ুল্লোম্নবা অমগা অকিবা-ফংনা খূৎ-থোক্লরে্। লম্‌গীনি, মীওইবগী লৌরী-শীংজা-কা। লাউরে, "ঐখোয়বু কনা-লৈতে উশীৎতব্রা...। হেঞ্জিল্লক্‌উ, ঐগী-ঈতীক্ খঙগনি...।" মপুদু মৈ-হৌনা শাউরি। শম্বল্-লোন্নবদা লফু খর থাজিন্, য়েংথৌ খর য়ুংশিন; তাং-অমমম্‌দগী হুই-অমমম্, হুই-অমমম্‌দগী কাপ্-অমমম্; হৌজিক্তী দাড়ী পায়দৌরে। খা-ৱাং মুশুক্-মুশুক্ ঙাঙনৈ, "খজিক্তী হেন্‌মন্‌বনি,... মীওইবগী ধর্ম্ম হায়বা-অমদি লৈদনকো।" ধর্ম্ম কায়রিব্র-কায়দ্রিব্র লফু-য়াম্-থাগন্‌বা য়েংথৌ-য়ুংগন্‌বা নুপাদু

নোংমদি শম্বল্-ময়াদুদা ঈখেং-মরক্ত ওন্দুনা লৈরম্মে। মীনা লাক্চ-য়াদবা মপুদুনা য়ুম্লোম্নবদু লৱাই লেম্মুদা য়োৎনা-কক্থরুরবনি, শিরে খুদক্ত। অহল্ অদুবুসু মরেংজুম্দা থাঙনা য়াম্বীরে, শিদে। ডাক্তর-খানাদা পুখত্তুনা লায়কম্নে। ঙম্খিদ্রে, ঈ-য়াম্ন চৎখিবনা নুমিত্তুমক্তদা অদুম্ লৈখিদ্রে।

খুল-মচা অমখক্কী ৱাথোক্নি। য়ুম্নাক্-খর তাবা খুঙ্গং-অমগী ইতিহাসনি মসি। মালেম্ অসি চেক্খায়রক্তুনা ঈশিং মনুঙদা ঙম্ন-লুপ্খিগদবদু কৈদৌঙৈনো?

রাই-তাই, য়ুম-থাদোক্কদবনি। য়ুম্-থাদোক্লমগদৌরিবসি মদোম-ত রক্-তাহৌরবা মশুদুনি। মপু-অহলদুগী মীচঙদা ঈ-তোং-খেগৎলক্লিবা মশু-অসিনসু মখুত্ত থাঙ পায়খি। য়েংথীনরিবা য়ুম্লোম্নবদুগীদি খুৎ-কল্লম্মী, ইনাক্-খুল্লী। খুঙ্গং-মীথিৎ অয়াম্বনা পাখং-মচাসিগী মফম্দদি থোইদোক্ল-হক্ল লৌনখিবা লৈতে। মতম্-চুপ্পদা ফাগীগী-ৱাহৈ, মতম্-অয়াম্বদা হরাও-মীনোক্ল লৈতেংবা অঙাং-অসিদি নুপানি। নুপা-ওইবগী থৌনা-লিংজেল, ঙসি পঞ্চীরমদাই-মীকুপ্পুদা অহল্-ওইরবা মপুবোক্কীদমক্ পাম্বোম্-তিং, মমীৎ-অনীদা মৈবুল্-হৌ, ঙাঙ-শক্খিবা ৱাহৈ-খোন্ফম্শিংদু নুপামচা অমা ওইবগী চপ্-চাবী অয়ৌবী-তীওনি।

খুল্গী চৌদার-নম্বোর মকোক্ -মথঙ মখোয় ঙম্ন-শুন তিল্লে। খুৎ-লিংলিবগী মায়কৈদা অয়াম্ব তোংই। চৌদার থৌ-পুরিবা ইবোহল্-বাবুখক্তনা অঙাংসিগী মায়কৈদা লৈ। মহাক্ল মশাগী-রাই পীরকই, "অমা-ওইরো অমবু-ওইরো,... লম্গী-ঙম্খৈ অমদি অতাবী-খঙদোকপা চুম্মী। ৱাথোকসি লম্গীনি ..। আমিন্ অমত্তং কৌরগা ময়েক-লাহল্লসি, কনানবু লাল্লিবনো কনানা-চুম্ব...।" অমনা পাক্-ওক্লক্ই, "হৌজিক্ মদুগী মতম্ হৌখ্রে. । য়েংথীনরম্ব অহল্ অনী লৈত্রে ..। অচুম্-অরান্, মদুগী-ময়েক্তী লোৎলোই...। ৱাথোকসিগী শৈহৌদি অহল্নি...। খুৎ-হান্ন থারুবগীদমক্,... মাবু মরাল্-লৈতবা অমনি হায়দবদি খক য়ারোই।" অমনা-অমুক্ পাংশিল্লক্ই, "চুম্মী, মীওইবগী শাউনদবা ঙম্দে...। শাউই হায়দুনবু কনানা চোপ্-চোপ্ য়াল্লু হায়বদি আইন্ন-খক্ পীবম্লোই...। দারোগা-সিপাইশিংনা নোংমৈ পায়। নোংমৈদু আইন্-ঙারুবনি। আইন্-ঙাক্কদৌরিবদুদি মীনি। মীদি শাউদবা-ঙমদে। অশাউ খুদিং নোংমৈ কাপ্লবদি... আইন্-ঙাক্কদৌরিবা মীদুনা আইন্-খোঙ্গাওনবা নত্র...?" ইবোহল ৱাদুবুসু কক্লুবা-ঙম্দে, ময়েক্ত-ময়েক্লি। অদুবু অহলদুগীদমক্-ৱাপাংলকই মখোয়গী ৱাদু কক্লুবা-ঙম্ব-যৌনা, "করিদা-করি লৈ হায়বদু খজিক-খন্বা চুম্মী...। নোংমৈ-পায়দুনা আইন ঙাক্লিবা সিপাই অদুগী মায়োক্ত,... নোংমৈদু কাপ্পনবগী খুদোং-পীরবদি,... কাপ্প-তাবে নোংমৈদু।" ময়াম্মক্ল-ৱাকৎলক্ই, " ঐখোয়বু ভাব-তাহন্বিয়ু...!" "ভাব্ তামন্ন-তাদ্রব হায়বদুনি...? খোই-মহুম্দা চৈনা-থিল্লুরবদি চীক্লক্পা তাবনি। লম্-মচেৎ অমগীদমক্ মৈচ্রাং -পাইনরিঙৈ মরক্তুদা শম্বল্-উখুল তৌরুরিবা মীদুগীদমক্তদি,... খোইদুনা মহূ-লোত্তুনা

থম্মুখিগদ্র?" য়েনাক্‌খুন্‌বা-মায়কৈনা ৱাদুবুসু ককপা-ঙম্‌দে। নাকোয়ননা-শৌগৎলদুনা ৱাগীঙম্‌খৈ-লাম্মক্‌ই, "অম-অমগী ৱা-থৌদোংনবদি নত্তনা,... মখুত্তগী থাঙ-থাদ্রিবা নুপাসি... ইরেঙ-লেঙদনা অদুম য়ুমসিদা লৈবা-তারিবরা?" ইবোহলনা মদুগী পাউখুমসু পী," লৈবা-তাবনি...। মহাক্‌ উচেক্‌-ৱায়ানি হায়দুনা অহাঙবা-নোংদোল্‌ য়েংঙুগদ্র?"

মসুম খুঞ্জা-মীপুম চোন্ন-তিনদুনা ৱারেপ লৌননবা খন্ন-নৈনৈ। অমগী-অমগী মীচঙ-শঙ্গন্‌গী ৱা-নত্তবদা, পাখং-মচাদু মতম্‌-খরদি য়ুম্‌ থাদোক্লম্বদা তারে। মখা-তানা নত্তবা থৌদোক্‌ নংলদনবা, খজিক্‌-ইঙথনরবা মতম্‌দা নৌনা অমুক্‌ য়ুম্লিং-খুম্লিংলনবা— হৌজিকমক্কীদি মশক্‌-মশা উহন্দনা যুগ-থৈরুবা। ইনাক্‌খুনবা-ইমুংদুগী মচা-পিবা মখোয় তরেৎনি, নিংঙোল্‌-খরগা। মচা-খোম্‌দোন্‌ অদুমত্ত-মঙায়রম্মে মথৌ-লোইরমদবা। কোক-বেরা খরসু লৈগুম্‌-তৌ মাসু মখুত্ত থাঙ-পায়দুনা নুমিৎচুপ্পগী, "ইপা হাৎখিবগী লম্মন্‌-খুম্‌গদবা ৱাৎলি" হায়না শীঙদুনতা-লৈরবনি। মাগী-মরম্‌খক্তনা ময়ুম্‌-ইংখোল্‌ থাদোক্লম্ব তারি মণিদু। নোংমদি চান্ননমক্ল মখুত্ত খুগ্রী-অমা, য়াচঙলক্‌পা-মতম্‌দুদা কোয়তান-তান্নরম্বদগী লৈকায়-হুপ্ন খাম্মে। হৌজিক্‌ পিদোল্লবা-অঙাংসিদি হনবা-চেন্‌বা নত্তনা, মায়োক্লনা-লেপ্পুনবগী থৌনাদি মাঙখ্রে। নুমিৎ-তাদ্রিঙৈ থোঙ-লোল্লে হায়বদু য়ৌরে। থৌদোক্‌সি থোক্ত্রিঙৈ, নুমিৎ-খরনি-মমাঙদগী লুন-তিন্নজরক্‌পা মরুপ্তুদি গুৱাহাতীদা মশা -লায়েংখ্রি। অকিবা অমনা মশা-পূম্ব লাঙ্গোই-চন্‌খ্রে। মুংশিবীবা ইমুং-য়ুম্‌থোঙ খরতনা ঙাক্‌-শেন্‌বিরক্‌ই। ইমুংগী অৱাৎ-অপা হুন্‌বিরে।

মদুম্‌ মবুক্‌-ফাদুনা মতম্‌-খর লৈরক্‌পা মণি, নোংমদি মফম্‌ খঙদনা মাঙখ্রে। অসিদা লৈ-অসুম তৌরি, কনানসু ময়েক্‌-মশোন অমত্ত তাখীদ্রে। ময়ুম্‌দুসু নোংমা অহীং-অমা মৈনা কোক্‌-কোক্ল থাদোকপিরন্নবনি।

মিরা-লম্বা ওইহৌরবা অঙাংদু নোংমতংদি লৌতাংশঙ-অমগী মনুংদা উরম্মী হায়নরক্‌ই। থোংজাউ-অমগী মখাদা তাদুনা লৈরিবদু, ষন্‌গাড়ীৱালা-অমনা মাংনিংঙে হায়না খুনিঙ-খুমাঙ-হোৎচীল্লুববু চরোৎ-হাবুঙ মরুম্‌দা মী অমখক্‌ তাদুনা লৈবদু হেক্‌-উরুই। মথোঙ-হুক্তবা, য়ু-ঙাওবা মীওইশিং ওইরিনি খন্দোক্‌, মশা-শেংদোক্লগা চৎলগে তৌরক্‌পা, চরাম্‌-চদৎনরবা মীদুনা মখুৎ-হত্তুনা কৌরকপা উরুরে। পাক-হেক চঙলুদে। কাইনথংদা, "মসিমক্তবু" হায়না খল্লক্‌, চঙশীল্লুবদদি ৱা- লান্‌ ফাওবা ঙাঙ-শক্‌পগী পাঙ্গল্‌ য়াওজরম্‌দ্রে। নুপাদুনা গাড়ীদা হাপকত্তুনা পুবিখ্রবনি।

খ্বর-শাংনা হোম্বদুনা মখা-তারক্‌ই, "নোংমতংদি,... লুনা-তিন্নজরক্‌পা মরুপ্‌তুগী য়ুম্‌দা লাক্লম্মী হায়না-তায়,... থেংনখিদমাল্লে।"

বৃন্দানা মবুক্ মরাঙ-মরাঙ হংলক্‌ই, "অদুগা... হায়য়ু, মাদি-কমদৌখ্রে...?"

"হিংলরোইদবনি,... শহরদা মশা-লায়েংখি।"

অনীমক্কী অশাবা-নুংশাশ্বরদু চপ্-মান্ননা হোম্ভমিন্নরক্‌খিবনি।

বৃন্দানা মসুম্-হায়রক্‌ই, "মহাক্ খজিক্-ফদুনা, খুঙ্গংশিদা অমুক্তংদি হন্নক্‌খিবা ওইসনু...। অদুগা,... মহাক্ক কদায়দবু-থুংলম্‌গবা,... কনাগীদবু-লৈরম্‌গবা...?"

ইঙেম্লৈদু হায়রিবা-ৱাদুগীদি ময়েক্-মশোন্ নাইরম্‌দ্রে, । তপ্প-হৌগৎখিদুনা মখোঙ থাংবা হৌখ্রবনি।

* * *

অঙন্‌ফৌ-লোক্লুবগী ফৌ-কারক্লী। নুপা মরি-মঙানা যন্‌গাড়ী অমমম্‌দা ফৌ-পুরক্লী। নুপা অনী-অহুম্‌সু মখোঙনা মতুংদা ইন্নবক্‌ই। খুল্লঙ-নুপীশিংদু নুংঙাইরবা খুল্লং-ঈশৈ অমনা অৱাবা-কাউদুনা লাক্লরি।

মরক্-অদুদা নংখিবা থৌদোক্-ৱাথোক্‌শিংনে, নহান্ন-লোক্‌পা য়ারবনি। অঙন্-ফৌদবু চখোক্-চদোন্ মান্নরেদনা। চীংজিন্-লৌরোক্ হায়দুনা তীন্‌ফা-কাক্‌ফৈ মরক্ত খুল্লঙ-নুপা-নুপী কয়া-চঙনা হোৎনরুরিবনি। ফৌদি ফন-নিংথীনা কা-দৌরি। অঙনফৌদবু শঙম্ মঙা-তরুক। ফৌগেদা-হৈজিনখিনবা, থক্ত-হাইগত্তুনা অবিবগী-মমল্ পেক্লুনবগী ৱা-লৈত্রে। ঙন্নমক্ খুঙ্গংগী খুল্লক্-লৈরক্ত চাইথোক্‌খিগদৌরিবনি। ইঙা-ইঙেন্ অৱা-অনা-থা। লৈত-লায়র প্রজশিংগী থৱায় নীক-নীক্ লাউবা-থা। অয়াম্ব খুঙ্গং-ইনাক্‌খুন্‌বশিংনা লায়ববগী ঈ-চুপ্তুনা তোক্তে। লায়রবা কংদুনা-শিগদৌই। অঙনফৌদা অমা-পূরুবনা, পোইনুদদি মখায়-অমা থোঙ্গৎপা তারম্মী। মরক্ত থা অনী-অহুম্‌দংগী লম্‌নি, কনানা-শিরোই।

ফৌ-বোড়াসিংদু ইবোহল-বাবুগী মমাঙ-শঙ্গোয়গী মচী-অমদা চীং-চোন্‌গুম্ পৈরি। কারক্কদবসু ৱাৎলি। ঙসি চীং-চোন্‌গুম্ পৈররিবা-ফৌ, নোং-নিনীগী মনুংদা থুম্‌হী-তাক্কুম-তাক্‌খীনি। অমা-লাক্কনি, অনী-য়ৌনরক্কনি। থুমোক-তায়রুক পুনরক্কনি। বোড়া-খাউ য়েপ্পরক্কনি। শীৎলিবা-নুংশিংনা পাউজেল্লুগনি— "ফৌ-লৌররো, অঙন্‌ফৌ-কারক্লে।" মপা-কনাগীনো ফৌবু মনিঙ-তম্ন লৌরু-য়াবা? মপানি। মহাক্তী খুঙ্গংশিংগী মপী-মপানি। শাশিংনা অশুক্‌পা উমং-জঙ্গল্‌দা মতু-শোনবা শাশিংবু-তুহৎপী। ফাদুনা মচীঙ্গাক-ওইনৈ। চীঙ্গাক ময়েং-তারক্‌ই। শা-ঙাওরক্লে। অঙাওবা-শানা জঙ্গল্‌দা নিংথৌ-ওই। অপীক্‌পা জীব লৈখুন্নুংদা-চঙই। চোংলিবা-হানৌ মখোয়গীসু শরুক্-থুংই? মনিঙ-তম্না মচীঙ্গাক্-থিবা চৎপদি ঙম্‌দে। ঐখোয়দি মীওইবনি।

হীসাব্‌তী-শুয়। হিংবদা-হী সাব্ কাউবা য়াদে। অনী-তাল্লুবদুনা অহুম্-চৎলবদি পুখরক্‌ই। পুখরক্লুবদি-লায়ররক্‌ই। লায়ররবদি মী-নুংশিনদে, হৌনবা-খঙদে। নুংশিনদ্রবদি-হাৎনৈ।

ঐখোয় মীওইবনি। হীসাব্-শুদবা য়াদে হাৎনদনবা।

ফৌ-লৌনখিবশিংদু পোইনুদা শিংঙৈ-মহুৎ। লেম্ন-হুম্নখিদে। পীরম্মী-খর, নুংঙ্খাইয়ু লৈরীক্-লৈরাক্-থম্ন। অঙনফৌ-লোক্লবনিনা অনী-চাবীগী খোইরগা উকায়-তক্কদৌরি। লিংগদবা-লৌহোম্না কপ্লবনি। খুম্লঙ-মীদি ঋাৎতে। হায়নরুদে, ষন্-লাঙ্গোল্ পুথোক্লরকই।

ফৌগে-শীংগৈ চোম্লবসু মীদি- হাঙগে ? মপু-মাগী খুৎনি, খম্লুবা-য়াদে। নাকল্-অনীমক্ খক্-পীদে।

মপা-মচা ফম্লিঙৈ মচে চঙলক্ই।

হায়রক্ই, "ইবোহল্, ফজরিব্রনে.... ?"

খুম্মী হীসাব্ শুন-শুন, "ইচে, লাইবক্কী-দাগতু মুৎত্রি...। কোম্ন মায়-পাক্ল থিম্লগে।"

ঋাদু মচেক্ল-ময়ানা য়ৈরি।

ফম্থরক্লে।

"নঙোন্দ-হেম্ন কোক্-চাউননবা থবক্নি,... ঐদ-চৎখ্রগে। কোক্-লাক্তনা অমুক-তোক্কনি...।"·

"মদুগীদি খম্লুনু,... লাক্পু-লাক্লবদি ফরবনি।"

হায়বগ-তৌবগ মচানুপাদু য়ৌরক্লে।

## তরা ০

জগৎকী-ইচা! মচা-মহাক্কীদমক্তদি, মচাদুগী-মায়োক্ত লেপ্লবা মীদুগী মফম্‌দা কৈ-অমোম্‌গী মশক্‌-লৌই। মচাগীদমক্‌ তৌঙমদবা-থবক্‌ কয়াসু তৌই। তৌবদবু, মমাদুগীদমক্‌ মপাদুগীদমক্‌ মচাদুনা থোইদিং-মখায় অমদি খাক্লমদ্রে।

হেক্‌-য়ৌরক্‌পগা অঙাংদুনা তম্মৈ—

"মাগা-লৈমিন্নরোই,... ঐ কদায়দনো চৎখ্রনি...। হায়বীরম্‌গে-লাক্‌পনি...।"

"খোম্মৈ,... ঙাইখো-নঙ" ইবোহল্‌ হীসাব-বহী হন্দোক্লম্লে। অঙাংদুগী মখুত্তু য়ান্নদুনা ফারে, "ফম্মু,... অদুদা-ফম্মু।"

ফম্মরে মরু-লুক্‌থ।

" ঐ-কনানো...? খুম্মু, ঐসি নঙগী-কনানো?'

খুম্‌দে, মখুৎ-তক্লে। মমায়দু হুৎ-হুৎ লৈ।

"ফৈ,... ঐ নঙগী কনাসু-নত্তে,,। বদ্‌মাস্‌, য়ু নন্‌-সেন্স..." খুপ্লাক্ল ওন্‌-ওন্দুনা থারে, "খুম্মু,... ঐ কনানো?"

খুপ্লাক্ল অমুক্কসু-হন্ন থাবিরবনি।

"মা... ম্‌... মো" কপ্পিং-কপ্পিং।

"মাম্মো, হং...। নঙ অমুক্‌-হন্ন ঐঙোন্দ-কৌগনু...। অদুগা, নঙ-কদায়দসু চৎখিবা-য়ারোই...। শেরা, ৰারক্তবা।"

মচেবু-ফাওবা য়াওনা চৈথোক্‌খ্রে। যন্‌-অতেবনা ৰাইরক্লবনি, শরু-ফংঙে। মশা থক্‌-থক্‌ নীক্লি।

"চৎলু, নফি-হোংঙু...। হৌজিক্‌ লৌবুক-কুম্‌গদবনি... হেরা, কয়াম্‌-কন্ন অফাও' শারিবনো য়েংগে-নঙ...। চৎলু, নশক্তু-য়েংনিংদে।"

অমত্ত-ঙায়রবী মচেবু ফুবিবা, পাউ-ফংবা খুদক্তুদা মশা চেঙ-খৈগুম্‌ নীকখিবিনি। মদু-পুন্নমক্‌ ঙসি অঙাংসিদা-ফুদোক্লে। মরুদি মপা-য়ুঙাওবদুনি। মচা-পোক্‌থোক্লগা

ঙাওন-ফৈন লৈ-য়ারি-মতম্ন? চৈ-খর ঝাৎখ্রে। অঙাংদি চৈ-নম্‌হৌদবা য়াদে, থৌবান্দোং-চফ্ ময়েক্ লা-ননবনি।

খোম্মৈ লৌবুক্-কুম্নক্‌লে। খুদৈ-অহম্ব অমা শেৎ, ফুরিৎ খুদাং-চোম্বী অমা লীৎ— খুদৈদি ইশেৎ-শেল্লক্তবা অঙাং, লম্-হেল্লবা অঙাং— ঙসিদি খুদৈবু শেন্নগদ্র, লৌহোম্বু-থাঙগদ্র তপ্-তারে। লৌ ইকুম্-কুম্নক্ত্রবা মাম্ম-অসিসু, ময়াম্ন-কুম্‌হন্দ্রবনি, ঙসি নোংম-নিনীদি লৈখোম-লৈনাঙ মরক্ত ওল্লরগদৌরি। মামক্-য়াওনা লৌহোন্-থাঙবদু য়াওররিবনি। অঙাংদু হুমাং তোয়না-তোয়না তৈথোক্‌ই। লৌরীদা ফম্-ফম্‌দুনা লৈ। লৌহোন্-হাঁরৈদু পায়খৎলম্‌দাই লৈ-দুনা হেক্-হেক্ য়েংই। মানা উরু-রু লৈ-লৈদুনা য়েংলিবসি খুবাক্-অচৌবা-পানবা, মৈবুল্-ইক্‌পা মীৎ-অনিগী মপু-ওইবা নুপা-অমখক্‌পুনি।

লৌরীদা ফম্লিঙৈ খংপ্রেক-খংঙে—

"ঝাবরা... ?"

খোল-কল্লপ্পনি। হৌগৎকে-তৌই ফায়, "নুংঙাইতবনি,... য়াম্ন-ঝাবনি। লৌমীশিংনা অসুম্না লৌ-উই...। লৈনাঙ-মরক্ত মখোয়না মসুম লৌ-উরগা ঐখোয় চারীবনি। নুংশাসি য়াক্ত্রে...? য়াকই। হায়নিংঙাই-লৈতনা শাই। শারবা-নুংশা মরক্‌সিদা,... মমায়-মমীৎ লৈখোম্ লৈনাঙনা মশক-মশা খঙ-ঙম্‌দ্রবা উকায়-থৌরীবা নুপা-অসি,... মসে, মশাগী-মরৌ নত্তে। মখোয়না মহাজন্‌শিংগী লৌ-উই...। লায়রবনা লৌ-উবা,... মতম্-চানা হার হাপ্পীবা ঙম্‌দে। খুল্লোম্লক্‌পদা মরেক্-তাই..., উতোং-শাৎলী। মহাজন্‌গী-লৌশাল্ তাবা-য়াদে... লৈবাক্কী ঙম্ন-থোক্লে। লৌ-লোইবগা ফৌ-লোই। তল্-চায়। চারু-চউম্মক্‌পা মখোয় তল্-চায়। চানিঙদুনা-চাবা নত্তে, শিদনবা। মখোয় শিবা য়াদেনে-কো! মখোয়-শিরবদি কনানা লৌ উবিগনি? মখোয়-লৈত্রবদি কনানা পোৎলুম্-থাংবিগনি? চরা-হেল্লগা মখোয় অঝাবা-শুবা ঙম্‌দে। চারগা-লাক্লবা নঙবু... শোয়দনা লাম্মরিগনি। মখোয়দি ইচা-চাদনা লাক্লবসু য়াওরি...।"

অসি হায়রম্নগা মখা-তারম্‌দনা লেংথোং-চৈদুদা লৌহোন্-হাঁরৈ তরা-খর-হেন্ন হাপ্‌কত্তুনা পুখ্রে। মাদি হাঁরৈ-মরিখক্তং য়েৎ-ওয় থাংববু লৌরী মথক্তুদা পোখাব-মক্তনা মশীঙ-নাইদে।

মাঙদা লেংথোং-নাদুনা পুখ্রিবা লৌহোন্‌শিংদুদগী লৈনাঙ-ইচুম্ ওরো-রো তাবা উরি। মদু, মঙাওথীরবা-অঙাংসিগী মমীৎকী-পিগা পুম্ন-তিন্‌শিন্নখ্রি। থবক্কী-ঝাবনে ঝাহৈগী-তেন্নে, কপ্তুনা লৈরে। কপ্‌সনু, মঙাল্-অমদি লাক্লনি।

নোংঙাল্লগসু হৌনদুনা-লাক্‌ই। লৈবুঙ অমগী মনাক্ত গাড়ী-খাম্নম্নগা লৌরী-শম্‌দুনা লাক্‌পা, খারৌ অমনা তাপ্-লাক্‌খিবদুদা অফিং-অফাই লাউরক্‌ই "খোম্মৈ...!"

"মাম্মো...!"

"খোঙ- খুজেংদুদা ফিদু চেৎনা-পুল্লু...!"

লৌরীদা ফম্থদুনা মথৌ-তাক্লকপা, চাউরবা-লিল্দু অঙাংদুনসু উহৌরবনি, কিনা-কিনা তৌরিবা থবক্তু খংলাউ-লাউরক্ই, "কম্ন-পুল্লুনে,... চেৎনা।"

মখোঙদু-থাঙ্গত্তুনা মচীন্ন-চুপ্থোক্লগা ফ্রু-কাম্থোক্খ্রে। অশোক্পদুদা মৈখেৎ-মন্ন অনী-অহুম্দু পুল্লপ্ চুশীল্লে। শ্বর-থিংদুনা য়েংলম্বদু হন্ন-য়েংখৎলক্ই। নোক্মিরম্নিবা মীত্তুগা কোক্-মীৎচানক্ই। মৈবুল্-ইক্পা মীৎ-অনীনা নোক্পা; মসুক্-কিবা মসুক্-নুংশিবা মীৎ-অনী খক-শুরম্দরে।

ফুক্-হৌগৎলে।

"লাক্ও, থেঙঙে...। কৈসু-তৌররোই, কিব?"

খুম্-ঙাঙদে, মতুংদা শ্রো-শ্রো ইম্নে।

পারা-মখা লৌথরক্ই, "নুপা-ওইবা ঐখোয়,... খোঙথাঙ-খুদিং চেক্শীন্গদবনি। চখোক্পদা খুৎলায় খক্-থাব য়াদে...। খোঙথাং-খুদিং মসুম-নংলোই হায়নিংঙাই লৈতে। মশক্ উবা-ফংদবা খুদোংথীবা কয়ানা, ঐখোয়গী নাক -য়েৎ শন্দোক্নুনা লৈরিবনি।"

ঙসিদি খোম্মে ঙরাং মাগী মাম্মনা পুখিবা হারৈ মশীঙদু পু-পুদুনা লৌহোন্-থাঙঙে। মপাঙ্গল্ মৈ-হৌরক্লিবা অঙাংনি। ঙসিদি মঙোন্দা অরাবা উদে। মাম্মসু ইহন্-হুম্বদনা অদুম্- পুরি।

হায়জরক্ই, "মাম্মো, ঐ তৌরগে...। পোংখাবিরুরো...!"

অনক্পা মীৎলুগী করম্ব-কোমদগীনো, মপিদু ওম্বোক্ল-থুনা নাম্বরক্খ্রবা। মপিদু লোম্ন তৈথোক্লে। অঙাংসি লেম্ন-মাঙম্গনিদা। ইচে-ইবাই অনীমক্ ফত্তে।

নুমিদাংদু পুন্ন চামীন্নবদা ইবোহল্-বাবুনা মচাশিংদুদা হায়... "মফম্-খুদিংদা লাম্নবা মী লৈ। চাক্-লাম্ব নত্তে, নুংশিবা-লাম্বনি। নাইতোম্-তারবা, নুংশিবীদবা, কাওথোক্পীবা হায়বসিনা চীঞ্জাক্-লায়রবদগী হেন্ন-তম্থীবা লায়রবা। কনাগুম্বগা করিমত্ত-থোক্লদবা, মরী-লৈনদবা হায়বসিনা মীদুদা-নারিবা তমথীরবা-লায়না...।"

উৎমৈদা ঙারৌ-লৌবা হোৎনজরিবী বৃন্দা, মপাগী-পারাদু মতিন-য়োখদুনা তারি। ফল্ তারম্দ্রবা অঙ্ক-অমা ওঝানা ঙসিদি ফোর্ম্যুলা-চিংথোরক্লে। অদুদি, মহাক্ কদায়দনো? গাড়ীবালা-অদুনা কনা? অদুগা মহাক্— মহাক্ল-কম্দৌখ্রে? তমথীরবা-লায়নানি। শহরদগীনা হল্লক্খ্রবরা? মসামক্ হেন্ন-শোক্চীনখ্রবা অনাবনি। হেন্ন-লায়রবা, হেন্ন-লাম্নবা মীদি মহাক্লি। অদুগুম্ব মহাক্-অদুনা মাগুম্ব-কয়াগী থন্বা খক্-নত্তনা, অফ-নুংঙাই কনাগুম্বগীদি মতম্ ফংজরম্দ্রে। অৱাবনা-অৱাবগী চৈনা খঙই। ঐগুম্ব-কয়া অমসু হিংঙিবোরে— হিংনিংবগী অপাম্ব-লৈরমদ্রবা মহাক্, হিংননবগী-যন্ত্র অদুবু তক-নান্দুনা শাম্নজরক্লে।

খোম্মেগা মচীন্-মৌপ্পাগুম লোয়নরকই। খল্লি, ইফৎ-ফত্তবা অঙাং নত্তে। ইমুংদুদা কিনা-লুনা চৎলিবদুদা মপানা কোন্নিংবগী ইঙ্গিত্তী লৈরে। লৈসনু, নুপা তাঙই। চাউরবা য়ূম্‌সিদা লৈবিনবা মী লৈতে। চাউরবা য়ুম্-ইংখোল্‌সিদা মপাদংদ-লৈবদু পাঙ্গল্-শোল্লী। পূন্নমক্-অদু-ওইদুনসু মীৎ-অনীখক্তনদি করিগুম্ব মফম্ অমদগী ছীদ্র-গুপ্ত ওইনা য়েংলি। অদুগুম্ব মীৎ-অনীদুনা ফল্ অমদি ফংবগুম্-তৌরে— লূরবা-ঈপাক অসিবু লৈনাঙ-তানা নৈখায়রগদৌবদি কনা-নত্তে, মসিনি। অচেৎ-অকোম্ য়েংলিবা মহাক্ কনা নত্তে, মীরান্-মচা, জেক্সন্ । মহাক্তী থবক্কী-মীনি। মমায়-হাইগৎপা শংজদে। ঘনবী-শন্নাউশিং দুগী চরু-কক্‌পা শজীক্-ফান্‌বা দানা-পীজবা; মসি হায়বদদি য়াম্ন-লায়। তারক্লিবা হুমাংদু তৈথোক্কনি নীংশিংদ, মীৎ-অনীগী মথৌদি লেপ্তে— য়ুম্থক্ত-লৈ। ঘষ্টী-ঘন্‌য়ুংশিংদু ইন্‌শাং-নাপী থারিবদুগী মখোঙ-মখোঙদা চাইথোক্লুনা খল্লকই— মহাক্ কুমথখিদুনা মশাগী-কাদরা অমদদি লৈরে। য়ুম্বুনা অয়ুক্তগী গাড়ী থৌদোক্‌খি, হল্লক্ত্রী। মসুম্ ইমুং অসিগী মনুঙদা কনানা-করি তৌরি, মসিনি মাগী মকওইবা-থৌ। খঙবা-ঙমদ্রে, করম্ব মতমদা মহাক্ক অদুগুম্ব-খুদোংচাবা অদু ফংখিদুনা অশুপ্প-ওইরগদৌরিবা। মী-অপীক্‌পা মচু-মূবা, অতম্নবা-অমগীদমক্ লাইনা-শেম্মী। শোয়দ্রে, মাগী মীনোক্-মোইথেম্ ৱাহৈ-খরদনা য়ূম্‌সিগী মীকোক-অমা ওইবা ঙমখিবা, মদু পূন্নমক্ তরাই-তরাইনা লৌবা য়াদ্রি।

বৃন্দা তঙায়-ফদবা মরম্ অমখক্কী মপাবু খৌরাংনা ঙাইজরক্লে। নুমিত্তী তাশিন্‌খ্রে, অয়ুক্তগী চৎখিববু। মামহন্দু ঙরাং মনে লৌবা লাক্লম্মী। মপানা য়াখিদে। নখোয়না-থোক্‌পা তৌরো হায়রম্মগা চৎখি। মচানুপানা ঙাঙ-শক্‌খি, অমুক্-হন্ন লাক্কনু। মপাগদি ওন্‌শীন্নদুনা ৱাহৈ-অমত্ত নিংথীনা ঙাঙনখিদবনি। শুক্‌উবু-উনখিদে থোঙনাওদগী লাউরগা-হায়খি, খর-লৈরগা থিল্লক্কে ।

গাড়ী-মখোল্ তারে। মমাঙদা লেপ্লে।

"বাবা... ?"

"ফংদে শহুম্-অমত্ত..., কদায়দবু লৈরিবনো ?"

মাঙবা-য়াদবা মনি-অমা থিবা হোৎনবিবনি। বৃন্দা-মপা-মচানা মনিবু কোয়না থিরি। ধ্রুবতরানা মশক্ উবা ফংখিদ্রবদা, ঈপাক্কী-যাত্রীক্ অমনা লম্বেল্ কঙাওনরিবদু কোক্‌চন্নখনি।

মচানা হায়, "মনুং-মনুংদা ফংননবা হোৎনসি...। খবরদা-হাপ্প হায়বদুদি থম্‌খিসি...। ঈশিং-অশাবা লৈরবনি।"

"খোম্মে,... কৈদৌরে ?" পাখংদু ফুৎ-ফাওজিল্লক্‌পদুদা নিংকোক্-তৌনা হংলক্‌পনি, "কদায়দনো খোঙজুপ-ও-খোঙগ্রাও-ও... ?"

"পৈশা-খর পীয়ু;... গৌরলীলা য়েংঙুগে...। মাম্মো,.. ।"

"চো-চো, খেঙক্পদি য়ারোই, ঙাইরম্‌গদৌরিবনি।"

খোঙথাং-অমা থাংদোক্নদবদা বাহৈ-অমনা। ঈ-খেগৎলক্লিবা অঙাংনি, শেন্নদবা য়াদে। কুম্মে য়েংলুরগা হল্লকপা, লেমটন্-থাউমে অমা পীল্ল-লৈথ, খল্লীবদি জগৎ-শুরে, লাউরক্‌ই, "হল্লঅব্রা; ঐ নঙবু ঙাইরিবনি...।" অঙাংদু খৌতক্-তৌই। মখোয়দি মৈ-পায়। পোক্লবদি মমা-মপা বায়। অঙাং মৈ-পোক্তনবা হোৎনবা মমা-মপাগী থৌনি। হায়খিবা বা-ঙাক্পা, মসি অঙাংনা কি। পান্দ-কিহল্লগা নুংদা নুংশিজে। মখোয় মথৌ-থওইদে। নাম্ভোক্নদগীদ হোৎনৈ। মথৌ-নাম্ভোক্লগা থাংখিবা-খোঙ, মদু মৈথক্লি। ইচাবু করম্ মৈশা-লাংহন্গনি? মকা-ফোংনা নুংশিবা উৎলুবা, মাবু থৌদোংদুনা ঙাঙলুরবা গ্রহগী-দষা কুইদ্রে। থিংবা য়াদনা কাপ্খৎলক্লিবা-তেন্ , মমূ-য়ৈথেক্পীরুবদি নত্তনা অপাম্ব-লক্ষ্‌দা পাল্লুনবা নিশান্-থাবা তম্বিবা। ইচানা য়েক্লিবা লাই, হায়নিংঙাই মপা-লৈতরে। ইচা মঙোন্দদি, খজিক্পু বাৎলিব্রা? বাৎলিবা খজিক্, মদু মেন্খৎনবা হোৎনরক্লবা, মপা-লৈতবা অমদি ওইরগদ্রা? ফল্দুদা হান্নমক্, ওকে-বেলডন্ হায়ফদব্র অসিনি। করিনা, কম্পিটিসন্গী-যুগনি। হৌজিক্‌সিদা চা-দ হুম্ফুদি চন্নদ্রে। মদুমক-ওইদুনসু মখায়-অমা হেনবদুদা মিনুংশী-থম্মী জগৎনা। মখায় অদু "খজিক্" অদুনি।

গৌবলীলা মফম্দা পাখংসিনা লৈশাবী অমখক্পু উখি, লীলাগী মতাংদবু যশোদা-মমানা মচাবু উথক্তগী কুম্থরক্লো, ইমাগী-গোপাল্ হায়না মখায়-বানা কৌজরকপদুনি। নুপীদু কুলৈ-কুচুদা লম্-য়ৌবীনি। মশম্-মনা শেৎতোক-চাথোক্পদা মপা-লৈতে। হন্ন-হন্ন য়েংনিংই। য়েংনিংবা পোক্লিবা মীদু নোংমা মতৈম্মগা পূন্ন থোঙ্গাল্দা ওক্লরে; হাইফেং-শাফেং অমুক্-অনীরক্সু।

"হৌজিক্কী লৈশাবীদুবু...?"

"হৈ, অঙাং! নমীৎ-থক্কনু,... ইমান্নবীনি। মঙোন্দসু ইতৈম্মা কৌগদবনি।

"নঙগ ঐগসিবু থা দ .. নত্তে, নুমীত্ত খরখক্ হন্নৈ হায়বদাই...? মাবুদি ঐনা হল্লম্বসু য়ারি...।"

"মখা-তানু...।" মমীৎ শুক্‌ই, মচীন্-ময়ানা চীক্, "ঐনা হায়রিবসিনি... মতুংদা মাগী বা পল্লক্পা য়ারোই.. । অঙাং-নঙ নমায়-তেক্কনিকো...।"

ময়ুম্দা হন্দ্রে। নোংমা মাম্মনা বাহৈ-অমা তৌবদগী হন্বগী বাখল্ থমদ্রবনি। "নহাক, লৈগে হায়রবদি ঐগী ইঙ্গিৎ খঙ্গদবনি। ঐনা য়াদবা নুমিত্তো, নুমিত্তুদগী য়ুম্‌সিদা খোঙ্গুল্ তাবা য়ারোই।" ওম্ভোক্ল কিনা, ওম্ভোক্ল মরম্-ওক্ল লৈরে। শীং-য়েন্ খায়। লৈ-শু ঈশিং চাই। কর্নেল পায়দুনা, অহল্দুনা লৈ-মখোঙ শোম্লিবদু মাসু য়াওশীল্লি। ইন্শাং-নাপী থাবসু

য়াওই। ৱাইশীৎ-লম্‌শেংই। চোক্‌থবা নাইদ্রবা অঙাংদুবু য়েংলগা য়ুম্বু লোন্ন-কপ্পী। মপিদি কৈদৌনুং উহন্দে। মরম্ চাদনা খর্চ পীদে। শেল্‌সি অঙাংদদি ফত্রবা মহীক্লি। মহীক্ পক্রবদি নারগা শি। ইচা শিবা য়াদ্রি। ইচা শিরবদি হয়েং চেঙ-থোয়দিং কৎপীনবা লৈরোই। অহল্‌দু মাগীদি চান্নরবা মরূপ্নি। লাইরিক্ ময়েক্-চৎলি। মখোয় অনী ইংগ্রাজী-হিন্দী মতেক্-মতেক্ ঙাঙনৈ। মবুক্‌চেল্ য়াম্ন শেংই। য়ুম্বুনা থাজবা থম্মী। মচা-মশু শাগৈ-ঙাই ইরৈ-লৈত্রে হায়। মুখ্রবা কুচুদুদা অঙৌবা ময়াদু ঙম্ন-হিগৎ, কোথ-কোথ নোক্কল্লী। হিন্দী ফজনা ঙাঙই। ইংগ্রাজীদি মমারোল্‌গুম্বনি। হৌজিক্তী মীতৈলোন্‌সু খর ঙম্মে। ভারতকী লোল্ খরগী-মখৈ খঙই হায়। হিমাচলী-মরূপ্ অমদগী ডাক্-চিঠি অমা হেক্-হেক্ লাক্‌ই । ইশম-শম্ন হায়রবদি সমুদ্রগী-ঙানি, অপীক্‌পা-ঙাবুদি লায়না য়োৎগ্রগদবা-ঙা। মনিঙগী শঙ্গোল্ লৈরিবদুদগী খর-লাপ্তক্ল, টিন্-মনা অমন্‌বা খরনা পাক্‌খন্-খল্লগা লৈ। কাসু য়াম্মী, পুল্লপ্-লৈসি য়ুম্বুনা-হায়বদু খক্-য়াদে। মপুগা-মনাইগগী চৈখল্ থম্মী। ইশেং-শেংনা হায়রবদি শহর ঙাক্‌পা চৌকিদার অমনা অহীং-মিশেল্-খাঙদুনা মথৌ তৌবগুম্ মাসু কদায়দ-করিদ হায়না মপুবু ঙাক্-শেল্লী।

মনিগী খোঙ্গুল্-লীবা চৎলুবা মপা হল্লক্তুনা তম্মে—

"কৈদৌনি, ফোংন-থিরবসু...? খূজিল্-মমায়মুক্-পাক্‌পা-লম্‌সিদা মায় পাক্‌ওই...। খবরদা হাপ্পম্মে।"

মপাগী উব-ঙম্বগী-মীৎ মচা খঙই? হায়রক্‌ই, মদুনবু ফরে। নোংমা য়ুম্ফাল্‌দগী ফৌ চিংখৎপা লাক্‌খিবা গাড়ীদুদা নুপা অমখক্ য়াওরক্‌খি। গাড়ীগী মহাজন্ মাল্লী। নহা-পাখং-মচানি। মকোয়দি চাউনা খাক্‌ই। অমুবা আনোক, খূদাং ঘড়ী, চুরুট মচৈ অমা। থক্লি— মথক্তু হেক্তমক্ কামথোক্‌খি, মৈখু-মখাক্ লৈহৌদে। ইশাং-শাংনা অদুম্ লংথোক্‌খি।

নুপাদুনা তৌরিবা পুন্নমক্তু খোম্মে ওন্থোক্ল মমীৎ-নানা লোন্ন-লোন্ন য়েংই। কয়াম্ ইজ্জৎ লৈবা মীনো আকবর-মচৈবু ইথক্-থক্তুনা?

মাম্মনা য়াম্ন মশক্ খঙনা তৌই। মতৈম্মগসু ইকোই-কোইনদবা উই। গাড়ীদু হন্‌থ্রবদা চঙলক্তুনা হায়রৈ—

"কনানো হৌজিক্কী নুপাদুবো;... শক্ নুংশিখিদ্রেদা?"

মতৈম্মনা খুম্মী, "নুংশিবা তম্মু...। মী অমবু মশক-মশাসু খঙদ্রিঙৈ,... হান্ন নুংশিদে হেক্-হায়বা ৱাদু নুপা-মাঙ্গদে।"

"কনানো-মি...?"

"মীনি-মী...। নঙগী য়েক্লবা মী।"

“য়েক্লনি। মশক্তু শুক্নুং-নুংশিদে।”

“হৈমা, মসি-অঙাংসিবো...!” মনাদু-লৈরগা বৃন্দানা মসুম্-অমুক্ হায়রকখি, “ৱাংখৈ-বুবোক্-খোয়গী মীনে-মী...। ঐনদি, মঙোন্দ মাম্ম-থোক্পা...। মরী-মতাদি নুংশিগদবনি,... য়েক্লবা য়াদেকো!”

“নুংদি-নুংশিখিদ্রেদা মরী-মতা ওইরসু...।”

“হৈ, মসিবো...” কক্শী অমুক্ খৎলে, “মবৃক্কা য়াম্-ফ-জ্বাৎনি,... নোংমা খঙনহন্গে। ...মদুদা খঙগনি মা-কয়াম্ ফৈ। সিদগীদি তোয়নবু-লাক্লনি। স্কুল শাবগী ঠীকা মানা ওক্লিবনি।”

মশক্-মশা তাক্লদবীদা হক্থেংননা উন-খঙননবগী তাঞ্জা অমসু ফংখি। নোং-নিনী লৈরগা অচা-অথক্ ময়াম্-অমা পুরদুনা লাকখি। লম্ব্রেটা-গাড়ী-মচা অমদনি। ঙসিদি ইচম্-চম্ন শেৎ-চারকই। মতম্সি য়ুম্দা কনাসু লৈরম্দ্রে। মমাসু হন্খ্রে। মাম্মসু চথোক্খি। মতৈম্মখক্তংদি মথক্ত লৈ।

শুমাঙ ময়াদা কোক্ থেংনরে...।

মপান্-ইপান্ খরসু থোক্তুনা মীরক্-তিন্দবা, য়ুম্দদা মঙ্গোল্জাউ-ওইবা অঙাংসিনি মরু। মীকৌ-মীরম্ হৈতে। মীচঙ-মীথোক্ লৈতে। সেবা য়াঙদে। মপাল্-থোক্লুরসু লম্হুই-তোম্চৎকুম্। লাক্লিবদুনা মচীন্দ-শোল্লি, “কনাসু লৈত্রনে তৌইসিবো...?”

“ইতৈম্মদি মথক্ত লৈরিনি...।”

তুংদ-মাঙদ চঙমিন্নরে।

লাক্লিবা মীদুদি মখাগী কাদা ফমখ্রে। খোম্মৈ মথক্ত চেন্খৎখিগে তৌবদু, লাক্ই খঙম্মনি মরাই-লাক্চরনি, ফম্খিসি-লাকও হায়বদুদা, হন্নক্লগা য়ান্ন-হৈনদনা ফম্মৈ।

“সে, চুরুপ থকপ্রা... পায়য়ু!”

মহাক্ চুরুটতী থক্তে। পায়য়ু হায়বা ৱাদুদা চুরুট-উপুদু লৌখত্তুনা পায়রে।

মৈখুদু কাম্থোক্-কাম্থোক্ল লু-লুক্থ ফন্নিবা য়ুম্মুদুবু য়েংলদুনা খোয়রুম্নৈ। হংই, “মিং কৈ-কৌগে,... খঙনসে!”

“খোম্মৈ...।”

“শ্যাম্, নঙ লাঅবোরে?” বৃন্দা মথক্তগী কুম্থরক্তুনা লাউরক্খিবনি— “বাবাদি চথোক্খ্রে...।”

পুরব্লিবা অচা-অথক্শিংদু নোক্-খেদুনা চামিন্নরম্নগা; ফাগীসু খর-হৈরম্মী লাক্লিবা মীদু; ইবাইদু লম্বীদা থেংনদ্রবদি, থবক্ মফম্দা ঙাইহাক্ চঙলম্মগা হন্ব্রগে-হায়রম্মগা চৎখ্রে।

“ফদি-ফরম্ য়াইকো...। মরৌ অমদি ইরৈ-লৈ।”

"হৈ, চম্ফুৎ...! নঙবু কমাই-ঙাঙনসিগে?" অশাউবা উৎলক্রে, "মীগী মরৌ-মরাংগা য়াম্ থিরি-জাৎ ওইরে নঙদি...।"

চম্ফুৎনি খল্লুবা, চমদ-চম্ব খোংদ্রুম্-চম্ফুৎ নৎলম্দ্রে। মসিনি য়াম্ন খুদোং-থীনিংঙাই ওইরিবা। খঙদি-খর-খঙগুম্-তৌ খঙদি-ইখঙ-হেক্-খঙদবা, খূ-শেন্দ-য়াদবা মেট্রিক্-ফেল্নি। মখাসু থাউ য়াদ্রে। দুকান্ তৌনি হায়। মপাদা শেল্ ঙংই, থোক্তে। মমাদা তক্ই, পীদে। ঙ্রুং-ঙ্রুং ঙংনেরকই, ইংখোল্ শরুক্ পীয়ু। মনপ্-শীৎ হৈত্রীবা মানা করম্ ফুম্-হাউ লৈকুৎ-লৈতোঙ মরকসিদা খোঙফম্-লেঙদ লেপ্লুবা ঙম্গনি? খোল্-বাউনরক্রে, মচা পোক্থোক্লগা শেম্বীনি খঙদে। মীরোৎ ওইখ্রনি। মপানা য়ুঙাও-ঙাওরক্ই, "নমা-শামু-লোইবীদা হায়য়ু! ঐদি উপাই-লৈতে।" "নপা-নচা অনীমক্ চফু-উয়ান্ চপ্পনবা চেগপ্সিনা-চপ্কে-লাউ"— য়ুম্লুবী-অমগী মপা-মচা অনীনা শামু-লম্শা-ঙাওগুম্-ঙাওখৎলক্পদা শীজিন্নখিবা বারক্-বাতেম্-চৈনি। "চেগপ্ন-চপ্কে হায়বা...? সে, চপ্লো-চপ্লো" মপাদু ঙাওন-ফৈন কোক্-হোৎচিল্লুরে। হৈ, চপ্লেনে! চাক্থোং-চেগপ্ন মপাগী ঙক্শম্দা চানন-চপ্ত-চপ্খ্রেনে। "ফাক্", মমা মকোক-কায়রে। ইপাবু করিগীদমক্ চাকখুম্-চেগপ্মক্ল চপ্লী? অবাংবা-শাগেনি। অবাংবা-মালং য়ৌনবা বোল্বু য়ৈবা য়াবদি, থোম্নজৈ।

## তরামাথোই ০

থা অমা-অনী হৌখ্রে। ফৌনাদা লংচাক্-লাক্রে। য়াচংলক্পগা মেরা-থাউমৈ চিংখৎনরক্হৈ। তান্ন চীংদোন-চীংদোন্দা খুন্দা-লৈতানখ্রবা ময়াম্বুং চীংশাংলাকপশিংবু তম্দা লৈহৌবা মনাও-মনাওশিংনা মখোয় তেক্ত-কায়দনা হিংলি তাক্চরিবনি। অরাপ্পদগীসু উরক্রে, চীংদোন-খুদিং চীংমায়-খুদিং লম্মৈ-চাক্রক্পা।

য়াক্লবা কালেন্-মৈশা লোইখিদুনা তাইবংবু লুম্বু-লুম্বুবা মখুৎনা নাল্লক্রে। থাগী-থাবৃংদা শনারৈ ফুগায়-ফুগায়না শাৎলে।

ঙসিদি বৃন্দা মশা-মউ শেংদোক্লুরগা নুমিদাংবাইগী মেঙলবা নুংশাগী-মৈশা লোক্রম্লি। মশা য়ৌনা-লুম্মে। মীহুৎথোঙ ঙম্ন হাংদোক্তুনা ঙসিদি মাগী খুঙ্গংবু য়েংনীংনা-য়েংলি। চীংয়া-তম্য়াগী অশংবা ফৌরোইশিং, চীংগী থেন্শিং, অশং-অশংবা লম্পাক্শিং, খুঙ্গংগী চরু-ইনা কুপ্প খাংপোক মচা-মচাশিং। অদুবু হান্ন-হান্নগী মশক ইমান্-মান্নদবা অমগুম্ মবৃক্ত-ফাওরি। মসিবু করিগীনো? প্রকৃতীদি হোংখিদ্রি। হান্নগীগুম্ অশংবা ফৌনাদা বাই-বাই ঈথক্-হৌবা, চীংগী-থেন্শিংদা মনা-পূংবা উপাল্শিংনা তুমীন্-তুমীন্ লেপ্প, খুন্গী-পুখ্রীদগী খুঙ্গা-নুপীশিংনা ঈশিং হোন্বা, ষঙ্গেন্নহাশিংনা শল্লুপ্-হোইদুনা চৎপা, অশংবা লম্পাক্-লম্হাংশিং মদু পুন্নমক্ হান্ন-হান্নগীগুম্ অমত্ত অহোংবা-লৈতে অদুম্মক্ মরৈরি, অদুম্মক্সু-মউরি। হোয়, মদুদা অঙাংশিংনা তেলঙ্গা পাইদুনা শান্নবদুমদি ইউ-উদে। মতম্ খজিক্তী বাৎলিবোইরে অশীৎ-অবাম্থা। মদুদদি শোইদনা মদুসু উররনি।

মাগী অবা-পোম্থোক্ফম্ য়ৌরক্রে, ইঙৌগ্নে লাক্রে। হেক্-উরক্পগা মোমোন্, নত্তে, তান্নখ্রে। পৎত-পত্থগন্বী হুবাই-মতোল্দি নত্তে, চীং-লেম্ব মশক্ক কুপখিবতনি।

"ঙসিদি নঙবু ঙক্হন্গদৌরিবনি...।"

বৃন্দানা লাক্রিবীদুদা, নোক্রবদি হৈনজদ্রবী নোকন্বীদুনা হৌজিক্তদা নোক্মিরক্লিবদুবু য়েং লাউরক্খিবনি, "নঙোন্দ অঙক্পা-পাউ অমা তম্বীগদৌরিনি... লাক্ও-ফম্মো।"

চঙশীল্লক্তুনা ফম্নরে ওয়-য়েৎ।

হায়রক্হৈ তপ্প, "করিননো ঐবু ঙক্হন্গাদৌরিবা...? ঐগীদি ঙক্লিংঙাই হায়বা-অমা লৈত্রে...।"

"করিগী লৈরোইদোরিবনো,... সে, অদুবুরো...মহাক্..."

"হো, ইমাগী-ইবুংঙো...!"

অঙক্পা-পাউদু তম্বীদুনা খজিক্ অরাবা কোক্চননবা মীকূপ্তু খজিক্-তান্নহল্লম্মে, মীকপ্-খোঞ্জেল্ অমনা। মীহুৎথোঙদুদা অনীদু মঙক্ থাঙ্গত্তুনা য়েংনেরক্খিবনি।

"ইমাই'বুংঙো অপিশক্... হো, ইমাগী-ইবুংঙো...।"

"কনাগী-অঙাংনো পুথোরক্লিসে?" বৃন্দা লাওতরক্লবা হংলক্খিবনি, "কনাই-ইমুংনো...?"

"অসিবু... নত্তেনে, মসিবু..." ইঙেল্লৈদু শোঙ্খাংনরম্বদগী লাউখৎলক্লে, "বিন্দী, তা-গোবিন্ লৈত্রে!"

'থ্বায়-থ্বায়-থ্বায়-থ্বায়-থ্বায়...থ্বায়..., ইমাগী ইবুংঙো..., কদায়দনো নঙনা চৎলিবা...? ঙাইখোও, ইমাসু-লাক্কে... ইমা-লাক্কে ঙাইখো... ও...ও...ও..."

আকাশ-মণ্ডল্ উমং-ব্রামং চীংশাং-পরেং লোক্-তাই অমত্ত চীথহৌদ্রে; জগৎকী লেঙলি-পাল্লিবা পূন্নমক্ পূল্লপ-ওইনা অমুক্তং চাউহাই-হাইরক্লে। ভূমী-কম্প নংলে।

কৈদৌরে,... হৈ বিন্দী?" ইঙেল্লৈদু মওং অমা ওইনা লাউ-খোংলক্লে, "হো, কনা কনা... খোম্মৈ... খোম্মৈ...! বাবা... হো, নখোয় কনানো...।"

.

মেরা-পুর্নিমা শগোলশেল্ নুমিৎ, অঙাং নুপা-অমা তাইবং ফাওররে। অমম্-অঙান্ লংদাই অনীগী ঙম্খৈদা পুর্নিমাগী মকোয় মান্নরবা থা-থোরক্লি।

ঙাইহাক্তুদা কোয়লাঙ-লাঙনদুনা মায়োক্লবী মাইবী কৌখি। কুম্-থা শুরবনি, মমায়-মমীৎ পাঙঙে। মমাদি খজিক্ লুরি, নাউফম্ তাদ্রি। নুপী অনীদুগী মরক্ত ইঙেল্লৈ চাবোক্পা য়াওরম্মী, অঙাং শেন্নখ্রে। মপা-ইবুংঙো ইমুংগী লম্য়ায়দা মখূৎ তুংবুন্ন হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি। খল্লক্ই, কৌরুবা মাইবা অনীগী খূৎ-চঙদ্রে, অমদি কৌবা চৎনখ্রি। হৌজিক্ ডাক্তর-খানা য়ৌননবা থৌবা, পুংখায় অমা— পুং অমা খর-হেন্ন চঙগনি। করিগুম্ব লম্বীদা ফত্ত-নুংদা, মতম্দি লৈত্রে, খুয়ৌনরে।

চৌকিদার-অহল্দু ঙসিদি মথৌ-পূন্নমক্ খূৎ-থারে। থবক্কী মীনিনা মহাক্ অমত্তংদদি থারম্দ্রে। মহাক্ত পাম্বী-অমখক্তবু কংদুনা মাঙখিদনবা ঈশিং তোয়না চাইবা হোৎনরম্মী, "ও-গোড়...., লিসন্ মি!"

মাইবা য়ৌরক্লে। লফু অমা তন্য়ান্-য়াল্হন্, তেঙ্গোৎ অমদা মচুম্-খর লৌদুনা ঈশিং খরগা য়ান্ন, ধর্ম্মগী-শ্লোক্ খর-শোন্দুনা চাবোক্পীদুদা পীথক্লে। মা জ্ঞান্-মাঙদুনা লৈবা নত্তে, ব্লারী-ব্লাতায় অদুম্ মশারি। অশোন্বীদুনা ইঙ্গিৎ অমা তৌবদগী নুপী অনীদু থোক্খ্রে। মমান্নবীদুদা ঙায়হৌরে।

হায়রক্‌ই, "ইঙেন্‌,... ঐ থাজদেনহে, ইমা লাক্‌অম্মেনে। ঐনা..."

"মখা তাগনু" মমীৎ-মনা চপ্‌-য়ুং, মচীন্দু পাক্‌-মেন্‌, "নঙ কৈসু-তৌরোই,... নঙ করিসু-তৌবা য়ারোইকো...!"

"বাবাদি, বাবা কৌরক্‌উ।"

মনাক্ত লেপ্পে।

"শ্যাম্‌ লাক্‌প্রা? মঙোন্দ থবক্‌-অমা শিন্নগে।"

ঠীকাদার য়ৌরক্‌পদা ঙায়রম্লি। নুংসা-থীনা চেন্নরক্‌ই।

"শ্যাম্‌...!"

মিঙ্গৌদা "মাম্ম" থোক্লবসু মিং অদুম্‌ কৌনৈ, হায়রক্‌ই, "খূজেঙ অসি পায়য়ু,... নঙ মাগী মখূৎ-খূজেঙসি চেৎনা-অমুক্ত পায়য়ু।"

মপাদু ওনথোক্তুনা লেপখি।

শ্যাম্‌ ঙক্‌ই, ইঙেল্লে হেন্ন-ঙক্‌ত্রে। মখূৎ-খূজেঙদুদি পায়ত্রে। ইঙেল্লে মসুম্‌ হায়রক্‌খি, "নঙ ঙাওরব্র, মশক্‌-মশাসু খঙনদবা মী অমবু...।"

পাউখুম্‌ থুনা ফংই—

"হান্ন-হান্নদি খঙনখিদে..., হৌজিক্তী খঙনবেদনা, ঐগী মাম্মনি। মহাক্‌ ঐখোয়' খুঙ্গংসিদা করিগুম্বদা লাক্‌ত্রে...। হান্ন মবূক্‌ খঙদোক্‌উ... মতুংদা মশক্‌-মশা খঙননবা হোৎনজৌ. .। করিগুম্ব-কান্দ, .ঐনা মাবু "তা-মনি" হায়না মিঙ্গৌজখি...। হৌজিক্ল শ্যাম্‌,... মাম্‌-শাম্‌।"

আনোক্‌ লৌথোক্লে। ইঙেল্লে মতু-মমান্‌ ফ্রং, মসিবু করম্ন-হেক থাজবা ঙম্মুরগনি। মচীন্দ-শোল্লক্‌ই, "তা-মনি !"

"শীৎ..." খুদোম্বীনা মচীন্‌-নম্‌, কোয়না য়েংলুরগা হায়রক্‌খিবনি,

"মসুম্‌-হেক্‌ থোক্ল য়াবরা...? পুন্নমক্‌ য়ৃম্ফুনা শীল্লিবনি...। কম্‌দৌই, খজিক্‌-ঙল্লা থোকপরা?"

খঙঙে, থাংলম্লিবা-খুবৌ চেৎলবা য়োৎহিলং-থৌরীনি। পাউখুম্‌দি লাক্‌খিদ্রে, ঙম্ন চাবোক্‌পীদুদা য়েংনরক্‌ই, ফিভম্‌ অমদা লৈদ্রে। অঙাংগী নাউফম্‌ তাদবা পূং-অমা খর হেন্ন চোঙ্থরক্লবনি। মমা লৌরগে লাক্লবনি। লাক্লে, বৃন্দা শিরে। শাংলবা খূৎ-অমনা নুপীমচা অসিগী থবায়বুদি, হৌজিক্‌সু মৈচাক্‌-ফনা চাক্লিবা অশিবগী কু-অমা তম্ন চিংদুনা পুরক্লে। চগুবাদা কিরিবা থাকন্‌ মৈনা-বায়বা হৌরকই।

অশীৎ-অবাঙ্খা খজিক্‌ বাৎলিবোই নীংজরম্মী, নক্ল লৈরম্মে। খা-রাই খঙদনা শীৎখিবা নুংশীৎ-নোংলৈ অমনা পামেল্‌-উজাউ অমগী উনা ঙম্ন কেন্‌খিরম্লে। নুংশিৎ লাক্লবনিনা অঙাংশিং লম্পাক্তা তেলঙ্গা পাইররে। ঙসিদি লংসু লৌশিন্নদে। খৎসু খৎনদ্রে।

নুমিদাংবাইরমগী শংবান্নরবা লৈচীল্‌-নোংফাই থাংদ্রবা অতিয়াদা মনীং-তৌনা পাইরি

অঙাং-অনীগী তেলঙ্গা।

ফোংনা-কপ্পী, "বিন্দী..., হো বৃন্দা...।"

মবৃক্তনা মসুম্ তেংথা-নাওইরক্ই, "নঙনা ঐবু ঙক্হল্লম্ব নত্তে... ঐবু ঙাওহল্লম্বনি। ঐবু ঙাওদুনা চৎলো শীল্লম্বনি...। নঙ লাক্খো,... ঐগী লম্বী তাক্লখো"

বৃন্দাশখী!

ওয়্রোক্ল চান্-চুননা কৌবিরম্লবা মির্ংন। মমাঙদা লেপ্লিবা শ্রীনারায়ন্ সতীগী মাঙদা মশা নীক্লক্লে। শাপ্ তৌরক্লে, নূং-ওল্লু! নূং ওন্খি গোবিন্ড।

হিন্দু-পুরান্গী মনুংদগী দৈত্য-হিংচাবা শঙ্খচূড় সতী-অমগী সেবা ফংজদুনা মপোক্-মহৈ য়ান্খি।

স্বর্গ-মর্ত্ত অনীবু ঙম্ব বর ফংলবা হিংচাবা অসিনা নৈখাইরক্লে স্বর্গগী লাইয়াম্-পুম্ব। লাইয়াম্ কাং-খোং চাইরে। ব্রহ্মা, বিষ্ণু, ইন্দ্র, বরুন্, কুবের, অশ্বীনিকুমার; লাই কোতী-কুন্থাহুমদোইনা লাইগী সভা তিল্লে। খন্নরে, করম্না হিংচাবসিদা মসুপ্-শক্তী লৈবক্লিবনো? জগৎকী মবুংঙো শ্রীনারায়নগী মফম্দা চঙজররে লাইয়াম্ পুম্ব। হি, মাঙলেদনা। লাইয়াম্ পুন্নমক্কী সৃষ্টি কায়বদি য়াদে। হিংচাবা হাৎতবা ময়াদ্রে। সতী-সাদধ্বী ওইবী নুপী অমনা সেবা তৌরিবা, মী-ওইসনু লাই-ওইসনু মহাক্তবু কনানসু মায়থীবা পীবদি ওইথোক্তবনি। ইবুংঙো মহাক্ল হিংচাবদুগী মশক্-লৌরে—সতীগী ময়াই-চম্হন্দ্রিবমখৈ ওইথোক্লোইদৌরি। মপুরোইবগী য়াইফ-থৌনিজরিবী ধ্যান্দ লুপ্লিবী সতীগী মাঙদা স্বয়ং-ভগবান লেপ্লরে। মনাইনুবীগী মতৌ উরুবা মীকুপ্, অপাম্-নুংশি মৈনা চাক্লক্লে ইবুংঙো-মহাক্। কাইহৌরক্লে, শান্তিগী ঈরীক্ খীক্পীরো। নত্রবদি প্রাণ্ মাঙলগনি। মবুক্লিং তয়াং-তশোই মবুংঙোগী সেবা ফংজখ্রে। অদুবু মমীৎ শুক্লক্লে সতী। মতাং-মতম্ নত্তনা প্রেম্ রাগ; চিংন-পরে থাংজখিবনি। ইপুরোইবগী শক্তম্ লৌরিবা লাইবক্-থীরবা নুপা নহাক কনানো? মীকুপ্সিদা অশেংবা নশক্ তাক্লবদি ঐগী শাপ্ ফংলনি হায়না মখুদোম্বী উৎলক্লে। সতী ওইবীগী মশেক মঙাল্না কন্খিবা, শুমাঙ-মথৌবুং য়েনা হন্দোরক্লবনি ইবুংঙো-মহাক্। ৱাদি-ঙাঙদ নোক্মি-নোক্মিদি তৌ, মতুংদা মখোঙ হন্-হন্দুনা চৎলে। শাপ তৌরক্লে, নূং-ওল্লো ফৎত্রবা-নঙ! মীকুপ্তুদা শ্রীনারায়ন্গী অশেংবা মশক্ চোংথোবক্লে। খুত্ত শঙ্খ-চক্র গদা, খ্বাঙদনা সনা-ফিগে, খোঙদা নুপুর। ৱারী-পুম্ব লীরবদসু ইবুংঙো মহাক্তী সতীগী শাপ্ন হান্ব্রে, হক্চাংগী শরুক্ মচেৎ-মচেৎ নূং ওন্বা হৌরক্লবনি। নুপীমচা অপিশক্ ওইরিঙে লৌশিং তারক্ঙৈদগী হৌনা ইবুংঙো মহাক্তবু চেৎনা নীংজরকপী মহাক্; লুপ্রা ওইরবী মাদি মীকূপ্প-অমা হিংদুনা লৈজনীদ্রে; মাগী পূক্লিংবু কোন্বিরম্ব ইবুংঙো-মাসু, মনাইনুপীগী খম্বহৌদনা লঙজখ্রবা শ্রাপ্-কর্ম্মনা নূং ওন্দুনা লৈখ্রবদা; তেংবান্বদা তোল্লবী নুপীজা ওইবী মানা

মদোম্ করম্ হিংহৌগনি তেংথাজরক্পা; ইবুংঙো মহাক্লা ৱাহৈ অসুম্ তাহন্দুনা সতীগী হক্চাংবুসু লান্বীখি, "তুলসী-পাম্বী ওল্লগনি নঙনা; ঐনা শৈলীগ্রাম ওইনা নখোঙদা লেঙদনা। নঙ-ঐ দেহ তোংঙানবদনি, আত্মাদি অমত্তনি। হয়েং কলি হায়বা যুগ অদুদা, তুল্সী-পত্র অহুম্দং য়াওনা কৎলন্নবা, মদু ঐনা লেপ্নমক হরাও-তয়াম্ন লৌরগদবনি। মদু নত্তবমখৈদি ঐনা হন্ন-খক্ য়েংলম্মরোই।" সতীনা মপুরোইববুসু লান্বীয়ু হায়জরক্লবদা; মহাক্ অতোপ্প কনা-নত্তে, মাগী থৱায়-মচেৎ অমখক্লি হায়রদুনা; সতীগী-মৱাহৈদগী দৈত্য-হিংচাবদুবু লান্বীদুনা মফমদু ঙসি ফাওবদা হিন্দুশিংগী অথোইবা তীর্থস্থান্ অমা ওইদুনা লৈরি।

* * *

অশি-কৈশুম্শং মনুংদনা অপোক্পা-অপোক্পী; য়োক্চবী নন্দ-যশোদা অনীগী পাম্বোম্-ফৈরাথক্ত চাউরকপগুম চাউরক্লে অঙাং অদু, নুংশি-পিরাংনা য়োম্।

ফিঙৌ-শেক্তুনা লাক্লিবা নুপা-নুপী অনীদুগী ময়ায়দা অঙাং অমসু কাফে-কাফে চেল্লক্লি। মপানা পম্জরম্বনি, নিংঙাই তৌই— খোঙনা চৎকে। মমাদুগী মখুত্তনা লৈগী য়েন্দায়, তীর্থ অমদা লৈ কৎলগদৌরিবনি। অঙাংসিনা লৌশিং-হেক্-তারক্পদগী ঙসিগী অসুম্ন-অসুম্ উদুনা লাক্লবনি। খম্নাং-ফূডা অনীদুদা লৈ-কৎননি, কপ্কনি— ফূড়া অনীদুগা ৱারী শান্নবক্কনি। অঙাংসিনা মশাগী করম্ব চহী মতাংদনো পি-শিংসিগী মরোল্ খঙলক্কদব? মাসু কপ্প য়াওই, পাউহোম্মী নুমিৎ-খুদিং— "কপ্প অসি কয়াদা ৱাথ্রবনো! নোক্পনা কয়াগী মতীক্ নুংঙাইবা। নখোয়না কপ্প তোক্তুনা, নোক্কদবা নুমিৎ অদু কয়াম্ ৱাৎলিবনো? মীগীদি নোক্ই। নোক্ল-নোক্ল অসুম্-অসুম্ লৈ। ঐখোয়সু কপ্প তোক্লগা, নোক্তুনা অসুম্-অসুম্ লৈবা য়াররোইদব্র? নোক্পদি নুংঙাই; কপ্পদি য়াম্ন ৱায়। নখোযনা নুংঙাইববু থাদোক্লগা, অৱাববু অদুক্ চেৎনা কোন্দুনা থল্লিবা করিগীনো?"

লম্বী ময়াদা খম্নাং-ওইনা ফূড়া অনীদু লৈ। অঙাং-মপাদুনা লৈদু হান্ন কত্তুনা, মাগী হৌনবী ৱারীদু শূবক্লে, "ইতাও, ঙসিসু করিমত্ত য়াওরক্তে। হান্ন-হান্নগীগুম লৈ মনা খবগা, মীৎকি পি খরগ নত্তনা। লায়রবা ঐনা, কদায়দগী করি পুরক্কনি? সে, মীৎকি পিসি থক্উ ময়াক্-ফবনি।"

পাক্-লোইদে, অঙাংদুবু কোন্দুনা অমুক্ কপ্পুরগা, "শান্তিপুর, নখোয় অনীদগী ঐনা হাল্লম্গদবনি। ঐদি লেঙ-লাক্পা য়াদ্রে। ফত্রবী-নুপী অমগী শরৌনা তাইবংগী মিহৌ-লাংদা নম্শীনবিরম্লগা, অমুক্সু খুরৌ থাংজিনবিরম্লে। লাং-য়োৎহিলং, করম্-নাম্থোক্কনি হায়য়ু তাসিদনা?"

অঙাংসি হৌগৎলক্তুনা মপাগী মপি তৈথোক্পিরিঙে— মমাগী-পাল্লি অমুক্ লাক্লে।

* * *

চহী-কুন্‌গী মতুং। মসি ফাওবগী মনুংদা প্রকৃতিবু খুৎশেম্না কয়ারক্ হন্ন মশুং-তান থুগায়খ্রে। য়ুম্‌গী অহল্ মীশি-চাদ শিখ্রে। নৌনা য়ুম্বান্‌মিন্নখিবা মতৈ-মনাও য়ুম্ থাদোক্‌খিরম্লে। য়ুম্‌ঙাক্-কৈঙাক্কী লৈরম্ব অহল্ য়ুম্বু হাৎপগী দন্দী পাল্লে। অঙকপা মীৎত্রং অমগী থৌদৌগুম্, পীক্লিবা অঙাংদুগা পূন্ন মাঙখ্রে। মখোয়গী খোঙ্গুল্ মুৎখ্রে। অমত্ত ঙাইরবা মৌপ্পা-নুপানা, মমাঙমক্তদা ঈখেং-মরক্তা ওন্দুনা শিখিবদগী মচেদুদি চানন-ঙাওরে। মচানুপী লৈশাবীদু মমাবু শেন্নবমক্তদা মপুম্ থীৎখি। হৌজিক্তী পাক্ চাউরবা বঙ্গলো অসিগী লেঙদ্রবা মপু অমা লৈবে। মহাক্, হৌজিক্ মরূপ্-মপাং খরগা কা অমদা শানৈ-য়ুনৈরি। য়ুম্‌সিগী য়ুম্‌য়ায়মক্তদা তম্‌থীনা মহূ-চেল্লবা লাইরেন্ অমগী মশক্-লৌ, মহাক্ ফৈদী-কোন্দুনা লৈরক্লবনি। তশেং না য়ুম্‌সিদা কাল্-কৌবা লাইগী দৃষ্টি চঙবা হৌখ্রে— নোংমা য়ুম্বুরেম্বী অদুগী সতীগী হক্‌চাংবু তেম্‌শীংনরুবা নুমিৎ অমদগী। ইমুংসিদা মৈগী-চীং অমা ওম্‌খৎলক্‌খিবা, নোংমদি মৈরী-মৈবূল্ হৌনা পোক্‌খায়রক্‌খ্রবনি। মৈগী মৈবীরক্ত য়ুম্‌গী অহল্ তাঙ্গোয় ওন্‌খ্রে। মশামক্কী লাইসেন্স-রিভোল্বর অদুমক্ল মপুন্সি পিখম্নখ্রে।

মতম্ অমদা ওইরম্ব য়ুম্‌সিগী ফিভম্‌দি পূম্‌হোং-হোংখ্রে। থোক্-ওক্লে। শুমাঙ-থেক্লোং য়েন্নখা-লুক্‌খা নাপীনা খুজেং-পক্‌খ্রে। শান্তিগী-তুঙনফম্ লক্ষ্মী-মাগী মখূৎমক্ল য়ুম্‌গোয়রম্ব মফম্ ঙসিদি কৌজেং-হারৌগী য়াকাবূং-ওন্‌খ্রে। করি অমুক্ হায়গনি, মফম্ অসিমক্তদা লং লবা থৱান্‌মিচাক্ অমনা খুঙ্গং অপূম্বসিগী মঙাল্ ওইনরম্মী হায়বগী মমি ফাওবা শাম্‌খ্রে। অহীং-অহীংদনা য়ূম্-মনুঙদুদা অকিবা ফংনা তম্লে।

নোংমদি বঙ্গলো অসিগী মাঙদা সাহেব অমা, কোট-শুট নেক্-তাই তৌবা মথোৎ-কারক্লিবা পাখং অহল-অমগা, দারোগা সিপাহী খরগা লোয়ননা থুংলখি। য়ুম্বু ফারে। ৱায়েন-শঙদা বিচার চখরে। লোয়নবক্লিবা অহল্‌না অশেংবা উইল্‌গী চে-চাং পুথোক্রে। য়ুম্বু-শাজনিংবা নুপাদু অশেংবা-ময়ূম্ ফংজখ্রে। কৈশুম্‌শঙদা মপুন্সি চূপ্পগী য়ুম্বু ওইবা ফংজখ্রে।

"অনাথ-আশ্রম্‌গী মৈরী" মিংথোন্‌বা ৱাবী অসিগী পোলোইনি সত্যম্-শিবম্ সুন্দরম্। অচুম্বদা নুংঙাইবা লৈ। নুংঙাইনবা লম্বীদি লাইনীংবনি। লাই নীংলবা মীদু জগৎকী মায়া-থৌরীনা পুন্‌দ্রে। মায়া-চঙদ্রবা মীদু শান্তি ফংজদুনা মুক্তীগী লম্বী উজে। ব্রহ্ম মশক্ খঙজে।

মপুগী-মনাই অমনা অশেংবা মনাই-অমা ওইবগী অশেংবা মশক্ উৎখি। জগৎ-সংসারদা ঐগী-ঐগী নরুবা মরী-মতা মরূপ্-মপাংনা ঐবু হাৎলবনা নম্মী।

মীতোপ্-মীরান্ ওইরবসু মবুক খঙলবা মীদি ঐগী-ঐগী উকল্ ওইরৈ; শিরগদৌবদা ঙাক্লৌ-ওই।

মফম্-খঙদ চৎখ্রবা মমা-মপাগী খোঙ্গুল লীহন্‌খি। লাপ্লবা খুঙ্গং চিদাই অমদা পান্নাউ-

শিংনাউ তাদুনা নুংঙাইনবু য়ুম্লিং-খুল্লিংলম্মী। খুঙ্গংদুদি, নোংমা মরাইবক্ থীরবা অঙাং অমবু গাড়ীদা হাপকত্তুনা পুবিখিবা গাড়ীবালা অদুগী লৈফম্নি। লবায়-য়েনাক্ খুন্‌বনি। মাগী মতেং না পুন্সি হিংনরক্‌ই। মাগী থবক-থৌদৌ অমনা অবাফম্‌দা তারুই। ইমুং অসিগী য়াম্নবা লল্-থুম্ সম্পত্তী-পুম্বদি মখোয় অনীগীনি; অহল্ অসিনা মপু। ঙসিদি থীক্-নেম্ন মচু-মুবা অহল্, য়ুম্ ইংখোল অমসুং ইমুং-মনুং পুম্বগী অশেংবা-মপু ওইবা ফংজগ্রে।

বারী অসিদা য়ুম্বুবা-য়ুম্বুবী অনীগী মখাক্-লৈহৌরিবা নুংশি-নুংওন্ন শৃঙ্গার-রসকী মপুং ওইহল্লী। অনীমক্ হৌজিক্তী নহা পাখং-লৈশাবী ওইদ্রে। করম্ন নুংশি-নুংওন? হায়নৈ, নুংশি-মরী চেৎপদি অহল্-মদম্ ওইদ-ওইরগনা হেল্লি। অহল্-অনীগী নুংশি-নুংওন্ন বারীগী মপুং। নোকপীগনু, পুংবা-কায়দ্রিবা কনাগুম্বগী সনা-শঙলেন্দ মীৎয়েং থম্বিয়ু লোম্ন! পাউখুম্ শোয়দনা ফংবিগনি, নোক্রুবা লাম্লে। খুঙ্গং মীওই পুম্বনা হৌজিক্তী অশেংবা মশক্ খঙনরক্লে— য়ুম্বু অসি কনানো।

চহী কয়াগী মমাঙ, শহব-ময়োল্‌মক্তদা নোংমা মপা-মচাগী মরক্ত নুং-তেক্লখি। ইজ্জৎ-শাথৌবা নুপাদু মশুনুপা লৈতবগী পাউদা ঙাওখি। ঙাওন-ফৈন খুঙ্গং তম্নক্লে। মতম্ন পুবক্তুনা ইম্হোক্‌খ্রবা মচা-মমৌ অনীবু লৌখৎপিবম্লে। মীৎকী পিনা অশোন্‌বা মপাবুংগী খোঙযা উফূল্ চাম্‌থোক্‌চদুনা মকোক্-মকোক্তসু হাপ্নবে। মথৌদাং অদুতবু ঙাইদুনা লৈরম্বগুম্, মচা-মমৌ পুম্নমক্কী সেবা ফংজদুনা মতম্ খর লৈবম্লগা বৈকুন্থ পাংখ্রে। হৈগী-লৈগী মপু ওইখিবা নুপাদুগী আত্মানা মপুগী লৈকোম্লুংদা হৈবাং-হৈনম লৈবাং-লৈনম্ ওইনা তিন্‌খ্রে। মচানুপা-অহন্‌গী মশুনুপা বঙ্কবিহারী (শগোল্-তোংবা), ম্লেচ্ছ-নুপী অমা লৌদুনা আমেরিকাদা খুন্দা লৈতাদুনা মফম্‌দুগী সিটিজেন্ অমা ওইখ্রে। নোংম-মী-তাক্রবা, ফূডা-ডলান্‌গী অঙকপা-য়ুম্বান্ অদুগী অথৌইবী-মৌ অমা হায়রবদি মখুত্ত হৈগী-লৈগী য়েন্দায় পায়দুনা ইষ্টদেব সেবা ফংজখিবী য়ুম্লোম্নবগী শক্‌খঙদবী লৈশাবীদুনি। য়ুমগী-অহলনা থুপ্‌খিবা-নুমিত্তুমক্তদা পোনগী-উচেক্তসু মনিঙ-তমহনখ্রে অহাঙবা-মালংদা। অহলদুনা য়োকচরম্বনি।

মীগী মপোৎ-মরল্‌তবু মিহৌ, ফম্ব-চল্লগা কোক্-হীপ্‌থগনি লাল্লুম্‌দুনা-লৈরম্ব কুম্-লায়না অহল্, ময়ুম্ খাংপোক্তু থাদোক্রম্লে। মঙোন্দ সংসারগী দয়া-মায়াগী মমি অমত্ত তাখিদ্রে। লেঙদ্রবা মবুক্লিংগী ফিরেপ্ অমনা, লেম্‌হৌরিবা পুন্সি মতেক্ খরদুদি মপুগী মিং খৈ শক্-শোল্লগা খুয়া-তুশীৎলুরগে নীং, কৌব্রু চীংদোল্ পাংখ্রে। কৌব্রুনা লেম্ফু, কংলানা খোয়দৌ, থাংজিং লাইনা হক্কী থোঙ ওইবা খোয়ুম্- অপান্‌বা চীংঙু-অহেন্‌বা মাগী খোঙ্গুল্-লীজখ্রে। সংসারগী ইকায়-ইকি শেৎ-শেৎতবা চা-চাদবা, মশা পুম্বদা লৈখোম্-লৈনাঙ তৈশীন্,

করি'মুক্ হায়গনি, মশাদা ফি-মতৎ অমা থোংদনা খোঙচৎ অদুগীদমক্ লম্থাখ্রবনি।

অদুগুম্ব নুপাদুগী নুপী শাদুনা লৈরম্বা মীচাবোক্পু পোক্ত-পোক্তবী মমা-অমা ওইনা তোল্লবী নুপীমচা অমবু ওৎ-নৈখিবী নুপীদু মঙক্ত থৌরী-কোঙোয় হূক্তুনা মরুম্বীগী-লীলা লোইখি। মাগী থবায়না শান্তি খক্ ফংখিদে। প্রেতাত্মানা ভূত-ওন্দুনা লৈরক্-কোন্শাংদা তন্নখি।অমম্বদা লৈচ্রেং চাইখি, মশম্-মনা থাদোক্তুনা চেল্লী।খুঙ্গং-লৈকায়গী মীওই অমত্তনা অমম্-অথেঙদা মদোম্ চৎপা ঙম্নখিদে।নোংথী-নোংমং থামম্ব অহীংদা ঈশৈ-শক্ই, হীক্ল-হীক্ল কপ্পী।

নিশাদা লাইচুদুনা মশাগী অফ-ফত্ত ইকাই-ইকিগী লৌশিং য়াওদবা, নোংমা মঙক্ত চাকখুম্ চেগপ্প-চপ্খিবা নুপাদু, উইল্গী শেলবুন্ খর ফংজখি। শেলবুন্ অদুনা লায়ুংনদুনা মপুঙ্গি থুনা কেম্জখি।

মনাইনুবীদুসু ঙাওন-ফৈন নারম্বদগী, কনাগুম্বগী পাপ্কী-মচাক্ চাররোই হায়না চাখিদবদগী কনানসু মচীন্-ফাক্তুনা ইন্বা ওইথোক্খিদ্রে, চৎখ্রে মৌপ্পাগী মতুং ইন্দুনা।

অঙাংদুদি— অঙাং অদুদি মপুঙ্গিগী ময়ুম্-মকৈ পাল্লম্দনা য়ুমদু থাদোক্খিরম্লে।লন্-থুম্ সম্পত্তীনা মাবু ফা-পুন্দুনা কৈদৌনুং থম্ব ঙম্খিদে।গীর্জাগী কাংশি খোঞ্জেল্ অমখক্তনা মাবু মখূৎ-হত্তুনা কৌখিবনি।রোজী কৌবী লম্বোইবী-মচে অমখক্কী মতুং ইন্খ্রবনি।মহাক্কী ধর্ম্ম শন্দোক্পা লাক্লম্ব লম্বোইবা অমসু নত্তে; শান্তিগী পাউজেল্ চৎপা অচম্ব দুত অমনি। মশানা এম. এ. ফিঁ লোসফি।কায়নরম্দাইদা মপা-মমাগী খোঙয়া-উফূল্ লৌজখি।অথোইবা-তীর্থ অদুদা চঙদুনসু লৈ-শু কৎচরম্মী। মহাক ঙসিদি তীর্থদুগী লৈমায়দা তৈরিবা পি-পুন্নমক্তুগী মরোল্ খঙলগা চৎখ্রে।অহল্দুনা মখুত্ত শিন্নখিবা, পুম্বুম্ শাৎকায়রক্লিবা গুলাপ্ অঙাঙবদুনা করিগুম্ব থৌদোক্ অমবুদি নৌহৌননা নীংশিংহল্লক্খি, “গ্রাণ্ড-পা, থেঙ্কস্... !”

মীওইবগী পুঙ্গি লল্-থুমদি খক্ মাঙ-তাদনা অমত্তসু অমর ওইখিদে। ঙম্ন লৈরোন্ চন্খি নোংমা। মশাগী পুঙ্গিবু, লল্-থুম্বু অতোপ্পগী য়াইফনবা, মীওইবা হায়বা জীব-ফূরুপ্ অসিগীদমক্ কথোক্লম্লবা মহাক্ অদুবুদি; জগৎ-ব্রহ্মাণ্ড অসিনা কায়খি-তোইখিদ্রিফাওবদি সন্মগী সিংহাসন্দ থেন্দুনা মরৈহৌরগদবনি।

মণিপুরদা বৃটিশ-শাসন অমসুং নিংথৌগী শক্তীনা অঙক্পা ফংনা কল্লম্ব, মতম্দুদা রাজনীতিগী অরোন্বা-থৌরাং অমা ওইনা “গৌর সম্প্রদাই হিন্দু মহাসভা” হায়না ঈহৌ অমা শাগৎখিবা দল্ অদুনা ঙসিফাওবগী রাজনীতিগী য়ুম্ফম ওইদুনা লাক্খিবনি। মরক্ অদুদা থোক্হৈদবা থৌদোক্-বাথোক্ কয়ানা মনীং-মখা তন্ন লৈজরম্ব লৈবাক্সিগী কংলৈ-ময়োন্ থক্-থক্ নীক্হন্খি। লৌ-ইংখোল ঈশিং-খাজনা খোম্গৎপা হাক্তক্ মীওই কয়া কৈশুম্শঙদা থমখিবা— লৈত-লায়র লৌমী-শিন্মীশিংগী হক্-খোঙোয়নরক্লবদা, অথোইবা-

বিপ্লবী অমনা তূম্‌দুনা লৈবল্লবা প্রজাশিংবু মীকপ্‌ থোকহন্‌খিবা— মীশি-মীনা কযা— নুপী-খুন্নাইগী ঈহৌ। অনীশুবা-লাঞ্জাওগী ইম্ফাল-মযোল্‌দা অকিবা ফংনা বম্‌ হৈথবক্লবদা ইমুং-লৈকায-হূপ্ন লাঞ্জেন্নখিবা— মতুং তাথবকপদনা চীংমী-তম্মীগী মবক্ত শীংচেপ্‌। বৃটিশ-লৈঙাক্‌লোয়শিংনা, তম্‌দদি নিংথৌদা শক্তী পীথোক্লগা চীংদনা মখোযগী খুবাম্‌নুংদা থম্‌— চীং-তম্‌ অনীদা তম্‌থীববা হূ-কাম্ননল্লগা মতম্‌ চুপ্পগী ওইনা লৈবাকসি থাদোক্তুনা চৎখিবা। ধর্ম্মগী চাউববা পল্‌ অমা মযাযদা ব্বাংনা খাগৎলম্বদুগী ফল্‌নি, ঙসি ঐখোযগী মাঙদা তাববিবা।

নুপা অমখক্ল নোংমা লাংতক্লজখি, চুমথাঙ-উজননবা। মীবম্‌লেন্দ মমীৎমক্ল উবা ফংজখিদ্রবসু, অশি-লম্‌দমদুদদি খুবাক্‌-লাইখন্‌-শা মীৎয়েং-শাংখৈবীদুনা চুমথাঙ উখবে। যুম্বুবা-যুম্বুবী অনীনা যুম্‌গী-অহল্‌গী যাকা-য়েং, লোইশিল্লম্‌দ্রবা স্কুল-শঙদু লোইশিন্দুনা নুপামচা-নুপীমচাশিংগী অপুন্‌বা শিন্দমশঙদু ঙসিদি খুঙ্গং-লৈকায মঙা-তবাগী অঙাং শিংনা যোম্মে। লাইনিক্কী মযেক্‌-চৎচদুনা খুঙ্গংগী নুপা-নুপী পুম্ব অনৌবা মপোক্‌ অমা ওল্লে। চক ইগী খাংপোক্ল চেক্কী ডলান্‌গা অনীগী খেন্নবা মশক্‌ মখোয খঙলক্লে। নাবক-যেক্লক্লগা হৈ-লৈ মনা-মশীংনা থৌ-তৌবগী মহুত্ত, ডাক্তবগী লাযেং-পথাপ, হীদাক্‌-লাংথক্কী লৌশিং লাক্লবে। কবি অমুক্‌ হাযক্লবগনি— ব্বানা লৌবুক্তগী কাবক্লগা চুম্ন-ফম্ব ঙমদদুনা লমযাযদা দোম্‌-হাইথববা অহলদু মচাগী লাইবিক-মযেক্‌ (মখোল্‌ থোক্ল পাবা) তাব্বদগীদি মশা-মঊ তেকখৎলক্লে, চোক্‌থ-ব্বান্থক্বা কোক্লে। মচানা পাবি— "নচানা হযেং চাউবগা, চাউবা মবেপ-তাল্লগা, অচৌবা মী ওইগনি, ইপা-ইমাবু নুংঙাইহন্‌গনি। অব্বা-অনা থিদনা, লৈবাক্কী সেবা তৌদুনা ইমাগী মিংচৎ পুবক্কনি, ইপাবু পাঙ্গল্‌ হাপ্‌কনি।" অদুগুম্ব মচাগী লাইবিক্‌-মযেক্তুনা লাযববা-লাযববী মমা-মপা অনীনা, চাবা-উপ্রাক্ল হেল্লবসু মচাগী চে-কলম্‌ বাৎপা যাদে খন্নবক্লে।

থব্বানমিচাক্ল কুফেৎ-কাফেৎ ঙাল্লি। নোংদোল্‌-অতিযাদসু লৈচীল মতুম্‌ খব চোইন-চাইনা পাইবি। লৈচীল মবক্ত থানা কেকু লোৎলি। তন্দন্‌ খবনা তগুপ্‌-তবেং ঙাল্লি। লাপ্ন থাউ কংলবা যন্‌-গাডী অমগী মখোল্‌ তাবি, "কে-গে-ক্রে ।"

অহলদু মখূত্ত উচান্‌-মৈবা অমা পাযদুনা মশুবু হল্লক্‌পা ঙাইবি। মমীৎ-মনাদি চোইবে, খূন্‌বা-ঙম্বগী পাঙ্গল্‌দি ব্বাংলি, ইশু হল্লক্‌খিনি।

10301/Mar

- লোইরবা -

